# রাহয় খরদং

ইজ'নংবনা—শৈরেংগী খোঙচৎ, মজবা লোন্দা-পুদা, শৈশক, শাথেক, ঈপোম্নবিবী রাখল, রাখলগী রাংচুরোল; অতুবু পাবি-রিবা কাংবুনা, শৈশক্ত, শাথেক্ত, খোঙচত্তা, অকাইবা-অশোয়বা য়াওববসু তাকপিগনি। পারিইন্দ হৈত্রাক্তং খুত্তাইথোক্পা ওম্লবাদ শৈরাংকুরিবা শৈরেং অসিমক ইজবগী মতয় য়াম্না নিংডা-গনি। রাহয়গী মমৈ মকোক কক্লগা ময়াইতমক লৌবা, মতান-তমক পনবা. মকোক্তমক হায়বা রাহয়শিংসি শৈরেংগী তান তানবা, খোঙচৎ মাল্লনবা শেমজবদগী হোৎনজবনি, অয়াম্বসু। অতুবু অশোযবা অরান-অতুই কয়া য়াওরবসু, থেংনথুনা তাকপি হক্লবসু তরাম্নজগনি।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোংনবা মণিপুরগী মতে-মাশ লোইশংনা, পব্লিকেসন গ্রান্টকী মতেং খর পীবিদুনা পুরুং থোগৎপিবগীদমক তৌবিমল উচ্চরি।

কে, ধীরেন

তাং ৪।৪।৭০ ইং

খুরাই লম্লোং বাজার

# কেতুকী

## অহানবা তাংকক

ঈপাল থক্তে হেঞ্জবী নায়ক লোৎন শাৎচবী
শিংঙল লৈরাং কযাগী লৈরাং লৈনম লৈহুংশি ;
লৈকাই থুদিং খোয়রাংন হা-হা লাওবী লৈনম্বু
খোইমু মাগী মকাদ লৈরাং লৈশক তাক্কুনা
থোনাইদবা মালংনা পাউদম্নরি খোইমু কা।
চিন্নাইদবা মালং পাউ খোয়রাংগনবা খোইমুনা
শিংঙেল লৈরাং কেতুকী শক্তম মাগী শকহেনবী
লৈরাং লৈনম লৈহেনবী লৈশক লৈচু লৈপানবী ;
খোইমু মকা চিরোলন লোম্নাইদবা রাঙাংনা—
থম্মোই থুদিং খোয়রাংহন লৈরাং লৈশক তাক্লরে॥
লৈশক লৈওং থংদ্রিবৈঙে লৈহি পাম্বা খোইমুনা
চুপনিংবদে ঈথোলাং, খ্বাংজেং খোইমু খোয়রাংথি।
লৈকাই লমদম লমহুংশি শিংঙেল কৈম শাৎপীনো ?
ঈপাক ঈয়াই ঈরোংহুং লৈরাং মাবু লোৎখ্রব্রা ?
মদোম থম্মোই হঞ্জান লৈরাং থিবা হোৎখরে।
থকচনিংবা লৈহিবু ফংদ্রবদা খোইমুনা ;
বাথিবনা থবাইদো থম্মোই তনিক খাংখরে॥

খঞ্জরুবা আশানা মালং ৱাইরা তেনকাপ কুম
মঙলান চাগী মণিগুম লৈরাং অতিঙাদ তা
অয়েম্বদ তোক্লেদো। খোইমু মহু কিক্না
শকহেনবীনি মতাগুম লৈরাং নংদি লোৎলিবোই।
"হে অপংবা খোইমুপা! মাইথকমু মাইথকপা!"
লৈশক মাগী উদ্রিডে মুম্না ৱাখল তোজহৌ
লৈরাং নাক্ত চংথ্রদি হন্নকনি নিংলুহু। ৮
হনসি খল্ল হনঙমদ পাইসি খল্ল পাইঙমদ
তুংদ হনসি কদাযনো মাংদ চংসি খঞ্জান;
লৈরাং লৈশক উরদি খোইমু ৱাখল ককৃঙাওন
ফজ শক্কী লাংদথু মুংশি মিৎযেং তথকনি।
শিঙেল লৈগী লৈনাদি তিংখং' শউম শাবনি
কয়া লৈহি চুপকনি লমখাংদ কেমগেরা?
পামজ খোইমু কয়ানা লৈহি চুপকে চংলুবা
লৈনাত্নগী তিংখংনা, খোইমু মশা থিন্দৎলি।
খোইমু পাজল খোকখিদে; লৈরাং লৈকা য়ৌদ্রিডে
লৈহি থকপা ফংদনা পাইগে খল্ল পাইঙমদ
লৈরাং লৈখোং অত্নদা কোরৌ শিংবুম কয়া ওল;
লৈরাং মাগী মগুং লাং খোইমু য়াইবী মাংখিবা
লৈরাং নংদ পেল্লোকো খোইমু য়াইবী লৌরগা।
অত্নদমু নত্তেদো, লৈরাং লৈগী লৈখোংদা
লৈহি মহাও খংদ্রবা, লৈখোং শংগি তাংজ লিল॥
লেপ্লি মতম 'য়েম্বদা, খোইমু য়েক্ল তাংজদো॥
লৈরাং লক্তে অখোয়বী, শিঙেল লক্তে অতাংবী

লৈনম চাউবী লৈয়াংদো চেকশিনথ্রবা কয়াদ॥
লৈয়াং মশুং লাং'দমক য়াইবী মাংবা পাম্মুদে।
অপাম লৈহি লৈরাংনা থুমহৎলবা খোইমুশিং
মুংশি ঈথক ঈপোমলাং থুমহৎলবা পাখংশিং
খোযয়াংননা ঈপোম্লাং থমোই ইয়াং হৌহল্লি।
কল্ল মুংশিং' হুম্বদা লাইজ ওইবা মহৌশা
ঈওল ককঙাওন ঈপোম্লাং অপাম় ঈছন তমখ্রে॥
চিংখৈ ফিতুপ হুনবদৈ লৈয়াং লৈবু থিয়কপা
লমদম কৈদ শাৎপীনো লৈশক থংগে মতাগুম
থিবা ফংদ্রে কেতুকী লৈনম হেনবী শিঙেলদো।
তাংন ফংবা জাত্তুদি কাওজ মমল য়াম্বনি।
খোইমু শাখপ শোম্বয়ে থিবা কোই ফংদয়ে।
ঙাঁঙ্রা মশেক্লা য়ৈখ্রে 'তিয়া মকোয় পূম্বদ
কোয়ৌ নায়ল য়াইয়ক্লে, তময়া কোরি চেনখয়ে
অঙান মৈচম তম্ন পু কোয়ৌ মাস্থু চংথয়ে।
মতম মাংলে অয়েম্বদা কোয়ৌ শিংবুম 'হুমা।
মালেম লৈকোই তম্পাকসি 'মম্বা ফিজোল লৈতেংখ্রে
লৈশক লৈচু থংদনা অয়েম্বদা হল্লক্লে।
খোইমু পূক্লিং লেপথয়ে হয়েং কোয়ৌ চুপ্পদি
লৈয়াং কেতু থিবদা অবা কয়া থাংগনি।
থুদোং থিবা কদোনি লৈয়াং ফংল লোয়য়ে খন
পাইম মুংদ তিল্লাং য়োৎ হল্লকখিয়ে ঙসি নোং।
ইমুং 'হুম লেনখয়ে, লৈয়াং কেতু বাখলদা॥
অঙান ফিতুপ্ তুংইয়া কোয়ৌ মাস্থু থোয়্রক্লে

শংবানবা 'তিবা থক 'ঙৌবা ফিজোল লৈতেংখ্রে।
খোয়রাংগনবা খোইমুনা লৈরাং লৈশক খংনিংবা;
কোইয়েং কোইয়েং তন্নবেং হুম-মাহুনা কোইথি থি।
অহু যৌনা থিরুবা লৈরাং ফংবা লৈথিদ্রে;
চিংন পরৈ বাখলনা. লম্মুক্রুজে লকান্নুং;
বীধী কনাই থুৎশেম্নো? খোয়য়ুম কনাই নোংদম্নো?
লোযবী চিংজাও কান্নবে লৈরাং লৈশাৎ তম্লমদ্রে
শোংবা নারক যেংলুবে লৈরাং লোৎপ্রা হাযহুনা;
লৈবাং কৈদ লোৎলিবা? শিঙেল কৈদ শাৎলিবা?
খংনিংবদে খোইমুনা, লাংতক্লখি থম্মোইমুং।
মালং মাই মতাৎলা খোইমু নাপ চিরোল্লবা;
মাদোম থম্মোই লকান্নুং ফংনিংবদে খোযশাওজে।
ফংনিং বাখল লমজিংবা খোইমু পূক্লিং হন্দ্রিনে
লৈরাং শক্তম ঈখৌলাং, থকচনিংই লৈহিদো॥
লোয়বী চীংজাও অৱাংব লৈরাং লৈশাৎ তমখিদে
শোংবা উমং কয়াদ শিঙেল লৈচা তাখিদে
মিপাই চাউবী থম্বালনা লুর লাইজ ঈপাকী
ঈযাই থক্ত শাত্তুনা খোইমু মিৎযেং তথকহন
মুংশি বাথোক চাউগনবী লৈরাং লৈগুম লৈশাত্তে॥
লৈরাং ওইবী মগুংলাং খোইমু বাথোক ওইহনগে
শিঙেল কেতু মথাকথক পাথং বাথোক ওইহনগে
খনাপথনা পাইমহুং লৈরাং লৈগী থম্মোইহুং
কল্লক মাং' উত্তুনা লৈরাং লেম্নগে মতাগুম
লমদম লমদি লমহুংশি থম্মোই হুবী লমহুংশি;

লৈয়োক ফবী লৈকোলমুংদ চায় মক্ক ছনখ্রে।
"লৈরাং কেতু মহাক্তী 'সুম্না খম্না শাৎ-িবোই
মীৎকম হোংবা য়াহল্লোই, অউবদি খুদিংনা॥
লৈশক হেনবাম্ন ঐনি লৈনম চাউবীমু ঐনি
তাইবং সমাজ লৰ্মিদ অথোয নাপল কাড়না
লেন্নগে হায়বৈ মতাঙুম শিঙেল লৈচা তাথ্রে।"
নিংথেম ঈকোল নাক্কুদ নিংখেম থুৎনা তোয়ৰ্বা
ফজ শক্তম উত্তুনা নিংথি কুচু ৈতেংনা;
অপাম মুংশি থায়ীনা শৈশক হনগে মতাঙুম
শিঙেল লক্ক শাৎচথি খোয়নৌ লক্ক তিঞ্জখি॥
শিঙেল লক্কে অথোয়বী লৈচা তাবী কেতুকী
নাইতোম চিক্ক শাৎপীনি পংন উদ শিঙেলনি;
নোঙাল্লমদাই শক্তিকুম তাংন ফংজ মমোমনি॥
মোয়ু নংগী লাইবক্তী নোংদম থিনা নোংদম্বোই
পলেম নৌনা কাইনবৈ থাইন মৈশা লাংবনা;
অঙাং নাউবা ওইরিঙৈ কপ্পতনা শিম্বায়ক
নিঙোল খজাই চাইরাং'নি পিগী\তৱং কংথিদে;
খুদাং পিকম কংদনা, পিরোইননা, লৈশাৎ লক
অৱাবগী শৈশক্তা শৈদমকথি নিঙোলদো।
কনা পোক্তে তাইবংদ! মতম মাবু থিংনবা
মতম ঈচেল অকনবা, থংন থংন মহোথি॥
নোংদোল থক্তী থাজনা মপুং মরৈ ফারকুন
পেনবা মাইদে ফজ শক মেংবগীদি মিৎসিনা;
কৈরাং লৈচা তাতুনা শিঙেল মপুং ফারকপ,

ঙৌদ ঙৌবী লাইবক্ত লাইবক ফবী মিঙোলগী
চোযক্তাযনবা শম্লাংন, মালং লিরি হুৎনা;
মকালায়া হায়রকান খোইমু কনা খোযন্নাংলোই ?
পীক্তম তাবু যেংলগা লিক্লং মাগী মওংনি
নিঙোল থম্মোই লকাম্নুং, অপাম জিরি তম হাপ
মুংশি তেনগা খোংজুনা কাপথোম্নকপা তেঙ্গেনা
পাথং থম্মোই ফিরাক থাই পান্দনিঙাই লৈযগে;
পাল্লবদা থম্মোইদো খোযম্নাংদবা ঙযগে
খোয়ম্নাংদবা থম্মোইনা থিয়ক্তনি নিঙোলবু।
মিংন্না তাবু য়েংলগা অপোম্বদি থম্বালগুম
অপাম মুংশি ম্রিংয়েংনা থল্লি কল্লক তাইবং মাং
মাইথোং থম্বাল মানবীদো কইগী নিংথিজবনো ?
লৈবাং লৈচু নিংথিবী শক্তিবুগী গুলাবনি।
নিঙোল থাদ ওংবী-হৈ উন্দবী মাই খোয়ম্নাংহৈ
মকালায়া শাৎচরি থাওজবা চৈয়েন্নুং,
অউ পাথং থুদিংনা তাকশি শোল্ল তিল্লাং য়োৎ
কল্লক নিঙাই তাউজিংনি, মিতানিঙাই হৈয়াংনি।
থম্বৌ হেন্না মাঞ্জবী পাম্বোম তাঁবু মিতীন
খোৎ-খোৎ লাওবী পাম্বোমদা পুম্মুম তাবী নিঙোলগী
থুদাং থুজেং পাজোয়ন, লেম্মনিংই পাথংনা।
কৈগন মাই কৈওংনা লকু লেত্রাগুম নিংথিজৈ।
উচি খোযগী থ্বাংওংনি শাবান্দুগী থ্বাংদাদো;
নিঙোল থুনিং চোৎ-চোৎ লাও, ঙাতেন মচিন্দ মওংনি।
ঙাংলৈনবি জুবাকুত্তম' চয়ে মাই থ্বাংদ খোং

মিৎশম খুদিং মিৎথৎন পেনবা নাইদে মিৎসিনা।
উনা লক্ত লোৎলুবা অমুনবদি হৈনৌশুম
তয়াল মানবী খজাই'নি কয়া নিংথিজথ্রবা?
ঙকশম শাইনোন লক্তগী মাপ লৈতেং ওইরিবী
কুন্দো নাইন 'নিঙ্গুনা হাইরি মতৌ অথুদি;
য়াকচিং থাগী অয়ুক্ত থম্লাথকী লিক্লাদা
কোয়ৌ মাগী মশেক্লা হাকথেংননা যৈবকান
অয়াংবা নাইন 'নিঙ্গুনা মুব লৈচিল লক্তে;
নোংথাং চাম' কুপ্লগুম থোযনা হেন্না থকহল্লি।
মুজাই মুব শল্লাং' উচান মনাগুম নিংথিবী
লেংপাক লান্না তাথ্রগা নিংঙ্গু যৈবা শল্লাংদো
শম্মৈ শমকোক মান্নবী, থামম অহিং মতৌনি॥
পাতক তৌবী চিনখান্না, কাঙ্গাং তৌনা নোকপদি
পাখং কনাই থম্মোইনা কয়ন্নদি শুংশিয়োই॥
থম্মোই মৈচাক কিঙ্গুনা হায়দোক্লুনি নোংমদি
শুংশি য়াহয চিয়োলন মুঙ্গা ওইবী মাগী-কা॥
পিশক পিক্লিতৈঙলগী নিঙোল ওইবী মহাক্কী
নৌনা পলেম কাইনবৈ অবাং মৈশা থংলকই;
লৈয়াং লৈকা লৈয়োমুং চেক্লা থোংনেৎনক্কান
থাংঙমদনা থাংবগুম অথাং কনথা হৈথ্রকই।
পছৌ ওইবা মহাক্কা শিঙ্গা শিলুং চংথ্রিতৈঙে
অবা কোঙ্গাই ইমুংগী লৈভ লাইয় পুখদো
পুহৌটদো মিঙোলনা অবা কোর্ঙাই মাইয়োকমা॥
কালেন কল্ল মৈশাদ থাংঙমত্রবা হৈপালনা

কৃমগী নোংছৌ লাকপদা হয়াও মীনোক তম্বগুম
'বাবা কোদাই মুজাগী লোয়খিত্নুনা হৃজিক্তৌ
মুণ্ডাই মতম লাক্লনি। শিঙেল চাদি কেতুকী
ময়া কক্ল পামেলগুম নোংম নোংমই থুইথয়ক
পলেম মাবু কায়নবৈ অবা পোৎলুম কোক্ত থোং
পোক্তবীনা নাওয়োকপৈ অনৌ' মৈচাক তম্ন হাপ
অচাকপদা ঘৌ+হৈ'গুম মৈরি ফনা চাকথৎলে;
মৈশা তম্ন লাংবদা থুইথয়কপা লৈরাংগুম
থাজ থানিল মাইথোংদো. অরাবনা কাহৎখ্রে॥
পলেম পম্বৌ 'নি-গুনা গুনা, নাওয়োক নাওকোদ্রবী 'চা;
শক্ত য়েংই ঘাত্তবী কুচু য়েংই তাদবী
যেংউ যেংউ. খুদিংদ রাৎপা লৈত চম্লুদো;
থোয়য়ুম্ক তম্বা ওম্বরা থাজ থানিল থাবলদা
অমক মাইথোং কাবদি মহোশাগী লোনচৎলা?..
থোয়য়ুম কনাই নোংদম্নো থিন মকস্থ তমথ্রবোই
হৌখ্র পুন্সি নিংশিংলু হয়াওলিক্তাই লৈজদে।
হম্না য়েংবা উদরে নিঙোল ওইবী মলাকী
কয়া তোম্না লৈখ্রবা কয়া হানা থাংখ্রবা?
মুংথাইতবা পূম্বস্থ, ভাইনজৈনে পম্বোদা।
লম্বী অনাল চৈগুগুম থাশি অহিং নোংথাংগুম
পম্বৌ মাগী পীবুকম্বুং লুনা থমজৈ মযোমবু—
কনা লৈতে মতাগুম পম্বৌ মহাক নত্তনা
লুনা চান্না থমজবা পম্বৌ মযোম কেতুনি॥

---

# অনিশুবা তাংকক

পানথৎলকপা মেয়াগী একাদশী থাবন্দো
নুংথিল চুপ্প লোৎলুতুং কোয়ৌ মানা তারমদাই
শংবানবা 'তিম্বা থক মেংল মঙান পুত্না
থাজ মানা থোরকপা তাইবং পুম্বা হয়াওনা
মাইথোং মকা লাম্নরে। অহিং লৈরাং খিবিক্লা
হয়াও মীনোক তমজৈদো থাজ থানিল উবকান।
ঈযাই হেম্মা ঙাঞ্জবী অঙাং অশং থরোনা
মথঙলেন থাজ উবদা নুংশি ইরাং হোখ্রে॥
লৈরাং লৈনম লৈনুংশি পুক্লিং হুবী থাবল্লে
শাৎলি পংথৈ অমদা—ঐ মঙাইরে মতাগুম।
শুমাং থেল্লোং ঙাম্নৈরৈ শিঙেল চাদি শিঙ্গারৈ
ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা লৈরাং লৈমাই' তন্ন কেন
পুন্সি লোযনি মতাগুম নোক্ল লেল্লি তাইবং মাং।
নোংজু থাগী নোংজুম্নু হোখ্রবনি মতমসে;
নিংথম অইং চংদ্রিঙৈ কোয়ৌ মৈশা হনবকান
তাইবং পুম্ন হয়াওজৈ অসিগুম্বা মতমসে।
কোলোয সনা মিংলেনবী সনা লৈচু মানবা লৈ;
লৈরাং চিলহাও থিদবী পোইরৈ থুংন শাৎনরৈ
শুমাং কাদ হোরগা লৈরাং থেল্লোং ঙাম্নৈরৈ;
লাইশং নাক্নী সনারৈ মেরা থাগী সনারৈ
পোম্ব থোনবা কন্না হয়ি মিংলেন ঙাইজয়ি॥
থাজ মপুং ফারকপা একাদশী অহিংসে

শাবী শানৌ করাগী সুঙাইরবা মতমনি॥
হয়েং ইমুং ভৈরগা মীয়াম পুম্ব ঙাংননি
হরি মানা লেংখৎপা—"হরিউখান সুমিৎনি।"
তাইবং পুম্বা শোল্লমি হরি কোলোয় মিংলেনসু
অমা পুম্বা কোল্লনি মিংলেন অবু শোল্লগা;
অয়াম খোরাং কোল্লনি, হরি মাখু কংবদা
"সুঙাইরিঙৈ মতমদা হরি মাবু কাউথোকই
অমা অনং তারগা নিংশিংলকই হরিনাম।"
শাবী শানৌ করাসু সুঙাই ঈপাক তাওরনি॥
কেতুকীগী মরানয়াই—'চৎমিন্নসি' হায়নবা
নিঙোল কাংবু অহুনা য়ৌখিরেদো সুজা নাক॥
তথোং তনৌ খুত্তুনা মোইথাপ চৈবু পাইহুনা
মাঙ্গোল মচি অহুদা মমাই নোংপোক ওন্দুনা
লৈমু হায়বা ককাংগী তনাল তবাল মাঙোল সুং
য়াশি হাপ্প গুমথরে, নিঙোল মানা লৈখদো।
যৌনা ঙানবা ঙমদবা উচান মৈরা থান্দুনা
নিঙোল ওইবী কেতু, শিহা শুহুনা লৈরিঙৈ
মেরা থাগী থাবলনা শাইজিন্দবু লোনশিল্লক
সুজা মাইথোং' য়ৈবকান মকালায়া শাৎচবী
থম্বাল কৌবী লৈরাংগুম মাইগোং মকালামথরে।
নিঙোল থরাই থোঙ্গান্দ নিঙোল কাংলুপ অহুনা
লাকপৈ খোঞ্জেল খোম্বাংদো তারে শিঙেল নাপদ;
করি হায়নি থনবদা নিঙোল মীপাই চাউবীদো
ম্বয় মপী ফুইন হোন থম্মোই তানক তনিক্লে॥

লংলা লংজিল তত্তুমা লংজিল থিগে তৌরিউ
খোয়নৌ মতা শিংথ্রনা কেতু নাক্ক থুংখরে।
খোয়নৌ ময়াম লক্তে লূনা হেন্না ভিমজবী
কোলোয় মাগী চিত্রা, থংই পোক্কবী লিচত্তো;
পলেম কিনা চৎচবী খোয়নৌ মাদি কেতুনি॥
ময়াম 'সুম্না ঙাংমউ লংজিল থিবা ফংখরে;
নিঙোল মানা উক্কান ময়াম তৌরি পূম্বদো
নিংবগা তৌবগা মায়রে—ঘাই লাওই !! কেতু।
হংদ য়াদ মতাগুম হংখরেনে খোয়নৌ কা—
"কই থবক্কী লাকপনো নিঙোল ঐগী শক্বাইহ্নং
লাকথোক্কনা লাকপবু করি ইপাউ চিঙ্গোইনি;
তৌরাং ফক্ক ফমহুনা বাঙলেন ঙাইহাক পোথাখো।"
"ইতাই খোনকম অহনা ফমজ্রবস্থ পেল্লেনে
হায়নথিবা তুংইন্না ঐখোয় ময়াম লাকপনি।"
"ঐদি লাইবক ফবনি কইগী চৎনিংলোয়দগে
'হুমদি ওইরবদা কয়া হায়নি পলেমদা;
পলেম মিৎয়েং অথাবা নিঙোল ঐনা কয়া
নত্তে! নত্তে!! ঐহাক্তী, হায়জকস্থ ঙমজরোই।"
"ইতাই উনবী পূক্লিংদো ফম্বনো থংজরে;
শিন্থা লেপনি মতাগুম চৎনিংদবা ওইরিনি।
শিন্থা কয়া য়াম্বনো ঐখোয় পুন্না ওদোকসি;
য়াওহন্নীংবৈ হায়বনি চৎমিন্নসি কদোগে?"
"শেয়ামবা বাথলনি খোয়খা লিনথা থাবিন্থ
পোক্কবীগী চক্রিসে নৈমিন্নয় থংগনি।"

'সুম্না চিন্দা পাউদনঙৈ য়ৌবু য়ৌশিল্লক্লে;
ইশৌ লাংগনবী পলেম থয়াই থোক্কান্দ চপ লেপ
য়াক্ল থোঙ্গেল থোল্লৈনা কেতু মাবু কৌরকই।
কেতুকীনা থুমজথি পোক্কবীবু তম্ন য়েং
"কই তাকপিগদবনো? নমোম ওইবী ঐঙাকপু।"
থরাট থোঙ্গাল 'তুদগী পোক্কবীদি লৈরিক্লা
যাঙ্গোই মাগী মতৌতম থোংকাপ য়াংন চেনশিল্লক
কেতু মাগী মতারোট উরুবদা ঙকচান
ঙাইহাক লৈর তুংতুদ ৱায়ক ৱাতেম লক্লেদো—
"অসুক থেংল ফাওবদা করি সুম্না লৈথোক্লি
শিন্থা শুগে হাযদ্রগা লৈরিবোইএ ৱারেম ঙাং
ওনশিন ওনশিন ৱারী শা মৌ নহাই মতৌগুম্মী।"
মতারোই লক্কে 'মনা পোক্কবী' থোযদৌ শিকপা;
মপাউ অতু তাবদা থুমজথি পোক্কবী য়েং—
"কই কাম্ন ঙাংজ শায়'বা ৱাদি ইথং থংদনা
'তুক থিনা হায়রিবা, হাযনু! তানিংদে!! 'তুম্ন থক।"
"চিনফেন ফবৌ ইবেম্মা, চনু নিঙোল মান্দেদ
ছজিক কাল লৈশাবী মায়য়োক্লব ঙমজ' পোত্তে।
ৱারেম ঙাংব নত্রদি ইনুং মতম চংল ফাও
করি তৌগে হায়বগী 'সুক থেংনা লৈরম্লীবা?"
থুম্মকই অমমা মুক—"য়ৌরকপদা ঙাইজরি;
পলেম নংগী পীবুকনুং কইগী 'তুক থোরশাওবীবা?
থোরশাওনবীনু পলেম! চিঙ্গোই ইপাউ তাবিথো—
থোয়নৌ মাগী মকাতম লাকচবনি সুম্না থন

হয়েং হয়িউখামগী, লৈগী দোলায় শানবা;
লৈচল থিবা চৎপদা খোংলোয় ওইসি হায়গে খন
লাকচবনি খোয়নৌ নাক 'তুইদমক য়ারোবীমু।"
"শাওরমুনে ইমোমখোয়, চৎহল্লরোই ঙসিদি
নখোয় ঙাক্ত চৎলুরো, ঙসি কৌবা নোংসিদি
য়াওহল্লমু কেতুনে চৎলো চৎলো থেংগ্নি।"
সুম্না হায়রগা লৈরিক্কী চংগ্রেনে ইমুংদা
ঙাংনহোই "মুংশিদে। হুমুক খাই য়েংবদা শক।"
ঐনা ঙসাই হায়হনি ইতাশিংনা লাকপদা
মমোম চৎনিং কয়াসু থিংই পলেম ওইবীনা
পোক্তবীনা নাউকোনবা য়ানা লৈগ্রে খোয়নৌশা।
লৈথিবা য়াওদে হায়ন, খন্দুনবে য়ারোমু।
পোক্তবীদি পল্লেম্না য়াত্রবদা কয়ম্না
ঐগী খোংসে থাংহুনা চৎপা ঙম্মী কয়ম্না?
ইমুং অসে লৈশিল্লক্লে হনগ্রোনে ঙসিদি;
হয়েং শোইদ' য়াওজগে চিজোইনজৈ খোয়নৌ কা।
কেতু খোয়নৌ মতাশিং মুঙাইতব মুংদ ক্রুম
খোংশাল্লক্লে ময়ামদো লৈয়াং লৈচল থিনবা।
থাজ থাবল মঙালদা চমু-শাখং পুম চং
লৈচল থিনি হায়হুনা ময়ামহুনা চৎপদি
মেয়াই থাবল মঙালদা ককচেং শজু চৎকুম্মী।
খয় 'মনা হায়রকই—"লৈ হৌদে অদোমদদি
সোমদ ক্লায়া হৌবনি।" 'মনা অমা হায়নরক
অসুম অমুম লাকপনা খংহৌদেদো য়োরকপা

শিঙেল লৈরাং খিবিরা থল্ল মকম অমথক
লৈনম্নগা মুংশিবা, থাবলনগা ফবনে
থোয়রাংদনিঙাই কনা লৈ, থাবল ফবা অহিং।
থাজ মাবু পামবদে নোংইন 'চানা ইল্লঙুম
খোবদাবা চন্থ য়াওবদা পামজরুবা পাখং'
মুরা শিংগী তুংথুদ ইম্নরকই পাখংশিং।
থরো থাবল অনিমক য়েংনরগা হরাওগুম
নূরা পাখং মিৎচান হরাওনখি থম্মোইরুং॥
শাবী-শানৌ হায়সিদি লৈরাং খোইমু পাংখক্লি;
'মনা 'মবু উরগা মুম্না 'নিমক হরাওজে॥
চন্থ-পাখং পুম্ন চং অহিং অথেং মতমদা
ছুমিম্নরে লৈরাং লৈ, লোকমায় থম্না হেকথরে।
মথুল মথেল শুন-গু লৈরাং লৈচল শুন্ন-গু
লোকমায় থম্ন তম্ন চাইথাই, লৈ-লেংবা হৌরক্লে;
নূরা পাখং চংতুনা হয়েং হরি উথানগী।
তুমদে হায়বৈ বারুদে চাদে হায়বৈ লাম্নদে
হরি মাগী কোলোয়দো শোম্নরদা মীয়াম্না
বাচেৎনা শাবা দোলায়দো লৈগী দোলাম ওইগ্রে।
চন্থ-পাখং পুম্ন-চং লৈ পরেংদি থেৎচিল্লে;
লৈগী দোলায় শাবক্লা মথৌ কম্ন চিম্নরে।
তাঞ্জন 'মুক চিল্লিঙৈ হংলিংগ্রব বাম্নচালি
পাখং 'মনা চিয়োলন হংলি নিঙোল মকা তম
"শানৌ ওইবী নহাক্তী হরি উথাম য়াওরোইদ্রা?"
হরাওরমাল্লে নিঙোলদো 'মুম তৌনা খুম্নকই—

"কই য়াওদনি হায়বগে ঐখোয়বুদি য়াওজনি;
থৌ চিনবা পাংখংনিনা, য়াওবীরোইদ্র ওইব্বিনি।"
"নিঙোল নংনা যাওরদি কই য়াওদনি হায়বগে।"
সুম্না অৱাই 'খুম তৌ লৈনৱিয়ে নূরা-পাম্পং।
খর 'মনা নোক্‌ৱি খর 'মনা শাওনৱি
মুংশি ৱারী শাবদা, হয়াও মথোয় কান্‌ৱি।
মুঙাইখ্রবা পুন্সিনি শাবী-শামৌ পুন্সিসে॥
'সুম্না অহিং অতুমা লেপ্ল তুংদ ময়ামদো
ইমুং তম চংলক কান হায়নৈ মীপুম খুদিংনা
হরি মিংলেন শোয়বা হরিউথান মুমংনি॥
কাংশি খোঞ্জেল মুংশিবা নিল্লে মাইকৈ খুদিংদ
শেম্মুং খোঞ্জেল মখোলসু তারে মাইকৈ খুদিংদ
মরক মরক য়াওরকই মোইবুং মুংশি খোঞ্জেল খোন
হরি কোলোয় মুংশিবা শক শোন্দুনা পুথোরক
হরি নাম্বু য়েন্দুনা সোরোক লমশাং থুংখরে।
নিঙোল ওইবী কেতুকী পংন উদ শকক্ষমনি
ঙোদ ঙোবী হকচাংদ মথোং কারক' শিংত্রুপী
'ঙাংবা ফিজোল তম লৈভেং কুচু 'ড় নোথোকই;
কয়া নিংথিজরবা, য়েংবৈ পেনবা নাইদয়ে।
নূরা লৈবা মাইকৈ তম মিৎয়েং তাক্কম ওইনয়ে
লাইরেল মতুং ঙাইনগুম নিঙোল মতুং পাথংনি।
খর 'মনা ঙাইনৈদো, শানৌ মানা য়েংলকপা;
য়েংত্রবদা নিঙোলনা—খৱাই চাকপা য়াওনৱি।
খরায় মুংদ হাপ্লিবা লৈচন গুর লৈয়াং জাৎ

থুবাম থুবাম লৌতুনা হুয়া-পাখং থানয়ি॥
ইকাই খংদ ভাক্তনি; পলেম য়াওই নাচুংদে
পম্থৌ য়াউই ইকাইদে, কদৌক্লনি ইকাইবা;
ইকাই খংদ হিদাকী, লাইয়েংনবা লৈতে থক।
নোংদম মাগী নোংদমখোল কনা তম্বা ভমবরা?
শরৎ-কেতু অনিমক সুংশি মিৎয়েং মিৎচান
অপাম সুংশি শৈদম শৈহৌনখি সুংশিবা।
পাখং থম্মোই খংদ্রিভৈ কৎচগেদি খঞ্জখি
নিভোল ওইবী থম্মোইনুং খঙলেন মাগী সুংশি-কা।
পাখং মাসু 'নুমঙাই লৈয়াং লৈওং খংদ্রিভৈ
থম্মোই মশক খংদ্রিভৈ পাউদমলগে খঞ্জখি;
নিভোল সুংশি মকা তম ককভাওনবা থম্মোইনা
পাউদমজবা করিনুং, ফংলগবা থম্মোইনুং।
হোৎনজমন ফংদনা নহাল মথৈ য়াক্লবা
শিভেল ওইবী মহাকথং, লৈয়াং লৈনম ফংবদা
খোইমু থম্মোই লকানুং, লৈয়াং লৈকা হায়দোকপা
উক্লবদা হয়াওজে, তনিকলম্বা থম্মোইনা।

---

# অহুমশুবা তাংকক

লৈরাং ওইবী হৌনশা হরাও মীনোক তমত্নুনা
নিংথিজবা লৈকোলদা মকা লাম্না শাৎকাইরে।
পন্থো ওইবগী মথৌদাং য়ুম-ঙৈখোল কয়া শেম
হুরা মাই চাইগোইহুং, নিংথিজনা ফজহল্লি।
লাইজ নিক-নিক থল্লবা নিংথিজবা ঙৈকোল হুং
থরো-থম্বাল-থারিকথা লাইজ লৈতেং ওইনরি॥
পুথিত্রুগী লাইজ হুং লৈরাং থম্বাল মহাকথক
হুংশি রাখোক ওইনরি, য়েংউ! তাউনে! রারীসে—
ঙৈরোল হুংদ পোম্লিঙৈ চরাং সজ ওইরুবা
লাইজ ঙৈপাল লাংত্নুনা খেঞ্জোং থক্ত শাৎথ্রগা
খোইমু-লৈরাং থম্মোই'নি হুংশি থম্মোই শিন্নখ্রে।
লৈরাং থম্বাল লৈহিদি চরাংগীনি থল্লবা
লৈরাং পুকচেল হোংথিঙৈ চরাং থম্মোই কাইহোই;
খঞ্জে চরাং থম্মোইহুং, হুংশিরুবা করিহুং।
প্রকৃতি থুংশেম কয়া, কাইনবস্থ ময়াওই;
তুংদ লাক্কদবনু, কনা তম্বা ওম্বরা?
থারিক থাগী জাত্তুনা শাৎচনিংবা ঙৈয়াই থক
শাৎচবদি ওমজদ কাইখিবনা থম্মোই'দু
শাৎলি পুথি চিদাইদ, লৈরাং লক্ত তিন্দনা
হুপ্লৌ মরক' শাত্তুনা খোইমুই লৈরাং' চিন্তা ওই;
অবা মাইথোং লাংশিন্ন থারিক থম্মোই কাইহোই।
লিক্লাই লাইজ মরক্ত লৈরাং খিবিক লৈতেংনা;

কজহল্লি পুখ্রিদো, মগুন হাপ্লি চাইগোই ঙুং॥
লাইজ পুখ্রি ঈকোলনাক শাৎলি লৈরাং খিবিকস্নু
কুম্বী কালেন নাইদ্রবা জাতি-জুতি কুন্দোনা
'শংবা মনাই মরক্ত ঙৌনা-ঙৌনা শাৎপনা
কজহনখি মফম'ত্ত লমবু ঙাল্লি হায়নরি॥
তাংলি উদ নপ্তুনা তাংজবীদি লৈগী জাৎ
লৈরাং কুচু নিংথিবী, শাৎলি খোঙ্গুল মেল্লেনা;
উশা'তাংবী ষেরুম্লে, শাৎলি নাকন অমদা
পাথৎচবী ক্বাক্লে জাৎ, কেনখিগদ্রা মিপাইজ;
যৌদ্রিঙৈদ কাক যাত্রা, থম্মোই তনিক থাংজরি।
তাংজবিদি লৈগী জাৎ শাৎলি পংথৈ অমদা॥
পুখ্রিদুগী অকোযবা মথা থংবা মাইকৈদ
লৈরাং শিংগী জাত্তুনা পরেং পরেং হৌরিদো
'থোনবা থোঙ্গবা সনারৈ মচু কয়া কয়াই;
লৈরাং চিলহাও থিদবী লম ঙানবী সনারৈনা
পরেং নাইনা শাৎলিদো পুখ্রিদুগী নাকন্দা;
খোইমু মাবু কিবনা তিংথং লক্ত শাৎচবী
থোইন হেঞ্জ নৌজবী ঙাঁঙানবী গুলাব লৈ
লৈরাং মানা শাৎপা লমদম অহুম নিংথিজে॥
হাওরৈ অথোনবৈ জাত্তুনা হৌরি নাকন 'মদা;
খুচিংগীদি জাত্তুনা নেমতক নেমতক হৌবদো
হাওরৈ অথোল মরক্ত কয়া নিংথিজরিবা।
পুখ্রি ময়া নপ্তুনা হৌরি তথেল্লেগী জাৎ
নাচোম লক্ত য়াওরগা নাচোম মগুন ঙাল্লৈ॥

লৈহাউ, নাগেশ্বর, উথম্বাল, চিনি চম্পা শাৎলি;
শিঙেল লৈগী জাত্তুনা পুখ্রি মপাল কবোক্লে॥
লৈহাউ লৈহি পামজবা লাংনুবীগী জাত্তুনা;
লৈহি চুপকে চংলুবা চংজফমদি পিরক্তে
নিংবা কাইবৈ মতৌ উৎ লৈয়াং লক্তে তাম্বোকখি॥
মথল মথেল কষাগী মচু মথল কয়ানা
লৈতেং কষা ওইরিদো পুখ্রিগী নাকল্দা
মেংবৈ পেনবা নাইদেদো, মিৎকম হোংবা য়াখিদে;
লমদম মচেৎ অতুম পূক্লিং হূন মশক্লি॥
লৈরাং শিংনা শাৎপদো কনাই মশুং লাংগীনো?
খোইমু মাবু নত্তরা? লৈরাং শিংনা ঙাইজবা
য়াতাফম্মু ওইরেদো 'মুব খোইমু কয়াগী।
পুখ্রিগী অরাংদা হৈগী হৈকোল লৈরিদো
থৈবোং হৈনৌ পাম্বীনা নেমতক নেমতক হৌরিদো;
সোলোম নবাব পাম্বীসু, পংথৈ নাইনা নেমতক হৌ
ইংথম হৈনা কয়াম কালেন তাউজিং হৈরাংসু
অরাৎপদি লৈতনা শাৎলি মচি খুদিংদা;
হৈনম-লৈনম কয়ানা পূক্লিং হূন মশক্লি।
চম্প্রা পামেল থক্তুদ উদ ওংবী মেল্লেদি
নাইতোম তানা ওংবীনি ময়াম মরক তুহ্রগী
নুঙ্গাইরৈদি মেরুম্লে, মথল মথেল শুরেদো।
শমজিরৈদি পেক্রক্লে, অরাৎপদি লৈতেদো
হৈরাং নগা মুনবনে লৈরাং নগা শাৎপনে
বসন্তগী মতমসে থাংজেং খোইমু খোয়রাংনৈ॥

চেক্লাশিংগী শৈশক্কে, খোইমু শিংনা ঙংবদা
পোমশাৎনবী লৈরাংদি, শাৎকাইরকঈ মরোমদোম॥
হৈরাং 'মুনবা চাত্নুনা অরাবদি পোথোক্লা
পোম্বী চেক্লা চিল্লোক্ল চেক্লাশিংনা শৈশকপা
পাম্মু স্তুংশি চিন্দম্ন পামেল উকৈ থক্নুদ;
হরাওজব থম্মোইমুং মকালাম্না নোকচখি॥
পোম্বী চেক্লা করাগী রাতাকম্মু ওইরেদো॥
লৈরাং কোচি থাংবী লৈ চিনিচম্পাই জাত্নুনা
লৈরাং মথোর কাজেদো লৈনম লৈকাই শাৎপদা;
লৈরাং নাপল তৌগনবী শাৎলি নাইতোম তাত্নুনা।
অহিং লৈরাং করা, নোঙাল্লমদাই শাৎপী করা;
থাবল লৈরাং থাবল্লে চবৎনবী শিঙ্গারৈ;
পূক্লিং হুব মশক্লি অরাৎপদি লৈতেদো;
পম্মৌ চাইগোই স্তুংদগু, নিংথিজরে, কজরে।
নিঙোলনগা লৈবনে 'মুক হেম্না নিংথিরে॥
পাখং শিংনা হায়—"শানৌ লৈবনা কজবনি।"
কোরৌত্রই স্তুমিত্তা কেতু উবত্র মঙাইরি
শাবান নিংথিজবনা মতোল পুংবা পামেলগুম
তোঙ্গানৈদো শাবাম্নো, লোক্ত হোবা পামেলগুম
মুজা কিজি হায়রম্বা পামেল মানা হায়রবনি।
মালংবনা যৈবদা পামেল হায়বা মতৌগুম॥
পাখং মিৎয়েং থুদিংগী মিৎলম থৎপী মাইথোংনি।
নূরা সেবা তৌবদা পেঙ্গগনি মতাগুম
অংগল শিংনা উরগা মচা মমৌ ওইন্নিংই।

পাখং শিংনা উয়গা শিঙেল কেতু মহাকপু
তালোয শিংদ চঙনিং, পুম্পি লৈপূন শেমনিংই।
অপাম্বতা শরুক ওই অউ অউ খুদিংনা
য়েংউ য়েংউ মীপুম্না কল্লকপনা শরুক ওই ;
নুবা কোলোয় নিংথিবী কেতু কৌবী শিঙেলদো
শক্ল যেক্ল ওইরক্লে, শানৌ ওইবী কেতুকী॥
লৈকোল হেঞ্জ শাৎলিবী লৈরাং লৈগী জাত্তুনা
লৈহি চুপকে লাক্লিবা খোইমু শিংবু য়েংহুনা
নুবা চাইগোই মুংচুদ মুংশি মিৎয়েং মিতানৈ।
কাউঙমদয়ে পাখংনা চেংলৌ শকফম ফজবী
হুমিত্তুদা উথিবা হরিউখান অহিংদা।
পামজরুবা নুরাই শক পাখং থম্মোইমুংদ য়েক
ইমুং চুপ্প থল্লুরে কেতু মাগী বাখলদা
থম্ন থম্ন হোৌথিবনা নোংঙাল্লে হুক্তিক্তী॥
খোইমু ওইবা শিংহুনা লৈরাং মাবু থিবগুম
পাখং মাস্থ থিরক্লে কেতু লৈফম খংনবা
'সুম খিহুনা লাক্লহু পাখং ওইবা মহাক্তো।
চমু নিঙোল কেতুকী মতারোইদি চিত্রাগা
পম্থৌ মাগী লৈকোলমুং লৈখোং 'নাক্ত পোথারি।
কেতু-চিত্রা খোবনৌ'নি লুনা-চান্না তিম্নবী
অবা কষা খাংমিন্ন মুঙাই কয়া ম্লাওমিন্ন
নূরা শকমান্নবী 'নিমক সুম তোৌনা লৈরিদো॥
কোরৌ মানা চাইরকপা কালেন শায় মুংশালক
পোথানফম ওইনরি কেতু ঈখোল চাইগ্নোইমুং।

নিঙোল থয়াই খোন্দাল তম লাকপনদি পাখংদো
হুজা লৈকম খংখরে থিরক্লিবা পাখংনা।
লাইবক কবা হায়রুনি নিঙোল কজ শক্তম উ
শঙ্গাইনবু ইৎপয়া নিংথিজৈদঃ নিংথিবী।
শম্মে শমকোক মান্নবী লুতুং শম্লাং অহুনা
নিঙোল মানা থাদোকপা নিংত্থ লাম চোম্বনা—
হুন্জাই হিগোক থ্বাংচেৎ থক লেংপাক লাম জ্বাই-জ্বাই তা;
নিঙোল কুচু অহুনা লৈচিন ঙাঁঙ্বা থোকপদা
মুরৈন' নোংদোল থক ধূমকেতুগুম তাংন থোক;
পাখং মিৎয়েং খুদিংগী পীবুক্রুংগী খোয়রাংশক;
মিতানিঙাই চেংলৌনি, নিঙোল লুতুং তাবু য়েং।
খোয়নৌ মাগী মতায়োই চিত্রা কৌবী চন্দ্রদো
থোয়না রাৎপা লৈনদে নুরা চেংলৌ শক'নিদো
থাদোয়কপা শম্লাংনা উচান মনা' ইকাইজৈ;
নুরা কুচু নিংথিবী তঙাং গুলাব লৈচুনি
নুরা 'নিমক পোখারি উগী উখা উরুমদা॥
হুমিদাংবাই' মতমদা কোয়ৌ 'শেক য়ৈবকান
লৈহাউ লৈয়েন কুচুনি নুরা মাইথোং অনিদো
হুন্নকপা মালং ঈচিক থেম, পোখারিনে 'ন্দিদো;
মাইথোং মকা লাম্ন-লাম লৈরাং থম্বাল মতোগুম।
করম হায়না হায়রুনা য়াবা চিজোইনসিগে?
খঞ্জরুবা পাইমহুং থম্মোই তনিক তম্নলাং
হুংশি 'কাদা পাউদম্বা ঙমজখিদে পাখংদো॥
কইগুম হায়দ মতাং থোক হুনাংহৌনি মথম্মোই

থঙ্গরুবনা থম্মোইন্নুং হায়দোরক্লে 'মুম্না—
পাখং মানা কৌইদো লৈরাং হেক্তে হায়ত্নুনা
নূরা মানা য়েংলকপা নিংথিজৈদঃ ফজ শক
মালিকাগুম মকালাম উরুবদা মুজা শক
ইকাই থিবা পাখং ওই, মথা তাবা ঙমখিদে।
নূরা পাখং মিৎচান মিৎয়েং খুদিং ইকাইন
করি বাবু হায়নবা মুংশি থম্মোই খুদিংদ;
'মুক্ত উদ্রি মিৎয়েংনি য়েংলকপদি মুজানা
খোইমু লৈরাং পাংথকুম নূরা-পাখং মিৎচানৈ।
খোয-খোয় মিৎয়েং মিৎচান, ঙাইহাক তুমিন য়েংল তুং
'চিকপবু থুগাইত্নুনা মুজা ওইবী মহাক্না
কাংগাং তৌবা চিনবান্দই—'হেকপিসিদি' হায়রকপা
তম্না নায়ৈ খোনগুম্মী নূরাই খোল্লৈ খোনফমদো
শিঙেল মপাউ ঙাইজবা য়ারে হায়বৈ মতাগুম;
পাখং ওইবা মহাক্না লৈরাং অমা তম থং
মিৎচি ফল্লপ নিঙোল থম লৈরাং মাংওইননা পাই;
তাঞ্জা ফংলে মতাগুম, থম্মোইন্নুংগী মুংশি বা
চিরোল হৌগে মতাগুম বাঙাং অমা তৌরকই—
"শিঙেল লৈরাং ওইবীসে কযাদ হেকপা বারিবা
লৈরাং লৈবু হেক্লগা মাংহনবম্মু পাম্মুইদো
লৈরাং লৈচন খংদনা লৈচিল্লোইদ্রা খনবদা;
মিপাইজেনে থম্মোইন্নুং থম্মবম্মু ঙমদেদো।
লৈহি পাম্বা খোইমুগী থায়াত্তগী তম মুন
শানৌ নাপ ঙাম্নৈ লৈরাং নংবু খুৎন হেক;

শানৌ শমজী শপ্লক্ত: থেৎচেগেদি থঞ্জবা;
থেৎচবদি ঙমজদে নিঙোল পূক্লিং থংঙুদ।
কদোবগে য়াবিয়ু! হায়জবসে ঐহাক্লা;
নুংশি থুদম ওইযুবা লৈরাং 'সিবু নাপ চিন।"
লৈরাং ওইবী নখোয়সে ওম্থোক্লম্ চাউথোকই।
অরাপ্পদা থিন্দুনা—খোইমু ওইবা হৌনশা
লৈরাং পূক্লিং থংদনা শিঙেল লৈওং যেংদনা
পাইগে থল্ল পাইঙমদ, পাইশিল্লসি নুংবংন
কাচদোং পিনি চংঙুবা পিদে খোইমু চংজফম।
য়ানিংদবা লৈরাং ওই খোইমু কনা যেংবিদে
খোইমু কাইদোং ফংদ্রিবঁগে লৈরাং উমশিনবনা হান
'সুম্না কযা হাযত্নুনা মুঙাইতবা ফোংদোকচে।
নিঙোল ওইবী মাম্থ তাই, প্রমান পাম্থে বাহয়দো
খুম্মোই হায়না থল্লুবা খুমদবদি য়াথিদে।
হৈত শিংদ নিঙোলদি ওইরমদয়ে কেতুকী
নিংথি খোঞ্জেল লোযননা পাথং লোমদা তল্ল যেং;
"করি হায়না হায়সিগে কম হাযনা ফোংদোকসিগে;
অযুক লৈরাং ওইবনা শাত্তে 'মম্বদা করিমুং
থুৎশেম খোংলোর তুংইনবী লৈরাং ওইবী মতৌনি।
শাৎচৈ মকা কন্দুনা খোইমু মানা লৈরিবঁগে
খোইমু মাবু ঙাইত্নুনা লৈরম্বা লৈরাং লৈহাউ'
হেক্ত থনম নাথৈনা চৎথি উশিন্নদনা
হুন্দাক্লম্ তম মুক তোংলুই থম্বাল লৈরাংদ
ঙাইজক্লবা লৈরাংদো অয়েম্বদা তাজথি।"

নিঙোল ওইবী মহাক্না ’সুম্না ইকাই পিখিদো॥
কোরৌ মঙাল লৈতকান লৈরাং উমশিঞ্জবনি
খোইমু ওইবা হোনশা লৈরাং ইকাই পিবরা ?
পাঙ্গল শোল্লি মতাগুম লৈরাং লৈদা থংজিনবা
পাখং পাপ্পী পুজনি থন্থবিয়ু পীরুক্লুং
থৈন হেনবা য়াৱাবু তারুবদা নিঙোলগী
ওনজখিদে লৈখোকপা, তুমিন্নদি পাখংদো ;
থুমজরকই সুম্ন হায় যেংত্নবু নিঙোলদা—
“লৈরাং লৈশক উাদ্রৈঙে খোইমু শিংগী জাত্তুনা
পাইশিল্লর লৈরাং নাক অরেম্বদা তোক্লদ্রা ?
থল্লুবদা থম্মোইঙ্গুং চংজখিদে নিঙোল নাক॥”
নুংদ ঈশিং চাইবগুম কান্নদন ৱায়াম শু
তাত্নবু তোক্লদ্রা ? খোইমু ওইবা ঐখোযসে।
শিঙেল লৈরাং মুমিৎলৈ খোংসোয়নিদো কোরৌগী
অঙল-’ওল চাবী লিচৎ ওইরমদ্রা চিংনবদে ;
তোংজনিংবা খোইমুস্থু লৈরাং নাক্ত যোঙমদে॥
অওক কোকথোং মওংনি নুরা-পাথং অনিমক
পাথং ৱাদি তাবদা মুজা মানা থুমজখি—
“চেক্লা ওইবা হোনশা মশা পাল্ল মতাগুম
অপাম শিঙেল থিখিনি কোইপাই পাইনা চৎপনা
খোইমু মতাং হৈবদো তাজৈ ইতাই ৱারীদৈ ;
লেংদ লৈজবী শিঙেলনি লৈরাং ওইবী ’খোয়দি
খোইমু মাগী লিচৎকুম লৈরাং পাইবা ঙমজরোই
অরেম্বদা তোক্কনি, খোইমু মানা পাংথ্রগা

কায়ন মৈরি ঙমরাই লৈরাং থম্মোই শেগাক কাই
ঙমজরোই, ঙমজরোই !! থম্মোই মুংশি পাউদমবা।"
থম্মোই শোকপা রাঙাংনি ঙাংথোরকপা রাঙাংদো
পাথং লৈবা য়াদ্রজুনা 'সুমদি থুম্নকই—
তুরেল লাইজ ঈচেল, অরাম থোরাং কোক্লবনি
মশাই ওইজ তান্দে থক, লাইজ ওইবা মহোশা
অরাম থোরাং কোক্লদো ঈথোলাংবা ফনৈদো।
লৈরাং মানা শাৎপবু কনা মশুং লাংগীনো ?
লৈরাং লৈনা শাৎপদি থোইমু মশুং লাংগীনি
সুজা নংনা হিংববু পাথং ওইবা ঐথোয়নি।"
ইনথৎলকপা নহাদি অকি কনা লৈতেদো
মুংশি মিৎয়েং মিৎচান নূরা-পাথং অনিমক
ঙাইহাক তুমিন লৈনরে—"ইকাইবনা করিনো
পাথং মশা মরোমদোম হংজরকই পাইমমুং ?
ইকাইথিবা নহারা 'মুক হম্না চংলক্তুনা
ঐবু ইকাই হল্লমুনে, চৎখ্রো নংত লাপ্ন লাপ
ইকাই মুংশি য়াম্নঙৈ শানৌ মানা চৎপ্রগা
হাযবা ঙমদ তোক্লনি হুমঃ মতুদি য়াদে ঐ।
ইকাই থিবীদি শানৌনি, নত্তে পাথং ঐদি ;
নত্রগনা মুংশি মাং, হায়বা ঙমদ তৌরিরা ?"
হাযহোবনা শোরয়োই হায়হৌদ্রদি মুংনাংনি
থঙ্গরকই পাইমমুং, য়াবিরক্তু করিমুং ;
ইকাইবনা থম্মোই মুং, শিরগদ্রা মীমাং মাং
হায়জবদি ঙমজদ, মুংবংন চপ লেপ

"মিৎয়েং ৱাঙাং কয়াদে নিঙোল পূকচেল থংজয়ে
মতম কুইনা থিয়কপা শিঙেল ওইবী মহাকপু
উবা ফংজে ঙসিদ, উরুবদা শানৌ মা
কথোক্লগে থঞ্জখি মুংশি কাদ থৱাইসে
শোঞ্জরকই মরোমদোম কনা তাদ পীবুক্লুং।"
শিঙেল মাইকৈ তম্নয়েং খোইরুম মোমোন হায়ফেৎ তৌ
শরৎ কৌবা পাথংদো মুংশি কাদ হংজখি—
হংদ য়াদ হংবনি, থংজনিংবদৈ তৌবনি
ৱাঙলেন মিৎকুপ অমত্তা ঙাইবিখোনে শানৌও!
ইকাইবদি ইকাইজৈ, লাইম মকস্থু ইকাইজৈ
কোরৌ লোয়দাম কয়া-হৌ মুজা নংবু য়েংন-য়েং
থাংজহৌই চাক্ল-চাক, উক্লবদা শংক্তম নং
ঙমজহৌদে মুংশি কা, চিরোল্লজবা থম্মোই ৱা
ঙসি কোয়ৌ নোংজাদ উজরুবা মুংশি শক
খেল্লাই লাইৱক ফবনি শকথং মাইথংনবসে।
কল্ল ঈচেল নোংজুই ঈপাল লাংন থিংঙমদ চেল
ঙমজহৌদে থামজবা অঙাও য়াখল থম্মোইগী
থংনিংবদৈ পূকচেলদো হংজৈ মুজা নকা তম—
"হংবিয়ুনে কদৌগে থংবীনিংবা লৈরদি।"
হায়দোরকপা ৱাঙাংনা খোঞ্জেল মাগী তাম্ন মান
নিংথিজবী মুজা শক, কাংগাং তৌবা চিনবান্দে
শুমহৎনবা শক্লোন শক মুংশি লাংবু তম্ন ওই
কুপচখিয়ে থম্মোইনুং অকাউবগী ৱাখলনা
হায়জরগে তাবিয়ো—"নিঙোল কোলোয় নিংথিবী

খংজনিংবা মিংলেন্দো য়াম্না কাইবা ওইরব্রা ?"
"ঐগী লাইবক ফবনি খংবিনিংবা পাথংনা
প্রমান পাম্বে হৈজদে, শাওজবমু ঙমজরোই,
লোথুপ লোকোয় হৈজদে, কোচি-কোরাং থাংজরোই ;
পলেম পম্বো ওইবীনা মিংথোম্নবী—কেতুকী।"
খঙ্গরকই কেতুকী পুন্সি চুপ্প 'সিমগী
'কখোক্লগে থরাইসে থঙলেন নংগী মুংশি-কা।'
তাংজ ফিরুকতুনা ইকাইবনা নিঙোল মা
হায়রম্লগা কোলোয়দো খোংবী লৈদ তকচখি।
মুক্তা কোলোয় অতুদি শক্ক-চান থোল্লিদো ;
লৈনম চাউবী নহাক্নী 'কেতু' হাযবা পকচৈদঃ
শক্ত যেংই রাক্তেদো কুচু যেংই তাদেদো।
"খংবিনিংবা 'পুম্বা, খংলবনিনা হুজিক্তা
হংজনিংই ননাওনা, মুংশি কোলোয় মিংলেন্দো ?"
হায়ত্তরগে তাবিরো পলেম পম্বো ওইবনা ;
কোলোযনবিখি 'শরৎ'। পাখং কোলোয় হায়র তুং
শমথত্নুনা মখা 'মুক হংজরকই নিঙোল কা—
"খংজনিংই তাংদ রা শানৌ নংগী নকাদই ;
থম্মোই মুংগী মুংশি রা। অতুবুনে ঙমজদে ;
কিশি থাংজৈ থম্মোইমুং হায়দোক্লগা করি মুং
য়াবিরমদ মতাং থোক ইকাইজনি পাখং ঐ।
কইগুম্বা হাযরুরগা, শানৌ পুকচেল লেপ্ত থোক
লম্মুক্লজৈ মুক্তা মাং, চিংন পরৈ রাখলনা।"
"চিংন পরৈ থম্বীমু, কিশিবীমু পাইম মুং

হায়দোকপিয়ু কৈদোগে, পাইম মুংগী মুংশি-বা।"
য়াবা নংগী তাম্রিঙৈ মুংশি পূকচেল খংদ্রিঙৈ
লম্মুক্লবা থম্মোই বা, হায়জরগে মুংশি কা—
"নিঙোল ওইবী নহাক্কা পাখং ওইবা ঐহাক্কা
মুংশি বাশক পরৈন থম্মোই অনি তিন্নবা
অবা-মুঙাই কোক্লাইদ শক্লক কয়া য়ামিন্না;
মুংশি ঈপাক ঈয়াইগী ঈচেল ঈরেল হাকথেংন
ঈপাক কয়া লাল্ল তুং য়োমিন্নসি মুংশি লম।
হায়গে হায়না লাকচবা নিঙোল নিংবা কাইরম্রা?"
খঞ্জরুবা ঐহাক্তৌ, হায়দোকচবা ভমজদে।
"ইপাই চাউবী মুক্তাগুম করিগী 'তুক শোম্বীরি?"
কনা থিংবা ভমগনি হায়দোরকপা পাখংনা
হায়নিংবদ নিং-খা তম হায়দোকপিয়ু কৈদোগে!
শুমহৎনবা খোম্বাংনি মুক্তা মাগী মপাউখোল;
কেতু মুংশি খোঞ্জেল তা শরৎপুদি শুমহৎলি।
থম্মোই ইরাং হোত্নবা মুংশি ঈথক ঈকারক
অপাম মুংশি ঈথক্ল হোথি থম্মোই লকামুং॥
খেঞ্জোং খাদ পোম্লুবা ঈরোল মুংগী থম্বালমু
খোইমু শৈশক তারগা শাৎকাইরুকই ঈপাল লাং;
পাম্মু মপাউ তাবদা শিঙেল কেতু ওইবীগী
থম্মোই থম্বাল থম্মোইমুং মকালাম্বা শাৎচখি।
'তুবুনে মুক্তা থম্মোই, ওইনজখি মুংশি কা—
"পুকচেল লেপ্ত খোইমুগুম তাৎতৌ নিপাই মপোক্লি
চিংনজৈনে পাইমমুং পাখং ওইবা নখোরসে।"

"কই হায়না চিঙ্গোইসিগে নিংঙোল মুংশি নকাদা
থাজহনবি করম্না, থম্মোই মুংগী নুংশি-রা।
থম্মোই নাউগুম পৌরি চিং নুজা ওইবী ঐহাকপু
নুংশিবনা নাউথেম ওই থেম্বীরনু পাথংনা।"
"চংজরকই মুংশি নাক চানবীগনি নিংন নিং
পাইম পুকচেল থংলুদ্রে থম্মোই মুংগী পল্লেপকম।
নিংথৌকোল গমলা থক্ত শাংপী লৈরাং ফাওবনা
চংজরকপা খোইমুবু তাম্থোকথিদে কদোনুং।
মুংশি নংগী নকাদা চিঙ্গোইরিবা ইপাউসে
অশেংবনি থম্মোইগী। পাইম নুংদ তিল্লাং যোং
থম্বীয়ু পীবুরুং, শরিজগে পাথং ঐ।"
"পাথং চিঙ্গোই নপাউনা যারা 'মক্ত শেংলবা
মুংশি য়াথং কদৌডৈ হিকতোকনি ননাত্তনা
ঙমজগনি করম্না ইম্থোকচবা নুজানা।
মুংশি হাযবা নত্তনা থঙলেন মাঙ্গ নকাদ
হায়জনিঙাই লৈজদে নুজা ওইবী থম্মোইনা।
কাযন ঈরেল তোরৈনুং, কইগুম মতাং চাদ কান
নুংশি হিরাক তম্নসু শেংনগুমসি কদোনুং
শমু হকচাং পোলাং'নি খাইনগুমসি করিনুং;
থাগ্রবসু থরাইসে তিঙ্গগেনে থঙলেন নাক
মোংকম 'নি গুজরোষ্ট মুংশি মোংকম' তিঙ্গগে।"
নিংথিজৈদঃ ফজরে। থুংশেম নংগী থুংশেমসে;
উরিরৈগী জাত্তুনা তাংজ উরি ওইদ্রনা
য়েংলি তলা পামেন্দা নুংশি থম্মোই তিম্নমা॥

হোংবা নাইবা জগৎনি মীওইবগী থুৎশেমদি
কনা তম্বা ঙমগনি—"তাংজ উরি' নাইতোম লেপ
লেংদ পামেলনা চৎথিবা।" নুজা মাই থম্মোইনুং
থঞ্জরিযে পীবুক্নুং হোংথ্রবদি পুকচেলদো
থোইমু ওইবৈ জাত্তুনা নুংশি মৈচাক পিবগুম
পাখং ওইবা মহাক্নী থাইন মৈশা লাংহোত্রা?
কাইননিংদ থম্মোইনুং ওইকবনা মিপাইজে।
"তাঞ্জ চাদ মতাং থোক নুংশি শমাই লৈথ্রদি
থাইন মৈশা ঐনা পূ ওলাং থাই মন্ন কক্ন
লৈর্নাং লৈযোন মতোগুম থাংজবদো ননাওনা
ঙমজবোইযে কদোম্নুং; থম্বিয়ু পাইম হুং!
হুংশি হৈত থম্মোই ওই, হন্দোকপিনি হুজা ঐ,
চিংনজেনে থম্মোইনা, চিংনগনবা মহোশা।"
"করিগুম্বা নোংদগু শমাই লৈগে থঞ্জরোই
হুজা নংবু থাদোকপা ঙমজরোইযে কদোম্নুং;
তাংঙ্ক ফবী তাংজবী পামেল মানা কংলগা
কৈদোম্নুংদ যেৎপিরোই কংথ্রবদা পাম্লেনা
হন্দোকপির য়েৎথিনি, তাংজ ফবা য়েংদুনা
উরি মানা চৎথিগুম অপাম থোইমু থিথিনি।"
চিংনরবা 'হুক হাক্না হুজা ওইবী ঐহাকপু
পাম্মু হুংশি শরিন পল্লেপনসি কদোগে
চিঙঙুনু লাইবু শাক্তি থম মপোক লাংওন 'সিমগী
থঙলেন নংগী নগুংলাং হৈনা তুংইম্নজগে।
রাশকচগে নিঙোলগু পাম্মু নংস্থ শকপিয়ু॥"

“ব্রাশকচগে নিঙোল কা পাখং ওইবা ঐহাকসু
পামেল উরি মতোগুম নোংলৈ সুংশিৎ কয়া নং
ব্রাবা কোঙ্গাই থাংমিন্ন লেপকং থাদ কংমিন্ন
কংমিন্নবা তারসু, তলা উরি পুম্ন কং;
চংলক্লগা বসন্ত অনৌ য়েনিং হুনমিন্ন।
তলা পামেল মতোল-লোম উরি মানা য়েৎপগুম
পাখং হৈনা তুংইন্নু, সুংশি লমদম পাংবদা
লেংদ তগা শাক্ষিনি কোয়ৌ মাসু থংসহু।
পাথং শমাই লৈজয়োই সুজা ওইবী নগুংলাং॥”
“পাখং নংগী নপুকচেল তাংদাংবদো থংজয়ে—
তলা পামেল অহুদা উরি মানা য়েৎপগুম
সুংশি ঈপাক লানমিন্ন অপাম কাদ থুংনসি।
ব্রায় নংল কয়া, সুংশি হৈনা তুংইঙ্গগে
থাপতোকচয়োই কদোমুং সুংশি মিৎয়েং থাদগী
পাম্মু-সুংশি ’মত্ত ওই পানমিন্নসি সুঙাইনা
শাবী মঞ্জ পাম্মুবা থঙলেন শিমিন্নসিকো।”
কোয়ৌ থক্ত খাল্লিবা চিঙগু মাবু শাক্ষি থম
সুংশি ব্রাশক পয়েন থঙলেন কাদ ব্রাশকচ
কখোকচগে খঞ্জখি সুংশি মাগী থম্মোই কা।
নিঙোল ব্রাশক ভাবকান পাখং ওইবা মহাক্তী
হয়াও তুজুংনথয়ে সুঙাই’ ঙমথৈ তম্ন য়ৌ॥
পাখং সুংশি মগুংলাং অপাম মৈনা চাকপদো
কোয়ৌ মানা চাকপদা লাইজ য়াওদ পুখ্রিগী
থম্বাল লৈয়াং ভনৌবী ঈকং থম্বাল ওইরুবা

কুমগী নোংজু লাকপদা কোয়ৌ মৈশা কোকপগুম ;
শরৎ 'মাগী থম্মোইহুং নিঙোল য়ায়া তাবদা
মাইথোং থম্বাল মকালাম হয়াও মোমোন নোকচখি।
কেতু হুংশি 'মগুংলাং ইকাই ইকি নংঙুবা
হুংশি মহয় য়ানথয়ে নূপ্পা-পাখং অনিমক
হুংশি থৌরি কোজোই ছক অপাম হুংশি থুংনয়ে।
নেমতক তৌনা শাৎলিবা লৈয়াং লৈৱাউ হেক্কুনা
নিংঙোল মাগী শমজিদা হাকথেংননা খুদোলখি
পাথং ওইবা মহাক্কী নুংশি থুদম ওইনবা॥
হুংশি খোংকাপ য়াংশিল্লক খাম্বা ঙম্লোইদৌরিনে।
অঙকপনি হুংশিবা ! নুংশিবগী মায়া লাং !!
ককপা ঙমদে বাঁধাঁনা নোংদম্বনা মহেনখি
'পাম হুংশি য়ায়ী কয়া লিনৈ নূপ্পা-পাখং 'নি।
উক্কবদা কোয়ৌনা ইকাইজখি মতোমত ;
ইকাইবদই কোয়োহু লোৎথয়েনে চিংয়াদা
মঙাল তমক ঙাইহৌয়ে কোয়ৌ মাদি তাথয়ে॥
শাবী শানৌ অনিমক নুংশি য়ায়ী শাহুনা
লেম্নথয়ে অনিদো ঙাইহাক ফংবা মিৎকুপ্তো।
কোয়ৌ মানা চংখ্র তুং শিম্বা পূম্বা থাদোক্কে
শাবী শানৌ অনিগী নুংশি য়ায়ী লোইখিদ্রে ;
অত্তুক শাংবা মতমদো মিৎকুপ 'মগা পান্দমৈ।
খোইমু ওইবা মথোয়দি কোয়ৌ মায়ল য়াইদ্রিঙৈ
পাইখিবনি ঙত্তানা অমম্বু কিবনা
অত্তুবুনে নথোয় স্তাউ ! ঙাঁলগীদি খোইমুসে

লৈহি হেমবা লৈমাংদ তোংন্সুম্না তৌবরা ?
থোইমু 'খোং মপথ্রমায়ে, পাইখোকচবা ঙমতদে।
সুম্না ঙাইহাক লৈরগা পাইখোকখরে থোইমুদো;
লৈরাং লৈসু লৈংহৌরে থোইবু মাহু পাইখরে।
পাখং খোংদোর হুনমদাই ঙমজখিদে খাংদোকপা
শিঙেল মাবু উবদা য়েংলৈ 'নিমক চিংন-চিং
চৎলমদাইগী মওমদা হায়জরকই পাখংনা—
"হুমনি চনবা কোয়ৌ নোং লাকচগেবে ন্‌ুংশি নাক
ঙসি কৌবা নোংগীদি খোংদোয়রগে ন্‌ুংশিবী।"
কেতু ন্‌ুংশি মকাতম অপাম্‌ বাহয় চিয়োলচৈঙ
শরৎ কৌবা পাখংদো হুংশি মশক থংখরে।
পাখং মানা চৎখিবা নুরা মানা য়েংহৌই;
তামথ্রবদা হুংশি শক নিঙোল মিৎয়েং তোয়জখি॥
ঙসাই মথৈ চৎলনি হায়ন চৎখি চিত্রাদো
চিত্রা মাদি চৎলমদ তুমিন কুস্মৈ য়েংলম্মে।
ঊগী মক্কম থুপ্তুনা নাথৈজনা য়েংলম্বোই॥
খোয়নৌ কেতু নাক্ত লাক লক্কয়কই মতানা
"চৎথ্রবগে কনাবু, ইভা নংনা য়েংলিদো
অপাম কনা মাওবরা ? 'হুক খোয়দানা য়েংবদি।"
ইকাই হুংশি য়াম্মনা—"মাগী হৌন তৌরক্লে;
লৈত্য 'ওইবা য়েংদেয়ে, কনা মাওবে খোয়দাবা।"
"লাইজ ঊশিং হুগুদ মশোং হায়বা ঙানপা
ঊয়িবনি ঐহাকসু, তাংতৌম্নবে থংইনে।"
"নংনা ঊম্ম ঊদনা কৈত্ত তৌবা মক্তেদ।"

নংনা হেক্তা হায়জিনবা কনানমু য়ারোইএ
হাযমু—'ত্রুক শাবা মৈমুমু কিন্না কুমা ওম্.।?
ওইথোক্তবনি, ওইথোক্তবা ; ঐ লোমনা থংএ!"
"শকথংদবা পাথংগা হুংশি য়াশক পরেন
থম্মোই থম্মোই শিমনা শরি পম্বোল লোমবা
তাজহোই নাপ জিনা ওইনহোগে শাক্তিদো
হোদোং তুমিন নৈবনা চমু ওম্মী হামল্লনি
হাযনৈ মীপুম থুদিংনা হুংশিবনা লৈরবা
তোথোরকপা থুদিংমক হুংশিবনি পংল্লংদ।
পাথং মানা চৎথ্রগা নদোম হুংমাংহোরবা
কোরৌ নারল বাইথ্রকাও লৈহোয়োনে 'চিকপদা
হুংশি মৈশা লাংলদি অচিকপদ পামগনি,
মহোশানি মহোশা, হুংশিনবই মতৌনি।
পাম্মু মাই বাখলদা চুবা থুৎশা তম্ম লৈতেং
মচি মচি থুদিংদ মকম মকম থুদিংদ
পাথং হুংশি বাখলনা ঈশিং ঈচাও ঈচেলগুম ;
নোংম নোংমই হেনগৎলক ইকাই টকি থংলক্লোই।"
"কম হাযনা চিঙোইসিগে চিত্রা নংগী নকাতম
থঙলেন মাগী বাখলনা অচিকপদা পীল্লক্লে।
মোম্মু শিঙ্গা ওইরক্লে হুংশিনবই থম্মোইচুং
পাম্মু মাই বাখলতনা থোকলাকৈনে পীক্লুং;
থংজহৌদে ঐহাক্তী থোক্নুমে কনাই থোশিল্লো ;
শরি পম্বোল লোমন থম্মোই থম্মোই শিমবা।"

---

# মরিশুবা তাংকক

কেতু মাইঁ চায়থোয়বী হুংশিজবী চিত্রানা
থোয়নৌ মাগী মকাদই বিদায় লৌয় তুংদগী
অসুম অসুম লাকপনা, নিঙমহৌদ য়াথলনা
হুজা থম্মোই শিস্থা ওই লাক্লিনেসে লথেলদা ;
নোংজু থাগী নৈচিলনা লৌনিং শক্তম লৌবঙম
পাইম নুংগী য়াথলনা শক্তম শকওং কয়া লৌ ;
চিত্রা মাগী থম্মোইনুং নিংঙম্মক্ত য়াথলনা
মৈরি নাইনা চাকথংলক ময়োমদোমগী থম্মোইনুং ।
লাইবক থীনা তমপ্রবোই, নিঙোল ওইবী মপোকসে
পামজ কোঙাই নৈহুন হায়জবদি ঙমজদে ।
নুংশিজরুই মাতবু নুজা ওইবী থম্মোইনা
হুংশি ইকাই পলনা থা নোক্ক চাউবা তাইবং মাং
থংহন্দনা কনাসু লাৎচগেনে থম্মোইহুং ।
হুংশি শকপু য়েংলগা পেঙ্গে ঐগী থম্মোইমা ;
কয়ি হুংগী থোয়দাবা পাথং হুংশি চেংলৌনো ।

পামজরুরে থম্মোইনা, হুংশিরুরে থম্মইনা
মীপুম থুদিং হায়নবা নুজা ওইবী মপোকসে
ওথোক্সু তোজিদ, তোজিদকো লাইবক ঐ'
নিপা ওইবই মপোক্ত কয়িঙবা পোকপা থোক
ইকাই ইকি কয়া নং য়োহমুনি হুংশি কা
পামজ ঐগী য়াহয়সে চিয়োমুনি নাপ তম
পেঙ্গনি য়াঙলেন্দো কোংদোকচবা হুংশি কা ।

নত্তে নত্তে খল্লরোই, ঐগী রাখল ওয়রে
কোংদোক্লিংবা কয়াসু, কোংওমদনা লৈসনু ;
অপাম্বগী মৈচাকসু থাংজরগে থম্মোইনুং।
লৈহি চুপ্পীখিদ্রবা, লৈরাং 'দো তিনখ্রসনু
উফুল্লক্তঃ খোংগাওন হয় হয় কয়ারক;
নুংশিবীদ্র ঐহাকসে, মাংজখ্রগে ইরোমদোম।
ঐগী রাখল ওয়রে, কইগীনো কল্লক্লিবা ?
নাকল 'মদা খোয়নৌ'মা, নাকল 'মদা নুংশি মা
'মরোমদা লৈখোং শেংবী, অমরোমদ মালিনি॥
হকচাং তনিক তনিক্লে পাম্মু, মাগী রাখলদা
থাদোকে খঞ্জে কযা থাদোকপদি ওমজদ
য়েংলোই খয় য়েংনিংই পেম্মাইদ্রবা মিৎসিনা।
থাদোকেন খনবকান ওমজদেনে থম্মোই নুং
নুংশিজরুবা করিমুং লল্লানবই রাখলনা॥
পাংখক্লীনে পামজবী মৈরাম্বীনা মৈরিমুং
ওইরকখিনি নোংমদি নুজা ওইবী ঐহাকসু।
থম্মোইমুংদ লাৎচগে নুংশি মাগী শক্তমদো ;
কোরৌ খুদিং লেপ্তনা, অযুক খুদিং হেকচবা
লৈরাং লৈচন কয়ামা কৎচগেনে খুয়া খা॥
উৎচগেনে নুংশি মাং থম্মোই শোকপা শাথেক্লা
নুংশি জগোয় শাদ্রনা, য়েংবিমুনে নুংশিবা।
নংবু 'মুক পেলহয়বগী 'তোপ্পা শক্তি লৈজদে
হোৎনজবা কয়াসু 'য়েম্বদা তাহনবিমু।
শকথংদবা চেংলোদো পামজরুবা ঐতনা

থম্মোই তাশোন তন্ন ওই খম্বগ চাউবী ইহৌশা
লৈরাং লৈকা খুদিংনা লেল মতুম শিংনবগুম
তানশুমদনা ফংনিংই লাংতক্নবা থম্মোই মুং।
থোংল থম্মোই লৈনানা মুংশি কল্ল মৈশাবু
শিংনরুবা ঐতনা বাক্তবনি ইরোমদোম।
নত্তে! নত্তে!! ইতোমতই ৱাথগনি; শেরান্নবা॥
লাইবক থীবী ঐহাক্তী কৈদৌন্নুংদ পেল্লরোই
পেন্নাইদ্রবা তাইবংদ কনানা 'মুক পেলহন্নি।
চাকচবনি ইরোমদোম পামজবনা থম্মোই মুং
লাইজ ঈপাক ঈম্নাইদ নোৱেল যাওদ ৱাকৈগুম
নোংলৈ মুংশিং হাকথেংন লম্মুক্লজ্জ লমথুংফম
লাইজ ইরোল মুংচুদ হিরাক তমহনখিবগুম
থম্মোই মুংদ ঐহাকী হোঞ্জরিবা ৱাকৈয়েমু
পাইম পূক্লিং থংশুদ, ৱাথল লম্মুক্লজ্জনে।
কায়ন ঈরেগ মুংদ লুপ লমথুংফমদি য়ৌখিদ;
পামজরুবা ঐতনা ওইরবনি ইরালসে।
নোংদম মাগী নোংদমথোল তম্বীরবদি কম্নি নোং
ফংলকখিনি নোংমদি ফোংদোকচবা মুংশি কা।
ঙাইশুমদবা তাইবংনা অৱাবচু থাংবনি;
নিঙমদ্রবা থম্মোইনা ঙাইহাক চাক্লুবতনি;
থাংবা কনবা তম্লগে থম্মোইন্নুংসে ঐহাকী
অপাম মাগী মুংশিবা কোকপা ঙম্বা য়েংলগে।
নুংশিবনা কনবরা? অথাং কনবনা হেনব্রা?
অপাম্বনা হেনবরা? মীনোক চাউবনা ৱাৎপ্রা?

কল্লকপন ৱাংপ্রা ? থম্মোই ফাথৱনা ৱাংপ্রা ?
চাংযেংফম্নি পূম্নমক নুপিজাগী থম্মোই নুং ;
অৱা নুঙাই কযাগী ৱাথলদগী থোকপনি।
ফাথনবা লাক্লথি অথাং কনৱী চিত্রাদো ;
নোংদম্বীদে ৱীধীনা লৈপূন শেম্মু নুজাগা
নুংশি নুংশি চাম্ননা থম্মোই থম্মোই শিম্ননা।
নিংজরম্মু থম্মোইদা পামজরম্মু ঐহাক্লা ;
তমথীদ্রবা লাইবকনি ; ওইরোই লৈপূন কৈদোম্নুং।
মপোকসিদ তমদ্রম্মু ঙাইঙমদবা তাইবংনা
ফংনিংবনা হাল্লুবই ৱাজবনি থম্মোই মুং।
অকোল অহাল ঙাক্কনি। লেংদ থৱাই অসিনা
চংথ্রবম্মু পোলাংদই ফংহনবিযু নোংদম্বা।
তিঞ্জবদ্রু মুংশি কা, কংচগেনে থৱাইসে।
মীনোক লাংদ মফমদা ইংন চিক্ক লৈজগে॥
পাইথ্রবদি থৱাইনা থঙলেন নংগী নকা তম
পিনবিযু মুজাদা চংজবদো মুংশি নাক॥
মম্ল মযা লাংগীদি হকচাং পোলাং অনিনা
তিম্ভ্রবম্মু কল্লক মাং, লেম্নত্রুনা পুবিযু
পামজক্লবা মুংশি থৱাই, কল্লক মাং থাত্রনা।
মুজাই শেংল থম্মোইগী নুংশিক্লবা থৱাইনা
লাংওন থুদিং কাইনদ কুমজা থুদিং তিম্ননা
থাবুম 'মত্তা থানদা কোরৌ 'মত্তা শেৎনদ
পানমিম্নসি তাইবং মাং, থাজগেনে নুংশি মাং।
"ঙাইঙমদবী ঙাইথোবা, লাংতক্লবী লাংতক্লু॥"

হায়নিং কয়া লৈরম্বু মনিং তম্না হায়দোকখি
নিপা ওইবই জাৎসিদি অমুক পনবা লৈতনা;
অকিবম্বু লৈরুদে, নোক্লবম্বু তাক্লদে।
মথৌ পাংবা নিপানি কনাবুম্বু কিরুদে॥
খোইমু শিংগী জাত্তুনা অপাম লৈরাং থম্দুনা
তোংজবদি মনিং তৌ লৈহি পেম্না চুপচৈদো॥
লৈরাং থম্বাল লৈনুংশি খোইমুগীদি চান্নবী
লৈহি পাম্বা খোইমুবু লৈহি পেম্না চুপহনখি।
ঙাইজরুবা লৈহাউ লৈ, নাথৈহুনা হেন্দোকখি
উশিন্নদ উন উ পাইথোক্কুনা মচৎখি।
"ঙাইজরুবা নুংশি নাক পাইরক্কু'দ খোইরান্দো
ইকাই নুংশি য়াম্না তাংজ ফিরুক থুম্ন-লেল
'বাবমা নুংদ চাক 'রেম্বা তাখি লৈহাউ লৈরাং।
থাজ্ঞ মাবু পামজরুবা নোংইন করি কান্নদে
খোইমু মাবু পামজবা লৈরাং লৈহাউ কান্নদে
অরেম্বদা তোক্লেদো নোক্ল মীনোক চংহুনা
ইকাইববু ফংলেদো পামজরুবা নহাক্কী॥
লৈরাং শামান্নবী লক ইকাইবনা মৈশা লাং
লৈরাং লৈহাউ ইকাই'নং কেঞ্জগেদি থঞ্জখি।
লৈরাং লৈশাৎ য়োদ্রিঙৈ তেমশিংনগে থল্লক্লে;
'শিবা মাগা লৈরাংগা, ওম্থোকপনি! ওম্থোকপা!!"
মতুং অমুক তাবগী বান্নী মথা শমথসি—
চম্বু নিঙোল চিত্রাদো শুম্না বাথল তোহুনা;
হন্নকথিয়ে মরানম্নাই চিত্রাগীদি য়াইবীকোল।

কনামত্ত হংবিদে কনামত্ত খংবিদে
করি কয়ম তৌরিবা খংঙু'দব কনাঁমা।
কোরৌ নোংম লাকখিনি, পুঙমত্রবা মৈচাক্রা
নিঙোল লকা হুংদগী অপাম মৈরি তম্ন বাই
শোয়ত্রবনি পাখংদো, চন্নু হুংশি মৈশা লাং।
নিংজরুবগী মহয়, ফংলকখিনি নোংমদি;
তারকখিনি মপাউদো, ঙাইজরুবা হুংশি পাউ।
বাশ থক্ত তোংহনা চেক্লা চাদি নোঙ্গোবী
থাবুম কয়া ঙাইজবা নোংদোল থক্নী লাইজবু
ইঙা নোংজু'লাকপদা কোকহনবগুম ঈখোলাং;
হুজা ওইবী থম্মোইদ চুথংলকপা হুংশি মৈ
মুংলকখিনি মোংমদি পাখং মানা লাইজ ওই॥

## মঙাশুবা তাংকক

পাজ মানা ফজঙ্গুম মপুং ফাবা থামিলদা
লৈরাং মাজা ফজঙ্গুম লৈশাৎ য়োমা তখদা
নিঙোল মানা ফজঙ্গুম মপুং ময়ৈ ফাখদা ;
ইনথৎলকপা মতমদে নিংথিজরে ফজরে ॥

চৎনবীনা ফমবনা চহু নিঙোল শিংগীদি
পুন্সি শরুক অরাবা লেপ্পু তমদে পম্বৌ কোন ;
নিঙোল মাপী ময়ানমাই। তমক্লামদে বীবীনা
সুংশিরুবা নিঙোলগী লোয়নমিংবা লম্লান ফা
থওলেন মাপী ময়ামম্নাই সুংশি পাফং ফমাগা
পাম্মু সুংশি থগোম লাক সুংশি লমথুং য়োমখা.
লমতাকপবু ওইত্নুনা লম্মু রুবা তাইবং মাং
অরা কোজাই থাংমিন্না, সুডাই কোজাই য়াওমিন্না
সুংশি সুংশি চামনা পাম্মু পাম্মু থাগোম
লৈপুন শেৎন কায়নদ লৈয়ু তম্মী বীধীনা।
শিঙেল চিনি চম্পাদি, লৈনম হেনবী লৈনুংশি
লৈরাং লৈশক থংহলোই সুম্না থম লোৎচবী
উমারক্ত কিনা কি য়াখিদেদো লৈরাং লৈ
লৈনম লৈকাই পল্লাপবী লোৎপা ওমদে কদোনুং।
মমিৎ লিশিং পালবা খোইমু থাংজেং খোয়রাবা;
খোনাইদবা মহোশা চেম্থোক্লিবে মালং পাউ
থদে খোইমু নাপ তম, সুংশি' খোইমু মঙ্গল;
লৈরাং লোৎপা ওমথিদে খোইমু সুংশি মিৎমাংদ॥

লৈশক লৈচু তারুবা লৈনম হুবা য়ালংবা
থংদ উদ তানবা লৈকাই খুদিং পাউথাং লৈ।
য়াকচিং থানা লোয়ত্রুবা বসন্তদি চৎলরুপা
অদি মনা কেন্দুনা অবৌ মবা চোৎখরে॥
লৈয়াং পূম্ব শাৎকাইরে 'শংবা উনা মরক্ত;
শিঙেল লৈরাং কেতুকী লৈশাং নিংথি চঞ্চল
লৈকং কেতু লৈয়াংশু মপুং থরে কায়রক্রে।
অউ পাখং কয়াগী মিতানিঙাই শকসী
মীয়াই চল্ল কাংবুগী যৌ নহাগী জাত্তুনা
নিঙোল মাবু উরগা মচা মথৌ ওইনিংই
ঙরা য়ুথায়ুরবা, পাখংশিংনা তাকথি লোল
মুন্সা মাবু উরগা নিঙমদনা চাকচৈদো;
অহল নমন জাত্তুনা মচা মমৌ ওইরগা
সেবা-জাংবা তৌরদি পেঞ্জপনি নিংজৈদো।
লৈয়াং লৈশক কঞ্জবী লৈয়াং লৈনম নিংথিবী
লৈয়াং মাই লৈনমদি লোত্তুনা থথা য়াদগুম
কেতু কৌবী মুজাগী চেংলৌ খঙম নিংথিনা
পোইরৈ শিনবা থুংখরে মীপুম ভিংবা থংনরে।
চিনকেন কবা ভাইবংগী চিনবাউ লিশিং কয়ানা
চিন অমদগী চিন 'মা চিজোই মপাউ তম য়েন
মাপ থুদিং চিরোল পডি তাদ কনা য়াওদরে
থংদ কনা থংখরে পোইরৈ মীতৈ শিনখরে।
মুজাই মপাউ নিংথিবী খোজেল পাউথাং তম চৎ
হায়নৈনে—'হংই ভপই, পুকচেল কঞ্জ মোং হাদে।'

নিঙোল মাগী ফজনক য়ুমথোং পাউথাং রৈন-রৈ;
মমৌ থিরিবী দগুই নাকোংদবু তাথরে॥
লৈকাই খুদিং খুদিংগী য়ুমথোং য়ুমথোং চংদুনা
কদাইদনা ফজ লৈ, কনাইদনা মিংথি লৈ
থিরিবনি মমৌবু মথুৎ চাবী কংনবা;
লেপথিরোইমে ঐহাক্তী মতিক চাবা কংত্রিকাও
কনাইদনা থিং কৈ, কনাইদনা মরম ওক্লি;
নিঙোল লৈবীশিংদুগী য়ুমবু থুরক হাংদনা
থিগৎলকই দওনা। কনা 'মনা থুমকই
"অঙাং ওইরি নৌমল্লি, মশানবু য়াদ্রিনে।"
কনা মনা হায়রকই—"ইচাই বারোইপোৎ পুখ্রে।"
পামজ মমৌ কয়াম্থু, হায়বা নংহৌদদুনা
নাম্বোকখিবা কোন্জাই'ম, থিরি মথুৎচাবী মৌ।
টকনিংগা থোঙ্‌া তেক মায়ৈ হায় মতানি;
তাঙ্গা চাবা হায়দুনি তারে মমৌ থিরিবী
দও মাগী নাকোংদা মীথায়বু ঙাংনবা;
মশক মতৌ ফজবী নিঙোল'ম লৈরে হায়বা।
কেতু পোকপা পম্বোগী শঙ্গাই মাঙ্গোল থেঙ্গোং লাং
নিঙোল মাগী মরমদা বারী শাকম ওইরক্লে
নিঙোল ওইবী মহাকপু খোয়দাক্লবা কয়ানা
হায়ন-শিংন বাহয়না মাঙ্গোল লৈতেং হাপথরে।
শঙ্গাই বাশী হাপ্পনি কেতু মানা লৈবদি;
অক ফত্ত কয়াম্থু পুথোক্লনা বারী শাই
হায়দো কনা অমনা—"মাগুবী দুপী লৈতে।"

ময়ম ওকপা হায়রম্বু লৈকাই সিদ লৈতেদো
শক ফজদ হায়রম্বু 'তাংবন্নি লৈবাক 'সিদ
হুজা ওইবী ময়মদা শানয়কপা য়ায়ীদো
তাজৈ ময়ক ময়ক্ত নিঙোল নাপ অহুনা।
লৈকাই 'হুদ লৈরিবী মমাম্বী কয়াদই
অক ফত্ত নিঙোলগী দগুননে পাউবু লৌ
মৌ হায়নি হায়হনা মরানয়াইদই খোংশালক্লে।
খোংজেল য়াংবা লাঙ্গোইগুম, খোংকাপ থুনা লাকইদো ;
লৈয়ক কয়া তামহৌন খোংবান কয়া নাথৈয়ম
থুঙ্গং অমদই থুঙ্গং'মা 'হুম তৌনা লাকপনা
কেতু লৈবা মাইকৈ তম মোন্দা হুণ্ডাই লাক্লিদো।
ভাবনা দলাল শাগনবা হায়নৈ লৈকাই শিংহনা
শিজ মাগী থম্মোই হুং য়াথল তৌজৈ ময়োমদোম
নিঙোল ওইবী মহাকপু সনা সোরোক লমজাওদা
শিজ ঐপী ইমৌনি হায়ন লেম্ন' পুরদি
মুণ্ডাইজথ্রনিদঃ ঐ, পেল্লনিকো থবাইসে।
পাম্বনহুম হেঞ্জিল্লক নিঙোল শকপু উদ্রিবৈঙে
নিঙোল মাগী পুকচেলবু থংদ্রিবৈঙেদ হায়না
তৌদ্রিবৈঙেদ থবক্তৌ বাথলদত মমুণ্ডাই।
শিজ মাগী থম্মোই হুং নাপল মথোয় কাজথি
য়ায়ক্লম্বু ফয়ে ঐ য়ায়ক্লম্বু ফয়ে ঐ ;
অমুক্তদি হংথিগে নিঙোল নাক্ত চংহনা
য়াফম্বুদি থোকপনি করি য়ায়োইদোরিবা ?
অশেংবা পাউরি থংলুগে কই হায়না হায়রকপা ?

থঙানখি মতোমত মাদ মতাং থোক্লদি
শাগৈ মবেং তাদুনা ইকাইবনবু মাং থা
চোপ্তনবু তোক্লদ্রা? পাইমহুংদ চিংনখি।
মীওইবৈ পুক্লিংসে শউম্না কুপ্পা হকচাংনি
তরেৎ শেঙ্গা শক্তিনা কনথৎলকপা মতাংনি—
হাবজবদা কইগুম মাদ মতাং থোক্লগা
তরেৎ শেঙ্গা মাইপ্তৌবী শিজিন্নগে থংগনি।
তাইবং কনা নাম্বোক্লনি শেল মাগী লাংদগী;
নাপল মথোয কারিদো পৈশা পাইবা কাংবুনা
শুমদ করি লৈতেদো মথোয' তোগে নিংলদি
লোকমায় থক্ত হাপ্তুনা কৈথেল পোল্লক্ত হা'শুম
মুপা ওই মপোকসে থাদুনা যোনবা জাৎলনে?
মুংশিনবা হায়সিবু শেলগা ওন্নবা য়াব্রা?
থাং-ঈশিং চংদবা মুংশিনবগী মকমদা
শেল মাদি কদোরুনি, অয়েস্বনি, কান্নদে।
তরেৎ শেঙ্গা পিন্নগা মুপী ওইবী পুন্সিবু
'শুম্বী শুমদবী পোংশুম থাংদোক থাংজিন য়াবরা?
যারোই হোংবা কদোমুং মুপী ওইবী পুকচেলদি
মমল য়ান্ন পুন্সিবু চাংদম্নরুই শেলগনে
মুংশিববু ওন্নবা য়াবরনে শেঙ্গাগা?
নাপল তৌবী তাইবংগী অচাউরম কাবী দণ্ড
অয়েস্বদা মাংজনি নাপল হেদৌ লাংবীত্র;
তরেৎ শেঙ্গা হায়সিদি তুরেল কৌশিংগুম্বনি
পৈশা মানা লৈরিঙে নাপল মাস্ন লৈবনি।

শেল পাইবনি মতাগুম উৎনিংবগী মতৌ উৎ
শেনথাও 'দুনা থুত্ত পাই ৱাথল মুঙাই ঈথক্ত
তাওদুনবু লাক্লিনে কয়া হয়াও লাক্লিবা
মাইথোং মকা ফন্দুনা লেপ্ত খোংচৎ য়াঙ্খোইগুম
নিঙোল মানা লৈরিবা থরাই থোঙ্গাল তমথরে
অথিং কনা লৈতনা অপন করি লৈতনা
'সুম তৌনা চংলকপনা, শুমাং মচি য়োথরে।
মী লাকপই থুদম কষা, উত্তুনবু খংহনখ্রে
উথ্রমাল্লে লৈরিক্কো দগু মানা লাকপদো।
মহোশাদৈ তিয়রকপা ওইরুবনা লৈরিক—
তবাম তয়াম ওক্তুনা 'লেংশিনবিসি' হায়রকপা
হান্না থায়ম ফিদাবু মচি থজিক তম্লেং
শিজ ফমথোল কারিবী সনা ওংবী দশুনা
শঙ্গাই মাঙ্গোল অদুদা থারিবদি তৌরাং ফক
হকচিক ঙাইহাক লাংদুনা পোখাথরে দশুদো॥
ঙাইহাক হকচিক লাংলিঙৈ খোল্লে খোন্দা শেমথরে
পোক্তবীদি লৈরিক্কা হায়ফেৎ ফন মাম্নৈজ
ঙাংনদোরি 'নিসে মোৎপু ফনদুম মাম্নরি।
মতা দশু য়েংদুনা সুম্নদি পাউহংজরি—
"শিজ 'বেম্মা চাম্নবী লাকথোক্তনা লাকপবু
কই থবক্কী লেংলকপনো হায়যুগবা নংবু।"
হংই—'দু-দা লাইরি, মসিদুম হান্না থুম্বীখো
নংদি করম তৌদুনা মফমসিদা লৈরিবা?"
থুম্মী—"জুৎ চাবা নত্তেদা, শিজথোয়' লাইবক্তুম

তৌরুবনো করিনুং লাইবক ফবা নত্তেদা।"
—"ইমাই পেম্মা ফমনথ্রে, য়ুমলিং থুম্লিংঙিসিত্নম
কৈদৌবগে ফৱেনে হোৎনরগা হুঙাইনি।"
পোইরৈ লৈকোয় শরা শন ঙাংনরিবা কেতুকী
ইতা নংনা পোকচবা নমোয়নে হায়য়ুনে?"
"পোকচবদি নৎচদে য়োকচবীনি ঐহাক্তী
মমাতোনবু ওইত্নুনা মফমসিদ লৈরিনি
লাইবক ফবা শিজগুম ভস্বীয়মদ্রে বীথীনা—"
কনা তম্বা ঙম্বনো নোংদম মাগী থুৎশিনবু
তুংদ মৱাই হুঙাইনি, নোম্বা কনবা লেপত্রদি।
য়োকচবী ওইৱে ইতাই, কোলোয মাগী কেতুকী
পলেম নোনা কাইনবই পলেম শরু লাঙোনবী
নমোম, কোলোষ কেতুকী হায়নৈ মীপূম থুদিংনা
মপা কৈতে ফজবই, মথন্তনি পোইরৈ হুং!
"কৈদৌরগে অত্নবু, হায়বিরকউ করিনো?
'তুক কুপ্পা হংববু করি ঘাগী ওইরবনো?"
"ইতাই সঙ্গাই লাকপদি মরম 'তৈগী নত্তেদো
চান্নরকপা ইতানি নচা-ইচা পিত্নুনা
শাগৈ নাতৈ ওইনত্নুনা ঙাই শেনবু ওইনসি।"
"কয়া নকপা মরিনো কনাগীবু ওইর'নো?
ওইনসিনে কদৌগে, তাংদাংবত্ন হায়রম্মু।
ঐগী লাইবক ফবনি. তাকপিরিবা অত্নমক
শিজ হায়রি অপূম্বা য়াজগনি ঐহাক্না—
মীশক্তুদি খংলসি—কনাগীনো, কনানো?"

"থংমন্নস্থ থংমন্দে! কম্নি করম হায়সিগে
কনাগীবু ওইগনি, ঐনা লাক্লি অসিবু—
ঐগী 'মত্তা পোকচবা পাম্নি কোলোয়না—'বীম্নেন'
যুম্লেপ চাম্ন তম্নবা মমুং-মতম চামে নিং
ইমৌ হায়গে লাকপনি নাওয়োক্লীবী ইতাই কা
য়ানি য়ারোই থংদনা হেক্ত হায়ম্নিনি ঐদি;
হাযনৈ মীপূম থুদিংন শোম্নে যুমথোং ম্নৈন-ম্নৈ
নিঙোল মাগী মরমচং ফজ্জে থংবা মতোদো;
মশক মতৌ ফজবী হায়নববু তাবদই
মরম ওকপী ইমৌবু পামজরুবা ঐহাক্লা;
লাকচবনি ইতাই কা পিবিগদ্রা থম্ন-থন
নিজগেনে নংগী কা, লাম্থোরকনি থন্দুনা।"
"নমৌ 'বেম্মা ওইবদা থুংচাগনি নিংদেদ:
অতুক মুংশিবীবগী, পংতাক তাকপি নত্রনে?"
নত্তে 'তুম্না থনবীম্নু ওম্নরেনে ম্নাথলদো
করিমত্তা চিংনম্নু, অতুগীবু ওইরদি
থুং চানা ম্নারকুবা থিজম্নিনি ঐনা
নৌরিঙৈগী মতমদা ম্নারকহোগে থম্ন থন
লাকচবনি ঐহাক্লা হুজা মাবু পিনি থন।
নিঙোল পোকপা পম্বোবু কদোমদবু চংথোকখি?
অমুক্তবু উজ্জদ্রি, চেংলৌ মশক অতুবু।"
"ইতা তোম্না নৈগ্রেদ! লাইম্নবদি নৈহৈদে
নৈতবদি হিংহৈদে—নিঙোল পোকপা পম্বোদি
তম্না চাকঙন চারগা শিম্বা শুবা চংথিনি।

কোয়ৌ মঙাল চাইয়কপা অমম-ঙান শিময়ক্কান
শিন্থা লোযয় কান্দুদা য়ৌয়ক্কনি মহাক্তী।
নঙনা পানবা তাইবংসে ওম্থোক্লস্থু বায়েদ;
পাঞ্জনিংদ্রে তাইবংসে মপোক ফত্ত পোক্তুনা।"
"ফয়ে পম্থৌ ওইবগী বাবু ঙাইহাক থমথিসি
পূক্লিংদবু চিংনবা অমক্তংবু লৈয়িয়ে।
লাইবক ফবা ঙাক্তনি তাকপিরিবা পূম্নমক
'হুম্নদি ওইরবদা, নিঙোল মপাউ হংদনা;
য়ায়ে কোক-হেক হায়দোকপা ঙমজরোইনে ঐহাক্না।
করম হায়না হায়গনি ইতা নংগী নফমদা
য়াম্না লুয়ে হুজিক্তী থায়নৈ মতম নল্রেদো;
হে-হা তোংবা ঙাক্তনি হুজিক কালগী অঙাংসে—
নিঙোল মাগী পূক্লিংনা কইগুম যাদ মতাং থোক
পলেম পম্থৌ ওইবই মাইবু চোপ্তুন তোক্কনি।
নিঙোল মাগী উনবী, পুক্লিং খংদ ময়ম্না
হোয়া ফবা ঙমজদে ইতা নংগী নফমদ্না;
পোক্তবীগা ওইরেদো কযাদনো লুরিবা?"
তাজৈ নাপ অসিনা নিঙোল মাগী ময়মচৎ
হাযনৈ 'ফৈ, ময়মওকুই, মুজা ওইবী কেতুকী।"
"কম্না হায়বা ইল্লোইদগে পলেম নংগী 'য়াথং;
য়াথংবুদি হিক্তোক্লোইদ চৈয়াক কনবী ইতাই
ইতানবু য়ায়দি, য়াবা ঙাক্লি পূম্নমক
পিবিগেস্থু কুশিনি, পিবিয়োইস্থু ননিংনি
নিঙোল পোকপা পম্থৌদি শিল্লংবনি কোয়না চৎ

পলেম ওইবী শিংহ্লনা য়ুমদবুদি লৈহ্লনা
স্নারক বাতেম লিবনি, অহ্লদবু করম্না—
ওম্বীগেবু নিংলবদি লোয়না ওম্বা ঙাক্তনি।
থৌহ্ল নংং কাওবদা তক্ল তক্লগ অসুম্মক
তুমশিল্লকই হায়হ্লনি। থেম্বীরদ' ইতানা
কইগী য়ারোইদগেনে পূকচেল মরাই হোংজনি।
য়াদ কোঙ্গাই লৈরম্নু হায়জিনববু কল্লদি
নংগী থম্মোই ওইরম্লোইঁ, হোংজরক্লি পুকচেলদো।"
শিজ য়াবা তাবদা লৈরিক তাংজ ফিরুক্লে।
শিজরোমদা তম্ন য়েং অসুম্নদি হায়রকই—
"চিঙ্গোইরসিগে কম্না হায়দোকপদি ওমজদে
ঐমক্তী ঈদি নত্তেদো কম্নদি ঙাকনি;
হায়জরুবা ইযাথং পোক্তবীনি মতাগুম
থল্লম্নদি করিম্নুং তৌগদবা করিনো?
মীচাবোক্তী ওইবনা পাঙ্গল থোকপা য়ারোইনে।"
"থোয়নৌ ইতা চাম্নবী ইতা নংগী নকাদা
শিজ ওইবী ঐহাক্লা নমোম কেতু নিহ্লনা
ইমৌ ওইগে থঞ্জবা অরেম্বদা তোক্লদ্রা?"
"অশাও পরৈ কিবিম্নু তপথবিয়ু কৈদোগে;
পিশক পিক্লিঙৈদগী তিম্নরকপা থোয়নৌনি
পাঙ্গল' ওম্বা মতাংথোক হোৎনজগে থেগাক তেক
লৌশিং য়াবা মতাংথোক শামু ফাসি কৈদোগে
অহ্লম্নদি ওইরদ, নিঙোল পূক্লিং থংদোকসি
তাসি মাগী বাঙাংদো করি করি হায়রকপা?

থৌত্নবু খংদোকসি নিঙোল মাগী পূক্নিংদো।”
মতাই ঘাঙাং তাবদা পেঙ্গখরে শিজদো
“নিঙোল মানা য়াদত্নুনা কই তৌবা ঙম্মী—হা!
পলেম পস্থৌ মখাথং নাস্থোক্তুনা চৎলোইদ
মুজ্জা ওইবী মহাক্না করি হায়বা ইন্দনি
মীপূম তিংনা ঙাংনৈদো হায়বা ইনবী চন্থুনি;
লুনা চাম্না থমথ্রবা ’মত্তা পোকপই হৌনবী
নৈকাই থুদিং ঙাংনৈদো চেংলৌ নিংথি শক্তম্মী॥
যেংনিংদবা হৌনদে, যেংনিংবনা মহেল্লি।
হাযজনিংই—‘য়েংনিংই’ হায়জবদি ঙমজদে
তাংনা শাৎপী কেতুকী লোত্তুনবু থস্বরা?
“নমোম ’ত্নবু নৈরদি য়েংগে শক্তু মুক্ত—কৌ!”
থুন্মী—থাগৎপনা মহেল্লি, ফজদে কৈশু!
হাযরকপনা মহেল্লি, চন্থু মানা মঘাৎলি”
যেংবিয়্নে কদোগে তুমগদশু নৈতবো;
শিস্থাতনা মথৌ ওই শিল্লংজবী ইমোমনি
য়েংবিনিংবু নৈরদি কৌথোকচগে কদোগে।
কৌরকই—“কেতুকী! কেতুকী!! তারিব্রা নংবু?
থুদোং ঙাস্থর্ক অমত্তা তম্নবুদি হাল্লকউ
খোংনৈ থর থুরকউ, অথুবনি! অথুবা!!”
পলেম মাই মকায়েং ‘অহোব’ হায়না খোনফম্নজে।
ফজথ্রবা খোনকমদো তাহৌবদা দশুনা—
হরি মানবী ’মপাউখোল, মাল্লি নিংজে খম্মোইহুং।
খোনফম্ন স্থুক নিংথিবী শক্তি করম তৌম্নিনি!

ঐনা পাম্বা অহুমক থোকহনবিয়ু নোংদম্বা।
খঞ্জখিরে পাইমন্নুং, শিজ মাগী থম্মোইহুং
ঙাইহাক য়ারী-য়াতাই শা, দণ্ড-লৈরিক লৈসহু।
অসোমদনা কমদোরি শিঙেল লৈরাং কেতুনা
ঙাম্বক মৈরু তনহাপ-হাপ শৈরে অমা তনকোল-কোল
চিনবান কাংমৈ খুনবই হিদাক হানবা লোয়রদুনা
পুথোরক্লে মুজানা শিজ মাগী মনাক তম;
মুরা মানা থোংবাদই কাম্থোরকপা মিৎকুপ্পো
ফজ মাগী শকলু য়েংলুবদা শিজদো
মবাবুদি ইকা-কা মুঞ্জখিরে মুম মুন
ফজ শক্নী লাংন কুপ, য়েংজখিযে মুনা মু।
ফজবীদি কেতুকী, মোং হাদবী শিঙেলনা
পম্থৌ মাগী খেজোংলাং কাইদ নোম-নোম চৎপদি
পাৎপান তাবা উরোক্লা হঙ্গৎ হন্দা চৎকুম্মী।
নোকফেৎ তৌবী মাইথোংনি য়াগন্দবী চেংলোনি।
খোঞ্জেন 'তুমা মুজাগী হরি মাগী মপাউ মান
লৌবিয়ুদি হাযদুনা হাযরকপদি শিজ-কা
ঙমজখিদে লৎনবা লাম্থোরকপা খুদোংদো;
হেঞ্জবনে শক্লগা, ফজবনে লমচৎকা
তোথোরকপা খুদিংদ 'পক্ল পকচৈ লৈরাংদো।
চাথোকদৌ মতানি শিজ মানা য়েংবদো
উরুবদা খুমুখ্রং চেক্লা চাদি অশোনবা;
পাইবা ঙমজদদুনা মিৎয়েং তনিক খাংজগুম
প্যাংথক্লিনে চেক্লাগা, য়েংলকপদো শিজনা।

ঙাইহাক স্নুম্ন নৈরবতুং ইকাইবনা লেমজবী
শিঙেল নৈরাং কেতুকী ইকাইঙ্কনা নৈথোকচৈ
ইকাইশ্লিঙৈ তাঙ্গাগক হায়হৌরগে মতাঙুম
নিঙোল কেতু মকাতম হায়রক্লেনে শিজনা—
"অহল লমন মশক থং পলেম পম্হৌ মাথংবু,
হিক্তোক্কবা মচাদো অকবাদি ওইরকই।
মীনা ঙাংনৈ ফজনা 'হুগুবা মচা-মগু;
পলেম পম্হৌ মাথংদি কদোম্নুংদ হিক্তোক্ক!"
পলেম পম্হৌ ঙাংবদি হৈন শিংন ঙাংবনি
পাইম পুক্লিং বারৌম্নু স্নুম্না হায়রে হায়ত্নুনা
হায়বা ইনবী 'তুতনা লেমজনকম ওইবনি;
মুপী ওইবী নথোয়দি 'হুত লাইনিং ওইহ্নুনে।
থুমজয়কই নিঙোলনা—"পলেম মানবী ইমাও!
শাওজবস্নু হৈজদে করিগীবু শাওরুনি
অফ ফত্ত কবাম্নু তাকপি তম্বীগদৌনি!"
"অত্রুমঙাইদনা— মায়ক চেৎপী মমোমসিদি
চৎলো! চংলো ইবেম্মা, নিংজ আশা থুংজরে।
চৎলমদাইগী মতমদা বাথল নৈবী কেতুনা
থল্লকইনে পাইমন্নুং—"নিংজ আশা থুংজরে।"
নিঙোল ওইবী ঐহাকপু থাজ য়োঙ্গ তৌহ্নুনা
মমৌ ওইগে হায়বদই নিংবা থুংলে হায়রিবা?
'হু নত্তনা নৈতেদো ভোম্পা অমুক মাই আশা।
থঙ্গানবা বাথলনা কেতুকীগী চুংদ ফুম;
বাথল চিঙ্গা মাইপুন চংজখিয়ে ইম্নুংম্নুং।

হিদাক লাম্নী কাউথোকই য়াথল মক্ষাং মক্ষাং তৌ
হিদাক মহাও থংহোদে থুবনদি হানখয়ে।
থংদ মীন শিজবু—তাই চাবা ফজদ
শিজ মাগী য়াথলদি থংবিরুদে কনানা
হম্না হম্না য়েংনিংই পেনবা মাইদ মশক্তো
অকাউবদি লৈহক্সে মিংশিং য়াথল হেনবনা।
লৈরিক ক্ষমই কাউথোকখি, হিদাক মত্তোম থক্তোকখি
হিদাক অদু থুমখিজুনা বাগী 'মুক শারক্লে।
হাযনবনা মরাৎলি, চেংলোনদি মহেল্লি॥
নিঙোল মাবু উরুবা লৈরোই কনা কলঙ্ক;
মাইথোং থম্বাল মানবাদো, পাম্নগনি মীপুম তিং
থাগৎ য়াহয় কয়া হায়, থাগৎখিয়ে কেতুকী।
পেঞ্জখিয়ে পূক্লিংদো উরুবদা নিঙোল শক॥
নিঙোল য়োকপী লৈরিকী মাইকৈয়োমদা তম য়েং
হায়জরকই 'সুম্নদি—চাম্নবী ইত্তাও!
কেতু মাগী চেংলোসে খোয়দাবদি থোক্লেদো
থাজ য়োঞ্জ মতমদি খঞ্জে চারে পাইমহুং
'পামবনা হেন্দুনস্থ পীত্রবদি কয়িহুং
অরেম্বদা তোক্কনি গতি লৈতে কদোম্নুং।
তারুরগা শিজ 'পাউ, থুমই লৈরিক 'সুম্না হায়—
"ইমোম শিঙেল কেতু, লম্নান কনাদ পিয়রোই
কম হায়না থুৎশিম্ননি লম্নান মিথুৎ অমদা
লুনা চাম্না ভিম্নবী ইত্তাই বাবু বাথৈনা॥
পূম্নমক নং' নথুম্বা শিম্নগনি শোয়দনা

চিংনবিন্থু পাইমন্নুং ঐনা হায়জরিবসে।"
অসুম্নদি ওইরগা নিঙোল মাবু য়ানবা
থেমজখিগে ঐহাকস্থু করি তৌই হায়বগে;
মতম অদু ফাওবদং ঙাইবিথোও খজিক্কুং।
যাননবা হায়রুনা থেমনা কথা যেংগনি
থেম্ব য়াদ মতাং থোক চৈহত্তুনা অমুক য়েং।
ফজনা হায য়াত্রবা, থিনা হায়রে য়াত্রবা;
মাগুম্বনা চৎনদ্রা, ঐনা হায়বা ইন্দবা
হেক্তা পিনি নমতুনা, মাগুম্বনা কদৌনি।
নিংশিংজগে সিমস্থু খোযনৌ নংবু তাথোনে—
ঙসি নোংসি হৌথ্রতুং হযেং থর নৈরগা
তাঙ্গা চাবা যেংজুনা নোং ফাদোক লেংথোরকউ।
মেন-মান তান অমুক্ত, শানখিসি বারীদো;
"থবাইনা তাবা থোক্লবা ঐহ লাইবক ফবনি।
শাগৈ জাত্তা য়েংলস্থু সনা শিজ মচানি
হাও অরাম মচাদি ঐথোয়দনা মতাহৌই
লল থুমদ যেংসস্থু ঐথোয়দনা মরাৎপনি।
য়েংলু যেংলু থুদিংদ ইতাথোয়না মহেল্লি॥
পূম্নমক্ত ৱাৎপনি, চাংদম্নরু কান্নদে;
লাইবক ফবা তাঙ্গাসে নাম্থোকহন্নি করম্না
করম হায়না কৎনিংলোই শাগৈ ফবা নথোযদা।"
লৈরিক মপাউ তাবদা পেঙ্গখিয়ে দগুদো
মথা 'মুক শমথনা হংলক্লেনে শিজনা—
"নমোম শকপী নহাক্কী শিঙোল কেতু ওইবীনা

য়ায়মদবা মতাং থোক অরেম্বদা তোক্লদ্রা ?
ঐথোয়গীদি তম্নাই থোক লুক্লবদি মতুনি।
মুম্না বাখল তোহৌসি য়ায়ক্লুদি 'রেম্বদা,
ব্বারেম শুবা তাত্নুনা তোক্লদ্রা ঐথোয় অনি॥"
"অকবদা পাম্বা মীওইবগী হৌনশানি।
মুঙাইবদা পাম্বসে মীওইবগী লোনচৎনি॥
অরাংবদা পাম্বসে মীওইবগী মথৌনি।
অচাউবতা পাম্বসে মীওইবগী মঙুম্নি॥
মুংশিনবা পাম্বসে মীওইবই চৎনবিনি।
হিংমিম্নব পাম্বসে মীওইবই হৈনবিনি॥
চামিম্নবা পাম্বসে মীওইবই পুকচেলনি
মুঙাইবদা হৈনবা অরাং পাম্ব জগৎনি॥
মর্ত্তদ মুঙাইবদই স্বর্গই মুঙাইবনতুম
হেম্না পাম্ন ঙাক্কনি, অহেন পাম্বা জগৎসে;
হৌনশানি মীওইবই হৌনশানি লমচৎসে॥
শাই তিংথং হিপ্তই শরুক, মোক্তেক্কন হেম্ন কৈ।
মপোক ফবা তাম্নব্রিবা অত্নুগীবু নত্ত্রনে ?
নিঙোল পোকপা পঙ্খোম্ন কই য়াদনি হায়বগে
মুঙাই পাম্ন ঙাক্কনি তাঞ্জ চাদ তৌবনি।
হায়ক্লবদ কইগুম্বা য়াবিরমদ মতাং থোক
পিশক পিক্লিতৈঙেদগী নাওকোল্লকপা ইমোমনি ;
নিঙোল পোকপা পঙ্খোম্ন য়াবিক্কমদি থোকপনি ;
হোৎনজমন মহয়দো চাজনিংই ঐহাকস্নু॥
হন্দক মতাং 'সিদা মপা মচানা য়াত্রবা

হয়া হয়া চোপ্লদি করি কায় লৈরুনি ?"
মাগুম য়াদ চৎনদ্রা হুজিক ঐনা হায়বদ
ঐবু তয়াই তৌবদি কদাইদগী যাদগে।
য়াদ মতাং থোক্লদি অতোপ্পী ঐগী ইগুন
খংহনগেদো হন্দক্তী—সত্য সত্য শরিশোঃ
কেতু মাস্থ 'হুমঙাই ঐই যাথং য়াংম লায়
চৎপা মতাং থোক্লদি খঙনিদো শরিশোঃ
মরম ওকপী কেতুনি হাযবা ইনবী ইমোম্মী
লমচৎ শাজৎ পুম্বদি ঐগী পুকচেল লৌবনি।
হুম্মা নাপল তৌরকই পংেম শকপা লৈরিক্তো
য়াননবা হোৎনংগে, মতুনা ঐ ইথৌনি।
থর লৈরে হাযরগা শংবা মুমিৎ অময়েং
পাঞ্জিদবু চত্তুনা পক্লত্রতুম যেংলুসি ;
অতৈগাদি তইরাইথোক পক্লরমদ তোক্লীকো।
হায়া খংদোক উখিসি, তুত্রম ফন লুবনি॥
"ফরে অত্থ, ওইরদি চৎলগেনে লৈহৌরো"—
ঙসিদি থেংথরে, নোংম লাকপা হাযত্থনি।
ইতা লৈরিক লৈহৌরো, ঐস্থ য়ৌন ভৌথ্রগে
নাপল তৌবী অনিগী থারীত্থবু লোযথরে।
ঙাংনবিবা ঙসাইথৈ, শানরিবা পুম্বদো
তাজৈ নিঙোল নাপদা। মোম্মু মাগী থম্মোইমুং
ঙাংনরিবা থাঙাংদো তাশোনগীদি মতৌগুম
শাথৎচৈনে মুজাদো, কাবখিগত্রা থম্মোইমুং ;
মুংশি শরি থাশক্তো, থুংলম্মোইদ্রা পত্থুংফম॥

## তরেৎশুবা তাংকক

নুংশি মৈনা চাকপদি ইকাই লাংন কৈদৌনি
পাখং লিচৎ হৌনশা যেংনিংবনি মশানৌ।
ঈখৌ লাংব মিত্তুনা য়েংজনিংই পেম্নক্লম
নোঙ্গৌবীদি চেক্লাচা নোংদোল লাইজ ঙাইবগুম
পাখং ওইবা মহাকস্থু যেংজনিংই নুজা শক।
"পাখং ওইবা নহৌশা নুংশি ঈখৌ লাংবরা ?
নত্রগা—অপাম্বই খম্মোইনুং, লাংতক্লবরা ?
খংদ্রবরা পাখংও ! নুংশি মগুন চাউবনি
লাপথোক্লগা হেনখনি, নুংশি শকপু য়েংনিংবা।"
নকশল্লস্থু 'তুমঙাই লাপথোক্লস্থু 'তুমঙাই
নুংশি থৌরি কোঙ্গাই হুক পাখং মাবু তম্ন চিং
লৈফম চাফম খংদখৈ লাক্লে নুজা মকা তম।
পাখং মাগী পীবুক্লুং খঞ্জরকই মরোমদোম
করি উপাই তৌহনা চঙডুগনি নিঙোল নাক।
য়ায়াম ঙাংবী পোক্তবী পলেম মমা শকপীদো
করিগুম্বা থেংন থোক, ইকাইজখ্রনিদ : ঐ !
অকিবনা মাংওইনা ঐবু হন্মোক্লসিরা ?
হুমঃ হন্দোকপদি য়াদে। মীনা উখি থোক্লদি
অয়ম্বনি হায়খিনি, পাংদবনি হায়রোইদ্রা ?
নুংশি মাগী মকাদা হায়ক্কেৎ ইকাই বানিদ।
হন্দোক্লরোই কদৌনুং ! চংলুরগে নুংশি নাক
পুখ্রি মপাল কবোক্লে, ঙাইরুরগে নাক্তুদ ;

ঙাইরুরেদো ঙাইহাক লেপ উখিদরে মুংশি শক
খঞ্জরকই থম্মোইমুং, কমদোগনি ঐহাক্তী;
মুংশিবীত্রব্রা ঐবু, পাম্বীত্রব্রা থংজদ্রে॥
পামজবতা তাদ্রুনা তোক্লদ্রনে ঐহাকপু—
হায়নখিবা ঝাঙাংনা, য়েংনখিবা মিৎয়েংনা
পুনখিবনি থম্মোইসে মুংশি থৌরি ওইদ্রুনা।
উজনিংবা শকস্মু উজবদি ফংদ্রবা—
"পাখং মানা ঝারগা মুজা মানা মুঙাইবা
হৌন লিচৎ ওইরিদ্রা? নিঙোল ওইবী মথোয়গী
হৌনশারা লৈরাংগী খোইমু থম্মোই ঝাহনবা।"
কোরৌ মশক উদ্রবা অঙানবত্ত ঙাইরকান
লৈরাং লৈগী জাত্তগী লৈরাং থম্বাল ওইবীদো;
ঝাঙলেন খজিক থেংখিঙৈ, লৈরাং লৈকা উমখি হান
খোইমু ওইবা মহাক্নৌ কাউদোংকমদি লৈখিদে।
খোইমু য়াহৌ থেংবনা লৈরাং লৈ উদবনি
লৈরাং মরাল লৈতেদো। য়াহৌ থেংবা পাখংনা
নিঙোল শকপু উদবা কনাই মরাল ওইদগে?
মুক ঝানা লাক্লগা উনদ্রদি করিগুম্বা
কাইরনিয়ে থম্মোইসে. ঝাখিবনা ঐহাক্তী॥
ঙাইহাক ঝাখল তৌরগা 'নৌবা ঝাখল লাকনি;
সুম্না হায়বই মতাঙুম শরৎ ঝাখল তৌথরে।
পাখং পাইম পুক্লিংনা ঝাখল লংজিল ফংথরে
নিঙোল মাগী মরানয়াই খল্লে হেক্ত চংলগে।
চোম্প তায় চোম্পগে, অোংদমখোলনি নোংদম্বই।

মুংশি মশুং লাংগীবু করি চোপ্পা কিরুনি ?
চংলগেদি খল্লক্লে, চংদগীদি য়োরক্লে ॥
কোরৌ মশক উখিদ্রে মুংদাংবাইদি য়োরাক্লে
নুরা মাবু ঙাইন ঙাই, থেংজিল্লকই মতমদো ;
উজদ্রিনে মুংশি শক, ঙাইজরুবা পাখংনা।
উফৈথক্ত তোংদুনা চাক্তারম্বা চেক্লাসু ;
অহিং চেক্লা কয়াসু থোরক্লেনে মহুমদই
মিত্তাংবীদি মকুদো, খোঞ্জেল মাই তানিংদবী
শেকপীশিংগী জাত্তুনা হরাও মথোয় কাখরে।
অযুক মুংথিল মতমদা মঙাল য়াওদ তন্দান্দা
অমম্ববু লাকপদা মঙাল য়াওন পাইরক্লে।
অমম অঙান শিন্নবই 'সিগুম্বা তাঞ্জ 'সিদা
মরম ওকপী কেতুকী, লাইনিং চেৎপী কেতুকী
য়াচংলকপা মতমদা, নেমতক তৌনা হৌরিবী
•মনা পুংবা বৃন্দাদেবী মশা-মরেং 'তুনা
নৈবাক শোক্তে মতাঙুম, হৌরি' বৃন্দা মথোংদ ;
তনৌ তনৌবী মখুৎনা ধূপ থাওমৈ থান্দুনা
শুমাং থেল্লোং নৈতেং হাপ, থুরুমজখি বৃন্দাবু।
মতম কুইনা ঙাইজবা, থঞ্জরকপা ঙসাইদই
হায়রিদৈ তাঞ্জা 'সিমক তাঞ্জা চায়ে মতাঙুম
বৃন্দাদেবী পুজা তৌ নিঙোল মানা নৈরিদৈ
শরৎ কোবা পাখংদো চংজখিয়ে মুজা নাক।
মী থংখিনি মতাঙুম শোম্বাংনবা খোঞ্জেলনা
থম্মোই মুংদই য়াখলদা, য়াখলদগী চিনবান্দা

নংহৌখিদে খাম্বগা হাবখি 'সুন্না—'মুংশিবী'
অমুক্তসু তাদ্রিবা, অসিগুম্বা খোঞ্জেলনি।
'মুংশিবী' হাযবা ৱাহযনা 'তুক মুংশি কৌরকপা
থুমজখিযে থঙলেন কা, মুংশি মাগী মকা তম
'পাম্মুবা'—খোঞ্জেলনখি; মুংশি য়াম্বা ঈপোম লাং।
ঙাইহাক পুঙ্গোই অতুদি শাবী-শানৌ অনিমক
মুংশি মিৎযেং খোযখোয়বা, মিৎচানখি 'মত্তা ওই।
শানৌ নংগী মুংশি কা, পাউদমসিগে করম্না—
পাখং ওইবা ঐহাক্না, খোসরাংগনবা থম্মোইদি
ওইকবনা হেন্দোকপা, মুংশি নাক্তই ঙমজদে।
ঙমজদেনে নৈথোকপা, য়েংজদনা মুংশি শক
খোয়দাজবা চেংলোদো, তুমিন্নবে ইত্তোমতং
মুংশি মুংওল ককঙ্গাওন, থিংঙমদব থম্মোইমুং
হুকখিবনা কোঙ্গোইদো মুংশি থৌরি ঙক্ত ঐ
নাম্বোক্তুনা চৎচবা ঙমজদেনে কদৌনুং।
থম্মোই মুংদ মুংশিবই কাংলুরগা নাতৈদো
ইদোম ৱাখল লম্মুক্ত শৎঙমদনে পুন্নোলদো।
থংজৈ ঐসু তাঙ্গাসে থেংজিনখ্রে মতমসে
'তুম্নদি ওইরবদা, মিৎকুপ পুংজা অমত্তা
শানৌ মুংশি নকাদই হেন্দোক্লীংদ থৱাইনা
মিপাইবনা তনিক-নিক, চেঞ্জরকই ননাক তম;
থল্লুবদই থৱাইসে পোখাগদ্রা নংবু য়েং
লাকচবনি মুজা-নাক, ৱায়োবীমু মুংশিবী।
অয়াম থৌরাং কোকইদো শানৌ নংবু য়েংলগা

চায়দোক্লিংবা কোঙ্গাইস্থ শক্তম নংগী লাংবু ওই
কুপথি ঐগী থম্মোইনুং অকাউবনা পুমকুপ কুপ
শানৌ ফিগৈ শিংবিযু—"পুনথিবনো থম্মোইসে
করি লাইরবা তৌজনা, করি পোৎশেম হাপতুনা?"
—থগুলেন নংগী নুংশি-কা, চিঙ্গোইসিগে করম্না
ইফুৎ লাইজ মতৌগুম থগুলেন মাগী নুংশি-কা
খুমদোরক্লে অস্থম্না—ম্নাহস লৈতেং কযা হাপ
"লৈজদেনে কনা 'মুক ঐবু থাগৎপিনগ্নাই
ফজ শক কনাগী পান্দমনবীরিব্রা ঐ?
শকপিবীনি ঐহাক্নৌ লিন্দাওবীনি নিংঙোল ঐ
পাথং থম্মোই পুঞ্জবই ইতিক লৈতে কদোম্নুং
অকাউ পরৈ কিশিন্নু, হাযযু কইনো নুংশিবা?
মেংল থম্মোই নহাক্নৌ মপাউ খোলদি নিংপিবা
লৎনবিন্নু কদোগে, তম্বীযুনে নুজা কা।"
"নুংশি থাম্বী মৈবিনা চাক্লিবসে লকান্নুং
থংলিরোইনে নিংঙোলদি নুংশিদবই থম্মোইনুং
ঈথৌলাংবা ঐতনা থকচনিংই লাইজদো;
লাইজ ঈথৌ লাংবনু কোকহল্লিনে লাইজনা—
অতগনে নুংশিবী! লাইজ মশা মরোমদোম
ঈথৌ লাংবা রাংপদই থংদবনি লাইজনা
ঈথৌ লাংবা করিনো? নুজা ওইবী নথোগদি;
থংজরোইনে নরোমদোম, নুংশি ঈথৌ-লাংজবা
পাথং ওইবা ঐতনা থংজে নুংশি মৈচাক্তো।"
—"তাৎতৌজনা থৌবনু হৌনশাম্না পাথংগী?

থঙলেন মুংশি থম্মোই-বা, পাউদম্বীয়ু মুজা কা।
পলেম পোক্তবীতুনা করিগুম্বা উখি থোক;
অথি মীচৈ হায়রনি ফজ বাহয় ঙাংবিরোই।"
"থম্মোই মুংশি পাউদম্নবা, লৈজদেয়ে কইস্থু
খোয়রাংগনবা থম্মোইদি পাখং ঐনা ওইবদই
য়েংজরগা ন্‌ুংশি শক পেঙ্গগনি খনবদই
লাকচবনি মুংশি নাক, য়োরুগেদি হায়তুনা।"
ঙাংনরিঙই তাঞ্জাদ কুইবু কুইদে পোক্তবী
ন্‌রা পাখং অনিগী খোয়খোয় মিৎযেং মিৎচিনা
মিৎচানঙৈ তাল্লক্তঃ হায়রক্লেদো 'মুম্না;
পোক্তবীদি মমানা কেতু ওইবী মহাক্কী।
যেৎ থংবা থুত্তুদা শংবাই অহাংবা অমা পাই
খোংথাং খোংলৈ থুরপ্না চংশিল্লকই লৈরিক্লা
পিশুম অনি তন্নশুক অশাও মিৎয়েং লোয়ননা;
শরৎ লৈবা মাইকৈ তম মুন্না অমুক য়েংইদো।
কেতু লৈবা মাইকৈ তম অমুক মুনা মুনা যেং
'নিতুনা ইকাইতুনা—থম্না থক্কী লাইজদা
মালংবনা হুম্বদা তনিক থাংবই মতোগুম
মাইথোং অনি তনিক্ল, থাংজৈ লৈরিক মমাংদা।
শরৎ মাইকৈ তন্নয়েং হাবরক্লেদো লৈরিক্লা—
"চেংলৌ হেন্না নিংথিবা পাথং শকওই মাল্লিবা
কই থবক্কী লাকপনো য়াচংলকপা কান সিদা
থবক লৈত ওইরগা থাঙ্গ লৈকাই কোয়রকপ্রা?
হাবয়ু করি থবক্কী লাকপনোনে নহা নং?"

শরৎ কৌবা পাথংদো থুমফম লাকফম থংজদে
নূরা লৈবা মাইকৈদা অমুক মুনা যেংইদো
থঙ্গানথি থম্মোইনুং, থুমসিগবা করম্না ?
মকোক অত্র তন্ন হোৎ তৌকম থংদ মীগুম্না
চমম্নবনা পাইমনুং উচুক য়ুংগুম লেপথ্রে ।
পূর্ণিমাদি নুমিৎকী থাজ থানিল মাইথোংদ
'মংবা নোংনা কুপ্পগুম মাইপো° মাগী নিংথিবা
ইকাই রাথল মপৈনা কুপথি পাথং ফজশক
থঞ্জথিবে পাইমনুং পাথং মাগী থম্মোইনুং ।
"কবি চোপ্পা কিকনি নুজা ওইবী মগুংলাং
অরাবদি অমনা, ইবোমদোমদ নত্তনা
শানৈ ওইবী মহাকস্থ চেন্নবদো ইগুংলাং।"
ঐনা 'সুম লৈথোক্লদি নুজা করি থনথিনি
থল্লবোইবে পাইমনুং থুমদোবক্রে অম্নুম্না—
"পলেম মানবী ইমাও! কইগী 'তুক শাওবীরি
পাথং যাবা তাবিথো অমুক্তদি নেমথথো
যাহৌ থেংবা ওইবনা লমথুংফমদি থংজদ
লম্মুক্লজে ইথন্তঃ লৈরাং নাক্ত যোঙমদ ;
লৈরাং লৈনম্ লৈনুংশি ফংলুবদা খোইমুনা
কোইঙাও ঙাওনা থিজরুই, খোইমু ওইবা শিংত্নুনা
থিবা কনবা ওইকঙৈ 'য়ুক ঙস্তা অঙনবদই
উচিন নাচিন ফংজরে মুংদাংবাইগী মতমদ ;
লৈবাং লৈশক্ উবদা পাইথোকচবা ঙমজদে ।
খোইমু শিংগী জাত্তুনা ককৃঙাওনথি লৈরাং নাক্

অমম্-'ঙান্ লম্দাইনৈঙ পল্লেপচখি লৈরাং কা
নোংদম্ মাগী নোংদমখোল ! খোইমু চোপ্‌পু তম্‌খিদৈঙ
লৈখোংবুদি শংলিবী লৈপু অদু থেংনরে।
খোইমু ইকাই নংদুনা পাইথোক্চবা ঙমজদে॥"
লৈরাং মুংশি লাংদুন খোইমু ওইবা থুখরে
ওঃ কথাদ ব্রাব্রীবা ! করম্ তৌনা লৈরিবা ?
লৈরাং শাংপা উরগা লৈরাং লৈহি লৈপাম্বা
লম্দন্‌বদি মহৌশা—লমদল্লরে শিঙেল নাক্
করি থোযনা কাইবগে শাখপ শোন্‌বা খোইমু ওই
মুংশি মিৎলম তারুদৈঙ. লমদনবনি ব্রাবৌয়।
থাজ মতুং নোংইনগুম পামজবদই ককঙাওন
লাকচবনি মুংশি কা ফংনিংবদই লৈহিদো।
অপাম মৈনা তম্ব ব্রাই নোক্রদুনা কদৌনি।
মুংশি মৈনা মৈরি নাই ইকাইদুনা কদৌনি॥"
পাখং মাগী মপাউংখোল তাববদা লৈরিক্লা
ওকচনিংঙুই তরাম্না অদুবুনে ঙমজদে।
হাযনখিবা ব্রাঙাংনা, শকুখিবা শরিনা
কিকবদই লৈরিক্লা চৎনজখি পাখং কা।
তাওনে পাখং নহাও ! ব্রা হাযগে মুন্ন তাওনে,
শিঙেল মানা শাংলিদৈঙ চেক্লা কথা মাগীনি
লৈরাং লৈশাং তম্লিদৈঙ খোইমু কথা মাগীনি
চনু নিঙোল কযানা মরানয়াইদ লৈরিদৈঙ;
পাখং কথা কয়াগা মুংশি মুংওল শৈদম্নে
লৈরাং লৈগী পুম্সিদি খোইমু খোংলোয় ওইবনি।

থাজখিবনা নিঙোল, যোঙখিবনা চন্নুরা ;
নংনা ঙসাই হাযদুনি—"যাহৌ থেংবা খোইমু মা
শাখপ শোনবা ওইবদই লৈরাং লৈহি ফংদ্রিঙৈ ;
লৈরাং লৈগী লৈকানা উমশিনখিবা হানখিঙৈ
লম্নুকুবা শিঙেল কা পোম্বী মাগা পাংখক্লী।
রাংলেন খজিক থেংবদৈ শাবী শানৌ অনিদো
তম্নমদ্রে নোংদম্বা — মুংশি লৈপূন খযোম লাকউ;
পোম্বী যাহো ঙনবনা চেক্লা মাগী ওইখিবা
ঙন্না তাবা শেন্দ্রাংনা মচং চাই হাযবগুন্না
হায শিংন তুংইন্ন খরাই থক্ত লৈরাং হাপ
লৈরোং লাইদ কৎপগুম, চন্নু চাদি পাজখ্রে।
মপূ পানবা ওইখিঙৈ — 'চংহন্নিংদে, রারোন্নু!
পোম্বী পূক্লিং ওনখিন্নু, পাখং শমাই লৈখিন্নু
শিঙেল কযা শাৎলিনি চন্নু কযা লৈরিনি।
শাখপ কন্ন খপ্ন-খপ, কোইপাই কোইপাই পাইনা থি
ফংলকখিনি শোযদনা, লম্লান অতোপ চন্নুরা;
লৈত্রব্রনে নহাকপু খোযদাবা 'তোপ্পা চন্নু,
কেতু মহাক নত্তনা পাখং মাগী পীবুক্লুং।
শিঙেল কযা শাৎলিনি যাওরকখিনি খোযদাবা
লৈরাং সিমগীদমক খোইমু রাবা তৌরুন্নু!
ইমোম কেতু মাইদমক থম্মোই করি ঙুংনাংনি।
মতম খজিক থেংবই খুযোনদুনা তৌবনি
পাইম পূক্লিং রারুন্নু পাখং ওইবা শাওক্লদে।
হায়রম্নগা অম্নুন্না লৈরিক ইমুং চংখ্রে॥

করি উপাই তৌগনি পাখং ওইবা মহাক্তী
তিম্থোক মমৈ ককপগুম চেক্লা শাগন তেকপগুম
ৱাজৈ শরৎ থম্মোইনুং শানৌ নুংশি মশুংলাং
শরৎ মাগী পীবুক্নুং থঞ্জরকই মরোমদোম
নুংশিহৈতে নুংশিবা, চাকথেক্লোনে হকচাংসে ;
হিংলুত্নুনা করি কান্ননি, লৈজনিংদ্রে ঐ !
উরি রেৎত্র পামেলদি, কংলসনু লেপকং কং
মঙাল য়াওদ মৈরিদি মুৎলসনু মুত্ত-মুং
হায়নৈ মীয়াম পূম্বনা নুংশিবা হাযবা 'সিদি
লাইনিং চেৎপা কনাগী তৌবা ঙম্বা লাইগুম্বী
কনাগুম্বা অমনা—নুংবু নুংশিরবদি
নুংশিবনা পিজ পোং, অথাবা অথুম্বনি
অয়াকপসু 'চম্বনি, হাওতবসু অহাওবনি,
থিনা হায়রে নুংশিরে, ফজনা হায নুংশিরে
তৌগোরকপা 'পূম্বা পংনুং নুংশি হাযত্নুনি।
ঐঙোন্দদি পুম্নমক ওন্ন-তৈন ঙাক্ত ওই
শাগৎচবা আশাগী, ফজ লৈচিল মপৈত্নু
লাইজ ঈশিং ওন্দুনা অরেম্বদা তোক্লেদো।
মঙলান শাবা ফুরাগুম অরেম্বদা তোক্লগা
লৈচিন্দ কাপ্প তেনগুম কদাইদবু মাংথরে ;
লাইবক থিবা পাখংগী করি উপাই লৈরিগে
থঞ্জরুবনি ঐহাক, কথোক্লগে থৱাইসে ;
শানৌ মাগী নুংশি-কা, পিনবিয়ু নোংদম্বা !
পাম্মু নুংশি 'খোয়নি লৈপূন শেমগে 'মক্তা ওই।

কইগী মাই লৈদ্রুনা হল্লুগনি অঁযম্বগুম
মুজা ওইবী মাংঙাইন্দ 'শৈরিবা' য়াব্রা থংখিগে
পোক্কবী চৈরাক কনত্রা? নুংশি চৈথেংনা বাংপ্রা?
অরেম্বদা তোক্লদ্রা? চিংডু মাবু শাক্কি থম
পরৈনবা বাশক্কো, কাওরদ্রনে নিঙোল মা;
'য়াবা কোঙ্গাই তারম্মু অমই মতেং 'মনা লৌ।
কনা তম্বা ঙমগনি শউন কুপ্পা হকচাংনি
পাইম পূক্লিং বাখলদো পাখং ওইবা মহাক্কী
খামত্নুনা থম্বা ঙমদ্রে থম্মোই নুংগী মৈচাক্কো
ঙুংদৈ পালদ থোরক্লে চিঙ্গোইরক্লে নুংশি 'পাউ
"পামেলগুম্না লেপ্লীবী খল্লি করি পাইমনুং
চন্নু ওইবা নহাকম্মু ইকাই নংলে ইশুংলাং
পাখং নুংশি ইহাকথং হাযদ্রু খল্লি করি নং?
খোয়যুম মানা তমথ্রবা করম্নবু কক্কনি
তম্নম্লদি বাধীনা কাযনৌ নং-গ্রৈ শেৎননা
ইরাইবক'নি থাংজগে শানৌ নুংশি নশুংলাং।
ওইরমদ্রবা অত্নুদি, নৎলমদ্রবা মত্নুনা—
লাইজ ঈশিং ঈচেলনা ঙঙ্গাইরক্ত চেল্লকান
ঈচেল ঈরোং ঈফাংগুম শানৌ নংগী থম্মোইনুং
পূক্লিং অনি তন্ন লোং মীরাইবিরক মতাং থোক
খংজনিংই থম্মোইনা শানৌ পূকচেল হোংগদ্রা?
'শেংবা য়াবা হায়বিয়ু, শানৌ ফিগৈ শেংবিয়ু।
চোংদ্রিডৈদ য়েংবিয়ু মুম্না বাখল তৌবিয়ু॥"
"শেংজন্নিনে ফিগেসে থঙলেন নংগী নুংশি কা

থম্মোই নুংগী অবেপ্পা তাযদোকচগে ননা ওনা
লেংদ চাংজাও মত্তোগুম লৈজগেনে ঐহাক্তা ;
নোংলৈ নুংশিং হ কথেংন অথাং কনবা উৎচগে
পাম্মল মাগী মত্তোগুম লেপচগেনে নশুংলাং
পাম্মু মাগী যাকা যেং ইঞ্জগেনে নুংশি 'তুং।
হোংদোক হোংজন হৈজদে, অরেপ্পনি হাযথিবা ;
নাচুংজবোই কদোম্নুং শকচথিবা শরিদো
মোম্মু লাইবক পাংবদি পাথং নংগী নরানযাই ;
নুংশি থযোম পুন্নলাক পুন্সি চুপ্প লৈজগে ॥
তৈরাং ফক্ত ওঙ্গগে অপাম কাদ থুংজগে
চবা নামতা চানস্থ পথং নশুং লাংগীনি
শেনখ্র নুংশি লৈপুন্দো শেৎনহল্লোই কদোম্নুং
পাওং নংবু থাদোকপা তুমজরোইনে কদোম্নুং,
লৈবাং মাবু কউখোকপা খাইমু মাইদি হোনশা
চেন্না নংবু তম্মোকপা শিংচেল ইতিক লৈজদে।
লৈবাং পম্বাল শাৎপদি খোইমু মশুং লাংগীনি ;
নুক্তা ঐনা হিংববু নম্রবান নশুংলাং ?
কেতু ওইবী মচাক্কী থম্মোই নুংশি বাণ্ডাং তা
কাহৎশবা নুংশাদ পখরবা লৈরাংনা—
নোঙলদাই লিক্লাবু ঈথৌ-লাংন ডাইজদ্বৈ ;
তাবক্লদি ঈরিক্লা— মৈচাক পুবী শিঙ্ডেলনা
চুমজগনি করম্না লৎনজবা ঈরিকপু।
তাকবনা শানৌগী নুংশি মপাউ নিংথিবী ;
বার পাথং থম্মোইদো 'মুক হন্না তেকখৎখ্রে।

থম্বাল কৌবী নৈরাংনা কোরৌ মণ্ডাল ফংবদা
খোইমু থওলেন মকাতম নৈরিক উৎকে শাৎকাই্গুম
চনু নিঙোল মহাকী শেংল থম্মোই উত্তুনা
লোলুপ-লোকোম নৈতনা পাম্মু মাগী অপাম কা
নুংশি-নুংশি চান্নবা থম্মোই থম্মোই খুৎশিন্ন
হবাও মোমোন মীনোক তম চনু পাথং অনিমক।
শরৎ মাগী থম্মোইন্নুং তারুবদা চিঙ্গোই পাউ
হায়দোরক্লে অয়ুম্বা কেতু নুংশি মকা তম
"হাংজ উরি' হোংবনি লেংদ্রিবদি পামেলনি;
নিঙোল পূকচেল থংজবা থম্মোই ঐগী হরাওইজ।"
নুংশি মপাউ তাবদা শরৎ কৌবা পাথংদো
লাম্বা তোগে মতানি, তাইবং জগৎ অসিমা।
কেতুকানা হায়রকই—"চেকশিনখ্রনি হুজিক্তা
পোক্তবীদি পলেম্না—থংগ্রননা হুজিক্তা
মুণ্ডাইত কোঙ্গাই থম্মইগী, শিনতনা নং-ঐ
পাউমেন্নগদ খিবিকম্মু কাদি তৌগনি?
থাগ্রগনি থম্মোইন্নুং পোক্তবীনা পল ওই।"
"পোক্তবীনা কদোনি, কাইনদ্রগা লোয়রেনা
কাইনগদ ঐখোয়ন; পানমিন্নসি তাইবংদা।"
শানৌ মাইকৈ তন্ন যেং নুংশি মপাউ চিঙ্গোইজৈ
চিক্ক ইংনা থেংবদা লাকে নুংশি নকা তম
চুইবিবম্মু তরাম্না লাকচবদা শানৌ নাক
লিমিন্নসি নুংশি-ঋরী, নাপ চিক্ক লোম্ন
পাম্ম্ নুংশি থয়োমলাক শেমখ্রবদা নৈপূনদো

শেৎনহনবি কনানা, মাগুম্বদি তম্নাই থোক।"
অদুবুনে পাথংও! নুংশি নংগী নকাদ
যান্না অমত্তংগনে চিঙ্গোইজগে ঙসি নোং—
"তম্বা ঙম্নী কনানা? পোক্তবীগী থুজিনসে
লম্লান মীথুং অমদা থুজেং পালোযনখিবা।"
"অদুবুনে শানৌও! নুজা নংনা যাদ্রগা
ঙম্মু গনি করম্না, মাগুম্বনা নহাকপু;
লম্লান মীথুং অমদা, লৈপূন নম্ন শেম্ববু।"
"শরিনবা ন্নাশক্না, পন্দোল লোমদা মতাং থোক
নুংশি কাদ থুংদ্রবা, পাম্মু সেবা ফংদ্রবা
কাইনবগা ফৌরোইনা শিজগনি ইরোমদোম।"
"হাযহৈহেদেদঃ নুংশিবী! লম্লান মীথুং যৌদ্রিদৈ
শেমহোগনি ঐহাক্না লৈপূন অদু হান্নবা।"
ঙসিগীদি হনথ্রগে হবে 'মুক থোংলোযবকে
তাঙ্গাবুদি যেংতুনা পোথারগে নুংশি নাক.

# নিপালশুবা তাংকক

'তিমা থক্ক নোংমদোল কোরৌ মঙাল নিংথিবা
সনা ফুদোং মচুশুম মৈবুলশুম্না লংলিবা
নিংথিজবি কযাদা, যেংবগীদি পেন্নাইদে।
ফজবা উর কল্লকপা, হে রাহু তমথৌবা!
করিগীনো তেমশিংবা অঙানববু মমহনগে
থনগুবোইযে কুপ্লগে কোবৌ মাবু 'মম্ব লাং
কোরৌ থক্ক থানথ্রেনে ঙসি কোবা নোংজাদা
রাখিবনা কোবৌনা লৈফম-চাফম থংদশুম
ঙসি কোবা নোংসিদ কেতু কোবা শিঙেলদো
মরা কক্ক পামেলশুম থুইথবক্রে অসুম সুম।
মমোম ওইবা কেতুকী পোক্কবাগী মমাংদা
থম্মোই নুংগী মুঙাইত 'বাবা কোঙাই অমদি
উংন বাইনা থুম্বশুম, থুমপি কেতু পনবাম্বক।
ঙসি থংনিং নিংশিংই, হায়নথিবা ঠুমিংতো
ঙসি কোবা নোংসিনি মিজ মাই মচানুপা
বীরেন কোবা সনাদো থারক্কনি হায়বদো॥
ফজ্জ মাগী ফজ্জশক অকক্কদ মমলনি;
শোন্নিংবদা শোনগনি, লৌনিংবদা লৌগনি
হায়বৈ মতানি লৈরিক, মমোম যোকচ মমলদি
ফংলগনি মতাশুম রাখস দলাল শাথরে।
বীরেন সনা মহাক্না কেতু যেংবা লাক্কনি
হায়বা নুমিং অসিদি, কয়া লুনা তৌরিবা

শরুক চাম হান্নদগী হেন্না লুনা তৌখ্রে।
পোক্কবীদি মমাদো মহোশাগী লিচৎকা
ইহোং হোংখ্রে ঙসিনো°, অপোকপীদি মমাগুম্ম
লুনা-চান্না তৌথবে নিঙোল ওইবী কেতুদা।
থঞ্জবকই পীবুকন্নুং লৈরিক মাগী থম্মোইন্নুং
সনা মাগী পুক্লিংনা খোযদাবদি মতাং থোক
পেঙ্গগনি থরাইসে কৎখ্রবদি সনাই কা।
কোবৌ নোংজা 'মত্তব্ শিঙেল মানা তাজ্রদে
'ইমোম' হাযনা মিঙ্গৌবা, ঙসি কৌবা নোংসিদা
মমোম হাযবা মিঙ্গৌনা লুন-চান্না তৌথবে।
লুনা চান্না তৌরকপা মতৌবুদি উরগা
শিঙেল কেতু পীবুকন্নুং থঞ্জবকই মবোমদোম—
"অঙাং নাওবা ওুইবিঙে পলেম মশক থংলক্ত
খোম্লাং মপূং ফাবক্ত, শেৎনঙেদৈ পলেম্মু
অরাবগী পিরাংলক যাওনজখি মুজা ঐ।
পোক্কবীনা নাওকোনবদৈ কোবৌ মুমিৎ 'মত্তা
চরি থন্না পিজদে অশাওবগী মিৎযেং-খা
যেংনা যেংনা অস্রুম-স্রুম চাওজরকই শিঙেল ঐ!
কোলোয ঐগী নত্তনা ইমোম হাযনা মিঙ্গৌদে।
মতিক মপা চাদবা শিস্থা কযা শিংলনহন
অরা থবক কোকথোংন, মাইপুহনখি মুজাবু।
কোবৌ নোংজা অমত্ত খোযনৌ ইমান্নবী লক
অরা-মুঙাই রারীন কংজরক্তে শাজবা;
চরৈ শেৎপা নিংথুংদে খোযনৌ লক্ত তিলহন্দে।

রাব কোঙ্গাই কেতুগী পোক্তবীনা থংবনি;
নোংমই চবা থিরিবা কোযনা শিন্থা-শিল্লংবা
পন্থো ওইবা মহাক্না নিঙোল রাবা উবিদে।
ঐনা তাযজ কযাস্থু পোক্তবীগী শরৈনা
তাদে ঐনা হাযজবা নিংবা থুংদ্রে ঐহাক্না
শরুং শরা তানখ্রবী থবা মমৈ রাইখ্রবী
পলেম মাবু কোত্রুনা কপচবদে হেন্নমুক
'তোপ্পা উপাই লৈজদে, কনাদ 'মুক তাইনফম।
ঙসি কোরৌ নুমিত্তা ইমোম হাযনা মিঙ্গোন
পোক্তবীগী চিনবানথোং লাংবন খোইহি তৈবদি
অশিবদি তিন্থোক্না অচং ঙমু থেম্বগুম
করি কম থোক্লগবা? চিংনৈ নুক্সা থম্মোই নুং।
লৈরিক্লদি কোরকই—"লাও! চংলকউ ঐগী নাক"
উচেক মচাই জাত্তুনা লমথুনুগী মমাংদা
তুশোন-মানশোন মতোগুম মিপাইজখি থরাইদো
পোক্তবীবু উবদা নুক্সা মাইথোং ইকি-কি।
চ শিল্লক্লে কেতুকী যারা 'সিবু হায়ত্রুনা—
"হাযবিয়ুনে, করি তাকপিগদবা নমোম্থু?"
"লাইরক ফবা হাযত্রনি ইমোম নংবু ফংজবা
নহাল লাক্লম্বা ইতাই 'মত্তা ঙাইজ মপারি
কোলোয মাগী বীরেন কৌ; শাগৈ জাৎনা সনা ওই
ঙসি কোবা নোংসিদা লৈরিক ঐগী শঙ্গাই তম
বারেন সনা লাক্কনি শকথং মাইথংনহৌনে।
নংবু য়েংবা লাক্কনি, অত্রুননে ইবেম্মা—

থাজ্ঞ যোঙ্গ মতমদি য়োবক্লনি থংলব্রা ?
ঐনা নহাল হায়ত্নুনি, ঐনা শিল্লি পূম্নমক
নংগী ঙ্কন ঙাক্তনি, করি অমুক হায়গনি
কেতু নংগী নফমদা পল্লত্নুনা কান্নদে
শাগৈ জ্বাত্তা হায়রম্নু নিংথেমচাদৈ 'থোয়বা
মবল মথুম য়েংলম্নু অৱাংপদি লৈতবা ;
ফৌ-চেঙনা কয়া কয়া কোংশাং 'ত্নুদা থন্না-পৈ
য়েংউ য়েংউ খুদিংদ কৈশু ৱাংপ লৈতেদো।
সনা ওংবা তাবদি মিংগোফমম্নু ওল্লনি,
ইকাই খুম্ন উত্তুনা নংবু 'স্নুম্না কৌননি॥
কনা 'মনা হায়নিদো ইনগবেম্মা হায়ত্নুনা
কনা 'মনা কৌরকনি ইচেবেম্মা হায়ত্নুনা
কনা 'মনা হংলকনি শিজ' শঙ্গাইদা লৈব্রা ?
পামজদ্রনে নঙাকপু সনা ওংবা শিজ যম॥
পোক্তগীদি মমানা হায়বক •পাউ খুদিংদো
শিংঙুল মাগী নাপদা হাপচখিদে কদোম্নং
থঙ্গরকই মরোমদোম—'তৌজ শাহসে মাগুম্ন!'
স্নুম্না তৌনরিইঙ্গী তাঙ্গা অসি মক্তদা
পলেম মাগী যাথং পু নিংঙোল মকা তমত্নুনা
বী.বনসনা য়োবক্লে। য়েংথোক্লুদ লৈবিক্লা
বীরেন লাকপা উবদা তরাম্নদি ওকচখি
লোইনরকই বীরনম্নু মমাম্নবা অমগা।
মহাক 'ত্নুনি থংসম্নু হায়বগীদি মতাগুম
কেতু লৈবা মাইকৈ তম পাউথাংলকই পোক্তবী

"কদোৱগে নহাকপু ফিদা 'মত্তা পুন্নকউ
কবি হানি ইবুঙো লাকথোক্কনা লাকপদি।"
"হায়বিরিবা অতুনা ওকচরেনে ঐখোয়দি!
ঝাবদ্রুনি নহাক্তী লমদম লাপ্পা লাকপদা
ঙাইহাক হকচিক লাংতুনা পোত্থাখোনে খুদা-থক
পলেম ওইবা ঐহাক্না অতুক কোয়চেন চেন্দুনা
হাবা যাবা কবি সৈ, সনাগীদি য়েংলুগে।
ঙ্ক মপ্প অমত্তসু, চিনবান ঙাংথিনিদনা
থুদাং ঙম্মক 'মত্তসু চিনবান কাংমৈ খুখোদা।"
সুম হৌনা হায়নবিগী তাঙ্গা অসি মক্তদা
কেতুকীদি চনবা পুথোরক্লে খুদা'মা
সন মশক উবদা সুংশিদবদি থম-থেং
লুব ক্রব মিংয়েংন চাগদোগুম তন্ন যেং
শাওবংনগা লোসননা থাদে খুদা নিংথিনা
যাদিংদবা মতোদি কেতুকীবা শিদ্রেম্না
উংচথায় সনা মাং সুংশিদবা মতোদো—
তাহাগন্নু ইবুঙো; ফন্নখোনে ঙাইহাক্ত;
"চংলুখগে কৈথেলদ, ক্বা-মতপ মত্তা ওইস্নু
হাসংহংগবা কদোগে, হাঙ্গাইব্রনে নহাকপু?
তায়বমগা সুম্নদি চৎথরেদো পোক্কবী
চৎলমদাইগী মতমদা পোক্কবীনা মমোমদা
ফান্ননবা খুদোংদি, হিদাক ঙাম্নক অগত্তা
হান্নকউদি হায়তুনা, নিঙোল নাপ য়েৌথিয়ে।
থংলে নিঙোল ওইবীসু শরৌ শিনবনি ঙসি

নিংঙোল থরাই হ নিংদ মতৌ টংকে মতাংগুম
খুদোং হাল্লক মতমদা ত্রিকি থুম্না চাক্লবা
অমদুদি তন্ন হাপ পুংথাবক্লে নিংঙোলনা।
লংকমিন্নবা মকপ্তো বীবেনগীদি চান্নবা;
খংলংনা কৈদাদো থোকখবেনে অসুম্মক॥
শিংঙেল মদোম ঙাইংহৌরে লম্লান শকথংদবগা
ইপাই চাউবী কেতুকী লৈখোক শোনবা লৈবাংন
মাপাং শহুম লাকপদা ব্রানা কিনা থাংজগুম
নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা ঙানবা কেগাম থাউমৈগুম
মিপাইজখি থরাইনা বীবেন নাক্ত যৌবকান।
পাইম পুকচেল নিংঙোলগী থংহৌবগে মতাংগুম
নুজা মাগী মকাতম পাউংজখি অসুম্না—
"হাদ লৈরাং নিংখিবী, নুবা থম্বাল মানবীও!
থবালমিচাক মবক্তে শংজক থাবা নাইতোমখোক
তনিক-তনিক ঙালবা নিংঙোল নংগী নকাদা
ঙসি কৌবা নোংসিদা লম্লান পাখং অমনা
থম্মোইনুংগী ব্রা-কয়া খংনিংবদৈ নুংশি কা
হংজবিয়ে শানৌও! —"নুজা ওইবী নহাকপু
পলেম পঙ্খো যাথংবু, তুংইনবিগে থনবরা?
নগ্রগনা নবোমদোম, নবুকথোক্কী নবৌশিং
পিবুক্লুংগী ব্রাখলগা তেমশিংগদ্রা শিংঙেলও?
খংজানংঙুই পাখংনা থম্মোইনুংগী নুংশি-ব্রা।"
বীবেন ব্রাদি তাবদা শিংঙেল কেতু ওইবীদো
খঙ্গনথি পীবুকনুং কবিগুম্বা ঐহাক্লা—

হায়দোক্লবা মতাং-থোক পাথং মাগী থম্মোইন্নুং
তাশান্নদি থিনবগুম, থোক্রদ্রনে, খাজদে।
অতু, ঐগী থরাই, থডলেন ঐগী নুংশি কা
লংনদনা কংখ্রবনি, লোংলুহনা কদৌনি
হায়দোক্লগে পূন্নমক খনখি নিঙোল থম্মোইন্নুং।
হায়দোবাক্রে অসুম্না—'লম্লান থোইমু মকা তম
"হাবৌবিন্নু, শাওবীন্নু! পাথং নংগী পাইমন্নু
থংলুদবনা ঐঙ ক্তা, কংখ্রেনে থরাইসে
থডলেন মাগী নুংশি কা, নুংশি-খুজেং পালোয়ন
থম্মোই অনি তিন্ননা চিঙচু, মারু শরেপ্না
নুংশি ইপাক লানমিন্ন শেংনগুমসি হকচাংসে
থাইনগুমসি থরাইসে, শরিনবা মতাং থোক
মীখুং চনখি লৈবাংদি ওইকবনা নুজা ঐ
লম্লান থোইমু কনাবু তরাম-তরাম করম্না
নুংশি কাইদেং পিগনি, লম্লান নংগী নকাদা
চিঙ্গাইবিবা ঈপ উসে, অশংবনি নুজাগী।"
"পাইবকপনি থোইরান এ, লন্নান লৈরাং নংগী কা
থংদবনা ঐহাক্না লমদনবনি শাথপ শোন
লৈরাং শাংপা উকচৈ ডুমজখিদে পাইথোকপা
লম্লান লৈরাং মকা-তম, হেকচগেদি থোরাংডু
খোবাংবদি থম্মোইনা, ডুগজখিদে কদোন্নুং।
রার থম্মোই কিশিথোক, নুংশি লংজিন থিজখি
ফংদবদে সংজিন্দো লম্মুক্লইজ লৈরাং কা।"
"কেরৌ মাগী খোংলোযদি, লৈরাং থম্বাল ওইকচৈ

শাৎচখিদে কদৌন্নুং থানিল থাবল ফবকান
'য়ুক্কী লৈরাং ওইবনা শাৎচখিদে অহিং কান
লৈবাং শাংপা লৈকোলনি, চিংনবিন্নু পাইমন্নুং;
খোযদাবদি যাওরকনি থিবিরুচো লৈকোন চং
ফিগ'ওনজরি লম্লান-কা হন্দক মতাং 'সিমা
শিত্তোকখ্রবা তিল্লাংগুম, শরিনখ্রবা বাশক্কো
নাম্নুংহনবনি করম্না? বারৌন্নুকো লম্লানবা!
পান্নম-পন্থৌ চৈবাক্তী তেমশিংলগে থনথবে।
থওলেন মাগী নুংশি মৈ বাইথিবনা লকান্নুং
নুংশি মানা লাইজ ওই মৈমুৎপদি নত্তনা
অতৈ কনা লৈজদে অমুক তাইবং পানসিদ
নিংথোল মপাউ তাবদা লম্লান পাখং অত্তনা
হকাইবনা উংজা পু মাইপোং অদু তযালগুম
নিংথোল মাগী মমাংদা থাংজৈ চিনি অথাংমুক
মকালমদে বীবেনগী পূক্লিং বাথল খুদিংমক
ইকাইজৈ বাওলেন 'তুমক—থঞ্জখিযে পাইমন্নুং
"নুপামচা থৌদাং যেং থংগনিদো শাবিশোঃ"
থাবু কম্না কবকচিক অশাওবগী থাম্বী মৈ
হোৎথি মাগী থম্মোইন্নুং, লমন শিংগে মতানি।
লৈবাংগুম্না খোৎচবী লৈনাগুম্না নোজবি
লৈহি লৈরিক খুদিংন তনিক লৈবাং ঈগাই-চোল
মালং শহুম খুদিংদা মীপাইজবী লৈরাংগা
শিংনরিবা মাগুম্বা লৈতে কনবা তাইবংদা।
হকাইবনা অসুম-সুম পূক্লিং মাদি লাঙ্গোয় চন

থুদা থক্ত বীরেনদো ফম্বা ঙমশিল্লক্তরে।
মৈথক ফম্বৈ মতৌগুম অসুম অসুম শাগৎলক
ফম্ন ফম্ন আশা তৌই—'চৎখ্রগদা লোযরে।'
থল্লহুনা বীরেন, ফুক হৌগৎলক্লে ফমফমদৈ
"চৎচরগে ইবেম্মা! নিঙোল পূক্লিং থংজরে।"
সুম তৌরিগৈ তাঞ্জাদ, চংশিল্লকই লৈরিকনা
মরানবাইদি তম হাথু-হাথু, তফিং-তফিংনা
—"কদাইদনো ইবুঙ্গো? চৎলগেরা সনা নং।
ঙাইখো। ঙাইখো!! ফমখোনে, ঙল্লি কৈনো মতমসে।"
ইকাইবনা ইক-যা ইক-সা, খুমফম ঙাইহাক থংদ
'চৎলোই, কৈশু চৎলোইদা হকচিক লাংগে তোবনি।"
থংই, লৈবিক ভাবতাই, তোরল্লীবা মতৌদ্রদ
'তথি তাথ হাযরিনি ইকাইদবা অসিনা"
লৈরিক মানা নিংবগা তৌরিসিগা মান্নবে
পাখং অদু ইকাইরে হাযবা থংনা লৈরিক্ল
ঙল্লি ঙাইখো সনানং ফমখো ঙাইহাক হবুঙো!
ক্লা-মতপ 'মত্তা ওইরসু, চিন ঙাংখো কদোহ।
কেতু নৈবা মাযকৈদা পলেম মাদি পোক্তবী
শুক্লাক্লুনা যেংলগা অসুম্নদি হাযরকই—
"ক্লা মতপ অমত্তা থর-থুনা তপলকউনে
খাংলৈ থর থুরকই, কোরো নারল ব্রাইরক্লে।
সে-সে পুশিনগ্রো, হাযহনা লৈরিক্লা লৈরকপা
ক্লা-মরু মনাদো নিঙোল থুত্ত পি সে, লোখো।"
পোক্তবী মমা লৈরিক্তে ক-মরু মনদো

খোযশাওননা পাকহেক-লৌ চংখ্রে ইমুং-মনুং তম।
খল্লকই নিঙোল পুক্রিং "খংগনিদো ঙসিদি
তপ্লীবা ক্না মতপসিদ, হিদাক মনা হাপকে
শুনু যাম্না হাপ্পু্না, মচিন-মরৈ চাথংহন
মকোক অতু ঙাওহনগে খংগনিদো শরিশো:
ক্না তপ্পা লোযবদুনা পুথোরক্লে নিঙোলনা
ফজৈদঃ লিক্লি শেম্পাক 'থক্ত, ফজনদি হাপ
লৈনাগুম্না থোংলবী তনৌ তনৌ থুংশানা
ক্না মতপ্পু্ পাইদুনা লম্লান কাদ লাম্লকপা
ঙমজখিদে লংনবা. লম্লান পাথং সনানা।
যেংদে করি হাপ্লিবা মযাল মচন ক্নাদুগী
হুকচখিযে তন্ন 'তুম শিনবাননুংদ অতুম্নক
মযাল মচল হেল্লবা ক্নাগী মতপ চাককান
হুমাং 'নপ্পা কাংদুনা মকোক উক্ত-উক লৈ
তৌরি মতৌদ্র উবদা পাথংপনা লৈরিক
ইসঃ পাথংপদি খোনফম্ন, লুতোন মাই তন্ন শাং
লাওবক্লেনে শিংঙলতম—"ঈশিং! ঈশিং!! হাযদুনা
'মাংলেদনা সনাইবুংঙো, তৌরিসিদি কৈনো?'
'সুম তৌরিদৈ তাল্লক্ত বুদ্ধি ৰাংপা মুপীদি
ওইকৃবনা কেতুকী খিল্লরে বাটিন অমা
নিক-নিক চোল্ল ঈশিংন, লৈরিক মাগী নাক্তু্দা—
সুম্না ঙাংনরিদৈঙদা বীরেন সনা অদুনা
মকোক অতু পুঙমদা লৈকথরক্লে অসুম সুম
তৌরি মতৌসি উবদা পাথংপনা কেতুকী,

মনাক্তবু লৈরিবা খুজাই অমা তনলৌ-লৌ!
ঈশিং অদু তনকন-কন, হৈখ্রে পাখং কোক্ত তম
বাটিন 'তদা যাওরিবা ঈশিং তুনা লোইদ্রিফাও
হৈথরকপা পুম্বদি পাখং মশা পুমচোৎ-চোৎ
চাইথবগী মতো-ম ঈবজখ্রে বীরেন্দো।
থারগীদি মতোংগুম তদেক-তনৌ তেকথৎন
মকোকক ঙাওবা ফতুনা, জ্ঞান থরা থরা তাখ্রে।
ইকাইবগী হুমাংনে, কোক ঙাওবগী হুমাংনে
হুমাং অনি তুনলোন, নুংশা স্বর ফুইনা-হোন
হুমাং ঈরি চেন্ন-চেন, যেংলকইনে নিঙ্গোল-কা।
তাঞ্জা ফংলিঙৈ'সিদ হাযহৌরগে মতাগুম
"করি তৌরে মাখ্রা—শুমু থর হেনখ্রবরা?
ননাওনা তপ্পা কাদুবু হাবা যাদ্রব্রনে?"
নাকচেক্লদি যৈরকপা ইকাইথিযে হন্ন-মুক—
"শুমু হেনবা নত্তে; পকন্দত্তুনা তৌবনি।"
হাযজবদনি হাহয, চিনবান মহুং অতুদি
চাথংপনা লোযথবে ইতুং তংলে টিনশাশিং।
শাওখিবনা পোক্তবী বা অমত্তা ঙাংথিদ্রে।
সেরা ফবী কেতুকী খুদৈ 'চোৎপা অমবু
পাখং মাগী মফমদা, তৈথোক্লবা লানশিল্লি।
পাখং ওইবা মহাক্তো ইকাইবনা খম-থেং
চাকবনো করিমুং যৌরে ঙসি নুমিত্তা
চাক্তনা মতৌনি কেতুকীগী ব্যভারমু।
.েদোক অতুগীদমক ইকাইবনা উংজা পু

পাখং ওইবা মহাক্কো ঙাইহাক লৈরুরবা তুং
চৎলগেদি থন্দুনা হাযদোরক্লে অমুম্না
"চৎচরগে ঐহাকসু হঞ্জখ্রগে থেংখ্রনি।"
"ফরে ফরে ইবুঙো য়োরো য়োরো থেংখ্রনি।"
সুম্না বিদায তৌনখি বীরেন মাগা পোক্কবী
সুম্না তৌরিঙৈ 'সিদা ঙসাইবুদি থোকখিবা
বীরেন মাগী মমাম্নবা 'মুক হন্না চংশক্লে
থর ফদবা কইগুম্বা 'মা অমা লৈরসু
অমুম তৌনা অনিদো হনখ্রেনে মরানথাই।
সোমদনা কমদৌরি পোক্কবীনা কেতুকীদা—
অচাকপদা ঘীহৈ, অশাও মৈরিনা তন্ন চু
মাইকৈ খুদিং ফি-ফি কাম, যোৎলগেদি মত্তাগুম
অশাও মৈরি চুরক্লে কেতুকীদি লৈরাংদা
"নংনা তৌজ শাইদু মিত্তা উশিন্না হাযদুর!"
মীনা তৌদৌ থোদাবো নংনা তৌরি করিগী
ৱারক্কবী মচাগুম অদুম—তৌজ লাকচন্ন
লৈরাং ওইবা নখোয়দি থোইমু কোঙ্গাই ইনবনি
লৈগদদি 'মত্তনি, য়ানিংদ কয়া লৈসু
হাযযুদনা ঐঙোন্দ—অদুদি নত্তদনা
হায়বিগেহে নং! হুমঃ —মুংশিদেদা ইকাইদবী;
ৱারক্কবী মচাদি হেক্কঃ তাহল্লি নংনা
চৎলো, চংখ্রো মুংশিদে, নশক অদু যেংনিংদে।
ইবুথোক্কী ইচামক ওইরম মতাং থোক্লদি
খংগদবনিকো শরিশোঃ, পুক্নিং'সে ঐগী

ফাথজবা ঙমদরে শাওখিবনা ঙসিদি।”
রাঙাং অদু তাবদা কেতু মাগী মিৎলুদা
পিগী তরং ঈরাচেল অহিক্লবা থোম্লাংনা
কপ্পী থম্মোই শোক্ল শোক, তাইনৈ মানা ঙসি নোং
থন্নুং শবা তানখ্রবী পলেম মাবু কৌদুনা
নোং খোংবগী মতৌগুম কপ্লক্লেনে কেতুকী।
“মোম্লু লাইবক 'সিবু ওস্নোক্ল থিন তমখ্রবোই
অশি নংগী তম্পাক্ত হিপচরগে নমোমস্থ!
পৌশিনবিবো কদোগে হিংজনিংদ্রে তাইবংদা
মীওই পোকপৈ মুঙাইবা, 'সি ওইরেকো নোংদম্বা!”
খুদা' পিক্কম পোকপদৈ কংলক্তীবী নিঙোলদো
অরাবদা 'রাব হাপ, মুঙাই শকক চাথুংদ
হান-কপ্ল লেনবদি, মৈ চংলবা সনানা
ফুদোং ফুদোংল হেনবগুম, রার-রার কেতুকী
পিরাং পিরোইনরিবী শিঙেল মাগী মকাদা
নোংদম্বগী করম্বা, মুঙাই থৌজাল ঈরিক্ল
খিক্লক্কনি কদৌডৈ, নিঙোল কংল থম্মোইদা?
মমাম মতো উবদা শিথশনৈ লৈরিক্তো
হৈসনু শিংসনু হাযজন', বারক্লগা কই
অদুক পুক্লো পাউরোন কপ্পীবনো ইমোমও!
—হুজিক্তৌ ফরে 'বেম্মা, হৌথ্র ঙাক্লি পূম্নমক
পস্থো লাইর তান্দনবা, মুঙাইতবা কোক্লবা
পলেম হাযবা ইল্লান, শিল্লিবসে পূম্নমক
নংগী ফন ঙাক্তনি, পংগনুনে অপংবী!

মন্নুং মন্তম চাবে-হাব, খংলজুনা ইমানা
থাঙ্জ-যোঙ্গবৈ ৱা, নিঙোল নংবু খংহনবনি।
শক্ত যেংই ৱাত্তবা শাৎগে যেংই তাদবা
পোষদাদ্রনে ইমোম্মা হুজিক লাকপা সনাদো।
"মাই, পামজদে শক্তাদো, লৈজনিংদে খংলব্রা?
পামদ ঙুপা লৈজরোই চাব নামত চাজ্জগে
ভোরাং ফক্ত ওঞ্জগে থঙ্গলেন কাদ যোজগে।"
"কদোবাগে নহাকপু পলেম ঐগী ইমাইসে
'মুক্তদি ঙাকউগবা"—"ঙমজবোইবে! ঙমজরোই!!
কদোঙ্গুংদ ঙমজরোই। মাগুম্বদা লৈজবা
শাবী মাঙ্গ ঙুংশিবা, থঙ্গলেন মাগী নাক্তুদ
পুন্সী অসে নোক্ল-নোক, ঙুংশি পন্থুং যোজগে।"

---

# মাপলশুবা তাংকক

নিংঙোল মানা যাবৌ ওই শাদানবগী লাংহুদ
পুহনগেদি মতাগুম শরোবুদি শিন্নরে।
মেবা থাগী হোৌরকপা নিংথিজবা অহিংগী
থাজ থাবল মঙালদা অহিং লৈরাং খিবিক্রা
হবাও মথোয হেদৌ লাং মকা লাম্ন শাৎচবি।
লাংবন থাগী থাযাইদ কোরৌ মাগী মশেক্ল
লৈচম্ন মপান মপান্দ সনা মচু তৈবগুম
মেবা থাগী পাবলনা লৈচিল মপান মপান্দ
থাবল কপা তৈবদি কযা নিংথিজরিবা?
পানথৎলকপা মেরাগী তবানিগী থাবলনা
তিম্বা মকোয ঙানবদো কযা মেংন ফজবা
পূক্লিং হূন মশক্লি, যেংউ যেংউ খুদিংমক।
পুজা লাইবোত ম্নমিংকী নোকা খেলা তোগনি
হাংযবৈ নুঙাই টপাক্ত মীপূম খুদিং হবাওনৈ॥
কুম্মৈ যেংবৈ নিশাদ মীপূম খুদিং ইরাং হো॥
কুম্মৈ যেংনি হাযবগী নুঙাই ইথক তাওহূনা
চমু নিংঙোল কেতুকী চিংহি শম্বাল লাংল-তুং
লেক-লেক লাওর শম্লাংনা থম্বাল লৈরিক মতৌগুম
নিংঙোল পাক্ল লাইবক্ত মালং শউম তন্ন লাং
মপোপ কাইদ চোযজাইনা কযা নিংথিজম্নিবা?
মিংলম তাবা খুদিংনা মিংক্ষম চোযবা ঙমথিদে।
ঙৌদ ঙৌদ হকচাংদ নিংথিজবা ফিজোলনা

'মুক হন্না লৈতেংবদি উরু খুদিং খোযরাংই ॥
কুম্মৈ যেংনি হাযত্রনা সোরেরাক যাংবী থক্তুদা
পোক্কবীগা লোযননা মযোম কেতু ওইবীদো
কাইদ নোমনোম চৎপদি তেনৱা অক্লা চৎকুম্মী
যুম্লৈম' লিক্লা কানগুম্মী নিংথিজৈদঃ ফজে।
অউবদি খুদিংগী খোয়রাং শক্তি ওইবনা
শিংগেল মাগী মাইথোংনা অউ পাথং খুদিংগী
মিংলম থৎপা মাইথোং ওই খোইমু লিশিং কযাগী
খোযখোয় মিংযেং মিংলম থং মুরা থম্বাল মানবানি।
নোঙাল্লমদাই শক্তিকুম তাংনা থোকপী থাবানি;
পংনা উদ শককম্নি, লৈৱাং লক্তে কেতুকা॥
সোরোক সনা লমজাও থক নিংগোল মানা চৎপদো
অউরবদি কাংবুনা ঙাংনহোই অসুম্না—
"কনাই মচা মগুনো অসুক নিংথিজবদি
লাইগী মচা মাল্লিদ নিংথিজৈদঃ কল্লকই।"
পোক্কবীগা লোয়ননা চৎথরেদো কেতুকা
কুম্মৈ তৌফম মমুংদ। অউবদি কাংবুনা
ইসঃ কনানো অসিবু! শোন্নহোই মীপুম তিং।
কুম্মৈ য়েংবা লাক্লিবা তিল্লি মীযাম অত্রনা
থেনথ্রেনে ইকোই-কোই থাঙ্গপাং মপান অত্রদা।
হৌদ্রিগৈদ কুম্মৈত্র মীযাম লাংবৈ খোঞ্জেলনা
য়া-য়া, ৱা-ৱা, অমনা ঙাংবা 'মনা তানদে॥
নোকা খেলা হৌথরে কনা মত্তা লাংনদ্রে
পরিং তোংবা শেম্বাংগুম মীযাম তুমিন লৈনথ্রে;

নোংমৈ-শিংজং থাবগী মখোল হৌবা তাবদা
ইপাই চাউবী থবাইনা থম্মোই নিরু পাখৎচৈ।
নোকা খেলা তৌবগী খোঞ্জেল তমক ড্রাইথার
লাংলম ভাবোক পুন্নমক তুমিন্ তুমিন লৈনখ্রে।
জংগোয় শাবী কয়াগী খোয়রাংনিঙাই শাথেক উ
অমেক ভাবোক থুদিংনা জগোস ঈশৈশদবু মুন
কাখি ময়া ইকাকা মুনশে হকচাং মুন্দ মুন
তৈয়াই অমুন মতৌগুম। থুৎশিন হৈবা কনানা
শিনবানোনে থংজদে, নূবা-পাখং মিংসে ফম
সিংহানন' হায়তুনা মাইযোরন থনম্মী
ক পাত্রা যৌদ্রিবৈ, অবাবা লৈমন চন্দন
লৈবং মানা ঙাইবগুম, শানো মানা উ হজবি
ভরা মাইথোং লাংদনা পাথং ওইবু মহাকপু—
খাইমু শিংগী জাত্তুনা লৈবাং লৈনম ফংবদা
কপঙানননা খিনগুম, থিবি থম্মাই খোয়বাংন
অবং কৌবা পাখংদো কেতু ওইবা মহাকপু।
তুস্ম পূব্রিং লুপথিদে তুরা-পাখং মিংচানৈ
খোমখোয় মিৎযেং সিংচিদ বাখল পুম্বা ফোংদবি
তুস্ম যেংবা লাকচবী, শিঙেল লৈবাং কেতুকী
অউবদি পাখংগী মিতানফম ওইরক্লে
কনা 'মনা হায়রকই—"নিঙোল ওইবী 'সিমন'
'মুকুন্দ যেংলক্লদি।" ঙাতনত্তুনা লৈনবি।
সেংথোবক্লে হায়তুনা, মুঙাইবসু যাওনরি
সেংথোবক্তে হায়তুনা খোয়রাংবন' কোংঙাইনি॥

য়ুন্নেপ চার তম্রবা পাখং শরি জাত্তুনা
"থর থেংনা য়ুম্বাল্লদি ফংগনি 'সিগুম্বা;
নিঙোল মাবু গিত্তাইঙ্‌ কুম্মৈ য়ারী থংখিদে।
অহল শিংগী জাত্তুনা কুম্মৈ অত্থ য়েংবদা
পরিং তোংবা শেম্বাংগুম মীয়াম পরিং চৈনরি।
খোযরাংগনবা কাপ্নুনা"— নিঙোল লৈফম হংলকই
অথংবনা হাযরকই—ননাক লৈরিত্থ থংদ্রা?"
"অমুক্ত উদে, চেকশিন থমথ্র হাযত্থনি।"—ঙাংনৈ॥
কুম্মৈ য়ারী শানদে, নিঙোল মাগী য়ারীদ,
পোক্তবীদি পলেম্না শিনখ্রবনি শরো লাং
কেতু মাবু থুনবা য়াবো মাগী পাংথক্তুম
শাদানবগী লাংবুদি বীরেন মানা তন্ন ওট
লাক্কদবা লম্বেলদা ঙাইত্থনবু লৈথবে।
তরেৎ শেল থরইদমক সুপীজাই সুঙাট পুন্সি
অরা ঈপাক্ত লংথগে খনখ্রবোই পীবুক্কং
পোক্তবীগী থম্মোইন্সুং; থোত্থ নুংগুম কনবনি
তাঙ্গা য়েংত্থনা লৈরিবা, পোক্তবীদি পলেম,
শিঙেল মাগী মকাতম চিনবান লাংবন খোইহি চৈ
"চৎসি 'বেম্মা কদেংগে, ওক্লে থর য়েংলদি;
শিবু শিদ্রবদিনে, কুম্মৈ কুম্মৈ ঙাক্তনি।"
পোক্ত মাগী মযাথং হিক্তোকপদি ঙমজদে
ফমফমদগী হৌগৎলক, মীয়ক থাইনা থোরক্লে।
কেতু চৎখি উবদা শরৎ কোবা পাথংদো
থাজ মতুং নোংইনগুম পরাপ প্রপ ইম্নরকই

নিঙোল মানা থোকখিবা য়েংনহৌই মীথাম্না
কেতু মাবু যেংলম্বা পাখংগীদি জাত্তুনা
শিঙেল শাৎপা উদ্রকান, গিতানখি কুম্মৈদা॥
লোযনরকপা শরৎকা মমান্নবা মরি-'ঙা
তুংইল্লকখি নিঙোল নাক, শোম্থাংনবা খোঞ্জেলদা
শরৎ কৌবা পাখংদো কেতু মুংশি থৌরিগী
কোঙ্গাইনদি ঙক্কঃ হুক চিংখিবনা থম্মোইদো
তুংইঙ্গখি মুংশি নাক কাযননিংদ থৱাইনা।
হুপখিবনা কুম্মৈদা সোরোক সনা লমজাওসে
নাকেহ্‌াগী মতুমদা নোংলৈ মুশিৎ কনবনা
উনা হানা পূম্ববু হুন্দোক্লনা পুখিগুম
মী অমত্ত চংখিদ্রে ইচিক চিক্লে লমহাংগুম
খোঞ্জেল তমক ঙাইহৌরে লিরি হুম্বা মালংগী
খুজি খোঞ্জেলনা খুদাংদ 'নি-মরি অত্নুনা
পাম্বোম 'নিদা হাযবদা থোরকপদি মখোলনা
তন্না কৌবী চেক্লাগী 'তাম-তাম' হাযবা খোম্থাংদা
চাংমাই হেনবী লোয়বীগী লোক্লুং পূম্নিল নিনবগুম
পূন্নীল নিলখি লমজাওদো, খুজেং খুজি খোম্থাং যৈ।
কুম্মৈ মফম অত্নদি তামহৌরেনে অসুম 'সুম
পোক্কবীদি লৈরিক্তো ঙসি কৌবা নোংসিদ
ঐনা নিংবা থুংলনি হায়বৈ মতাগুম লৈখ্রে॥
'তিযা থক্ত ঙাল্লিবা তরানিগী থাবলদো
'মংবা নোংগী লৈচিলনা মাইথোং থাজ কুপ্পনা
থানিল থাবল মুংশি তৌ. ঙান্দ্রে থাবল শেগাক কাই

টমুং মতম ওইবনা চিকথিবনা চিক্ত চিক
কনা খোঙ্গেল তাদ্রকান 'সুম তৌরিবৈ তান্নক্ত
নিপা থর ফিমু শেৎ হোত্তোরক্লে হাবুংদৈ
রা অমত্তা ঙাংনদে কেতু খুদাং পাইথরে
ফিমু শেৎপা কাংবুনা মুজাই খুদাং তন্ন পাই
ঙক্তা হুইগং থাংজনা চিংগে থোরাং তৌবগী
মতৌগুম্বী মুজাবু। মুজাই মপোক পোন্নবা
পাথৎ চাউবী মুজানা হন্ন হন্ন লাওরক্লে
"কনা কনা লৈবগে নিঙোল থরাই 'সিদদি
অমুক্তংদি কনবিযু!" বাঙাংসিবু তাবগা
বীবেন কংনা নোক্লকই—ফাক-ফাক লাওনা হৌনত্নম;
মুঙাইরেদ শরিশোঃ ঐনা নিংবা থুংঙগে।
নহাল হৌখি থোদোক্কী লমনশিংগে ঙসিদি।
নিংঙাল খুদাং তন্ন পাই চিংবরুদি হৌবক্লে
খোঙ্গেল থব চাউবপ্না উশিত্তবা বাঙাংদা—
"মুজা ওইবী নিংথিবী কৈগী নংনা চিংনরি
মুজা নংগী কাওজ'মল লৌখ্রবনি পোক্লবী
মমল 'ত্নই মতিক চাবা মুজা ওইবা নহাকপু
পাথং ঐগী তাংলায শিং, চন্দুনবু ঙসিদি
মমল 'ত্নবু কোকপিগে, নত্রবদি থংগনি।
বাঙাং অসি তাবদা মুজা ওইবী কেতুকা
লৈখোক লোযন্ন লৈরাংদ মালং লিশিং হুম্বদা
তনিক থাংবৈ মতৌগুম, মিপাইবনা তথকখ্রে।
অত্নবু, মুংশিদবা শক্তা, যেংনিংদবা শক

উকবদা নিঙোল, তিনশিংনদুনা তিল্লাং-তিল
"ইকাইদেদঃ শকথিবা, যেংনিংদেনে নশক্তো
হুমুক থাইনে উবদা, চংথোকখ্রোনে তানিংদে—
চন্থ ওইবী ঐখোয়বু যোনবা যাবা পোৎলনে
লোকমাই থক্ত কোইহা হা, হুপী পাঙ্গল শোনবীনি
থৌনা লৈত মতাগুম, থাদোকউসে খুদাংসে,
নঙোন্দে হেনবা 'মমুক, লৈবি হাযবাস থন্দ্রা ?"
"লাংদ থুর যাবৌনা নাম্থোক্লনি মতাগুম
পাম্বা ঐগী থাযাংমুং শঙ্কি শাবাক তন্নিহৈ
মুনগদ কনানো ? কনা পোক্ত নাইবংগ°
হুপী পাঙ্গল 'তুনম্ব ঐবু লক্ত শাবিবা
লমহুই নংনা নোংশাদ ! হাঃ হাঃ নোক্তুম নোকথোক্লে
পাম্বা যাথোং লোলবা শাগী শত্রুম অমত্তং
মতিক লৈবা কনানা মুলসম্ব খংগনি।'
পারি মমোম শাত্তবা, থদে মমোম থম্মোইমুং
ইনাক খুনবা কনানা লাইব মশক থংবিদে
নুঙাই যাইফ কনানা অবা মশক থংবিদে।
সুম্না ৱাবা অসিবু পলেম নংদি উদ্রবোই
হাযবদুনা নিঙোলদো হিক-হিক লাওবা অহিকাংথল
থম্মোই শোকপা তেংথাখোল, থোকথি মুজা মীকপখোল।
নিঙোল মাইনি হাযদুনা কনানম্ব নাচুংদে
মাংদ পলেম পোক্তবী তুংদা সনা মীফত্ত
চৎকদবা লম্মেলগী মাইকৈ খুদিং কোযথৎ থৎ
শাদানবই তেপনা মাংদ থল, তুংদনা লাংন যং ;

যাবৌ শক্তি অত্না প্রাই তনিক চোংবগুম
খারাই থক্ত ঙৌবিবা লেমৈ মানা চোংবগুম;
ফত্ত রানা মৈবি ওই, মুজা থম্মোই রাইরকপা
কাহংথিযে লকাম্ন‍ং, শাওথিবনা পন্দোম লোম॥
পোক্সীদি লৈবিক্রা অসুম তৌনা হাযবক্লে
"কদোবগে ইমোমও! ঐনা শিল্লি থৌরাংসে
নংগী ফন ঙাক্তনি পম্মৌ ওইবা মহাক্রা
নংগী কবি তৌবিনী, চৎলো! চৎলো!! তুংইনখ্রো।
কৈদ নংনা লিংকনি, কনাই থুত্তে নাম্নোক্লি
ইফ ফজনা চৎপনা লেমগনিযে 'বেম্মা
নম হাত্না পুখ্রগা 'মাম্ন যেংবা ঙমহৌরোই।
সনাইবুংঙা কদৌবি পুখ্রোদনা ইবুঙো।"
লৈরিক যারা তাবদা সনাইবুঙো ইঙ্গিৎ তৌ
থুৎনেক্নীদি কাংবুনা তাঙ্গা চাবে মতাগুম
নিঙোল ওইবী কেতুর ঙক্ত হুইগং থাংলবা
তাউবা হুইগী মতৌগুম, চিংই শ্রো-শ্রো লাক্তুনা
মশা শাগন তন্ন পাই সোবোক যাংবী থক্তুদা॥
অবা মৈতাল অত্নদ খোংনেৎনবৈ মতৌগুম
নিঙোল ওইবী মহাকপু যাদ যাদ চিংলক্লান
অরোব খোনকম থাত্না লাওরক্লেদো নিঙোলনা—
"হোঃ কনা-কনা লৈগে? ঐবু মুক্ত কনবিযু।"
নিঙোল মানা লাওরকপা মী তাথিনি মতাগুম
কেতু মাগী চিঙ্গোই-পাউ থংদ কনা তাবক্লি
হাযবগীদি পাথংনা—ফিবুন নম্না রামেনখ্রে।

লাওবা ঙমদ্রে হুজিক্কী, কাওজবতা মঙাইরে
চোংজবতনি ফ্রিং-ফ্রিং গতি লৈতে মুজাদো ॥
সুম তৌরিঙৈ তাঙ্গাদ ঙসাই'থৈ তুংইল্লকপা
শরৎ মাগী চান্নবা নুংশি নাক্ত য়োখরে
তৌরল্লীবা মতৌদো উবদা পুমঙক ঙকখ্রে ॥
ঙসাই মখৈ লাওরিবা নিঙোল খোঞ্জেল অদুদি
কেতু ওইবী মাগীনি, থল্লুবদা পাখংদো
তাশোনবুদি তন্ন ওই, ফিরাক থাইথি লকান্নুং
থাম্বী তন্ন মৈহৌথি, চাকথেক্লগে মতাঙুম—
"সনা লিকফাং মুপীগী, থদত্তুনা ইজৎপু
মাংহনগেদি হাবদুনা থৌরাংলিবা তম্ব নং
পাখং ঐগী ইমাংদা চিঙ্গোই নপাউ শেংউ নং
শারম চৎকী মতৌঙুম শাহুন লিচৎ হুল্লিবা
অকাই লম্বী চৎলিবা নিপাই লিংজেল' থন্ন-থন
শানৌ ঐগী নুংশি কা য়েৎলবনিনা ঙসি
তাংজ নংগী লুরেল লৌ নুংশি লমন শিংলগে।
থাংউ! তম্বা মুপা নং, অচ্চাঃ লাকচমল্লিদঃ
লাকচমন্নসু লাকচৈদঃ ঐহাক লৈনা মানা।
শমু নংগী ফিরাক থাই, মাসেম 'সে ঈরিক্তনা
লোখোং নাইনা ঈচেল তম চেলহনগেদো শরিশোঃ"
"ঐগীবুদি তরাই থোক মুপা নংবু কনানো?
মুপী মমাং অকন শা, নরিংজেলদি নশিংথা
ফোইদৎকেদি থৌরাংবা পঙনমক্তু পঙইদ
অকনবদি শাদুনা, য়েৎলে হায়না শানৌ কা

চাং তাজনি ইমাংদা, অকন শান্নু নুপী মাং।"
কুমগী নোংহৌ লাকপদা হঁৌোই নংনা খোংববু
কদৌ ঙমনি লিলহাদ ধমকা তৌমু চৎলোইযে।
অচাক মৈরি মমাংদ পামেল অকং লেপ্পগুম
খিত্তং ঙাইরে চাকদবা; কষা কুইনা থাংনি।
শরৎ কনা কিদরে, শানৌ মাগী মুংশি মাং
পাখং মাগী মুংশি কা, লোযরং শিংখো ওইদুনা
যেংলি তম্বা 'সিগা শয়েং থৈন পাম্বোম ঙান্ন,
চিনগী মথৈ চিনফেন হাষ, ঙাংনরকপা বাঙাংদো
মুকুরকপা মঙংদি, অঙকপদি ওইথয়ে॥
মুংশিৎ লাঁঙ লাঁঙগা মৈরী হেনবা থাম্বীনা
চাকথেরকপৈ মতৌগুম শরৎ কৌবা পাখংনা
শানৌ মাইনি থল্লবা শিব কিদ মশিংখা
ফুদোবক্কুনা শরৎ, সনা মাবু উকং ওক
চাকথেরকপা মতৌনি। বীরেন মাগী খুৎনেক্ক
খদাং চেৎতি লাক্লিবা ফিমু শেৎপা কাংবুগা
লোষনরকপা শরৎকী, মমান্নবা কাংবুগা
লাম্বা 'নি অত্নমা অঙম-অঙম বৈন-শুনরে
খুৎনেক্কীদি কাংবুনা, শমজি থাইদুনা চেনখ্রে,
মশাই মশাই নত্তবনা মপাঙ্গল থোকখিদে।
কেতু মাই মশুংলাং অততাই তাবা শরৎকী
শিব কিদ মতৌবু উরুবদা সনাদো
চেনথরেদো শমজি থাব, কিন কিন শরৎ যেং॥
পোক্কবীদি পলেমদো ইকাইবনা তাংজ লুক

পাইম মাগী ৱাখলনুং, থলখি কই থোক্লগবা ?
নুংশা স্বরদি ফুইন হোন শিঙেল ৱারা নিংথিবী
তনিক্লবী খোন্থাংনা, শরৎ মাগী মকা তম
তাংজ ফবী উরিনা যেৎচখিবৈ মতৌগুম
'নুংশিবা' চিঙ্গোইননা, চেৎ-জেৎ কোঞ্জে থণ্ডলেন হক'
ঋতু শোয়নাই মতমগী লেপকং থাদি ওইরক্কান
টৈরিরৈগী জাত্তুনা পামেল নাক্তে হেন্নিংদ
শেংনিংদ মতৌগুম লৈরাং কেতু ওইবাদো
থণ্ডলেন মাবু থাগোম্ন কিন থুক্ল নুংশি কা
মপাং লৈরোই মতাগুন, ৱাখিবনা থরাইনা ;
শরং নাক্তে হেন্নিংদে, থাদোক্লীংদে কদোনুং
পাক্তবীগী মমাংদ শিঙেল কেতু ওইবাদো
অকিবনা মতোল লোম, পাথং মাবু কোঞ্জরি ॥
লৈখোক তিল চংলবী লৈরাং ওইবা শিংত্রনা
লেংলৈ নুংশিং কনবনা হাকথেংননা হুক্লকান
কেঞ্জবনি মরোমদোম, মমোম্বুদি নুংশিদ
লুনা তৌবা শেলতবু, লৈরিক মাগী থম্মোইনা
নুদৈ হেন্না কল্লবা পোক্তবাগী থম্মোইদা
শাগৎচরু আশাদি লৈরাং অতিঁঙাদ তাই।
লাকমিন্নরি কাংবুনা শরৎ-কেতু অনিগী
নুংশিনবা মতৌদা থাগৎনখি পূম্নমক।
নিঙোল নুংশি মকা তম পাউদম্লকই অস্নম্না—
"শানৌ ঐগী নুংশিবা, নুংশি নগাই তমথরো
কদোবগে ঐহাকপু, চংলগেনে থাদোক্লো।"

—"ভুমজবোইনে থাদোকপা মাঙ্গ নংবু পুন্সিগী
সোরোক যাংবী থকসিদ করম ইদোম চৎখোগে ?
মোংবা নিঙোল ইবানযাই, অকি পরৈ কোক্লবা
খুজেং পালোযনভুনা থিনবীরম্মু কদৌগে।"
খোযথুম্নবা মপাউখোল তাকুবদা পাথংদা
মুংশি মাগী মরাহে হিংক্রোকখিদে কদৌমুং
মুংশি খুজেং পালোযন শানৌ মুংশি মরানযাই
খিল্লক্রেদো পাথংনা। পোক্তবীদি পলেমদো
ইকাইবনা উংজা পু তুংদ শোন-শোন ইন্নবক
লাক্লি মমোম মতুং ইন ইকাইদবী পোক্তবী॥
শরৎকিদি মমান্নবা ল'ক'মিন্ন'বি কাংবু
সুম তৌনা ভাংনরকই—'শবৎ-কেতু অনিগী
মুংশিনবা লৈপৃনসি, অচেৎপদি লৈপৃন্নি
কনা শিবা কিদগে অমৈদমক অমনা।"
সুন্না ঝাবা শাভুনা অসুম অসুম লাকপনা
নিঙোল পস্তো শঙ্গাইতম শুমাংবুদি যৌথবে।
মমোম কেতু ভাইতুনা ফমেল থক্ত ফন্নীবা
পস্তৌ মাবু উবদা শিংঙল কেতু ওইবীদো
লম্মুক্রবা কনানা লমথুংফমদি ফংবগুম
হরাও মোমোন নোকচখি, মাইথোং মাগী মকালাম
সোমদনা কমদৌরি, ওন্ন-তৈনবা হাযতুনি
· লৈরাং কেতু থম্মোইনা হাযজনিংই পাথংবু
"মুজা মাইনি হাযতুনা"। 'তুবু শরৎ থম্মোইদি
তাযোগ্নবা ঝাথলনি। নিঙোল পোকপা পম্বোনা

কইগুম খংখি মতাংথোক চিংনখিনি খনবনা
কম হায়না থোক্লগবা মিপাইজখি পাইম নুং।
নূবা-পাখং অনিগা লাকমিন্নরি মযামগা
ন্নাই মচেৎ 'মত্তা, ঙাংদে। তুমিন তুমিন পংলৈ লৈ
তৌরি মতৌদু উবদা নিঙোল পোকপা পন্থৌ
ঙকপনদি ঙমথৈ থেং, যেংই পুমঙক ঙক্ল ঙক।
নিঙোল কেতু ওইবীদো পন্থৌ মাবু উরগা
ঙসাই থোকখি থৌদোক্কী অন্নাবদি ফোংঙমদ
মিৎলু লকা অনিদৈ তান্নকপদি পিরাংনা
লিক্লাং চোযনা তত্তুনা মতুম মতুম কেন্নকুম;
পিগী তরং শিন্থবা লিক্লাং মানা তৎকুম্মী
নিংঙোল থম্মোই পুঙমদ অন্না মাইথোং লাংশিনখি।
মমোম নুংশি ন্নাখলনা পন্থৌ থম্মোই পুঙমদ
নমোম মাগী মাইকৈ যেং নুংশি ন্নাহৈ খোনফম্ন—
"যৌন্নক্লবদা নরানযাই করি 'মুক লমদল্লি?
শকথংদব কনাই, মতৌ তমতনা লেপ্লিগে?
কুম্মৈ যেংনি হাযতনা হন্নাও-তযাম চৎখিবা
করি অন্না কোকথোংন পিবোইননা লাক্লিবা?
থংলে ইমোম খুম্নরোই ন্না ঙাংলরোই কদোনুং।"
পোক্তবীগী মাইকৈদা পন্থৌ ওইবা মহাক্লা
শাওবনদি পন্দোম লোম, মমিৎ ঙাকশং ঙাংন হেং;
মতৌ 'দু উবদা লৈরিক কিবনা থক-থক নিক
তাংজ মাগী লৈদ লুক ঙাংদে ন্নাদি অমত্তা।
লৈনন্নিবা মতৌদু উক্লবদা শন্নৎনা—

ঙাংথোরক্লে সুম্না হায় পন্থৌ মাগী মকা তম
“পন্থৌ মানবা নকাদা তমজরগে ঈপাউসে
করি থোদোক তৌদেদঃ লাকচ কনা য়াওদেদঃ
নাউযোকপীদি ওইরিবী মমা শকপী পলেমগী
করি লমচৎ শাজৎনো হায়গদবু হঙ্গোইদঃ
তরেৎ শেঙ্গা পাম্বদই মমোম শকপী কেতুবু
শকথংদবা লম্লান কা, মশা যাদ চম্নুবু
নম হাত্নুনা পিরগা থুৎশিন্নগে থৌরাংবা
পাখং ঐনা থেংনবা মতাংবুদি থোকপদৈ
থবাই ’সে নিঙোলগী, কঞ্জরকপনি ঐহাক্না
ফত্ত থৌরাং পূন্নমক পোক্তবীগী থুৎশিন্নি।
ইন্নুং ’সে লৈশিল্লক্লে থেংজিল্লক্লে ৱাঙলেনসে
পাখং মোংবা ইরানযাই থোংকাপ কামজাও হুনগ্র’গ
শানৌ নংসু লৈহৌরো, চৎচরগে পন্থোও!
পাখং মপাউ তাবদা নিঙোল পোকপা পন্থৌনা;
থাগৎপনা পন্দোম লোম নুঙাইবনা মপুং ফা
পাখং মাবু তরাম্না থাগৎচখি থম্মোইন্নুং।
সুম্না কাযন য়াথং লৌ চৎখরেনে পাখংদো
মমাম্নগা লোযননা মযুম মাইকৈ তমহুনা॥
পোক্তবীগী শকপু উ অশাও খাম্বী নুংদ চাক
পন্থৌ ওইবা মহাক্না চিঙ্গোইরকই পোক্ত’ কা
“কৈথেল’ যোনবা লাইধিগুম যোনবা য়াত্রা কোইহা
তরেৎ শেঙ্গা থরবু মিকানক নহাক্না
ইয়া! লাইম পকচৈদঃ! হাযরকপদা নুপী নং॥

শক্কা চুগা চানবা মতিক চাবা তোরকই
নমোম শাত্ত নহাক্কী নচা নুংশি থংলিরোই
ইমোম লুনা তৌদবা নংবু করি কান্নবই
থম্মগনি ঐহাক্কা, চংলো ! নুংশিদে !! লৈন্নু !!!
ঙুসি কৌবা নোংদগী ইমোম লৈবা মোংবনুং
খোঙ্গুল তাবা য়াররোই, লোয়রবনি পুন্সিগী ॥”
“ননাই’ লানবা ঙাক্কনি ইরাল পুন্বা ঙাকপিয়ু
শেল থর পাম্বদগী থোক্লি থোদোক ঙাক্কনি
মীগী মাংন তৌবদি হান্না মাংই ঐতনা
খংজরক্লে ’সিগম্বু নিংশিংলক্লে রাথলনা
হয়ং করি নোংদম্বু থক তোজরোই মতুংদ
ঐনা লানবা ঙাক্কনি ঙাকপিয়ুনে কদোগে।
কনা লৈতে চংজফম ’তোপ্পা মফম অমমুক;
ইবুঙো লৈবা মফম, ঐহাক্কীদি স্বর্গনি।”
মরাল পুন্বা লৈরিক্কী ঙাকপিখ্রে অপোকপনা॥

---

# তরাশুবা তাংকক

কেতু পাম্থৈ চাইগে ইনুং বসন্তদি চংলে নীং
খোংই চেন্না নুংশিখেল মপাং মাবু চিন্দমনীং
খোযরাং পম্মোহ ওইকৈউ উফৈ থক্ত চিল্লোক্লীং
খোইমু মানা ঙংজকই লৈবাং ওইবী মহাকথং ;
লৈবাং লৈবিক অমত্তং ফংলবদি চুপকে নীং
ঈাথৌ লাংবা কোয়বা পাথং মাগী থম্মোইনুং।
অপাম শাহন শাথপ, তোয নুংশি কাদি যোগে নীং
খোংফম্নীদ পাথংগী হুবান লোনচৎ চৎকে নীং॥
কোংবৌ নোংজ্ঞা 'মত্তবু শাইনোন মাগী নাপনুং
শানৌ মাবু থাগোনগে খোনফম্নদ্রি কবিনুং॥
থাঙ্গোই শক্ল হেনবনা লৈতে পাদম ওন্নবা
যজ্ঞ মাগী শক্তম্বু মদংলিদঃ অশৈবা !
যজ্ঞ শর মাহৈলি থাবনদি মরাৎলি।
হৈবাং মক্তঃ ওইবস্থ শিজ্ঞুংবদি হৈবাং হৈ
লৈবাং মক্তঃ ওইবস্থ লৈচিন্নীংবা লৈবাং লৈ
টিকবদা কনানা ঙম্মুগনি থাদোকপা॥
লৈরাং শাৎপা উবদা খোইমু মানা খোযরাংবা
অতৈ করি নত্তেদো, লৈরাং লৈরিক শিঙেলগী
লৈহি মাবু চুপচনীং খোযবাংবনি খোইমুনা॥
হৈবাং মুনবা উবদা চেক্লা মানা খোযবাংবা
অতৈ করি নত্তেদো হৈবাং হৈদি হৈমুন ফা
চেক্লা মানা মথৌ পোং চানিংবনা তিঙ্গুংবা

হৈরাং হৈবু যাতোল তং, মহাউ খংদ করয়া
কোকদগে তিঙ্গুংবা. চিন্দমদ্রিথৈ করয়া ?
মণ্ডানি ঈপাল লোক্তুনা চিংহি শযাল লাংলবা
থরক মাগী ঈপোম লাং অপাম মশক থংলবী
নুংশি মৈশা লাংলবী, নুজা ওইবী মহাক্লা ;
পাম্মু মাগী শেগা তাং, নুংশি-নুঙোল যাহিপ তম
মৈচাক পুবী চেক্লানা, পোম্বী মপাং কংবদা
নুংশিননা ওইনজ, তরাম্নদি ওকচনি ॥
লৈহি নিক-নিক চোনবী, লৈরাং লৈশাৎ তম্বদা
খোইমু মানা লৈহিবু চুপ্পুদনা কনানা ?
কদোননি লৈহি—লৈরাং লৈকাদ যোক্তুনা
লৈরাং লৈহি খোইমুইনি, পাখং মাসু নুজাইনি।
লাইজ ঈথে লাংবনা লাইজ ঈশিং থক্নীডৈ
লাইজ মাবু উরগা ঈথৌ লাংবা কোকপরা ?
লৈহি পাম্বা খোইমুনা লৈরাং লৈহি চুপত্রীডৈ
লৈরাং শাংপা য়েংলগা, লৈহি ঈথৌ লাংববু
ঙনগদ্রনে কোকপবু ? অহোয়নতুম চাকপনি ॥
হৈরাং পাম্বা চেক্লানা হৈরাং হৈবু য়াতোল তং
তাউজিং মহাউ খংদ্রিডৈ, হৈরাং হৈবু মিতাবই
তিঙ্গুংববু কোকদ্রনে ? থক কোক্লোই কদোমুং।
নুজা শকফম নিংথিবী অশেবনা খোর্জে পাই
নুংশক নুবা মুক্তুনা অঙৌ লাতম চেথক
ঙাঙোই শকফম যেক্লুবা, যেকপা ঙমদ শকফমী।
নুংঙৈ থক্ত যেংথাং য়ৈ, শক্তম হকপা অহকপা !

কেতু মাগী শক্তম্, হকপা ঙমদ মতোকখি ॥
মীতৈগীদি অশৈবা ! শামৈ থক্ত পেনাগী
অশৈবনা চৈজিং খিং পেনা লুরেল্ল থাদ থোং
মখুল অহুম অড়দা ওইগী থুংনা মবোল হাপ
ঙাঁঙোই শকফম থারকপা, অশৈবনা মরাংলি ॥
নুংশি শকফম ফজবী, উরুবদা খোযরাংন
তিজুং মীনু চংলকঙৈ অপাম মাগী শমু হক
তালোম শিংজ নুজা চল ফমদিন্নগে থল্লুঙৈ ;
চিরোলবনি নুংশি কা অপাম নুংশি শৈশক্তা ॥
অপাম মাগী হকচাংবু শমু মাগী থাদ কোন
নুংশি মৈচাক কোক্কে খন খোযরাংঙৈদ পাখংনা
নুংশি কাদ চিরোল তম নুংশিনবা হৌরকপা
পাম্মু-নুংশি মহকচাং পাখং মাগী প ঙ্গোন্নং
কোল্লদুনা নুজাবু, মাইথোং মাগী থম্বাল চুপ
মশানোগী খজাই থক, শুরু শুরু নৈন-নৈ
ঈখৌ লাংবা কোক্কে নীং, খোংফম্নীদ থল্লকপা ॥
নুংশি খোংকাপ কামজাউ হুন, পাম্মু মগাই যোগে নীং
নুংশি মৈচাক বারী শা, চিন্দল্লুগে তন্ন নীং
শানৌ থম্মোই হুহুনা নুজা খুত্তা চনগে নীং
নুংশি মৈচাক পোংলুম থা, শানো মাগী হকচাংদ
অরাবদি পোখাগে, খোংফম্নীদ লাক্লিবা ॥
থাশিরমদাই অহিং, শজিবু লৈখুন তৌবনা
নোংয়াই চবুক লোনবকান, মতম চারে থন্ন লাক
থম্মোই হুবা হুরানবা লাক্লি মতম অসিদা ;

খুংমাংলুদে পাইমন্নুং, তুমদ্রে হাসবৈ করিন্নুং
ঙবানবদি হুবানবা! হুরান পোৎপু ফংদ্রবে
মিংশেল থাংবা মহৌশা, হুরানবগী শাজৎনা॥
লৈফ চৎপা লমকোযবা, লমথুংফমদি ফংলগা।
অরাবন্ন কোক্তুনা পোথাগেদি নিংন-নিং
কেতু নাক্ত লমথুংফম ওইগে থনি পাথংনা
কোরৌ মৈশা লাংবনা তলা পাগেল উকম লাং
ক্ষংসবদি করিন্নুং থাদোকনি কবন্না?
নুজা মানা তলা ওই পাখং মানা উকম থি
শানৌ মাগী শেগা তাং নুংশি হকচাং উকম লাং
পোথাগেদি থনবনা, উকম থিন্না পাথংনা;
শানৌ মাগী মকা তম, মশাবৌদি শরৎনা
খোংদোয মাগী কামজাউ হুন খোংফগীদঃ লাক্লিবা
লমজাও খোঙ্গ চাক্লিবা মৈরি নাইবা মৈফমদি
ইন্নুং মতম ওইরগা অহিং লিক্লা তন্ন বৈ
মদোম মৈচাক হঞ্জখি লাংদে মৈশা করিন্নুং॥
মৈচাক মৈরি তন্ন লাং নুংচাক্লনা চাক্লিবা
পাথং মাগী লকান্নুং, ঙমদে করি মৈমুংপা
নুজা মহাক নত্তনা, অতোপ্পদি কনানা
ঙম্মুগনি করম্না নুংশি মৈচাক কোকপবু॥
পুখ্রি ঈকোল লাইজন্নুং, কোরৌ মৈশা লাঙগ
মদোম মযেং তাজখি, পাথং মাগী থম্মোইন্নুং
নুংশি রাখল শরেপ ফং, মউ নাইবা তলাগুম
পাথং মাগী থম্মোইন্নুং, নুংশি মৈশা লাঙগা

অ'হায় অহোয়ননত্তম কাখি থম্মোই লকানুং।
নুংশিনবা ঙাক্তনা নুংশি মৈচাক কোকপরা?
নুংশিনবৈ মৈচাক্তী—"কোন্নর ফবা ঙাক্তনি॥"
থঙলেন মাগী পাম্বোম্নুং মশানৌবু চেৎন কোন
অপাম নুংশি হকচাংবু কব্রং লংলা তমোনবী
থুপকি কিশি কিদ কি, পবৈননা খযোম লাক
চিঙঙু মাবু শরেপ্ন, শরিনবা ব্রাশক্লা;
পন্দোম লোমগে মতাগুম, নূবা পাখং অনিগী
হকচাং পোল্লাং অনিনা তিন্নবদি কাবিনুং;
অপাম নুংশি কিশিদো থোকপা ঙম্নী কনানা
ঙম্লোই কবি নুংদশু শেংনহনবা কদোনুং।
মশানৌদি কেতুকী নুংশি মাগী শেগা তাং
অপাম নুংশি যাহিপ তম তাউজিং হৈরাং চিন্দমগে
শিঙেল লৈবাং চিল্লগে থলহনা পাইমনুং
ইনুং পুঙ্গাই তাঞ্জা ফং, যাযবেক্লুগে থোংফম্নী
পাখং মানা লাক্লিবা থোংফম অসে অচিংগী।
অপাম ম'বু খুত্ত চল চিন্দম্নীংবা হৈরাংবু
শম্মু খাযাৎনুংদ হুক হৈবাং মাগী মহাউ থং
ঙম্নী ফবা মিকাবা মিতা' পূক্লিং থুংলগা॥
মীনু চংবা হৈবাংবু পাখং মাগী ওইহনা
শম্মু খুত্ত চল্লিবা মিহোবদি মশিগ্নি॥
মিহৌ থম্মোই কোক্কে থন শানৌ মাগী মকা তম
নুংশি খুদোল নিগে নৌং লাক্লে নুংশি মকা তম॥
থোযশাওনবী চনুনি, 'হুৈঙ নুংশি চান্নবা

নুংশিনবৈঙ কুমজ্জাদা, মথঙুলেনবু ইকাইবৈঙ
তাকথেংনন যেংঙমদা পানা মিৎপু খুমথিবৈঙ
থরাই তানা শাওজবী গিৎকুপ মতুং উদ'দ :
থাংঙমদবা মৈচাক্লা থম্মোই তাশোন তন্ন ওই
শিংনৈ মাগী থম্মোইনুং ইকাইবই যেংঙমদগা
যেংনিংবগী রাথলগা, লাংতক্রবা থম্মোইনুং।
থম্বাল কৌবী লৈরাংনা কোরৌ মাবু উদবা
নোংথন্নবা অহিংদা, থাইন মৈশা তন্ন পু
ঈখৌ লাংবী নোঙ্গৌবী, লাইজ ঈরিক ঙাইজগুম
মথঙুলেনবু উনিংবই লাংতক্রবা থম্মোইদি
থম্বালদ লৈদ নত্তে, মুপী ওইবী মহোশানি,
হৌনশানি লিচৎসে, নুংশিনবই লিচৎনি॥
অহিং নুংথিল চুপ্পদা পাম্মু মাগী রাথলদা
নুংশি ঈখৌ লাংজবী, অপাম মৈচাক পুজবী
নুংশি মাগী মকাদা, ঈখৌ মৈচাক কোকহনগে
অপাম মমি শামহনগে, হাযনা লাকপ মতাংথোক
ঈরিক ঙাইজবী নোঙ্গৌবী ঙম্মুগনি কন্না।
লৎনজবা নুজানা, পাথং মানা লাক্লদা
হরাও মথোয় হেদৌ লাং, মকালাম্নী মাইথোংনা॥
শংবানবা লাইজ থক থম্বাল লৈরাং নিংথিবী
শাংচৈ ঈথক ঈপোম লাং লৈকা খুদিং লৈহি চোল
কোরৌ মাগী মশাবী খোংদারকবৈঙ লৈরাং কা;
ঙমজথিদে লংনবা লৈহি ঈরিক অমতুং
থাক্তে 'মত্তা করিনুং, পিথি লোয়না মাঞ্জ কা॥

অতুমঙাই থবোম্নু লৈবিক লৈহি ঈমাই চোল
কনাইবু ওইগদগে, মথঙলেনগী নত্তনা ॥
থম্মোই তিন্ন মশেলদি, লাংতক্লবনি 'নিমক
কাবাম চাউবা মিহৌবা, লাক্লে নুংশি মকা লম
হায়নথিবা তুংইন্না ঙসিগীদি কোবো নোং।
উন্নদবা মিৎকুপ্তা চেঙ্গে নুজা ওইবীনা
থঙলেন মকা যোনবা, লোন্নাইদবা মালংদা
চিন্নাইদবা চেক্লাদা, কযা কযা পাউথাং সৈ
লাংতক্লবা থম্মোইনা পোত্থাগেদি থক্লুহৈ
নুজা মাগী যাইফ কা, নুংশি ওলাং মৈচাকনু
পাথং ওইবা মহাক্লা, মঙাল থংনা লৈচিল নক
অবা পোত্থানগে থন শানৌ মাগী মাশাহংকান
মৈচাক কোক্কে মতানি নুংশি নাক্ত যোবকপা
নোং পুবা অমংবা অপাইবা লৈচিল খুদিংবু
চন্নি হাপ্লবী তুরেল, যাঙ্গংলবী পুখ্রিনা
নোংলিক 'মত্তং খিক্লবা ঙম্মুগনি কবন্না ;
মৈচাক থাংব' রাববী পুখ্রি তুবেল কযানা
লাইজ ঈশিং চংনবা, চংনরোইনে কদোনুং।
নুজা ওইবী মহাক্নু ঙাইতুনতা লৈবনি
শক্তম মাগী নুংশিবা মশাবীদি চান্নবা
নুংশি নাক্ত লাকপ থোক তাঙ্খোক্কনি কবন্না
ওইথোক্কেনে কদোন্নুং ; ঈথো লাংবী কনানা
লাইজ ঈরিক অমত্তং, য়াওখ্রগেনে লংনবা
ঙাইজৈ নুজা ওইবীনা ইনুং চুপ্প বানা লেন

থক-থক চিংই উইন-উই উথোক তেন্দ কোম্ন কোন
হংই মানা ঝাব শা—"পাম্মু নুংশি ইশুংলাং
ঝানা থাংলে নুংশিবী ! পাইম নংগী পীবুক্নুং
ঝারৌন্নকো পাথংবু ! তাঙ্গা থোংফম করিন্নুং
শোয়খিত্নুনা নৈকাইনা থংথ্রবদি করিন্নুং
য়ুমথোং যৈন পাউগাং থা, ঙাংনহৌনি তাইবং তিং
থরৎনা ঐহাক্না তাঙ্গা খোংফম য়েংন-যেং
থংদনবা কনানা অহিং তাংগৌ চিক্ন থেং
তাইবং কনা থংহন্দ নুংশি কাইদ মোংলরি।"
সাবা মাগী নিংথিবা, পাম্মু মাগী নুংশিবা
খোনফম্নুদি তারুড়ৈ ওইনঙ্খি থঙলেন কা
"থংবিরোইনে কনানা থম্মোইনুংগী মৈচাকপু
থঙ্গরুবা ঐতনা চাকচবনি ইরোমদোম ;
নুংশিবীরোই থংন থং নুংশিজরু ঐতনা
থম্মোই লাইমন ওইহৌবা, মহৌশানি ! মহৌশা !!"
থাবল ফবা অহিংগী মীচিক মীথোল তাদ্রবা
থবানমিচাক পরেংনা তনিক তগুপ তথকপা
মঙাল মাগী শাম্নবা ইন্নুং নৈন থেংলবা—
ঝাঙলেন পুঙ্গোই তাঙ্গা ফং অহিং নৈরাং নৈনুংশি
থাবল নৈরাং থাবল্লৈ, নোংঙাল্লমদাই লিক্লানা
খোংমেৎনবী শিঙ্গারৈ, শিঙ্গারৈদি থম্মোই হু
নৈরাং নৈনম নৈনুংশি, পুথ্রি থরো নৈতেংলৈ
থরো তঙাং ঙাঙ্গান, মশানৌদি থাবলগী
অহিং মতম ওইবদা নুংশি মৈচাক কোক্রবা

নাপ চিক্ল লোন্ন-লোন, ন্নুংশি ৱাবী কোঙ্গাইমা
থান্মোই মৈচাক কোক্লবা শানবদি মশিন্নি॥
থাবল ফবা অহিংদ শাবী-শানৌ কষাগী
ন্নুংশি ৱাবী কযা লৌ থম্মোই মৈশা লাংবগী ;
মৈচাক পুবা ভুমদবা থাজ মানা তাকটৈ
কিন থুক্ল মিপাইনা লোংখি লৈচিল মবক্ত॥
ন্নুংশি মৈচাক পুভুমদ থম্বাল মানা থম্নাথক
তাযথৈ ছাম-ছাম লোইবোইন মৈচাক কোক্কে মতাগুম;
মগভুলেনবু উবদা কেননিংবৈ ঈঙ্গিংনা
হাববীদি কেতুকী, মালং ফোরোই তুংইন্ন
থম্বাল মাগী লিচংকুম, ন্নুংশি মৈচাক কোক্কে নিং
থংলেন ওইগী পাম্বোম থক, যাতাবকখি মাইখোংদো।
ন্নুংশি মাইগোং অনিনা মাইগোক্লন যেংনবক
ইকাই খবা মাচগোং ওই, থাংজ মাগী নিংখিবী।
মাইগোং থম্বাল অহুনা, ফিকক্লজৈ পাম্বোয়ুং
ইকাই ন্নুংশি মান্ননা মথংলেনগী মথান্নুং॥
টিনা মানা লেংভুকপা নুংশিং শিত্ত হৌনদে
থমগোন ন্নুংশিং তন্ন যৈ, ঈপোম লাংবা মচৌশা;
শানৌ মানা কাইহৌরক পাম্মু, মাগী হকচাংদ
ঈপোম লাংবা লিচং ওই ন্নুংশি মাবু চেংন কোন ;
অপাম থাম্মোই ঈচেলনা ন্নুংশি ঈথাই পিগে নিং
শানৌ মাগী মকা তম নাপ নাক্লং চিবোল চং
লৈবাং লৈকা লৈবিক্তে লৈহি চুপকে থেল্লক্রে॥
শমু মাবু থুত্ত চল অপাম মাগী মিতৌ কা

মিছৌ খোংফম তন্ন লেপ নিংবা থুংগে মতানি ;
শানৌ মাগী নাপন্তং থেম্লকপদি পাথংনা ॥
চরা নোংখন্নরবা, চরি হাপ্ল কনানা
ইকাই-ইকি ব্রাংম লান চরা তম্ল লোমরে খন
নিবে মানা ন্তংশি কা চাক্লীবগী মতোগুম
ফিগাওনীদঃ লাওনা শা নুংশি মাগী মকাদ.
তক্লে মানা সুজ্ঞা কা ন্তংশি খুদোল পিরো হাব ॥
খুদোনসি কদাযনো চিংনবনা থম্মোইন্তং
লম্মুন্নৈজ্ঞে ন্তংশি-কা খল্লবদা থম্মোইন্তং ।
ন্তপীগীদি লেমজ্ঞবী সনা ঙাঙ্গোই লিকফাংবু
ন্তংশি মাগী মকাদ পিথোক্লুর' কারি নোং
থান্নুই মাগী তনিক চল বানা কিনা থক্লুক
পুংসি ব্রান লেন্ন-লেন, মীমাং ইকাই নংদ নং
মজ্ঞানি করম্মা, চন্ত নিঙ্গোল শিংগীদি
শাট কুকপগী খোংফম্ন শাজ্ঞং ঐনা হুন্দারক
মেগী শাজ্ঞং লোনচং চং, উং-বাইনা ত্তাইবং কুপ
তাইবং কনা থংহন্দ হুব্রান শাজং খোংফম্ন
খোংফঃবা মতাং থোক তাংজ ঐগী ফিরুক থুম
লোহাবেদাকো তাইবং মাং! পুন্সি অসে ঐহাকী !
নিবি তুংপা নৈতনা চরা নোংখন্নরবা
চরি হাপ্ল পাথংনা ফংলবদি করিনুং
মরুক লাম্বা কোক্কে নিং ফিগাওনৈজ্ঞে হন্ন হন ॥
চাসম মাবু তন্ন থোক চাগিন্নসি ঐখোয'নি
তুহিং নোংবাই অসিদা অরাম খোব্রাং ঐহাকী

কোকহল্লুনে পাম্মুবী ! নুংশিদ্রব্রা ঐহাকপু ॥
লৈরাং নংগী নগাই তম খোইমু ঐনা খোংদোয় হুন
অরাম খোরাং কোক্তুনা লৈহি চুপকে ওংজরু
তৌল্লাং তোংডনি নিংব্রা, লম্লানবনি খনবরা ?
পঙলেন নুংশি মকাদ অপাম খুদোল লৎনবা
ইরাল ঐগী করি লৈ, চিংনবনো পাইমনুং
ইরাল লৈবা মতাং খোক, হাযরো করি ইরালনো ?
থম্মোই নংগী চিংনবা, চিংন পরৈ কিশি খোক
অপাম ঐনা নিংলিবা থুংহল্লুনে মুংশিবী ।
লম্লান কনা নত্তেদঃ তৌল্লাং কনা ওইরোইদ ;
ফত্ত রাথল মুংদ ফুম, পাথং ঐবু চিংনবা
শরিরগা লোযরেনা, রাশক্লগে পাম্মুবী !
খঙ্গে মুজা থম্মোইমুং ! থম্বাল লৈরাং লৈমুংশি
লৈরিক্ত লৈহি চেন্দ্রবা লোয়রেদকো থম্বাল !
চেক্লা চাগী লিচংকুম, খোইমু মাগী শাজংকুম
অপাম কাইদোং হোংগনবা, মুংশিবা মাগী লিচং
ওইরম মতাং খোক্লদি, মাংজরেদো ঐহাক্তী ।
লৈহি মাগী শেগা তাং, চাওখোকপনি লৈরাংনা
শিঙেল মানা লৈনম তাং, পোংজবনি তাইবংদা ;
লৈরাং লৈনম চেন্দ্রবা লৈহি মাগী পক্তবা
পাইরকদ্রা খোইরাবা, চিংননিঙাই মশক্লী !
রাথল থেনবী মুজাগী মুংশি থম্মোই খুদিংনা—
লৈহি চেন্দ্রবা লৈরাং থক, তোংলররোই খোইমু
লৈনম য়াওদ্রবা শিঙেল নাক, পাইরক্লরোই চেক্লা'

খল্লুবনা পাইমন্নুং নুংশি য়াহন্ন মকাললাম
ফোংদোকখিদে করিনুং শাবী-মাঞ্জ পাম্মু কা।"
লৈকা' লৈহি নিক-নিক চোল লৈরাং লৈশাং তম্লকভৈ
নুজা মাগী হকচাংনা শারেপ মপুং তাল্লকভৈ
চরৈ মাগী খাওম্নুং হৈরাং হৈপুম তাল্লকভৈ;
শংবানবা শিংলিনা তাউজিং মাগী চরৈ তম
শমু থাদ ওংজবী তুম্মা তম্না পানবা হৈ
তাউজিং হৈগী হৈওংনা লৈপুং মওং তমজভৈ
হৈবাং মানা লুক্ক পান লৈবাক যোগে মতানি॥
তাউজিং হৈবু উবদা মিংয়েং খুদিং থোযরাংন
নুঙাইবদি ফংদ্রিবা লাব কাংবু অতুনা
খুৎফংননা খুৎপাই চেৎ হৈরাং মাবু খুৎফম নাই
হাকখেংনবা মতাং থোক, পেঞ্জগনি খনবা হৈ;
হৈরাং মানা হৈমি তম নুজা থাদ চাউরকভৈ
মালং ওংবী হৌনশা, খুৎফম্নদ্রি কনানা
হৈরাং মাগী মশাদ তম্বা কনা করিনোং॥
খমগোন মালং তম্ন বৈ, লাইজ ঈথক ঈপোম্ন
ঈপোম্নবা মহৌশা! মালং মাগী মালংচৎ;
হরাও তশাম মথোয় কা, থাখুম্নবী চরৈ ফি
হায়দোক্নুনা কনানা শান্নজদ্রি করিনোং;
মালং ওংবী তাউজিং হৈ মালং মহাক নত্তনা
হৈরাং মুনবা হৌনশা, মহাউ মাগী খোয়থুম্ন
য়াতোল তংনা তিল্লাংদ্রি, মহাউ খংনা চিন্দমদ্রি।
তম্বা কনাই খুবাংনা খুৎফম নাইবা ওম্মুদ

হৈজিং ফাবা হৈরাংদ, খুবাং কনা পেন্নদ্রি।
তাউজিং মাগী হৈথোংদ তম্বা কনা 'মত্তঃনা
থোংদাদ্রিদঃ কদৌনুং, খুৎফমদ্রি করিনূং।
ঈথৌ লাংবা থোযরাংবা, থোযরাং থম্মোই মিতাবা
মিতা পূক্লিং থুংলগে লেখখি তন্ন থম্মোইনুং;
অপাম্বদি মিহৌবা! শমু মখুৎ চন্নগে
খল্লত্নুনা পাইমন্নুং, রানা মতম ঙাইরুবা
তাঙ্গা মাগী তন্ন ফং, মমাঙ কাবৈ খুৎলেংবা,
খুৎলেংবদি হৌনশা! নুজা থাদ ওংজবী
তাউজিং হৈবু যোল্লম্বা, কোমগোম তাবা চরৈবু
পাথং ওইবা মহাক্লা চরৈ কিযোম তাম্না তাই;
তাউজিং হৈরাং তন্নক্লে হৈরাকনিদঃ চেৎন তম
অপাম মাগী খুবাম্নুং ফংজবদা তাউজিং হৈ
হৈদোনজৈ খুবাং 'নি ফংডঃদনা ফংবদা;
পল্লেপফমদি নৈতবা, ঈঙ্গাইবদি ঈঙাইবা!
পাথং মাগী খুবান্নুং, পরক ঈপোম ঈরাইহন
খুবাংনা 'মুক চেৎন পাই, অমুক হৈক্তঃ কোমগোম থং।
পরি চৎল শঙম হন শঙম চৎল পরি হন;
ঈনাং তানা নৈগুনবা, ইরোইনিদঃ লুবাওবা
নৈওল্লিথৈ পেন্দবা, পেনবা কৌবা নাইদেংদঃ।
হৈরাং হৈযোল খুবাং চল, হৈরাকনিদ তোযনা তম'
উইনা থাংজৈ নুজানা অতেবদি যুমশাঙ্গুম;
শংবান' শিংলি তেঙ্গোল থুপগ্রে পাথং খুবাম্নুং
হৈরাং খূদিং খুৎফম নাই মচু ওল্লে তাইনা থং।

অপাম্বনা ছাওরবা পাম্মু, মুংশি হকচাংগী
শিংলি পাফল খুদিংনা কারে মুঙাই লুতোল যৌ
খুবাংগীদি মুঙাইবা ফংঙু বদা পাথংনা॥
পেনবা কৌবা নাইদবা, তাইবং ওইবা হৌনশা!
থক পেন্দে করিন্নং, শিবগী থোংফম যৌদ্রিফাও।
মুঙাইরে-পেল্লে-ওক্লে, 'সি মঙাইরে মুঙাইবা!
লোইরে মুঙাইজবা হকচাংগী 'মুক হেদৌ লাংলে
শংঙে মথৌ নৌহৌন হৌরে তন্ন অপাম্বা
অপাম মানা লুত্তোল কা হান্নদগী খুত্তুপ থা
মসাইকাবৈ অপাম্বা, থিংবা ঙমদ থোংফম্নী॥
মুজ্বা খজাই নীংথিবী, কুচু মাগী খোযরাংবী
গুলাব তঙাং কুচুনা খজাই নাকল ওই-যেত্তা,
হজ্ঞবীনি নীংথিবী পৃষ্ম তাবা খজাইদো।
মিত্রাগনবা হৌনশা! ওইকবদৈ পাথংনা
মুজা-খজাই মিত্রাবা খুদোংনথি খুবাংনা;
অপাম মাগী মিহৌবা— কোদে থোংফমবনা।
পাথং মানা মুংশি কা চীঙ্গোয় লাংগে থৌরাংঙু
মুজা মাগী খজাইথক মুংশি চিনবান তন্ন তু
মুজ্বা ওইবী মহৌশা! ঈকাইথিবী মপোক ওই
পাম্মু মাগী মকাদ ওইনজবা মশিঞ্জাং;
ওইনজরি মযাং থেক— শোকচরোইযে মতানি।
লৈথোকচরি মাইথোং থা— ঙমজরোইযে মতানি॥
লোৎচরিযে খুম্বাম্নুং— মিতাথিনি মতানি॥
চীঙ্গোয় লাংব ফংজদ ফংভম থোকপা পাথংনা

খোয়রাংবদি মশিন্নী—খোয়রাবগী লিচৎনি।
কয়াম কুইন ওইননি মুংশি মাগী মফমদা
ওইনবনা শিথাং থাং কয়াম কুইনা থাংগনি?
থেম্বা তোয়বা পাখং'—তকশিল্লকপনা মহেল্লি
মণ্ডাল মাবু লৈচিলনা, থৎপা ঙম্বা য়াওবরা?
ঙমদে মানা করিনোং অয়েম্বনি থৎলুবা;
মণ্ডাল মাগী মমাংদ লৈচিল মপৈ কান্নদে॥
তকশিনবনা হেল্লকপা ইকাই থংদ পাখংনা
শানৌ মুংশি মহকচাং পাখং মাগী পাম্বোম্নুং
কোম্লতুনা মুজাবু অপাম মাগী ঈথক হৌ
মাইথোং থম্বাল থক্তুদঃ চীঙ্গোয় লাংবা মহৌশা
শুরু শুরু নৈন-নৈ মুংশি মাইথোং থম্বালনুং
ঈংখৌনবা পাখংগী, ঈখৌ মৈচাক কোক্নে নীং
চীঙ্গোম তন্ন লাংঙুবা থোয়না হেন্ন মৈচাক হাপ
হান্নদগী খুত্রপ কা, ঈখৌনিদঃ হেম্ন লাং
খোযরাংবদি খোয়রাবা, হনবা লৈতে করিনুং॥
খজাইনিদঃ খোয়থুম্বা, চুপ্পে লৈহি পেন্ন থক
পাখং মানা মুজাগী শমু খুৎপু পাল্লোয় চল
নুরা-পাখং হকচাংনা মুংশি পোৎপু তুনা লাক;
মচোয় তানি মতাগুম লৈপূন পরৈ তন্ন কি
নোংদম্বনা কারিনোং—শেৎনহন্নি মতানি॥
ঈখৌ লাংবা ঈথকপা ঙাওরে ঈগী ময়াইনা
লৈহি চুপ্পঃ খোয়রাবা ঙাওরে লৈহি ময়াইনা;
পেনবা কোবা নাইদেদঃ লৈহি পাম্বা খোয়রাবা!

মিতা থজাই ঙাঁঙ্‌গা থক চীঙ্গোয় লাংন নৈরুডৈ
পেন্দে মানা করিম্নুং চীঙ্গোয় হন্ন-হন্ন লাং॥
নুজা শকফম নিংথিবী! নীংথিবীগী ঙাঁঙ্‌গা চীন
পাখং শমু চীন্দ থোং, চীঙ্গোয় লাংগে থৌরাংবা
লৈথোকসি কদায় ঙমজদ, লৈথোক্কসি কদায়—?
লৈথোক্লবা হোৎনজ, ইকাই খাংন ময়াং থেক
নুজা মহকচাং ওইরুডৈ লৈথোকপদি ঙমজদ;
নুরা-পাখং চীনবান্ন অনি তুনা লোন্ন-লোন
নৈন-নৈন মহাউ থং চীনবান চীঙ্গোয় লাংজডৈ
লৈয়েং লৈগী তিল্লাংন তিল্লাং-তিন্ন-লৈওৎন
শুরু শুরু নৈদ নৈ পেনবা কৌবা নাইদবা
নুংশিবগী মফমদা নুংশি হৈত্ত শাজৎনি॥
অঙাওবদি অঙাওবা! তাউবা হূইাদ অঙাওবা
মী চিক্লুবই ময়াই কা হেন্ন হেন্ন ঙাওথংলক
লুতোল যৌনা মযাই কা থিংবা ঙমদ খোঙফম্নী।
শরৎ খম্মোই লকান্নুং অপাম মানা নুংদ চল
মিহৌ খোঙফম পান্দ লাং নুংশি খোনফম চীন্দ তৈ
মিতা' মিৎয়েং পেন্ন যেং; শমু হকচাং খুদিংগী
কায়াৎ তুথুপ খুদিংনা শিংলি পাকল মতিং হৌ
থাম্বী মৈফম হৌবঙ্ম অপাম মৈনা নুংদ চু
শিনি নানি কিদনা ইকাই থংদ খোনফম থা
চীঙ্গোইরকই শরৎনা—"শানৌ নংবু নুংশিবী
তিল্লাং ঐগী থকযোৎন থল্লহুনা পাইমন্নুং
অপাম মিহৌ খোঙফমসে কোক্কে থন্ন লাকপনি।

হয়াও হয়াও হৈয়াংন চৗন্দম্মসি কৈদোগে
সুংশি সুংশি চাম্না চিনমীম্মসি মাইয়োক লৈ।
হাদ লৈরাং নিংথিবী! নুংবা থম্বাল মানবীও!
পাম্মু সুংশি য়াম্বাসে 'মুক্তদি হোয়াজ্ৰনা;
পাথং ঐগী নিংলিবা থম্মোইসুংগী অপাম্বা
থুংহল্লুনে সুংশিবী! লৈরাংঙুসি কদোগে
হৈয়াংঙুসি হুণ্ডাটনা, হয়াও মথোয় তয়াম লাং॥"
"শাবী-ইমান-মচাও! পাম্মু নংগী নকাদ
ননাও লাইবক চাউবীনা চৗঙ্গোইসিগে কয়ম্বা?
থম্মোই ঐগী লকাম্নুং বাজনিংঙুই হয়াওনা—
অত্তবুনে মুজানা—ঙ্গপাম কোন্দ শাংলিঙৈ;
হৈয়াং ঐগী থুদোলসি—কদাইনো লম্মুক্রজৈ।
লৈহি ঐগী চুপ্পো হাব—কদাইনো থঞ্জানজৈ॥
লমচৎ ঐগী কায়াম চাউ নিঙোল শাজং খোঙপাঙ্গ
মোগী শাজৎ লোম্ম চৎ—তোইহৈদবা শাজংনি।
শম্লাং কোইকক্লয়িঙৈ—চৎহৈদবা লোনচংনি।
অত্তুগুম্বা লোনচত্তো ভমজরোইয়ে ননাওনা॥
লৈহি মাগী শেগা তাং পোংজবগুম শিঙেলনা
মহাউ মাগী শেগা তাং তাউজিং হৈবু মিক্যাহন
তাইবং কল্লক মাংসিদ লেম্মবনি হৈয়াংনা;
পোংজবনি শিঙেলনা, অত্তবুনে সুংশিবা!
লৈহি মানা কম্নবা শাংলুত্তুনা কদোনি?
তাউজিং মহাউ য়াওদ্রবা তিজুংঙনি কনানা?
ফিথুপ ফিরৈ সুংদ লোৎ থমজয়িবী লৈরাং লৈ

পাইম ৱাথল শেপ্তন মুংশি কাদ য়াথোক্ল
যাথোক্লগে হাযববু নমাও ওইবী ঐহাক্কী
কারাম চাউবা লমচৎসে তাইবং কনা থংখি থোক
তাওজ ফিরুক তম থুম মীমাং কম্বা মতাং থোক
মিংচৎ ঐগী অথিবা লৈহোগনি তাইবং মাং';
তিনশিংননি ইমংদ থাশিংননি লমচৎত
চারোল-শুরোল শুথাং যৈ ঙাংনহৌনি ফত্তবা
লৈরক কোন্সাং খুদিংদ অপি' মিংচৎ থেনগনি:
কৈথেল অকা অকুমদ ৱাশুবনা ৱাপা লাক
শাংল লম্বী কোজাইম তেমি ঐগী ৱারীনা;
শৈরেংবদি শৈরাংবা! অঙৌ লাতম চেথক্ক
সনাই কাশি মযেক্ক মযেক লানা যেকথিডৈ
পংেম পাম্ভৌ অনিগী শাগৈ পুরোল তরেৎনা
লাইরৈবাক্তে নোংরোক তম চিংথহৌনি ইহাকথক॥
চগ্রিং অমা পকপদা চেংকোক অমা মাংইদো
কেতু ঐমা হিংবনা চত্থু নিঙোল খুদিংগী
তাওজ ফিরুক থুমজনবা, ইংাকথকী ঙমজরোই॥"
"নত্তে লাম্লে-ইবেম্মা! শেরাম্ররে ৱাথলদো;
মীচিক মীখোল তাত্রবা অহিং নোংরাই অসিদ
মুংশি লৈরাং নাপ্প লাং হেদোবদা ঐহাক্লা;
পামজ' তাউজিং চৌম্ব থোং হেলাংহনা পাথংনা
শানৌ নংগা কেনডৈ তাইবং কনা থংলোইদ!
মুঙাই-জৈচেল জৈতিম, হৈরাংসিনে লৈরাংসি!
মমি তাবা লৈবরা জৈশিং থাংন য়ানবদ?
শোম্রা থাওক্ম হকথিবা কাংবুদনা মউবা

থংলোইদবা থাঙষাননি উরোইদবা থাঙফম্নি ;
ফজ মাইদা থুপ্ন-থুপ ময়েক লানা তাজবা
থংলোইদবা মুকফম্নী উরোইদবা হামুক্নি
হাযদোক্লগা লোয়রেন, তাইবং কনা থংলোইদঃ ॥
মালেম লৈদ লৈরোল চল লৈতাইদ্রিবৈ হকচাংনা
নুজা ওইবী থবাইনা নোংদাইদ্রিবৈ করিনুং
শিঙেল লৈমন চন্দবী তাউজিং মহাউ মাংদবী
কুমগাংদবী লৈরাংনি লৈমন চম্নী নিংলুনু।
হৈরাং হাওনা হৈরাংসি লৈরাং লোম্ন লৈচিনসি
শমু য়াইদ শাৎচবী মাইয়োক্লসি লৈরাং লৈ ;
লৈহি কম্নী নিংবরা ? লৈনম মাংনি থনববা ?
পুকচেল অত্ন শানৌগী থংজরেনে নুংশিবী !
হৈরিকপীনি হাযবসে, হৈরাংনসি যাদবা।"
"রারৌনুকো লোযয়ুম্বা ! ননাও পুকচেল শেপচদে
অত্নবুনে নিঙোলনা চিংনজবা অমত্তং
লৈজরিয়ে থম্মোইনুং, হাদোকপদি ঙমদ্রবা ?
খোয়য়ুম মাগী মফমদা মীনমগনি করম্না ?"
"চিংনরুনু পাইমনুং, হাযরো কৈনৌ নুংশিবী !"
"থংই নুজা ওইবীসু পাথং ওইবা নংগীনি
নিঙোল শমু হকচাংসে শাম্নফম্নী নহাকী।
অত্নবুনে নুংশিবা। হরাও তয়াম শিন্দুনা
চেৎন লুহোং পরেন মাঞ্জ নংগী নরানথাই
মৌগী শিংদ চন্দুনা ফমদিম্নবা মতাং থোক
মিংচৎ ঐগী অথিবা লৈরোই করি নুংদশু।"

মাই-ঙমদে-ঙমজরোইয়ে, হাযনা কযা থাংজরুই
থঙলেন মানা তকশিনবা থেম্বনদি তোইরকই ॥
"মুংশি নংগী মৈচারু চাকথেক্লবা থম্মোইসে
কদোবগে মুংশিবী! অমুক্তদি ইংহল্লু।"
মিহোবনা লোইরবা শিংলি পাফল থুদিংনা
মথৌ নাতৈ তম্ন কাং খুদাপ চাউনা হৈরাক তম
হৈরাংঙগে মতানি লৈরাংঙগে মওংনি।
মরো তৌনা লেংবু লৌ তম্বা মানা নিঙোল কা
মুক্লা লোংখ্রৌ তম্ন চল নম্না-হানা মুংশি কা
থারে পাখং ওইবনা যাত্রা লৌরে মুপী কা ॥
তুরে নুজা ওইবীনা অঙৌ হকচাং লোংন তা
মালেম থক্ত চোইজাইনা শম্লাংনদি ইফা ফা
নাপীনিদঃ অশংবা হানৌ পুম্ফাই মথক্তঃ॥
তম্বা মানা শেগা লোল তারি লোংন খাদ থং
কোল্লি পাম্বোম লুম্নবা শানৌগীদি লেংবান থক;
লাকশিন্দুনা শানৌবু ঙমজমথৈ চেৎন কোন॥
মতিং হোবা শিংলিগী অপাম্বনা য়ৌম্বা
করি অমুক হায়রুনি লোইরে ঈথৌ লাংবগী
ঈথৌ মৈচাক কোরুবা খুদাপ চাউনা হৈরাক তম
য়াথোং থুম্না চাগে নিং হৈরাংনরে শরৎনা—
হৈরাং মাবু থেনবদা হৈকু মানা য়াওবনি
য়াতোল তংগে খল্লকঙৈ কদোরুনি হৈকুনা॥
হৈজানবা মতমদা হৈরাংগীদি হৈকু খোক
হদনঙাই লৈতবা নুজা মাখী চরৈ ফি

ছগৎলকপা চরৈন মুজা নিংদ তম্ন পৈ;
মোনথাংনথি চিংতুম শা লিরুং কোনবা শাথেক্কুম
থেক্কোক্কুনা মুজানা, নিংগী শাথেক তমজরি॥
থবাই মানা বানা কি শেঙ্গরকপা মিপাইনা
চরৈ মাগী মুংদ য়োম লোৎচরুবা তুমিন্না
মিহৌ খুত্তা চনথরে থাদোক্লুরোই কদৌম্নুং।
লৈরাং মাবু হেল্লাংন হৈরাং মাবু চীন্দম্লক
ঙাওন্-শাওন্ লাক্লৈজ ঈরোইননা মুজাবু—
পাম্মুবনা চেৎন কোন লেম্লৈ উকাই ভকপগুম
তকই মুজা ওইবী কা পেল্লগেদি থন্দুনা;
পাঙ্গল শোনবী মুজানা খাংঙমদনা খাংবদা
ইল্লি-কাওরি-মুকচরি, অযো হেদৌ তম্ন চল
চোষরোল-পারোল কয়া লোল, চোংঙি থোংই অযো হায়
থাংজৈ মুজা ওইবীনা অযো-'মা হায়না কয়া
মুক্ল থেক্ল হকচাংনা তাউজিং হৈজানরিঙৈ;
নাম্হোক্লুবা হোৎনজ নাম্হোকপদি ঙমজদ
মশা পূম্বা লোযনা কেম, য়াওন্ খুদিং শদৌ থোং
বাজবদ মথংজৈ বাতুনত মতোকই:
হোৎনজরু অপূম্বা লৈরাং অতিঙাদ তা
তাজৈ হাম্নৈ হাম্নদ হানৌ পূম্ফাই মথক্ত
মুজা হকচাং লোংন তা পাম্মু মাগী থাদ থং
চোংঙি-কাওই কদৌনি মুঙাইরিঙৈ মতমদা
অয়ো-'মা হায়না কয়া লাওই কনা তাবিনি
ত্যাংলৌ লৈন থেংলবা অহিং নোংয়াই মতমদা

কনানমু তাবিদে মোংশোং-হাবুং নত্তনা ॥
অপাম মাগীন অমনি থাঙ-ঈশিং চংঙুদে
অপাম মানা ঙাওরিঙৈ, তাউজিং হৈজানরকপা
শিনি-নানি কিদবা মঙাও থিবা মঙাওনি ॥
য়াদে খক ফিংঙিঙৈ থুজ্জি কৌবদা হাপ্পুবা
ককঙাওনবা শগোন্দা য়াঙ্গোই য়াচল লাকউবা।
ইরোই লমচা অঙাওবা মচি ফেংন রাইরিঙৈ
ঙম্মুগনি কনানা, নারেং হুৎপা ইরোইদা ॥
শাজৎনিদ চৎলিবা, তম্বা মানা মুপী কা
কৈশালনিদ শারমচৎ য়াওরো য়াওদি অমোমদা,
থম্না য়ৈশিন মথুজিন তমথি মথোং মরিগী,
তারোইনবা মশাদা য়াথোং থম্না লোক্লকঙৈ ;
শদৌ থোংনা বানা লেন শারাক্লঙৈ থাংজগুম
থাংজৈ মুজা ওইবীমু, চীন্দম্নীঙৈ পাথংনা ॥
অপাম য়াইদি মুংদ চল য়াচল লাক্লে শরৎনা
মশানৌদি কেতুকী মথামুংদ চেৎন কোন
খুদাপ য়াউম ফানা হুক লোঙ্গাননা হৈরাংবা
ফংজদ চাকচা মতৌনি পেয়দেদ : তাইবং
হৈফোইননা হৈজান মাইনি থংলমক্কুংদ
চেল্লাক চেনফোইননা চা ফংহোরোইদ মতানি।
শল লমচা অঙাওবা লৈবুং উবা য়াদবা
রাইরিমখৈ লৈবুংদ পেনবা কৌবা নাইদেদ: ॥
থাঙজম খুৎনা অয়েন শাবা য়োৎথাং অথৌবা
মথৌ শংবা য়োৎথাংন পেনবা কৌবা নাইবরা ?

ফেংলিমথৈ নূংঙ্কালদা মথৌ হাপকে খনবরা ?
তকই পংতক্তঃ তকই, খংদে মথৌ হৗন্নেস্থু ;
তুম্নে হাযবৈ রাথলস্থু থন্দমথৈ তকইদঃ ॥

লৈরাই হনবা লাইজনা পেনবা কোবা নাইবরা
হল্লিমথৈ লৈরাইদা লৈরিমথৈ লাইজনা—
শবিনিদঃ পেন্দবা, লৈপল উবা য়াদবা
লৈচাক হোৎপা কোবগী পেনবা কোবা নাইদবা ;
নিল্লিমথৈ পেন্দবা ওক্লাবগী শাজংনি ॥

শমু য়াইদ শাৎচবী লৈহি পানা চোল্লিবী
লৈহি লোৎপা থোঙত্নগী পলথোংত্নবু নম্না হাং
মুঙাইজবা পাথংগী ঈচেলনদি ঈনোৎ তম ;
চেনশিনখ্রে ফ্র-ফ্র হাই মুজা শমু মুংদ তম্ন ॥

য়ুঙাওবদি য়ুঙাওবা, হেক্তঃ তম্ন ওথোকচৈ
পেল্লমাল্লে য়ুথকপা ওথোক্লেনে লোইনমক ৷৷
ঈঙা খাগী থাজিন্দ কুমগী ঈশিং ঈনোদ
ঈফুননা ঈরোক কা শামজবা হঁঙোইনা ;
পেল্লে-ওক্লে-মুঙাইরে, মুঙাই পন্দোম লোমথরে ॥

শাজংনিদঃ পাথংগী তাউবা কারাম চাউবগুম
থরান থাগী থাযাইদ তাউবা মানা ঙাওজগুম
মরৈনদি হা-হা তম মুঙাই য়াইবী মরাং কাই
অপাম শিংলি থুদিংনা অমোম মাগী মফমদা
শিব কিদ শাজৎ চৎ মুঙাই থোংফম্নবনি ॥

মেরা থাগী থাবুমদা শল লমচা অঙাওবা
অমোম মাগী মফমদা পেম্না-ঙাওনা-মুঙাইজে।

অপাম মাইয়ুম থক্তুদ মুঙাই পোকম কাংত্নুনা
জুবারগীদি মুঙাইবা মাঙনি-তোংনি থংদবা;
থারে লোয়না পাথংগী মুঙাইজবা অপূম্বা
মুজা ওইবী মাগী কা ঙমর্জমথৈ লোইনা হূপ॥
হৈশং উবা য়াদবা মীনু চংবা মীরোলবী
পেনবমথৈ ওক্রবা মযা কুয়া চারেনে॥
থরোইনদি মীচিকপা শক্ল হেক্ত ফংইদ:
ঙাপ্রেম্নদি উকাবা মতোন হেক্ত লোমইদ:॥
হৈরাং হৈজানকচৈ থংদে ফি-রোল অমত্তা
অসিননে শেৎকনি অসিননে ইনগনি
থংদে কনা করিম্নুং মুঙাইরিচৈ মতমদা
শম্নং চোযনা ইফা ফা চরৈ মাগী ইহাং হাং;
অতাক অফোংনরেনে, লোঞ্জানবা হৈরাংগী
পেন্নদবা মতোদো শাবী-শানৌ অনিনা॥
মতিং তৌবা শিংলিগী পাফল থুদিং পোথারে
মাগী-মাগী মথো লোই, তুমিন-তুমিন কাজুম লাং॥
লুদ-তোংদ হকচাংগী পেন্দ শাজৎ ওইবনা
নূবা-পাথং অনিগী মুঙাইবগী রাবদা;
হুমাং নপ্পা ঈরি চেল পোথ্থা-পোথ্থা স্বর হোন
হেল্লাংবদ লৈরাংবু চীন্দম্বদ হৈরাংবু॥
থারৌ অমোম কাদগী অবা থংদ কৈশালনা
মবুক থম্না শারাক তম য়াথোং থূম্ন শারাকচৈ
মবুক থনবা কৈশালনা শাহিং-ঙাহিং ইনম নম
তুকৎচৈদ: তুকৎচৈ, অত্নুম কুল্লে নাক্তুদ—

শাজবনা শাহিং নম ঙাজবনা ঙাহিং নম
শোযদবনি শোয়দবা শাহিং-ঙাহিং নম্বদি ॥
ঈথেং চুপ্প শাজবা পেল্লমাল্লে লেখোক্লে
তন্দে মান্দে ইলে লে হাকাম্নদি রা-রা চন
শাজৈ পাইনা কয়া তান চক্রে অত্নম মরৈরে ;
মমিৎ হঙ্গৎ পাংঙমদ রাখিবনা তুকথরে।
মরেক মহাউ চুপথিডৈ মহকচাংত্ন শোন্থরে ॥
লৈরাং লৈহি খুদিংনা কোংজবগুম খোইমুদা
মুজা ওইবী মহাকী মুঙাইজবা অপুম্বা
কোংলে ঙসি অহিংদি মুংশিবগী মফমদা ;
কনা খংদ তাদনা মুংশি চয়োম থোক্তুনা
নুরা-পাখং পুম্না চং চামিম্নরে মুঙাইনা ॥
মুঙাইরিডৈ খল্লুদে মতু চুঙডি খল্লুবা
ফবা কোবা নাইদবা কয়কাওদ মশাদ ;
মফম অত্নম মতাবা ঙম্মুগনি কনানা
থাঙকম মম্মি মুথৎপা, ঙম্লোই তাইবং করিনোং ॥
মৈনা-ঈশিংনা চামত্নুনা খক কোকপা লৈরম্নোই ॥
মুপী ওইবী শিংদনা শেলহুৎ মাঙনা ললোনবা
মুপা ওইবা শিংগীদি তোংনা মাঙবা ঙাক্তনি
খল্লুবদা মুজানা হিক-হিক কপচৈ মরোমদোম ॥
খংজৈ মরাল কোম্নত্নম ফত্তবনি হাযবসে
খক খন্দে মুঙাইরিভৈ তাইবং ওইবা হোনশা ॥

## তরামাথোইশুবা তাংকক

পোম্লম্বনা শাৎলকই, শাৎলম্বনা কেনথিনি
মতম নংগী খোঙচৎসে খংনি কনা তাইবংদ;
পল্লেপক্ষমদি লৈতবা খোঙচৎনিনে নহাকী॥
চেক্লা মশেল শঙ্গু পাই ক্ময়াই মশেন তিন্নবা;
চিত্রা শরৎ পোকপদি পম্বো অনি অত্থুগী
মকুপ-'নি তিন্নবগী হাযনথিবা বাঙাংবু
শরুখিবা শন্নিবু নামুংহন্নি কয়ম্না— ?
ক্ষন লুবা বাক্ময়ী শাগৈ জাৎ য়েংনত্থুনা
ঙাংনথিবা বাঙাংনি, কনা হোংবা লৈনদে
অঙাং অনি মচীন্দি হংবু হংদ্রি হুঙাইদঃ॥
য়ুম্লেপ চার তম্নবগী মতম ওইরে খন্দুনা
নিংশিংলকই অনিদো মতম্মুদি লাকপদা
শরৎ চিত্রা অনিদো কৈগু খংবা লৈরুদে
পম্বো 'নিনা থাংলিবা পোয়ম খোঙচৎ ঙাক্তনি॥
লৈকাই মচেম মনেম্না নিনফুং নিনফুং ঙাংনবা
তারে চিত্রা ওইবীসে অত্থমকপু চিত্রানা
হায়নরিবা পাখংদো উজদ্রিনে কয়িমুং
কেতু মাগী শরৎনি খংদ্রিবনি হুজিকক্ষাও॥
খোযয়ুম নংগী খুজিনসে কয়ি কম খোক্লগবা
খংবা ঙমদে কনানা তাইবং কনা কয়িনোং॥
অত্থমকপু চিত্রানা, লাংতক্লবা খম্মোইবু
য়েংজত্থুনা পোথাগে শকক্ষম অত্থ নিংথিবা;

খল্লি মাগী থম্মোইনুং, হায়ন-শিংন মুপাগী
শকফম্মুদি য়েংনিংবা মহৌশানি মহৌশা।
মুপাগীদি শাজৎনি, য়েংজনিংবা মুপাবু॥
ঙসি কৌবা কোয়ৌনোং শরৎ কৌবা পাথংগী
অপোকপদি পম্থৌনা পাখোল্লোইদি শিজুনা
ফম্নাইবদি যাত্রাগী মোংবা মরানয়াইত্রদ
থারক্লেদো পম্থৌনা মরৌ তৌনা য়াবু লোৎ॥
মরৌ তৌনা থারকপা পাখোম্নেদি থংঙুদে
পাইম পুক্লিং থেনবনা পাথং ওইবা মহাক্না;
হঙোইনদ শাজৎকুম পম্থৌ মাগী মরুপ্লোয়
ফম্নাইবদি যাত্রাগী, মরানযাইদি যাইবীকোল
খোঙকাপ কামজাউ তম্ন হুন খোঙদোইরক্লে পাথংনা॥
শরৎ মানা চিত্রাবু শকথংঙুদে করিন্নুং
পামজরুবা চিত্রানা থম্মোইন্নুংদ য়েকথিঙৈ
নোংম উথি শকফমদো কাউঙমদনা লৈবনি;
যেকখ্রবনি থম্মোইন্নুং নিংথিজবা শকফমদো
চিত্রা মাগী শকফমদি থংদ্রি শরৎ করিন্নুং।
নিঙোল মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং খোয়নৌ মতা খরগা
থম্মোই য়ারী পোথোক্ন নুংশি য়ারী কয়া শা
অপাম পামদ কয়াগী থম্মোই মৈচাক কোক্রিরি॥
পম্থৌ য়াথং কোক্ত থোং শরৎ মানা লাকপনা
নিঙোল শঙ্গাই তমথরে চংশিল্লকপা খোঙথাংনা॥
শরৎ মাগী মশক্তো য়াওরম্মীনে অথংবা
ময়ামত্রগী মরক্ত অথংবনা নোকফেৎ তৌ

য়েংলদুনা শরৎপু লাক্লে লাক্লে তম্ন হায়
ভাবতি ইতা তানরে ৱারোল পুম্বা লোইনা থং—
য়েংউবদা চিত্রানা — শরৎ মাবু ওইরম্বা
পামজরুবা থম্মোইগী লাক্লবদা মুংশিবা
ইকাই মুংশি যাম্লনা মুক্সা মাইপোং নোকফেং তৌ
চেনশিনখ্রে ইমুংদ খোযনৌ লক্তে চিত্রাদো ;
লৈগৌরিবা মতাশিং ফাক ফাক নোকট শরৎ য়েং ॥
থৌওং থৌদো খুদিংমক উরুবদা শরৎনা
খঞ্জরকই থম্মোইমুং করি মতৌ ওইরনো ?
খোঙগোইনবা মতাগুম চমু মযাম চংদুনা।
মরৌ লৈবা খুৎনোক্তি খনখি পাখং থম্মোইমুং ॥
মুম তৌরিঙৈ তাঞ্জাদ খোযনৌ লক্তে চান্নবী
অমথক্না চিত্রাবু—.কৌরকইনে মুম্ন হায—
"ফিদা 'মত্তা পুরকউ ফমম্নবা থারোলাও,
চিত্রা নংবু তাবরা, মী লাকইসে থংদরা ?"
মুম তৌরিঙৈ তাঞ্জাদ চিত্রা কৌবী শকফেনবী,
ফিদা অমা তম্ন পু থোরক্লেনে মাঙ্গোলদা
'লংশিনবিশি' হায়দুনা মাংশোক নাকথ ওইরম্ন
তোরাং ফক্তী অদুনা ফিদা ওহনা থাখ্রে॥
ফিদা থাবা লোইবগা নিঙোল চংকে তৌরকপা
পাখং মানা মুম্না হায থামজখিবে মুক্সাবু—
"হাদ লৈরাং নিংথিবী, চেংসৌ শকমু থংজরে
থংদবনা হায়বনি ৱারোমুকো লৈরাংও !
ফম্নাইবদি যাত্রাগী শঙ্গাই মেংবা মর্নানখাই

হায়বত্রবু অসিরা ? নত্রগনা লম্মুক্ত ;
লখেন লাম্না চংলকপ্রা ? অমুক্তদি তাকপিয়ু।
শেরামবা মতাং থোক অমুক পম্বজররোই
অসুম হেক্তঃ হনথ্রগে, হায়য়ু 'শেংবা অমুক্ত॥"
শরৎ মপাউ তাবদা চিত্রা থম্মোই হুংওলখি
হুংশি মিৎয়েং চিংন যেং থুমই চিত্রা সুম্না হায়—
"শেরাম্মদে, ম্ন্দেদ! অশেংবদি শঙ্গাইনি
ফম্নাইবদি যাত্রাগী ; ঐবু পোকপা পম্বোনি।
লাকপিবনো করিগী, থবক অদু তাকপিয়ু
চিংনবীহু পাইমন্থং লম্লান য়ুমতোপ নত্তেনে॥"
"লোইশং কাবা তিম্নবা, ফম্নাইবদি মশেম্নি
ঐবু পোকপা পম্বোম্মু, শগোল হঞ্জবনিনে ;
অদুক লুবা রাকমদি কৈশু নত্তে হায়রকই
অপোকপীদি পলেম্না অয়ো হেদো তন্ন চল
চাব থকপা য়াদথৈ হোগৎ-কাংথৎ ঙমদনা
কোক্তা-মোনগা তাইনবৈঙ, থাদোকপদি য়াদথৈ
থাবুম অমা ফারক্লে পম্বো মান ফমশেন্ন ;
লোইশং কাবা ঙমদনা লৈয়ক্লিবা মতমসে
যাত্রাবুদি ফম্নাইবা, পম্বো শকপা মাগী কা
ঙসি হয়েং 'সিদা উম্নদবা য়াদবনি ;
হায়ক্লচোদি হায়ত্নুনা পম্বো য়াথং কোক্ত থোং
পুরকপনি পাউদুবু, ফম্নাইবদি যাত্রা কা॥"
"বাঙলেন ঙাইহাক ঙাইবিখো, লাক্লগনি পম্বোম্মু
সোরোক লমশাং লাকপগী, অরা কয়া পোথান

ঙাইহাক হকচিক লাংবিখো, পোত্থাবিখো কদোগে;
হজোইবিনু পাইমগুং, কোনুং খনবা কয়াইবা
পম্বৌ মানা লাকপকাও থুদোং ঙাম্বক অমত্তা
চীনবান কাংমৈ খুত্থনা ফানবিবেখোনে কদোগে ?"
হায়রয়গা চিত্রাদি চংখ্রে ইমুং মগুং তম
চিত্রা মপাউ তাবদা শরৎ কৌবা পাখংদো
চৎকে হায়না খল্লুবা খোঙবু থাংবা ঙমখিদে
খল্লি ঙাইহাক ঙাইসিরা! মুক্তা ওইবী শিংথুদা
ফল্লপ ফল্লপ ইকাইনা য়েংজে মিৎয়েং কায়ল লাক
হেক্কুঃ তম ইকাইজে, মুক্তা উবা থুদিংদ
পাখং ওইবা হৌনশা! ইকাইখিদ ইকাইখি।
যাত্রা মানা লাক্লিকাও পাইম পুক্লিং লৈতান
পোত্থাগেদি খন্দুনা ঙাইহাক ফম্লে ফক্কুদ।
থুম তৌরিঙৈ তাঞ্জাদ পাখং ওইবা মাঙোন্ব
লৈরম্বীবা মতাম্নোষ, চিত্রাগীদি খোয়নৌশিং;
শরৎ মাবু মুনা য়েং তুমিন তুমিন বাম্নী শা;
তৌম্নি মতৌ' উবদা, ময়ৌ তৌবা বাকম-'মা
লৈরে খংখি খম্মোইগুং, পাখং মাগী পাইমগুং॥
সেবা-লাংবা ফজেদ ফয়াইবদি যাত্রাগী
মচানুপী চিত্রাদো. থুদোং অমা তম হান
পুখোয়কই মুজানা শরৎ মাগী মনাক তম
লম্মুরুজে পাখং কা, নিঙোল ওইবী হৌনশা;
ইকাই মীনোক হায়কেৎ য়েং খঞ্জবা চিত্রাগী
খম্মোই মাগী তনিক চল হুংশি মিৎয়েং তৌইরকই।

খল্লুদবা পাখংদি ইচম চম্না মরৈরি—
তুমিন ইকাই হঙ্গত্ত মরু লুকথ লৈরিনে।
ইকাইগনবা মহোশা! মাইথোং অসি লৈশিন্ন॥
মিৎচাননা যেংঙমদ, নুজা ওইবী মহাক্না
মাইথোং অত্থু লৈথোক্ল খুদোং অত্থু তপ্ন লান
মমিং ফান কৌঙমদ 'সে-মি লোয়রো' তমক হায়—
পাখং ওইবা মহাকসু মথুৎতমক তিংথোকই;
ইকাইবনা যেংঙুদে নুজা ওইবী মাগী কা
লাল্লকপদা খুদোংদো চিত্রা মানা শরৎ কা
খুদোং লোগে তিংথোকপা লাল্লক্লিবা খুত্তুগা
থুৎশিন্নদ মতাং থোক, মপা চাদ হায়হুনি;
নাম্থোক্কুনা মখুত্তে, লোখ্রে মতাগুম থাদোকপা;
পাখং ওইবা মানসু পিদ্রি মতাগুম লোহোদ
অনিমকী মরাগনি, অনিমক্না ফংবনি;
ইকাইরিঙৈ শোইহোবা হুংশি লিচৎ মতানি।
ঙাম্বক্তে মৈতাল 'শাবা হৈদোক্কুনা পোকপদা
খংহোদনা ইশা শা খংপ্রেক খংই পাখংদো;
ফমফদগী খুত্থুপ মুক ঝাংনবুদি চোংথৎলি।
সেংঙুবদা চিত্রানা তৌবি মতৌ উবদা
ইকাইবনা ইচপমুক মাইথোং অত্থু ঙাংজখি;
তৌফম লাকফম খংদনা ইক্-ঝা ইক্-ঝা অত্থুম্মক
হংসি কন্নায় হংঙমদ হংদাসি হায়, হংনিংবা
"ওঃ ওঃ সিদি কমদৌনি, অসঃ অসঃ সিদি ইকাইজ্ঞে।"
হায়রম্লগা নুক্কাদি চেনশিনখ্রে ইমুংদ্ধ।

পাখং ওইবা মহাকস্তু ইকাইবনা মৈশা থাং
ঊশিং হাম্না পোক্লকাও অহুম তুমিন মরৈয়ে।
লৈরম্নিবা খোয়নৌশিং চিত্রাগী মতারোয় ;
নূরা-পাখং অনিগী মৃতোবুদি উবদা
নোকশিল্লকই ময়াম চং ফাক-ফাক লাওনা হৌনহুম ;
অহুনগা পেনবিদে নোক্লগনবা পামজবী
নিঙোল কাংবু অহুনা বায়াম গুবা হোয়ক্লে
"কম্মীসিনে চিত্রাগী ষয়বুদি ওইদোবা
'অমনা মুক—ফন কক্কে মশকপু, নিংথিজৈ ;
জুংপু চাইনে অনিসে, পায়বদা থংবয়া ?
মাথক্রনে মাইতাসে, কোইরপ-কোইরপ ইপাক পাক।"
মতাশিংনা ঙাংনবা তাসহুদি মতানি।
হায়ফেৎ হায়ফেৎ ঙাংনবা তাক্লবদা পাখংনা
থংহৌদনা নিংশিংই, পাখং মাগী থম্মোইহুং
নোংম পলেম ইমানা—'মত্তা পোকচ ইচাগী
লুহোংবদি থংবয়া, সোয়োক সনা লমজাওদ
লাঙ্গোই শাম্নু শাবক লাক চাউনা হোংনি ইচাগী ;
শক্লোল হঞ্জবে মচানি কই পংতা তাক্লনি ?
কয়াই' মশেল মচাগী লুহোংবদি পুংজাউ থিন
লৈবাক মাংদ লেম্নগে ইমৌ থিবা হাক্তক্তঃ।"
হায়থিবনি অহুম্না য়াকম অসে ঐঙোন্দ
আশা চাউবী পলেম্না, অঙাং মাউবা ওইয়িডৈঙে।
"পলেম পম্মৌ অনিনা মরৌ-তৌনা ঐহাকপু
থায়রুপনি অসিদ, নত্রগদি কারগী ?"

অস্নুম তৌনা থল্লিত্তে ফম্নাইবদি যাত্রাদো
চংশিল্লকই খোঙ্কাপ যাং, খোঙচাব থুনা শজাইদা॥
থম্মোই শোক্লা-শোঞ্জথি পাখং পাইম মুংত্রদ
ওস্থোকপনি খোমযুমও ! ণিমমকস্নু-তম্নইদ :
পল্লেম পস্থৌ অনিনা, ফম্নাইবদি যাত্রাগী
'মত্তা শাৎপী নিঙোলগা হাক্সৈন শিংনৈ হায়বগী
থম্মোই কাইবা ৱাক্নমসে কেতু মাগী মকা বৌ
করিগুম্বা থংথি থোক, থম্মল চাউবী থম্মোইদি
মুংশিজবী থম্নাইগী, শানৌ মানা ওইরুত্তে ;
থাম্বী মৈরি তম্ন ৱাই কাইহোগনি মথম্মোই
শেগাক-শেগাক মচেৎ তা পাখং ঐগী ইশুংলাং
পাপ পুগদ থবকসে করিগুম্বা য়াব থোক ;
ঙম্মোই ঙম্মোই করিনুং হায়ন-শিংন তুপীগা
থম্মোই লাইমন পক্কবা লুহোংবগী ৱাক্নমসে॥
কেতু মানা ম্লিংবদি শরৎ ইশুংলাংগীনি
নত্রবদি কনাগী—মুংশি শকপু য়েংহনা
হিংঙ্গনি কেতুনা, হিংলোই তাইবং করিনুং।
পাম্মু মুংশি ইশুংলাং থবাই মানা পোম্বা ওই
অৱা-মুঙাই নাইযুম থক্ কাইন মক্ক তম্ন হুন
নিংব থুংদ ৱাথলগী অৱা পোয়ম তম্ন থোক।
শমু মাগী ফিরাক খায় অশিকনা চাখিনি॥
লৈতাইথ্রবা হুকচাংনা নোংদাইথ্রবা থৱাইনা
হিংঙ্গনি কনাগী মুংশি চেংজৌ শকপু য়েং-;
লুহোং চেৎন পরৈসি শরিন্নবা ৱাশক্না

পন্দোম লোমন্দ মতাং থোক, লোইরেদকো পাখংদি
নিংঙ্ক আশা ফাইরনি, থম্মোই মৈচাক হাল্লনি ॥
থম্মোই ঐগী যানিংদ ওইরোইদবা বাকমসে
পালেম 'যাদী মফমদা হাযদোক্লগে ঙসিদি ;
লৈনরিবা ময়িসে কেতু মাগা ঐহাক্তা
মুংশি ব্রারী কম্বাসে লিথোক্লগে ঙসি নোং
খনখি পাখং থম্মোইমুং কেতু মুংশি মশুংদাং ॥
অস্তুম তৌনা খল্লিঙৈ ফম্নাইবদি যাত্রাদো
চংশিল্লকই খোঙকাপ য়াং খোঙহায় থুনা শঙ্গাইতম ;
চিত্রা মাগী খোয়নৌশিং, শরৎ মাবু য়েংদুনা
নোক্লম্লীবা মথামদো শকফম হঞ্জিন থংহোদে ;
তুমিন তুমিন লোইনা লৈ বাদি 'মত্তা ঙাংদখৈ
ফম্নাইবদি যাত্রানা বাদি চাউরপ ঙাংলকই—
"লাক্লম্লিব্রা ইমোমশা ! কদায় চৎখ্রে চিত্রাদি ?
উবু উদে ঙয়মক, মমা-মচা অনিমক।"
যাত্রা মানা উরক্লে শরৎ মানা মরু লুক
ইকাইদুনা তুমিন্না তাশিন্দুনা ফম্লীবা ;
"হিঃ কনানো অসিদি, করিগীনো ইবুঙো ?"
বাঙাং অদু তাবদা য়েংখৎলকই শরৎনা
যাত্রা মাগী মাইকৈ তম, উরুবদা যাত্রানা
নিংশিংবদি থোক্লবা, হান্নদি খংলবা
শকফম অমা উবগী পান্দম অমা লাক্লনা
ঙাইহাক মিৎয়েং মিৎচান য়েংই পাখং অদুদ ;
থংনিং নিংশিংলকইমে শকফম অদু উবদা

শগোলহঞ্জবে মচা—শরৎ কোবনি হায়বা;
"লাকপনোনে কয়িগী লাকখোক্তনা লাকপবু?
যাত্রা ঐগী ইয়ানয়াই ঙসি কোবা কোয়োনোং।"
"ঐবু পোকপী পলেম্মা অয়ো হেন্দৌ তম চল
হৌগৎ-কাংখৎ ঙমদনা, কমশেয়না লৈরকপা
থাবুম অমা কায়ক্লে পম্বৌ ওইবা মহাক্না।
ঙসি হয়েং 'সিদা উম্মদব য়াদবনি—
হায়রুচোদি হায়দুনা, লাকচবনি পাউথাং পু।
পম্বৌ শকপা নকান্দা ঙসি কোনা কোয়োনোং॥"
"কয়ে য়োয়ো ইকুংঙো! পঙ্খয়য়োই ঐহাকসু
লাক্লপনি অসুম্মক চৎলো চৎলো থেংখ্রনি॥"
যাত্রা মাগী মকমদা অবা পাউবু হায়রগা
শরৎ কোবা পাখংদো মরানয়াইদি তমথরে॥
শরৎ মানা খোকখিবা থম্মোই খোয়রুম মোমোন তৌ
তামথ্র মুংশি চেংলোদো লোম্নথ্প্র উহন্দ
থোঙনাও মচি মকুমদৈ শংবানবা ক্ষিথমুং
চিত্রা থুংনা তপ্না হাই য়েংজহৌই মুংশিনা॥
থৈজে মুজা থম্মোইমুং তোগদোবা কয়িনো?
কেতু মুংশি থৌয়িনা পুনখিবদি শরৎনি॥
কেতু মাগী শরৎনি খংলবদা ঐহাক্না
খোকনৌ হাৎপু পাপসিবু কয়মরু তৌকনি?
পলেম মাগী মকমদা ঙসি কোবা নোংদগী
নুংহোংবগী বাকমসে তোক্লনয়া হায়রগে॥

# তরানিথোইশুবা তাংকক

অপোকপীদি পলেম্মা অয়ো হেদৌ তম চন
চাব থকপ য়াদনা, তিংথৌ মতোন পক্লিবা
লিক্লা কাওবা লেক্তুবা অনাববু উবদা ;
মমা নিংবা শরৎনা অবা মাইথোং লাংশিনখি।
পলেম মমাই বাখলদা চানি-থকনি থংখিদে॥
মহুং মতম চাদনা মমখিগন্ত্রা চিংন্ঙৈ
শরৎ মিৎলু অনিদ পিগী ঊয়া শিন্থখি।
তুম্বা হিপ্পা য়াদথৈ চীনবান থক-থা কংত্রনা
অনাবগী বাখলদা থুনী থিংজিন চিকখিদে॥
অনাবদি অকনবা, থুৎথারমদে মাইকহু
ফন কয়া মহোৎনৈ ফনসবা হায়ত্রনা॥
ঙম্বরদো মাইবনা থরাই কনবা হায়বদি
অত্রুমদি ওইরদ যতন তৌবা হায়বনি
লম্বী অনাল চৎপদা চৈশু মতেক পাইবনি॥
মচা লাক্লে হায়বগী খোঞ্জেল অত্রু তাবদা
অনা মৈচাক থাংত্রনা তুকথরবী মমাদো
কালেন নৈরাং অমনা লাইজ ঊরিক অমত্তং
ফংঙুবদ তেকথৎকুম হয়াওজথি মাইথোংদো।
শরৎ পোকপা পম্বোগা লৈকাই মাইবা অত্রুগা
মথোয় অনি পূম্ব চং ফমশেন্নরি অনাবা।
চাদবগী শদৌ থোং অনাবগী মৈচাকনা
কংল থুইর মমাগী তুকথম্ববী মিত্তুনা

ইফিং তৌনা কৌশিজৈ মনাক্তবু কম্নবা
ঝাদি ঙাংবা শেংফাত্ত মিৎন্না অনি তপ্ন পাং
"পান্নী নংবু চংলকউ! ইনাক্তবু কম্নোলাও।
মুংশিদ্রন্ত্র ঐহাকপু, হুন্দোক্তু্না চৎপবু।"
থম্মোই শোক্পা পলেমগী ঝাঙাং অত্থ ভাবদা
মমা নিংবা শরৎনা খুয়া লুখুম চংত্থনা
কমশেম্নবা য়াওত্থনা কংল-খুইন্ন মমাগী
হকচাংত্থবু শিং-নান্না, সেবা তৌজৈ শরৎনা।
এলহৌঙৈগী ঝান্নীদো নিংশিংলকই শরৎনা
পলেম মানা হায়খিবা শরৎ মাগী মফমদা
"খোয়ুম কাদ হায়জরি ইচাই ইমৌ থিদ্রিঙৈ
শিখিন্নোইযে ঐহাক্তী, ইমৌ মশক য়েংখিনি;
ইচাগীদি ইমৌগী ইশু পম্বা কংদনা
পুন্সি ঊপাক ঊয়াইসে করম লানবা ওমগনি।"
মমৌ থিবৈ ঝাকম্বু খল্লুবদা শরৎনা
কেতু মাগী মুংশিবী থম্মোইমুংদ নিংশিংখি
শাগৈ মৌদি ওইহনগে পাইমমুংদ থঞ্জখি।
শরৎ ঐগী কেতুগা পলেম পম্বৌ অনিগী,
হায়ন-শিংন মৌত্থগা করম্বু লৌগনি
খল্লুবদা শরৎনা থঞ্জানখি থম্মোইমুং।
পলেম মমা ওইবীনা—মচা কৌবা তান্নগা
ঙাংই-শকই তাদবা অনাবগী লাইওংনা
খন্ন কবা উবদা কমশেম্নবা মাইবনা
অনাবগী মতৌ য়েং, হন্নাওজখি মাইথোংদো।

পাথং পোকপা পলেম্না খর পোখা উবদা
থুং থাদুনা মাইবনা পোখাগেদি মতানি
ক্ষম্মাংদবু কুমথয়ক তৌরাং কক্ত পোখাগ্রে॥
হিদাকফুগী তোংজৈদি অশাংববু চুপ্ত্রুনা
চীনবান কাংমৈ থুন-থু পাথং লোমদা য়েংদুনা
থোনাইদবা হৌনশা ! বারেম ঙাংবা হৌরকই।
ঙসাইমথৈ হোৎনদ হোযনি মাইনি হায়দ্রগা
মচা লাক্ল 'সিদদি মিং মাইদি পাংলক্লে;
য়াম্না করে হজিক্তী ইবুঙোস্থ য়ৌরক্লে
ঐখোয় থ্নাই পূম্বস্থ খর পোথারেনেসে।
হয়েং হংচিং লৈয়দি নাবা পুষ্ক করনি
চানিং থক্লীং পূম্বস্থ চাব থকপ য়ারনি॥
দশা খর লৈবনা তোরৈ-ঙৈরৈ চনবনি
লৈখাই অমা তারক্লে অনাবসে করনি॥
"হয়েং তম লাকচগে ঙসিগীদি য়ৌথ্রগে
বাবিরুম্থ পূক্লিংদ করনিদ হজিক্তী।"
খুড়া মাইবা অদুগী মপাউ অদু তাবদা
পাথংলথা পূম্বদো খর মথৈ শাকয়ে।
অদুমদি ওইরদ শরং পোকপা পম্ভোনা
খুড়া মইবৈ মকমদা সুম্না হায়না থামজখি—
"ঙসি-হয়েং 'সিদদি রাবৈ বাবা খরদি
রাবিথোনে কদোগে. শরং পোকপা পলেম্না
হৌগং কাংথং ঙমদুনা চাক্লুক কানা চাদুনা
অনা খর ফক্রিক্ষাও অবা-অনা থিবিদ্ব।

মতিক চাবা অরামল কৎচগনি বাগৌন্থু।"
"হোয়নে হোয়নে কমদৌরি ঙসি অহিং অসিদি
ৱাবা থিবা য়াবরা, লেকথোকথিবা হায়রুনি।
তুম্ফম চাফম থংদবা ওয়্যোকপা শিনফম 'সিবু
হৈজিল্লুরে ঐহাক্না, মাইবা শাবা হায়বসে॥
ইকাউ কাউই ঐহাক্তী অতে ইয়াই লাইরিবে,
থক নিংশিংদে মহাকমু ঐনা নহাল হায়রমগা
চবান থানি হায়বত্তু পোৎলম-চৈরম ওয়রক্রা?
ঐনা হায়বা মুমিত্তো ঙসি থোক্লমাললে।"
"লৈরে পোৎশম শুন-শু, খুড়া মাইবা মহাকপু
চিথরিয়ে অমত্তং খুদৈ 'ঙোবা হায়বত্তু
কয়া য়াম্না চাউগনি কয়া য়াম্না শাংগনি
হায়বত্তুদি থংদনা ফরম ঐনা লৈরুনি
কদাইদবু যোনবসো কনাদগী লংগনি।"
"থুল অসুক চাউবদা পালা নহা অনোবা
ঈশৈ শকপা লৈত্রবনে লমমাং য়ানবা খুদৈদো
ওদোল্লগা যাগনি, মথা থংদ লৈরিবা
পাম্বাত্রগী য়োনগদ্রা, হংলুচোমা অমুক্ত;
লৈরগদি পুবকউ 'কয়া লৌনি হংলকউ?"
হায়তুননে শরৎপু খুদৈ লৈক্ত থাথরে।
কুইবু কুইদে শরত্তো খুদৈ লৈর হল্লকপা
ঈরাৎ চবান থানবা পোৎসম শেম লোইত্রিবগ
য়োরকপনা হাল্লকই থবক-বাংবা শরৎনা।
ঈরাৎ চবান থাম্বা থৌবাং তৌবা হোয়রক্তে।

চংগদবা পোৎলমশিং শেমজিন-শাজিন হৌরক্লে।
চেংথৈ য়াংকোক অমদা লানৌ লাতোল অমা থা
লাতোন্দুগী মথক্ত, মেরুক অমৈ চেং-মচং;
লাই দক্ষিনা অমনে লৈ অঙাংবা অমনে,
লাংথৈ মতোল তরেৎনে, য়েরুম অহাম অমনে;
লাইগী পান তান্দনে খুদৈ অঙোবা 'হুগা
খোইরু থাওমৈ অমা পু ঈরাৎ চবান থাদোক্লী
হায়হুনবু তুরেলদ চৎখরেনে মাইবদো।
খোয়য়ুম মাগী হৌনবী ঈরাৎ চবান থর থা
অনাববু ফনবা, লাই ফত্ত' তাম্থোক্লবা
লাইরোল-তিল্লোল থর শোন থৌনিরবা তুংদগী
খোয়য়ুম মানা কুবিরে, থৌজানবিরে থৌনিবা—
মাইবহুনা হল্লকপা মতমদদি অনাবা
খরমথৈ ফরম্লে, নে-না তানা লৈরম্লে।
পলেম মানা ফরকপা মতৌ অহু উবদা
অপোকপনে, শরৎনে — হরাওনরে-হরাওরে।
থবক মঙ্গল ওইবদা মাইব শাথা অহুনা
অবামনগী থল্লুডৈ খোয়না-হেন্না হরাওজে।
অনা হংবা ওইনহুম ফম্লাইবদি যাত্রানা
লুহোংবগী বাফমসে লৈথাই অমা তানগে;
হুমিৎ থাবান অফবা অমবুদি লেপ্লগে
হায়বৈ বাথল অহুদ, হঞ্জবগী মরানয়াই
ময়াম বা-বা লাংনডৈ, থুংলমিথয়ে যাত্রাদো॥

## তরাহুমদোইশুবা তাংকক

পুকচেল চাউবী মুজাগী নিংব থুংদ মপাউবু
কনাদশু যেল্লুদে কনাদশু থংহন্দে ;
থম্মোইমুংগী রাক্কমদি থম্মোইতনা থংবনি।
কেতু মাগী শরৎনি থংলবদা চিত্রানা ;
থম্মোই মাগী য়ানিংদ লুহোংবগী রাফমসে
মাই-ঙমদে-ঙমজরোইরে হায়না পলেম মমাদ
কপপমথৈ হাবজরে। অত্তবুনে মুপীজা
পাঙ্গল শোনবী মহাক্কী গতি লৈতে করিমুং ;
লোইশং কাবা ফম্মাইবা পম্থৌ মাগী য়াথংবু
ঙমমুগনি করম্মা হিক্কোক্লুবা চিত্রনা—
মরুপ অনি তিন্নবগী ভাই-শেনগী মরি থম
মংশিনবা মরিবু তৎনদন' হাযত্নুনা
লুহোংনবা রাফমদি ঙম্ম লোইরে লেপ্পরে।
কেতু মাগী নিংজবা থুংজসন্নু মতাগুম
পলেম মাগী মফমদা লাওজরুবা থুদিংমক ;
নিংপৌ পান্দ লৈবাক্ত কনা তাদ লমহাংদ
লাওরুবগা পাঙ্খকনি কাম্নথিদে কাম্নদে॥
ঙসি হযেং হায়রিঙৈ অশিবনা হাল্লকই
চিত্রা মানা কপ্লিঙৈ কপ্ন-কপ্ন অত্নুম্মক
অরা মাইথোং লাংনবা মতম মানা পুম্নকই।
"করি-করম তৌসিগে অনি-তম্না থল্লক্লে॥"
লুন-চান্না তিম্নবী, শরৎকিদি মুংশিবী

খোযনৌ মাগী মকমদা সম্লানবাদি ঐহাক্না
হুংশি লৈপূন নম্‌-শেং থম্মোই মাগী কাইনহুন ;
লৈপূন ঐগি শেমবা পন্থৌ মানা হাযরিবা
য়াফম অসে য়ানিংদে, থম্মোই ঐগী ওমজম্মোই।
ওইথোক্কবা য়াকমনি ওইরোইদোবা য়াথলনি॥
হুংশিববু শেৎনহন থম্মোই কাইবা য়াকমসে
খোযনৌ মাগী মকমদা তমথোক্লগে ওসিদি
লৈজরিবা অপূম্বা থম্মোইহুংগী থম্মোই বা॥
থল্লহনা চিত্রানা লাক্লে কেতু মকা তম॥
নোং ওানবা ওাইওমদবা কেতু মাগী থবাইনা
থওগেন মাবু লাক্কবা পাইরক্কবা খুদিংদ
থবাই মাগী মিপাইজ তনিক তনিক থাংজবী
হুজা ওইবী মহাক্না থাংলি অয়ুক হুংথিন্দ
পাম্মু মাগী য়াথলদ খুৎশা চুবা মোনথাংন॥
অস্থুম তৌনা লৈরিঙৈ য়োৌরক্লেনে কেতু নাক
চিত্রা মাবু উবদা তরাম তরাম কৌশিজৈ
থম্মোই বারী কয়াদি শানজগে মতানি॥
হুওাইতবা থম্মোইগী য়ারী লিজৈ কেতুদা—
"চৎনবীগী য়ায়েল লাক অপাম্বগী কাটি থা
পলেম পন্থৌ অনিগী চৈরাক মীচৈ পম্মুংদ
হুজা পাজল শোনবীনা করি ইতিক লৈহুনা
হেন্দোক্লবা হোৎননি, থারবনি নুংঙৌ কোয় ;
পঞ্চাও পঞ্চাও ঐঙোন্দ, ঈশাইফুদ য়োক্লিবী
লেম্লৈ মাগী পাঙ্খক্লী, লাইবক থীবী ঐহাক্লী ;

পলেম পম্থৌ অনিগা শিংনরুবা ঐহাক্তী
নুংগা য়েরুম কাওনবা তাডুনত মতোকই।
"হায়য়ু খোয়নৌ নহাকপু বাক্ম অদু ঐঙোন্দ
পলেম পম্থৌ অনিগী করি চৈরাক মীচৈনো?"
"মুপী ওইবী পুকচেলদি মুপীতনা খংবনি
করি করম হায়সিগে খোয়নৌ নংগী নকাদা—
পাখং মাগী অপোকপা শগোল হঞ্জবগনে
পিশক পিক্লিঙৈদগী চিত্রা ওইবী ঐহাকপু
তম্বা মুপা অদুগা মুংশিনবা নহাক্তী,
শরৎ কোবা পাখংগা হায়নৈ শিংনৈ হায়না হায়।
পলেম পম্থৌ অনিগা পাখং পোকপা পম্থোগা
লুহোং-খোংদোং বাকমদি লোইনরম্লে ঐহাক্তী
হায়য়ু খোয়নৌ নহাকপু মঙ্গল হায়া খংদ্রনে!
তৌগদোবা করিনো হায়য়ু মুক্ত ঐঙোন্দ।"
চিত্রা মানা তম্লীবা থম্মোই শোকপা মপাউবু
কেতু মানা তারুঙৈ, মদোম লেপচ ঙমজদ
উরিরৈগী জাত্তুনা লেপকং থাদি লাকপদা
অবা মাইথোং লাংশিন্ন থাংজবগী মতোগুম;
শরৎ মাগী লুহোংবা হায়ন-শিংন মুপীদি
লুন-চান্না তিন্নবী চিত্রা মানা ওইগনি,
হাযবৈ পাটসি তাবদ খংহৌদনা মিৎলুদ
পিগী ঈনৌ ঈরানা চাইরুং লান্না শিন্থখি।
চিত্রা উনি মতাগুম — তৈথোকপনা মহাক্লে॥ .
থম্মোইনুংদা কপ্লসু চীনবাম্থোংদ নোকখেৎ তৌ

অৱাবনা নুংদ ফুম ৱাদ মতৌ শাজরি॥
ৱাগী ৱারোল থংদ্রিঙৈ খৱল চাউবী থম্মোইনা;
মীপাইবনা হাল্লুঙৈ হায়রে নুম্না চিত্রা কা—
"কদোৱগে খোয়নোও! অতুক লাইবা ৱাহুবু,
চিংনরুন্নু পাইমন্নুং কৈশু লৈত ৱানিনা—
পশেম পম্থৌ ৱাথংদি নুজা নংগী কোক্ক থোং
পাথং মাগা লোয়ননা নুংশি লৈপূন শেমদুনা
অপাম কাদ যৌতুনা পম্থৌ নিংবা থুংহল্লু।"
"হং-হং নত্তে লাম্লেনে ইচীন-ইবৈ কেনগনি,
হাযহৈদেন্দ খোয়নোও! ৱাখল অতু ওমরে;
ৱারী ৱাখোং থংদ্রিঙৈ তাহথিন্নু পাইমন্নুং
কেতু নংগী পুন্সিলে মশুংলাংগী নত্রনে?"
"ওইরস্নুনে কদোগে কাইনরগা লোইরেনা
নুংশিনবা ঙাক্কনা থুংনগনি থনবরা?
ঙাইহাক ৱারী-ৱাতাই শা ফাগী-জোগায় তৌতুনা
ওইদ ৱানা অওই শা নুংশিশম হায়দুনি
নুংশিবদি নত্তেদ লক্করুবা হাযদুনি;
মঙলান চাগী চোয়রোম্মি থন্দোকউনে কদোগে।"
শরৎ-কেতু অনিগী থম্মোইনুংগী ৱাফমদো
খংঙুগনি ফনানা লম্লান থম্মোই অমনা।
"মতম চারে খোয়নোও! শিংঙমত্রবা পোকঙৈদে
লমন অমা ঐহাক্না হন্দক মতাং অসিদা
ইতাই কাদ শিংজগে, লৎনবিবা তৌবিনু।
পলেম ঐগী শেৎনঙৈ পম্থৌ ওইবা মহাক্না

লাইয়-অনং বাখলনা ককঙাওনৈ তাঙ্গাদ
খোবনৌ নংগী অপোকপা কয়াইবসি যাত্রাগী
পুকচেল চাউবা লিচৎনা নয়াময়াইদ শাইদাংবন
কুমজা খয় নখোয়গী নত্তেংননে হিংজনা।
লৈত-লাইয় কোকহনবা পিক্লিঙৈ শিংঙমদ
শিংঙমদ্রবা লমজো শিংক্ষয়গে খোয়নৌও!
থাবুম 'মগী মনুংদ থাশি কৌবা ক্রোয়ৌ নোং
থাজ মঙাল শামজনা লমন শিংবা শকপঙম;
কেতু ঐমা কেকু লোং তাইবং মিৎয়েং বাঙ্মদা।
শয়ৎ-চিত্রা নখোয়না লুহোং চেৎন পয়েন
মুংশি লৈপূন শেমদ্রিক্নাও, উহল্লয়োই ইশকসে।
হৌখ্র কুমজা খয়গী কাউজয়বা লমজো
ইশক অসে উহল্ল লমন শিংবা শকচগে
খোয়নৌ নংগী নকাদ চয়ৈ মিপাও তম শা
নিজয়িবা অসিতং য়াবিজনা অমুক্ত—
ঐবু পোকপা পন্থৌনা শিংলয়োইদ' লমজো
হন্দক মতাং অসিদ কেতু ঐনা শিংজনা
মচা পোকপৈ মহমদো অপোকপন ফংসনু॥
লৈপূন নংগা শেয়্মোনে কেতু ঐত চৎথ্রগে
শয়ৎ মালা উত্রবা তাইবং মিৎয়েং বাংমদা॥"
হাবজবনি চীনবাম্ৎেং, কেতু মাগী থজোইনুং
বাজবদ মথংজে, মুংশি শেৎন কাইনদ্র,
থমুঙৈগী মিৎকুপ্তো, মিপাইবনা মহাল্লি॥
"লাল্লে খোয়নৌ নত্তেনে, বাখল অদু ওয়য়ে

খোয়নৌ নংগী নক্বাদ ঙস্নি ক্বৈয়া ক্বোয়ৌ নোং
লাক্লিবদি ঐহাক্না অতৈ করি নত্তেদো
ৱাকম অমা ঐৈরিয়ে, য়েংকম ক্বরি খোক্কেক্বা—
মীয়াল ঐদি লম্নাক্বী য়েংক্লম করি খোয়্বোন
চিত্রা ঐমা হিংবনা শরৎ-কেতু নক্বমদা ;
শল্লাং থুরৌ চেনবগুম হুংশি থুরৌ চেন্দুনা
ৱাথোক শিংচেপ থাবনি ৱাকাই গুবা তাৱনি।
পলেম পম্বৌ অনিনা থাংলিবদি পোত্নমলে
লাল্লবনি হায়গে নিং লাক্চবনি খোয়নৌ কা।
ৱাথল ঐগী শেপচদে অশেংবত হায়ক্তরি
খোয়নৌ নংগী নকাদ থম্মোইহুংদ লৈক্তবা ;
কেতু নংগী চিংনবা থুদিংমক্তা থাদোক্কউ
কত্ত ৱাথল হুংদ থন খেয়ান্নব লোগহু।
হুংশি পৱৈ চেৎন কি থম্মোই মশেল তিম্নব
অপাম কাপ্ত থুংনহৌ হুংশি কাদ য়ৌনহৌ
শরৎ-কেতু লুহোংবা য়েংজগেনে পেম্ন ঐ।
অসিদগু নত্তনা খোয়নৌ নংগী থবাইবু
ওইরিবদি শরৎ কা হায়জগনি ঐনস্থু
ইখোঙ খোংন চত্তুনা লুহোংনবা ৱাকমনে
য়াবিক্বমু হায়হনা করিগুবা করি নোং।
অনিমক্কী পুকচেম্না করিগুম্বা মাদ খোক
থাঙলেন অথৌ ময়ানা শমু ঐগী ক্ষিরাক থাই
থবাই অসে থাহনা শিজগনি ইয়োমদোম
মতমহুদ ইতাগী নিংবা থুংবা ওইহনা
অপাম হুংশি লৈপূন শেম হুংশি পম্মুং য়ৌবিয়ু।"

---

# তরামরিশুবা তাংকক

অচল মশেল য়ানরে শরৎ চিত্রা, পিনরে।
য়াথং থাবা লোইহনা বায়োইপোত্তি পুখরে।
লুহোংগদৌ মতমদি খজিক্তবু ঙাইরক্লে॥
লৈকাই খুঙ্গা চংহনা চাহোং ঙাহোংননবা
লাইনিংথৌদি হয়াওবা লোইদ্রিবৈঙগী মঙ্গং
লুহোংফদে হায়হনা লৈনবনি পুন্নমক—
হয়াওবদি লোইরগা লুহোংগনি অনিমক॥
উচল লাংদ থুরবা পাম্ব কৈরেল অথোবা
ঙংই-খোংই কদৌনি, নাম্বোকপস্থ ঙম্মরোই॥
চোংন-ফম কাওহনা কনানস্থ তাবিদ—
উচল লাংগী মৈচাকপু পাম্ব কৈনা পুবগুম
মুংশি লাংদ কেতুগী শরৎ মানা থুখিবৈ;
কাইন মৈশা কয়া খাং পুন্সি লেনবা তাবনি।
খল্লুবদা পাথংনা লুহোংবগী বাফমসে
য়ানিংদবা উত্তুনা অপোকপদা হায়রুবা
য়াবিবদি হাযরুম্ম নাচুংবিদে করিম্নুং।
বাশক চেৎপা মপানা চীজোইয়কই শরৎতা—
"থাঙলেন খুংগু য়াদ চিক চিঙঙু মাবু পন্দুনা
নচা-ইচা পিনসি শরিনবা বাশকনি;
বাশক লৈদ তাকদে শাগৈ নোয়োক তাগনি।
নোংদোল থক্ত কাকদে শাগৈ মিংচৎ মাংকনি॥
বারগ্রবদি লোইরেদো, হৌগ্র মতম বারীদো

নংন থংদ তৌবনি, ঐগী থবাই কন্দুনা ;
কোন্নুং ·খনবা ফংলিবা, অসিমকস্থু মহাক্কী—
থৌশিন্নিনি থংবরা ; নিংথৌ মনা-মথুম চা
ঙসি ঐনা হিংলিবা, মপান্নিনি মহাক্কী ;
নত্রবদি নহান্না, তাইবং চিঞ্জাক চাররোই।
পারী নংগী নফমদা ঙসি ঐনা তন্নীবা
বাগী-বারী বাখোংসে থংলক্কনি নোংমদি
অপোকপগী য়াথংসে, থওইদবা তৌগনু,
শিতোকথ্রবা তিল্লাংসে হঞ্জিনফদে থংবরা ?”
লাইজ ঈশিং ঈচেলগী ঈরাওথোলবু কনানা
লোইবী চীংজাও অবাংবা তাবিগনি করিন্নুং।
শাদানবগী লিচৎনা য়ারৌ শক্তি কয়াগী
মীকপ থোলবু তাবদি ওইথোক্কবা বাফম্মী॥
লাইজ ঈশিং কংদুনা ঈকং থাগী লেন্নৈনা
ফিগী চদ্রম শিন্থবা শোয়ারেন্ন উবিরোই।
পলেম মমাই মফমদা হায়জরুবা মমোন্না
কপচরুবা থুদিংমক, লৈরাং অতিঙাদ তাই।
কান্নররোই থন্দুনা, থোয়নৌ মাগী চান্নবী
কেতু মাগী মফমদা থম্মোইন্নুংগী থম্মোই বা
হায়জরুবা কান্দস্থু, পুকচেল চাউবী শাদুনা ,
থম্বল চাউবী কেতুনা, ইম্মোয়ক্লে মাঙোন্দ
“চিত্রা নংগা শরৎকা মুংশি লৈপূন্ শেল্লো হায়।”
লুংহাংবগী বাথলগা থোয়নৌ কেতু বাথলগা
বাথল অনি অসিনা থম্মোইন্নুংদ ফুম্বংন

ৱাখল লংজিন ফংচুমদ কিশি থাংনা লৈতুনা,
লৈগদগী শরুক্তি. হেক্ত হায়দোক্লুৱগে
শরৎ মাগী মফমদা হাযন লাক্লে চিত্রানা—
থম্মোইনুংগী ৱারোলদি হায়জগেদি নিংবনা
স্বব মপী ফুইন হোন শদো থোংন তাম্লৈজে।
হাযজবদি ঙমজদে, হাযজগেদি মতানি
থামজৈ তম্ন ইঙ্গিৎনা পাথং মাবু ঙাইখো হায়—
"শকথংদবা লম্লানবা অমুক্তদি ঙাইবিখো,
লম্লানবীদি ঐহাক্কী, ৱাৱাসিদ 'তাবিখো।
মরোল শুদ চেক্লানি লৈয়েং ফাইন হায়জরি॥"
যাবা থৈন হেনবীদো অতৈ কনা ওইরমদ্রে
ফম্লাইবদি যাত্রাগী মমোম চিত্রা ওইরম্লে;
অনিমক্কী মাইথোংনা ইকাই-নুংশি বাম্লৈঙে
ৱাদ 'মত্তা ঙাংনদ তুমিন-তুমিন লৈনরি।
ইকাইবনা পাথংস্বু মথুৎ থমফম থংদনা
মথুৎ-নোইন থেক্ল থাং, ইকাইগনবা মহৌশা
ইকাইজরি নুজ্ঞা মাং, মিৎচি তথক তথক্লা—
ইকাইরস্বু ইকাইন বাগী মথা তারকই—
"চিংনগনু পাইমনুং, কৱি বাবু ওইরনো?
শানৌ নংনা হাযনিংবা পাথং ঐগী ইফমদা;
হজোইরুস্বু করিমুং কনা নত্তে ঐহাকসে
মীঙ্গৌফমদি ঐঙোন্দ হোংলগনি থংবরা!
অতুম্নদি ওইরদ বাফম অমা ঐহাক্লা
হোদোকপদি ঙমদ্রবা লৈরবনি থম্মোইনুং!"

“থংদবন্না হায়বনি য়ারোল্লুকো-শাওবাল্লু!
পোকঙৈদগী ইতাদো হুঙাইজবা ফংদ্রিবী
ইতা মাগী নিংজবা থুংজসনু হায়দুনা
লম্লান নংগী নকাদ থম্মোই শেংনা ঐহাক্না
কিগাও শানা নিজবা ভিক্ষা অমথক্তংদি
লৎনদনা হাপ্লিয়ু, কদোবগে য়াবীয়ু।”
“করি ইতিক লৈদুনা, লৎনজবা ঙম্লুনি,
অঙম্বগী মমোমনি নিংথৌ থনবা ফম্নাইবা
তাকপিয়ুনে ঐঙোন্দ লৎনজরোই করিগুং।”
“থংদ্রিবৈঙদি থংদ্রিবৈঙ ঙাকপিগনি খোয়মুম্না
থংন-থংন তোক্লবা ময়াল লৈবা থবক্তৌ
তাইবং মীদি হায়রক্লু খোয়মুম্নকাও কুবিরোই।
থংগবদা ঐহাক্ন য়েৎফম করি খোকনি,
হুংশি কাদ য়েৎলুবা ইয়াল ঐগী ওইগনি
মীগী কাদ য়েৎচবা ইতিক নত্তে ঐহাকী।”
“থম্মোই কাইনি থনবনা মীগী কাদ য়েৎচরোই,
হায়বা বাঙাং অসিবু, কনাগীবু ওইরবনো?
শানৌ মংনা হায়থিবা খোযনৌ নতা হায়ববু
কনানোনে ঐঙোন্দ, অমূক্তদু তাকখোনে।”
“থংমন্নসু থংমন্দে, কাউজন থিবা মপোকুম
কাউখোক্লনা কাউবা শা হুংশি পাগ্না পুজনি
অহুননি খোয়নৌনা—হুপা ওইবা থম্মোইসে
নুংদ য়েকে হায়মিবা, অহুক হাক্ন কনবদি
হুংশি হৈতে ফজদে, শিঙেল মাবু কাউখোকপা।”

"অদু হায়রো কনানো? ইশুংলাংগী ম্বারিবী
শানৌ মাবু সুংশিবী! খোয়দাজবী ঐহাক্কী।"
থংলবস্থ থম্মোইনা চীনবান থোংদ হায়দোক্ত
চুংশি হৈত শবিবা, ম্বারী অসে ঐহাক্না
খোযনৌ মাগী মকমদা চিথদথৈ লিপনি।
খোযনৌ কোলোয মীংলেম্মো হাযত্রিঙৈগী মমাংদ
চম্লানবীগী ম্বাকমসে অমুক্তদি তাবিখো—
"যেংন যেংন অসুমক চেস্থখিনি ঊচেলদি
ঙসি-হযেং হাঁযরিঙৈ হৌখিগনি মতমদি
পলেম পস্থৌ য়াথংনা—ইকোক্তবু অরুম্বা
ইতিক ইপা চাদবা, অম্না পোংলুম তন্ন থোং
মুজ্জা ওইবী ঐহাক্না কম পুত্নুনা চৎকনি।
চৎনবীগী চৈরাক্না, য়োহিলং থাংব পোম্বীগুম
মতম মাগী খোঙচৎনা অপাম খুরৌ চেনখিঙৈ
পাইসি হাযর পাইঙমদ পাইদশি হায থঞ্জান;
অপাম সুংশি অনিনা চেক্না মাগী শগন ওই
তুফাং থপ্ন পাইগে থন পুন্সি লমথুং তানবদ
সুংশি শগন তেক্তুনা তুফাং থপ্প ঙমদনা
সুংশি পন্থুং তানবদা লমথাংদ মাংব থোক
খোযনৌ মাগী পুন্সিদো মতা ওইবী ঐহাক্না
লৈনি করম য়েংহুনা, অম্বাবনি, অম্বাবা!
সুংশি তলা পামেলদা মতোল লোয়া য়েৎসনু॥
অপাম কাদ থুংসনু সুংশি কাদ য়োসনু॥
থঞ্জরিবঃ ঐহাক্কী ম্বাথল অসে থুংহল্লু॥

পলেম পঙ্থৌ অনিনা হায়নৈ-শিংনৈ হায়রুনা
লম্লান পাখং নকাদ লুহোংবগী ৱাফমসে
চিত্রা ওইবী ঐহাক্না; খোয়নৌ মানা ইহুৎশিন
মুংশি থুজেং পালোইন নৈপূন পৱৈ শেম্বীয়ু।
থাদোকপিয়ু ঐহাক্না ৱাখল অসে নহাক্না
লম্লানবীনি ঐহাক্তী মুংশি কাদ য়েৎচরোই॥
পলেম পঙ্থৌ অনিনা লুহোংবগী থাব্রিবা
হুমিত্তুগী মমাংদ মুংশি নৈপূন শেম্বীয়ু॥
নত্রবদি ঐহাকপু হাংপা পাপ্তা পুবিয়ু॥
ৱাফমসিনি ঐহাক্না পাখং কাদ নিজগে
ফিগাও ঐগী লাওন শা নিজরিবা ৱাফমসে।”
“লৎনগনি করম্মা অঙম্বগী মমোমলোয
চিত্রা নংনা নিরিবা, ৱাফম অতু য়ারগে।
খোযনৌ নংগী নতারোই, কোলোয় মাগী হায়দোক্লো
নৈপূন ঐগা শেম্নবা, শানৌ নংনা শিল্লিবা।”
“খংজিন্নদ শাবিন্থ কেতুকীনে, কেতুকী!
লোইন খংঙে নখোযগী মুংশি ৱারী পুম্নমক
খোয়নৌ মানা ঐঙোন্দ চিত্থদথৈ তম্মীনে।
মুংশি ৱাথোক ওইনবা লুহোংবগী থবকসে
পাখং ওইবা নহাক্না, থাদোকপদি ঙমদ্রবা,
ইতাই নিংজ থুংনবা লুহোংদ্রিদ্রৈঙে মমাংদ
শিজনি ইরোমদোম।” হায়রম্লগা চৎখরে।
পূকচেল চাউবী থম্মোইনি থনখি পাখং থম্মোইম্লুং॥

---

# তরামগুাশুবা তাংকক

"চেক্লা পূক্লিং ওনথ্রবোই পাইরক্লেনে ইনাক্ত
খোইমু পূকচেল হোংগ্রবোই তাখিদ্রেনে মপাউদে৷
মুজা ঐবু কাউথ্রবোই উখিদ্রেনে শক্তমদো।
থঙলেন নংদি উদ্রবোই থম্মোইমুংগী মৈচাকসে
পামু নংদি খংদ্রবোই শিম্ফরিবা পিরাংসে
ঈঙা নোংজু মতৌগুম মিংলু অনি কংদনা;
কনা মশুং লাংগীনো, থম্মোই শোক্ল তেংথাবা
নশুংলাংগী নত্ত্রনে? মুংশিহৈতে মুংশিবা!"
হায়না মুজা ওইবীনা শোঙ্গে থম্মোই লকামুং।
মোয়ু ঐগী ইরাইবক থিনমকসু তমইদ
লৈরাং ওইবী পুম্নিনা মুঙাইবগী মিংকুপ্পো।
মুজা ওইবী ঐহাক্লা ফংজখিদ্রি করিমুং।
কাদ লৈরাং নিংথিবী! লৈরাং নংবু ঐহাক্ল
পিশক পিক্লিঙৈদগী খোইমু নপাং ফংনবা
লাইজ ঈশিং কয়া খিক, শঙ্গেন-শনঙাক কয়া তৌ
লৈরাং লৈশাং তমতুনা খোইমু নপাং ফংবদা
লৈরাং নতৌ য়েংলগা মুজা থম্মোই হরাওজে।
লাইবক ফবী লৈরাংগী লাইবক্লুদি খোক্তরে॥
"বাখল লৈতে নোংদম্বা! লাইবক থিনা তমইদ
মুজা ওইবী ঐহাকপু কাইন ঈরেল ঈপাক্ত
মুংশি পম্মুং য়ৌদনা লংথবিগে থনথ্রবোই।"
অহিং কয়া পাউমের ছংথিল কয়া মিংচান

থম্মোই মারী কোঙ্গাইদি মুংশি 'কাদ জিনইঙে
কাউঙুমদবা খোঁদোকখিং মুঙ্গা মানা লিংশিংলু
থম্মোই থুত্তুম কয়া ও মানা-কপ্পা লেঙ্গখি॥
ঙাইজরুবা মুংশি পাউ, নোঙ্গোবান্না ঙাইবগুম
কোয়ৌ নোংদোলা লাইজদি, মুংশি ঙখো লাংজবী,
মুঙ্গা ওইবী মাপী কা, তাত্রবদা মপাউদো।
অহিং মুংশিন কমাবু, মুংশি কনাই মাখলদা
থম্মোই মৈচাক কোক্কুনা, পোখাগনি কয়মা?
অমা কোঙ্গাই মুঙ্গাগী, পিয়াংতনা কোংদোকচৈ
উম্নদবা মিংকুপ্তা মুঙ্গা মানা চেঙ্গখি—
পাউবু পুবা মালংদা—"মুংশি ইপাউ তথীমু
পান্মু মাপী মকাদ থম্মোইমুংগী অমাবা।"
অদুবুনে ঙসিদি, মুঙ্গা থম্মোই ওল্লক্লে
পান্মু মাগী হায়নবা খোয়নৌ ঐগী চিত্রাপা
লুহোং পয়ে চেৎন কি, মুংশি কাদ থুংলমু।
লৌন-লৈন ঙাক্কনা মুংশিবনি হায়মিয়া;
থুংনদবা ঙাক্কনা মুংশিদেদি থনমিয়া।
থমজয়গা লোইহ্রেনা মুংশি মাপী শক্কমদো
থম্মোইমুংদ চেৎন লাৎ, পুন্সি চেংজেল লোইদ্রিকাও।
মুংশিবনা অমনি—থুংবনা অমনি॥
পেম্মোক্লগে থল্লক্লে কেতু মাপী থম্মোইমুং
লাইবক খিবী ঐহাক্ক ওইজ থিক কদোনি
মণি-মতুম কয়াবু কোঙ্কং ঐনা লোৎচবা
ঙা ফাবনা ফংগ্রগা কোঙ্কং ইমাবশী মুন

ঙাকবগী ওইখিনি খল্লুবদা ঐহাক্না
মণি-মতুম কদোনা, পাম্ল,গনি করিমুং।
লাইররবী-তোল্লবী, অবাবদি ঐখোয়গী
চংজকমদি লৈতবা তাইবং পুন্সি ঈপাক্ত;
তাকচথিগে কোঙ্গোলগুম খল্লহুনা কেতুনা
অশিববু কৌহুনা তেংথারকই মরোমদোম।
লৈতাইরগে হকচাংসে মালেম লৈদ লৈরোন চন
নোংদাইরগে থবাইসে কোরৌ নোংদোল থক্ত কা
থম্মুং কিকোই লৌওনবী ইমা নংগী নতম্বাক
লাইবক থিবী নমোম্মু, লৌশিনবিরো! কদোংগে
"হাদ পলেম অপোকপী! নমোম ঐগী অবাবা
মীকপখোলগী তেংথাখোল, তাত্রবোইরে পংেমদি
পাম্বোম নাম্ম তিংথোক্লুই, খুৎশম্বীমু হায়হুনা
পুন্সি অবা ঈপাকসে লাম্হোকপীয় হায়হুনা
লংথোক্লম্মী ইতোমত লম্মুক্রবা তাইবংদা
লম্ফাংলবা লম্বেলদা মুঙাইফমদি খংদ্রবা
বাহৌসন্নু হায়হুনা পোকপীরম্বোই ইমানা।"
হায়না কেতু ওইবীনা থম্মোই শোক্না তেংথাজৈ॥
মুঙাইতবা মুংদ ফুম অবাবনা পান্দ কুপ
অবা-মুঙাই অনিগী অনৈবদি ঈচেলনা
পাম্মু মাগী জুরবা মুংশি লাঈজ ঈচেল্ম
কদোঙৈবু ঈতিম্ম, মুংশি ঈপাক য়োৗপনি।
লম্বেল অনি তিমদে, মুংশি ঈচেল তিমরোই॥
ওইরোইদোবা বাখলনি খল্লুবদা কেতুনা

থম্মোই লক্না খুদিংদ কাইসন্নুদি মতাগুম
খুত্তুম তাশিন শুবদি ৱাংলৈ পুংথিন মতানি ॥
ফম্নাইবগী মমোমগা অহল মশেল ষাননা
লুহোংগনি হাববগী পাউসিবু করিগুম্বা ;
কেতু ওইবী মহাক্না তারম' মতাং থোক্লদি
পাথং ওইবা ঐহাকপু করি হায়না খনখিনি ;
খল্লুবদা পাথংনা ময়ুংশি কাদ থম্মোইগী
ৱারী কোন্নাই লিগে নিং, লাক্লে কেতু নাক্তুদ ॥
অদুগীম্বু মথক্ত— উদবদ ঐহাকপু
থোযরাংজবী ইশানৌ, মুংশি ঈথৌ লাংবদৈ
থোঙ্গাল মচি থোক্তুনা নৈহাউ পাম্বী মথোংদ
নিঙোল থুবাক লাইখন তা থুনিং মোইদোন তম কাং
চোকথবদি লৈতথৈ পাথং ঐবু য়েংলম্মী।
কেতু মাদি ৱাথলদা চানি-থকনি থংদথৈ
পম্মৌ মাগী চাইগোইমুং, পুখ্রি মপান লৈকোলদা
বসন্তগী চেক্লাশিং, মুংশি চিল্লোক্লদুনা
পোম্বী মপাং ফংবদা, হয়াওজবা উরগা ;
মুজা মিংলু অনিদ পিগী তরং ঈহোন
কাইনরনি মতাগুম, কবোক্লেগী মথোংদ
চুবা মোনথাংনদুনা, কাইর থম্মোই থেম্লম্মী।
নাশোন পিক্ল পাথংনা থুনিং তপ্ন তপ্ন কাং
মালং শউম লাংহন্দ মোং-হাদনা তুমিন্না
মুজা ওইবী তুংদ লেপ পাথং থুবাম অদুনা
মমিৎ অনি তপ্ন খুম, নুংশিনবা হৌনখা।

হংলকইদো কেতুদা, কনানোদি হায়য়ু হায—
নুংশিবগী মরাহৈ তারুবদা কেতুকী
শাওগে খনবা কোঙ্গাইম, শাওরুবদি হাযরুনু
থোইন হেন্ন নুংশিজৈ, অতুম্নদি ওইরদ
কেতু মাগী থম্মোইনুং, চিত্রা মাগী মকমদা
কখোক্লগে হাযখিবা ৱাকম দুবু নিংশিংলু
পাখং ওইবা মহাকপু তন্নাম ওকে নিংখিদ্রে।
"পাইরক্লব্রা খোইন্নাবা, তমগী লৈন্নাং নংচদে
লোইবী চিংদ শাৎচবী, খাংউথকী উথম্বাল;
ওইখিবনা মুজাদি, ৱান্নোবীনু নুংশিবা।
ঈযাই থক্ক হেঞ্জবী, খোইমু মপাং ঙাইজবী!
লৈন্নাং মাগী নাক্কুদ পাইবিথ্রোনে খোইন্নাবা॥
খোইমু নংবু ঐগীনি হাযবা ইতিক ওইজদে
অমুক লমদনবিন্নু, পাইবিথ্রোনে যোনবা;
লৈন্নাং ওইবী ঐদি. বসন্ত লৈন্নাং নংচদে
হেমন্তগী থুইরবা মালং খোঙলোয লৈন্নাংনি!
কেনগদবা ৱাঙলৈনসু কুইদ্রবনি খংবিযু॥
লৈহি কন্ন লৈরাংদ খোইমু নংগী অনোবা
করি আশা উতুনা ঙংলিন্নিনো খোইন্নাবা॥
মিৎয়েং কারল চনবিনু পামদব অপাম শা
পাখং ওইবা হোনশা! নুংশি মোইথেম তৌবিনু॥"
"করি ৱাবু কৌবনো, থম্মোই কাইবা ৱাঙাংদো
মুক্ষা নংনা তন্নীবা পাখং ঐগী ইফমদা;
কল্ল নোংজু মতমদা, নোংলৈ-নুংশিৎ অকনবা

থেংনবদৈ খোইমুনা ! লৈরাং ননাক য়োঙমদ
লমথাংদ হনখিব, লৈরাং ওইবী নহাক্না
খোইমু মরাল শিবদি হাক্নমক্তু ঙম্মল্লি ॥
হায়রো কৈনো সুংশিবী ! চিংনবত্থ থম্মোইসুং।
অপোকপীদি পলেম্না অয়ো হেদৌ চন্দুনা
:হৌগৎ কাংথৎ ঙমদনা কোক্না-মোনগা তাইনঃঙ
থাদোকপদি য়াদনা ফমশেন্ননা লৈরুংঙে ;
শানৌ নংগী নকাদ থম্মোই বারী কয়াসে
পাউদমজবা ফংদনা চাক্ল চাক্ল লৈজবা
ঙসি কৌবা কোয়ৌনোং পাউদমজগে লাকচবা
তাম্বোকপিগে থল্লবোই ননাক্তগী ঐহাকপু ,
থঙলেন শিমিন্নসি হায় শরিনবা রাশক্তো
অরেম্বদা তাত্তনা তোক্লদ্রনে সুংশিবী !”
“পাথং নংগী নকাদ থম্মোই ফিগৈ শেংজরি
পলেম-পম্বৌ য়াথংদি পাথং নংন হোয়য়াবি
খোয়নৌ ঐগী চিত্রাগা, সুংশি লৈপূন শেমত্তুনা
তাইবং মালং পান্সিদা নোক্ল-নোক্ল লৈবিহৌ।
ননাও লাইবক থিবীদি পাম্মু সেবা ফংজরোই ;
ঙাইঙমদবা পুন্সিগী, অবা-কোঙ্গাই হৌগ্রগা ;
মৈতান বাথৈরবা তুং মথং লাংওন অমদা
সুংশি কাদ থুংনঃসি পাম্মু কাদ যৌনসি ;
হন্দক মপোক অসিমা মোয়ু লাইবক থীবীন
পাম্মু সেবা ফংলরোই হায়না থঙলেন বারোম্মু।”
হায়না সুজা ওইবীনা থম্মোই শোক্ল পাউদমথৈ

মিৎলু ঈরা ভয়হো কাইনরসি মতানি ॥
"শিখিবনা হেম্র কৈ শরুক চাম ঐঙোজ
হিংলিঙৈগী পুন্সিদা শানৌ ওইবী নহাকা
সুংশি শেংন কাইসনা হিংলুগদই শরুক্তী
শিমিম্রসি ঐখোরনি থরাই অসে থাহুনা
থম্বাল নৈরাং রাওদনা খোইমু ঐনা করমা
লাংস্তুবীগী মমাংদ লেক্করুনি তাইবঙ্গ ॥
অরা-কোঙ্গাই তাইবংগী পুন্সি ঈপাক লান্দুনা
থরাই 'নিনা চেক্লা ওন পাইমিম্রসি তরংদ
উকৈ মক্ত চিল্লোক্ল হিংমিম্রসি মালংপান
খোয়য়ুম মানা শাক্কিমি রাইবী অসে থাদোকে
শানৌ নংগী নশুংলাং, অহুগনে সুংশিবী
লম্লান নৈরাং কনাগা সুংশি খুৎশম্রজরোই।
পঙ্গৌ চৈরাক কদৌনি সুংশি নংনা মহেল্লি।
চৎনবীনা কদৌনি শানৌ নংনা মহেল্লি ॥
চিত্রা মাদি কদৌনি কেতু নংমা মহেল্লি ॥
থরাই অসে ঐহাক্কী কেতু নংনি থল্লুনে
থরাই রাওদ কয়মা হকচাং পোলাং অসিনা;
নৈহৌগনি তাইবংদ! পলেম পঙ্গৌ তেমশিংসি
সুংশি শরিনবনা, শানৌ নংবু সুংশিবী!
থাদোকপদি ওমজরোই, পুন্সি ঐগী হিংলিঙৈ।
লাওনে, খুৎশম্রশি লাও, চৎলসিনে ঐখোয়-'নি
তাইবং মৈশা লাংত্রব চৎন বায়েল নৈত্রবা
মুঙাই-রাইবি মরাং কাই ইংন চিক্ক পাল্লুসি।"

খেয়ে পাখং ওইবনা চৎলসিদি হায়দুনা
খেন্নকপদা পাখংনা মুজা থম্মোই ওনখরে।
অদুবুনে কেতুনা খোয়নৌ মাগী মফমদা
হায়দোক্লুবা বাঙাংদো ঙাক্লগেদি খনখিৗঙে;
মুংশি তাত্তি কয়া তৌ, বাহৈ কয়া প্রমাণ তৌ
পূক্লিং কয়া থৌদুনা য়েংলুবদা য়াদরে॥
শরৎ মাগী পূক্লিংন লেপখ্রবান মশুংদাং
খংলদুনা মুজানা মুংশি মোইথেম তৌদুনা
পাখং মাগী মফমদা মুমিৎ অমা লেপকে খন
লুপোংদ্রিৗঙ মমাংদা। লেপল্লিবা মুমিৎকী
মমাংদদি মুজাদি, চিত্রা নিংবা থুংনবা
তাইবং মিৎয়েং বাংমদা কেতু ঐনা কেকু লোৎ
খোযনৌ মাগী নিংব থুং অপাম কাদ য়ৌসনু।
খল্লদুনা মুজানা পাখং মাগী মফমদা
মুমিৎ অমা লেপচরে মুংশি পন্থুং য়ৌনবা॥
'দুবুনে কেতুকী, কোয়ৌ—থাবুম—কুমশিং কয়া
থঙলেন মাগী মকাদ মুংশি শেৎন বিদায় লৌ
খোয়নৌ নিংব থুংসনু, খনখিবনা কেতুদি
পিগী তরং ঈরা হৌ খাম্ব ঙমদ নোংজুঙুম
কোয়ৌ নোংম 'দুদগী পামু শেৎন কাইনরি
খল্লুবদা মুজাদি অহিক্লনা তেংথাজৈ।
মুংশি মিৎয়েং চোয়নদ অমুম অমুম তাম্নরি
খুজেং পালোই থানদ মাইথোং অনি লাপ্লরি।
শেৎনখিনি মতাঙুম খোঙথাং তুংহন চৎনার॥

## তরাতরুকশুবা তাংকক

অবে ৎপনা ফোংলকপা খংদবনা খংলকপা
মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা যাদবগুস্মী ॥
ওইগী লমদাং ওইবীনা ওংলে অমাং শাগৈদা
ফজ্ঞ বাথল পূম্বদা তৈরে হামুক অমুবা
ফিশেং শেংনা লাকপদা চগ্রীং অমা পক্কুনা
অমাং শিংদ চনবনা, লাইশং মন্দির য়েৌবদা
তাংজ ফিকক খুমগনি থঞ্জে মুজা ওইবীনা।
কত্তবগী মনমদি শরা শনবা থুবনি
অফবগী মনমদি, তপ্প-তপ্প শিনবনি।
হামুক পকপা লমচৎনা করম ফজ মমাংদ
পুথোক্কুনা লেম্নি ওইথোক্কেনে ওইথোক্কে ॥
শক্লক্লনি কুইরয়োই অশেবনা মহাকী—
পেনা লুরেল থাদ থোং ওইগী খুৎনা ময়োল হাপ
হরাও তয়াম শিনবদা, মুজা ইমিং পন্দুনা
মীতৈ লৈবাক শরা-শন তাদবদি লৈরয়োই ॥
অইবনা ইথিনি, সনাই কাশি মথেক্ক
অঙৌ লাতম চেথক্ক লমচৎ ঐগী অথিবা;
পাক্ক-তাক্ক কনীনা, পানিং-তানিং হায়ক্কু
মুজা ইমিং পন্দুনা তিনশিংননি ইমিংদ ॥
শাগৈ নাতৈ পুম্বসু চিংথয়নি ইহাকথক
নোয়োক হায়বা কোমজুদ, হিংলুজুনা ঐহাক্লা
কায়থিদ্র তাইবংদ, মিংচৎ অপি থয়বা ॥

মিংচৎ ঐগী হায়ত্রুনা লমচৎ ঐগী পন্দুনা
মমা-মপা ওইবরা, মচা-মশু য়ারকপা
মতৌ তম্মু হায়ত্রুনা, হায়নরনি ঐহাকপু ॥
তাইবং মাপল পানসিদ লমচৎ ঐগী অথিবা
মিংচৎ ঐগী ফত্তবা থনম্লবা পোকপদি ;
তাইবং কনা নত্তেদো, অফবদি মিংচৎকি
তমঙ্গনিঙাই ওইনবা, উয়োং খিন্ন ঙাক্কনি।
ফত্ত থবক তৌনবা কনানসু পোক্লক্কে
হিংলুবগী অর্থসে করি ওইনা খনসিগে
খনখি সুজা থম্মোইগুং কেতু মাগী পাইমঙ্গুং ॥
অশিবগী খন্দুদ সুঙাইবগা মিংচৎকা
ওয়ত্রুনা য়েংবদা, সুঙাইবনা লুমখিদৈ ;
মিংচৎ মাগী অথিবা, লৈখিবনি থল্লুদৈ ;
সুজা ওইবী থবাইনা অশিবগা তেমশিংনৈ।
ওইজ খিব সুংশি কা কখোক্লুবা সুঙাইবা
মতু চুডিঙ থনবদ লোম্ন থাঙফম হকখিবা
তাদবদি তারক্কি, উদবদি উরক্কি ॥
কোংলুবগী মহয়নি লৈয়াং লৈহি থুদিংন
খোইমু মাগী মফমদা সুঙাই পোকম কাংজ্রুনা।
ফিদম্নবা লমচৎনা, চৎনবীগী ফিজেৎনা
মাগং পান্দ লেমজবী শাই ককপগী খোঙফু
খোঙগাওনবী নিঙোলনা লেমজগনি কয়ম্না
খোযনৌ লক্ক তিনবদা ; তাংজ ফিরুক থুবদি
থাজ মানবী মাইথোংদ কলঙ্ক দাগ হকপনি।

ৈ'রাং ৈলচু খুদিংনা হেমন্তদি চংবদা
বসন্তগী রান্নীদ খোইমু মপাং কেনবৈঙ
ৈলরাং ৈলহি খুদিংবু হেল্লাংননা চুপথিবৈঙ
শিঙেল ৈলচু লাংশিনবা ৈলরাং ৈলগী লিচৎনি।
নোং পুবা অমংবা অপাইবা ৈলচিন খুদিংনা
লাইক্ল ঈশিং থকশিন্না মবুক লুম্না পাইবদি
মঙম করম শানগনি, চৎলোইদোগুম খোঙথাংবা
তন্দে-নান্দে খোঙতপ্ল পোত্থা পোত্থা পাইবনি।
মকোশানি মহোশা! অরুম্বা পোৎ পুত্রনা
হাথু-হাথু চৎপদি, ঙম্মুগনি কনানা—
খোঙতপ্পদি মশানা, তাক্সরবা রাক্কম্নি।
খোইমু মপাং ফংলবা ৈলশাৎ তম্বী ৈলরাংগ
ঙরাং' শিঙেল তনৌবী পোমশাৎনবী ৈলরাংগ
লমজৎ-শাজৎ 'থেম্নবা তাইবং হৌন লিচৎনি॥
ঙরাং-ঙসি-হয়েংনা থক থা ওনবা চাকাগী
ফিবানগুম্বা মতমগী খোঙজেন্দবু তোংলিবা;
তাইবং ওইবা কনানা হৌথিবদি থংথিনি
মতম মাগী খোঙচৎনি, হৌথিবদি থংহৌরোই॥
ঈঙাই অহান কুমদম্বা নোং খোংবগী খোঞ্জেলবু
তারুবদা থম্মোইনা পুক্নি মবোল চোংবদি
তাইবং শরা শন্দুনা থংনরবা রাকমনি॥
অত্রবুনে কেতুকী, কন্নম্বা অনৌবা আশা,
আশাগী মপাল তাংত্রনা হিংঙু্গনি থনবদা,
তাংজনিঙাই ফংত্রবী, উন্নিরৈগী রাথলনি।

চীঙ্গোই মপাউ মেন্নবঙ চিক্ল থেংব অহিংদ
নাপ-চিক্ল পাউমেনবঙ অপাম নুংশি শৈশক
পাম্মু শেগা থুপলিবঙ নুংশি লৈপুন শেমসি হায়
নুংশি চেৎন থাগোনবঙ কাইনথিনি মতাংগুম;
তাউজিং হৈরাং চীন্দমবঙ, লৈরাং মাবু হেল্লাংন
কেনবদা পেম্নবঙ, নুপী ওইবী মহকচাং
মরাল অত্থ লোৎচবা ঙমজদেনে কদৌন্নুং
ইকোম কোম্না হায়থিনি ইরাল লৈবী ঐহাক্লী।
শমু যাইদ শাংচবী অহিং নোংষাই থেংবদা
শিবই খোঙফম কাউহনা নুংঙাইফমদি ওইরিবী
হৈরাং মাবু হৈরাংন, লৈবাং মাবু লৈচিন্ন
কনা তাদ অহিংদ, নুংশি চৎলাম থোক্লনা
শেন্দোই পাম্না লনোনবী শেলহুৎ মাংবী নুপাগী
নুঙাইবগী মহষদি, অৱাবনা পোলোইনি॥
লনগী মমল থংদবা মাঙহনবদ মথংব
লনগী মমল থংলকবঙ রাজরেদো মথম্মোই।
তুরেল মানা থংদবা লাইজ ঈশিং মমলবু
ঈকং থাদি লাক্লগা মমল লেপ্পী লাইজনা॥
মমল থংদ লৈরাংনা লৈহি মাগী কোংহনা
লৈরিক লৈহি পক্লনা, কম্লক্লবা মতমদা
লৈহি মাগী মপাল তাং পোংজরম্বী লৈরাংনা
রাজবদি নত্তনা, কৱি উপাহৈ ওইগান।
ফাঙমদবা থম্মোইগী নুংশিবগী লোঞ্চত্তা
নুঙাইবগী য়াথলনা, অৱান লম্বী চত্তুনা

অচুম লম্বেল থৎখিডৈ, য়াজবদ মথংজে।
থম্মোই তাশোন তন্ন ওই খঞ্জরুবা খুদিংদ
শাজৎ হোংবা মহৌশা লোঞ্চৎ হোংবী নিঙোলনা
ফংফম থোকপা চাথুংদি ওন্ন-তৈন ফংবনি॥
কুমগাংদবী লৈরাংনা থাবুম 'মত্তা কাংদথৈ
লৈরাং মাগী লৈশাৎ তম, য়াংকোক মপাল শাহুনা;
শমু যাইদ শাৎচবী, তঙাং তঙাং ফজবী
লৈরাং মানা লৈমন চন— চান্নু ফিবু য়ানখিডৈ
মোয়্নু মাগী খোযজি থা তাউজিং হৈমি তমডৈগী
লেংত্রবদি খুদমনি, কাউরোইদবা থাঙয়াম্নি॥
লোঙ্গানবা হৈরাংগী হৈরাংনবা তাউজিংগী
অহিং চিক্ক থেংবদা তাইবং কনা তাহন্দ
কেন-নৌনা পাউদম্ন, মুংশি চযোম থোক্তুনা
শোম্ন-তুমিন চামিম্ন, শিংলি শাফল খুদিংনা
মুঙাই ঈথক ঈপোমশাং ঈহোকবা মুজ্ঞানা—
খোযজি খাদ মিহুল্লাং তাউজিং হৈক্ন পন্দুনা
হৈয়াং হৈরেপ তাল্লকডৈ লোইদাম মকুম শুরকডৈ
উৎনা-যাইনা কুপ্তুনা লোত্তুনবু থমজবা
ঙমজরোইযে মুজ্ঞানা, থংলক্কনি তাইবংনা।
চৎহৈদবা লোঞ্চংনি পলহৈদবা শাজৎনি;
শম্লাং কোইকক্করিবী মুজ্ঞা ওইবী অমনা
অপাম-মুংশি ঈখোলাং ঈখোনবা কোক্কে নিং
মৌগী শাজৎ লোম্ন চৎ তাইবং থংলোই মতাগুম;
থংলবদা কনান, তাইবং কনা করি নোং—

ঙাকপিগনি মহ্যকপু, ঙাকপিরোইদ! ঙাকপিরোই॥
লাই লম্লানবদবু—ঙৈরাং চবান থাহুনা
লাইগী হৌন তৌরগা ঙাকপিবনি খোয়য়ুম্না—
লমচৎ লম্লান্ লুবনি, থংন-থংন নিঙোলবু
তাইবং মচীন চীনফেন ফ লক্ষা-লশিং কয়াগী
মীৱা-ঙাংন মচীনবু মেল্লুগনি করম্না।
লাইজ ঙৈশিং পুবদা অহোবদা য়ুরকপা
য়ুরক্লিবা পাত্রদি, থৌবান্দোংগী থুংহৈবা
চক্ষু শাবা অমনা ইরাই লাইনা মেনখিনি॥
অদুবুনে তাইবংগী, মীৱা ঙাংন মীচীন্দ্ৰি
সমুদ্রগী ঙৈমাইদ মালং লিশিং হুষদা
থোরকপগী ঙৈরাওখোল, ঙৈরাওখোলদি অকনবা
তাইবং কনা মেল্লুনি ঙম্লোইদবা বাক্মনি॥
শম্লাং কোইকক্লরিবী চমু নিঙোল অমগা
মোগী শিংদ চল্লৱী হৈরাং মহাউ থংলবী
কেনবনা মহাক্কী, মথৌ ওইন লৈরবী—
মুজা ওইবী অমগা লোনচৎ-শাজং খেম্নবা
মহৌশানি মহৌশা চমু নিঙোল ওইবীগী
শাজৎ খোঙগাওনহুনা মোগী শাজৎ লোম চৎ
মোয়্ মাগী খোষজি থা তাউজিং হৈরাং মিতমঙে
হৈরাং হৈরেপ তান্দুনা লোইদাম মকুম শুরকঙে
অমং নোংন পাইবদ মঙম শান্দ মতৌগুম
ইমুং মাঙ্গোল থোকপদা তন্দে-মান্দে খোঙথাংনা;
মমিৎ উইরুম পাংহুনা স্বর মপী ফুইন হোৱ

হৈনিং' করি পোকখিদে, হাকাম তম্ন মচঞ্জে।
চেংল মুঙ্গাই থ্বাংদাদো শাবান নিংথিজবীগী
শাবান নোইরপ তোহুনা থ্বাংওং-থ্বাংদ চাউরকপা
লোঙ্গানবা হৈরাংগী থুদম্নীদি মতাকই।
মীরোলবীগী কুচুদি, থোক্লমদাইগী থাজনা
কুচু হায়ফেৎ তাইবগুম ফোলহাওনবী কুচুনি।
লৈরাং কেতু লৈচুগুম, কেতুকীগী কুচুনি॥
থবাক ঙানকম নিংথিবী খোমজিন অনি মক্কুনা
ঙোক্লনবা 'তিয়াগী লৈচিন ঙোন পকপদা
অমং নোং লাকপদা মুরৈন মচু ওনবগুম
নূরাই থবাক অচৌবী চীঙ্গোল অনিমক্কুনা
হেন্ন হেন্ন তুমথোরক হান্নে মতৌ নৎথিদ্রে
অতুম্বগী শরুক্তী, খোমজিন নাইন য়াওরক্লে
খবাক থম্বাল নিংথিবী অনিমক্তী নিংথিরি॥
চাকমোনজৈ মুজানা চাক্লু ফিবু য়ানাথিঙৈ।
চাগদোনা চাদবা চারোইদোনা মচাবা॥
তিঙ্গুংনজৈ অশংবা হৈরাংবুদি উবদা—
মীরোলবীনা মীনু চং তিল্লাং তন্ন ময়োংচৈ॥
কেতু মাগী চাইগোইম্নুং চাইগোইম্নুংগী ঈকোল নাক
পন্থৌ ওইবা মহাক্না শেমজ হৈকোল অহুদ
পাল্লিবদি হৈরাংশিং, মুন্দে হায়না অতৈনা;
হুন্দোক্লবা অশংবা ভাউজিং হৈরাং করাবু
মুজা ওইবী থুৎন হেক লোন্ন-থুপ্ন থংহন্দ
পোক্কবীবু উহন্দ, তুমিন-তুমিন মচারি॥

অশং অমান থিরুদে পেল্ল লোইয় খনখিডৈ
সোলোম-হৈনৌ অশংবা, খোয়দানবু চাজ্বি ॥
চানদ্রবা মীননে, পাম্নদ্রবা কনানা—
লৈকাই মচেম-মনেমদা, হায়ন হাওই ওইনম্মী
কৈথেল কাবা চৎপদা, পোৎতপ্নজৈ মুজানা
চিংনবদি কনানা হংলক্লগা মথুমজৈ—
"পিশক-পিক্লিডৈদগী হৈনয়কপা মহাউনি
ওইনম্ননে চাজগে থাবীয়কউ কদোগে।"
হায়না মুজা ওইবীনা—থৈদোক-থৈজিন কযা তৌ
বাহয়-বাতা কয়া শেম থুমজবনা কোঙ্গাইনি ॥
অতৈ কৈশু নত্তেদ চিংলৈবাক্লে, চিংলৈবাক;
ফংদ্রগনে মুজানা চাজৈ-ঙাম্নক মচেত্তো ॥
থংদবদি কনানা থংলক্লনি হুজিক্তৌ
তাদবদি কনানা, তায়ক্লনি নিঙোলগী
শাজৎ-পূজৎ হোংগিবা চৎন-বায়েল বাংম লান ॥
পলেমবুদি পোক্তবী, কেতু মাগী ওইখিডৈ
থিজিন থংজিন বাত্তুনা, তৌবদগী শোয়বনি—
নত্রবদি কনানা শোইক্লপনি কয়িনোং॥
লোৎচৈ কয়া মুজানা থংহল্লোইদি মতাগুম
থংদ্র লোইরে থন্দুন্না, য়ায়ক্করে হুজিক্তো;
য়ুমথংনবা লৈকাইগী মচেম মনেম শিংক্লনা
নিনফুং নিনফুং ঙাংনবা পোক্তবীগী নাকোংদ
য়োপ্রবদা লোইয়নি, থংদ কনা থংলনি ॥
অশেংবদি অচুম্বা, অচুম্বদি অশেংবা

ওইরিগদ্রা হাযদুনা কেতু মাগী মফমদা
থেম্ন-নৌনা কম্না হং হায়দোক্লবা হায়দুনা ;
হংখ্রবনি হান্ননা, অহুবুনে কেতুনা—
লৈমতুননে তাকথোক্কে পোক্কবীগী মফমদা ॥
শাজং-লোনচং হোংবনা পোক্কবীনা থংবনি ,
থংলক্লেদো হুজিক্কী, উংনা-ৱাইনা কুপচবা
ডুমজখিদে নুজানা—য়ুমথোং যৈন ৱারী শা
লৈবুং যাকা ফম্বদা ৱারীনম্নে নুজাগী
ইংথম ফুঙ্গা ৱারীদ ফুঙ্গা ৱাংম-ৱাংম ফম
লমচং কাম্বা শাজংসে মৈতিকপনা ৱারীনৈ ॥
অত্তাবনা মঙ্গাংনৈ, লৈশাবীন অহুবু
তুকংচৈদঃ তুকংচৈ, শাগৈ-নাতৈ ইমুংগী
ইজংপুদি থেংদবা ঙাংনমুদঃ তানিংদে ॥
কেতু মাগী মরমচং কৈকাম্নদে পল্লুমু ।
কোম্নচক্ক নোক্লবা চুকুং ঙক্লি ঙাংনমু ॥
তেমদনবা মতৌদি ইচা-ইমৌ ৱাম্নকশি ॥
হুজিকপুদি কমদৌবা তাম্নিবগে মহাকপু
লৈবাক নিংথৌ নাকোংদ কম্নিগুম্বা যৌবা থোক
থোঙ্গোইননি মহাকপু লমচং কাম্বা শাজংকি ॥
পোক্কবীনা মমোম্বু নুংশিবদি হৌনব্রা—
অতোম্বীগী শাজংনি নুংশিগম্মে মহৌশা !
অহম্নদি পোকচবা মচা-মশু কযাসে—
অত্রননি কেতুবু পোক্কবীদি মমানা
নুংশিদেদি হাম্নরিবা— অতুগীম্নু মথক্ক

পোক্কবীনা থাজবা, হায়ন-শিংন হুপাগা
লৈপূন পরৈ শেম্মো হায় কেতু মাগী কাওজ'-মল
তন্নেৎ শেঙ্গা খর লৌ, নম্না-হানা পিগে থন
শোইবগীদি অংশাওবা ফুমহুনবু লৈরিঙৈ
লমচৎ কাম্বা কেতুগী অশোয়ববু উথিঙৈ
লা'মৈ চাকপা মতমদা হুংশিৎ মপাং ফংবনি ॥
কৈ অমোমগী মতৌ'গুম লুব্রাক্লনা য়েংত্রনা
পাজোম্বীদি থুনিং কাই, মীতেক-মীরৌ লুগনবী
শমকোক-শমদোন ঙাংবীদি মীপোক মীহিং ঙমগনবী;
য়ামাং কারক লনগনবী, হুপীদিনে তৌঙম্বী
মবাহমদি মথোঙ্গেল, চেক-চেক লাওবী চেক্লাওবী
নাপ শিংজা য়ৈবী, চয়োই থৎনগুম চীম্বিরী;
পোক্কবীগী শাজত্তি চীম্বা-পাউদানগনবী
কেতু ওইবী মাগী কা পোক্কবীনা ঙসিদি
হান্নইঙৈদ শাওখিবা মুংলূরবা খাম্বী মৈ
অমুক হন্না চাক্তুনা গমোম শকপী মাগী কা;
পোক্কবীগী শাজ্রংনি চাকথেক্লগে থল্লক্লে ॥
তাম্থোকহনগে মমোম্বু পাইমহুংদ থল্লক্লে
অনাবদি অচৌবা লাইয়েংলগা মকথি।
মী ফত্তবৈ হিদাক্তী লৈতবনি তাইবংদা!
ফত্তেদঃ.কা ফত্তবা লাইমকস্থ ফত্তেদঃ ॥
কেতু মাগী অপোকপা পম্বো মানা লাকপদা
পোক্কবীনা মথৌ শং ব্রাকাই শুবা হোৎরে।
লৈবাক নিংথৌ পানবনি, বায়েল চৈয়াক অকনবা

নিংথৌ মাগী নাকোং য়ৌ ওকোং থাওজ নমতুনা
বোয়াক অঙম্বী থেয়নি, থমুকদা পয়থোনা
মমোম মাগী মফমদা ইকাই-ইকি য়াংম লান
থেয়-নৌন কয়া হং মমোম ওইবী মাগী কা—
"লৈবরদি মহাক্কো, নহাক্কীদি চান্নবা—
পোইরৈ মীচৌ লৈবাক্তা হায়দোক্লোনে কনানো ?
থিরুগেনে ঐহাক্ত অহিং কয়া মিৎশেল থাং
ইমোম নংগী নিংজবা, থুংনবা থিরুগে ॥
ইকাইখুম্নু হদোইহ্নু ! লৈবাক নিংথৌ মনাদি
ফজ্বাং থেৎপনি থংব্রা ? ইমোম নংদি তরাইথোক
মপা ওইবা ঐঙোন্দ য়াথেল কাটি চৈরাক্তী
দাণ্ড ফংকম খোকপনি লৈবাক য়াথোক ওইগনি
নিঙোল নংগী লমচৎসে। অহুননে ঈপাদা,
তম্বা মপা অহুবু কনানোদি হায়দোক্লো ?
লোৎকহুনে ঐঙোন্দ করিগীদি চিংনরি।'
হায়না কেতু মাগী কা পম্থৌ মানা থেম্নকপা
থঙ্গানথি থম্মোইহ্নুং হায়দোক্লুরু কয়িহ্নুং
অপোকপদি কৈজিং হৌ পাথং মাগী মফমদা
লমন শিংগে থম্দুনা, হাওরিংজেলদি নাইরিংজেন
মচিং-মশোন নাইবদি পম্থৌ মানা ওইবনা
মথুৎশুদা থাওলেম্বা, অথোবদি য়েৎন পাই
লুখাং শমজি খুদাপা খুদাপা য়েৎক ওইন পাই
ইসঃ ইসঃ কিকৈ তুজ্জাই, থমুবা তুজ্জুই।
পাথং অংকা লুরেল লোই মালেমা থক্ত ঈথেং হয়

শল্লাং চোইন ইকা কা মমিৎ তরু-তরু পাং
অশাও থাম্বী মৈকমদো পম্বো ওইবা মহাকী
শাবী-ইমান-মচা কা পাখং কাদ ভাইনৈ ;
মুক্তা ওইবী ইরালগী ইপোৎপুদি পাখংদা।
থোক্ষৎলুবা মতাং থোক, লোইরেদকো নিঙোলদি।
মুংশি কনাই মকমদা নিজগনি করম্না
ইরাল অসে ঐহাকী ঙাকপিযুদি হায়দুনা॥
পাম্মু য়াইবী থবাইনা ইশুংলাংগী থাদুনা
নোংদাইথ্রবা করিনোং লৈচিল নোংকাই মরক্ত॥
অশিবদি মহকচাং মুক্তা ঐনা চেৎন কোন
ওম্ন-থোইনা মালেম থক, শল্লাং চোইন ইকা কা
পিনা চকুম চকুম শিন অতৎপদি লৈতনা;
গিৎম্না নবন ঊপোম পোম নোং থোংবগী মতোগুম
কাইন মৈশা লাংলবী মুক্তা ঐগী তেংথাথোল
অহিক্লন পাউদম্বা থম্মোই মাগী থম্মোইথোল
তাবিগনি কনানা মশুংলাংগী কপচবা।
মরাল মাগী নত্তেদো ইরাল ঐগী ওইগনি॥
থল্লুবদা কেতুনা অকিবনা তুক্কুংদৈ
পম্বো মাগী মকমদা পাখং মাবু কনানো
হাবদোকেদি থনখিত্রে কেতু মাগী পাইমনুং॥
মোয়ু মাগী মরাইবক থীন তমই নোংদম্বা!
কেতু-শরৎ অনিনা মুংশি কাদ থুংনসি
অপাম কাদ যৌনসি লেপ্পখিবা হুমিত্তী
কোয়ৌ শিংবুম অহুমদং ঙাইরক্লবা তাপ্পানি।

কোরৌ শিংবুম অহুমদাং লৈরংলৈবা তুংদগী
পাথং মাগী 'লৈক্ক তিন্দ, 'অলাই 'মাগী হোংলক্কুনা
য়ুম্নাকচাদি 'হোংদোৱা, হোংলজলাইগী 'তাজদা
পোক্কবীগী থৌইনশিন থৌইমশিন্দি তুংইমা
কেতু 'পোকপা 'পম্বৈন ৱাকাই শুবা মতাং থোক
পুন্সি খোঙচৎ লম্বীদা, অলাম-মুংশি থুংমনা
মুঙাইবগী লম্বীদা অপনবু থোকপদি,
পোক্কবীদি মহাক্না থোক্ন মূংবু শাখিঙে
কেতু পুন্সি 'খোঙচত্তা-থুদি খিবা মতাংনি।
মুংশি কেকু কৌংদ্রিঙৈ থংখিবনা হানথরে॥
থংদকনা থোইবনি মুজা 'ওইবী মহাক্না—
পাথং ওইবা মাগী কা ওইনজগে 'মুজামা
পুকচেল চাউবী শাহ্নুনা 'কেতু মাগী 'মহুত্তা
পাথং মাবু চিত্রাগা মুংশি লৈপুন শেয়্নো হায়
ওইনারইডে মুংশি কা পাথং মানা থেম্বদা
হোয়রাথিদ মতাং থোক, অরা-খুংথি নংক্লুনা
লাইবক থীবী শিংদদি মুজা মানা চনবনি।
অহুগীগ্ন মথক্ত — খোয়ঁজি খাদ হৈমি তম
হৈরাংনঙে মুজানা, তাউজিং হৈঙ্গ পল্লে হায;
মুংশি কাদ থৌয়সি তক্লবদা মুজানা
পাথং মানা করম্না লৈথোক্কনা চৎকনি।
ঙম্লোইদবা রাকর্মনি, য়াকমুদি থোকপনি॥
ঙসি হয়েং হায়রিঙৈ পাংথোকচাবী মুজানা
লাইবক থীবীশিংদ চন অরা-তুম্নে নংবনি॥

খংলবদা হুন্জিকী লোৎলুক্লগা কনবোম্মি
খল্লে খম হায়ত্তমদে, পঙ্খো মাগী মন্নিংঙ্কম
অখাবনি হাযবন্সে খংজৈ লুজা ওইবীনা॥
অতুননে নুজানা থম্মোইমুদ অতুমক
লোৎচরিনে মুংশিবা, তাইবং কনা খংহন্ব?
পঙ্খো মাদি শুলাইখোক হাযদোকখিদে কন্নদা॥
খেম্নৌন কয়া য়েং হায়দোক্লুদি য়াত্রবা
পঙ্খো মাগী থম্মোইমুং চিংনঙ্গি পাইমহুং।
যেক থোক্লবা মচাবু ওইরিগন্না পামখংদো?
নত্রগদি কনানো? নাইত্তোম শাৎপী ঙ্গাংলেম্ব
'মত্তা পোকচ ঐহাকী ইম্মোম ওইবী মাগী কা
কোক্লোইদবা হায়ুক্ক নম্লিবদি মুকফমসে॥
মানা শুম্মে খংহন্মু ঐনা শুম্মে খংশুগে
কন্নিগীদি হায়দোক্লোই, চৈ-থাঙ্গুনা কয়া তৌ;
হাযদোকচনি হেক্তমক ইকাইহুনা তৌরিল্লি
পঙ্খো মাগী থম্মোইমুং খঙ্গখিয়ে পাইমহুং॥
অদুগীমু মথক্ক পঙ্খো মাগী মঙ্গালদি
নৈরবনি হাযবন্সে, খঙ্গখিযে থম্মোইমুং॥
কন্নিননো হায়বদা— কেতু মাগী অপোকপী
পলেম হিংবা মতাং থোক য়েংশিনবিনি ইম্মোথু
শোয়-ডামনি কদাইদা চাউশিল্লক্লবা মতমদা॥
লাইবক থীদঃ অদুমু, পিশক পিক্লিঙৈদবী
পলেম মাগী কাইনডৈ, অৱাবদ নংবদি॥
পোক্কবীনা নাউয়োকপা য়েংশিনবিদে কন্নিমুং

অহুনবে ইমোম্মা—ইনথৎলকপা মতমগী
থিংঙমদবা ঈচেলনা মাঙনি-তোংনি খংদনা
স্নুঙাইবদা থিরুঙৈ অচোপ-অয়েং খংদনা ;
ইকাইববু নংবনি, শম্লাং কোইকরিঙৈ
তোহৈদবা লিচৎনি খংন-খংন তৌরুয়ে
স্নুঙাইবনা হানখিঙৈ খংজে কোম্ন মরালদি ॥
হায়বহুনি ইমোম্মা থোক্লিবদি বাথোকসে ॥
অস্নম হায়না খল্লিঙৈ অপোকপদি পম্থোনা
পোক্কবীনা অমুক্কা খাম্বী মৈদি চুয়ক্লে
"ইমাইপেম্মা করিনো, হাক্লমক্ক ঙম্মল্লি ;
কেনগদবা বাকমনি, ইচীন ইরৈ পনবদা
কনানবু নিঙোলনা অহুক হাক্ল ঙম্বদি
বারক্কবী মমাদি তানি হেক্ক ঐহাকপু ॥
যোক্লহুনা মহাকপু কায়দেদঃ করিনুং
শিখ্রসহু মহাক্ক. মালেম লুম্ন' পোকপদি
হিংঙবগী কায়দে শিজখিন হেয় কৈ।
ময়মচৎনা অসুক থী, কনাগীবু থোঙজিন্দ ;
চংহনগনি মহাকপু, চংহল্লোইয়ে কনানা
মঙক অসে লাক্কুনা ইনগদমী লুশম পাই ;
নত্তহুনা তৌবনি, ঐগুম্বীগী ইচাদি—
ওইরম্মুদনা মহাক, মরু নুং তক্লোইদ্রদো !"
অশাওবগী মৈয়িদা ঘী হৈবগী মতোঙম
হেয় হেয় চাকখৎলক, শাওয়িঙৈগী তাঞ্জাদ ;
পোক্কবীনা অমুক্কা মথৌ শংবা মতাংথোক

তাইনকমদি লৈতবৈ, লৈয়াংগুম্না থোংলবী
মমোম কেতুই মক্ষমদা তাইনরক্লে অপোকপা,
থেমই—ভাংই চৈহুনা কষা য়েংই তাক্লুবা
মুপাহুগী মরমদা পল্ল-পল্লহুননে—
পেম্রহুনা ভাংন-ভাং, চৈকম নাইনা ফুরক্লে
অপোকপদি পম্থোনা, কেতু ওইবী মাগী কা॥
অহুক্কাওদ মমোম্না পাথং মাবু কনগে নিং
অথাং কনবী শাহুনা হাষদোকখিদে করিমুং।
চৈনাথোল্দি খাংগুমদ অয়ো ইমা হায়ন কষা
কপচৈ লাওজে কদোনি, তাবিখিদে মরাহয॥
শল-ইরোই ফুবগুম কুরকপগী চৈনাথোল;
চৈরাং চাগুম পেজ্জেদঃ কেতু মানা কপ্লগা
পোক্লবীদি মচৌপা! মুংশিহৈতে করিমুং।
পম্থো মাগী খেঙ্গোং লাং, ইমুংদগী মাঙ্গোল্দ
মঙকশমদি লাক্লুনা পোক্লবীদি মমানা;
ইল্ল-ইল্লহুননে— তাম্থোরক্লি মুজাবু—
থোংবা পাইনা কয়া খাং গুমজখিদে মুজানা
থম্মোই শোক্লা কয়া হায় তাবিখিদে পম্থোনা
মখোং কোম্ম কয়া কপ, নাচুংবিদে করিমুং
অপোকপদি পম্থোনা যাদ্রবদা করম্না
মুজা মানা লৈক্লনি, করম তৌনা হিংগুনি॥
মুজা ওইবী মহাক্লা লাইরৈবাক্তি তানথ্রবী
পলেম মাবু কৌহুনা কপচরিবৈ তাঙ্গাদ
পোক্লবীদি পলেম্না শঙ্গাই থোংদি লোনখরে

খোঙদাহল্লোই করিনুং চংহল্লোইদি হায়রঙুঁনা॥
অমুক্কংদি হায়জগে যাদ্রগদি চৎলগে
খল্লদুনা কেতুনা হায়জরক্লি পন্থৌ কা—
অরোইবনি থন্দুনা অহিক্লনা পাউদমজে
ঋাঙাং থুদিং থম্মোই কাই পিগী চত্নম তম্ম শিন—
"হাদ পন্থৌ অপোকপা! নমোম ঐগী ইরালসে
অমুক্কদি ঙাকপিযু, অহিং শুক্লা মম্নবা
তাংলৌ চিক্ল থেংলবা মতমসিদ কনাগী
খোঙজিন্দবু সুজানা চংলুগনি অপোকপা;
তাম্থোকপিগে খল্লসু হযেং কোয়ৌ নোংবু ঙান
তাম্থোকপিয়ু ইরা~গী, ঙসিগীদি অহিংসি
পন্থৌ নংগী নবানযাই যাইরেক মতম নিঙ্জরি।"
হায়রদুনা সুজানা খোঙবাদবু কযা থিন
অহিক্লবা খোঞ্জেলনা কপ্প-লাওনা হায়জরি॥
অদুগুনে অপোকপা পোক্কবীগী থৌওইনশিন
যাবদগী পন্থৌনা মমোম কেতু মাগী কা
থোত্নু নুংশুম কনথরে, কনথরেদঃ থম্মোইদোঁ
পোক্কবীনা তরেং লৈ শুমথিবনা য়াবনি॥
খল্লে কেতু থম্মোইনুং "শজথ্রগে ঐতবু—
তাইবং মালং পান্সিদ হিংলুহনা কায়দে।"
খল্লদুনা সুজানা অপোকপদি পন্থৌ কা
নিঙ্জরিযে মযাথং চৎলগেদি হায়দুনা—
"চৎচরগে অপোকপা! পন্থৌ সেবা ফংঙমদ্রে
হায়জুননে নমোম্বু, ঋারাগুকো অপোকপা।"

হায়জুনবে হুজানা পম্বো মাদৌল খেজোংলাং
মমাই ইমুং পাংন ওন খোঙবা মরুম অহুদ
হুজা পাউমেয়জরি অপোকপদি পম্বো কা॥
থওইনবু তাবিদে, মনাদবু হাপখিদে॥
ময়াগ মপোৎ কাহ্নুনা কংজবনি খন্দুনা।
থাজরুদে কেতুনা চৎখিগনি হায়বগে;
অত্থুম-অত্থুম ওইনমক মমোম কেতুই বাখলদা
অস্থুম অস্থুম নিংঙমদ সিংঙমদবৈ মৈরিবা
পম্বো থম্মোই তম চাক, মরাহয়দি মখোজেল
হুংশিবদো কেতুগী, তাত্রবদা মপাউখোল
চৎলম্লগত্রা হাবহুনা চায় পুয়োল তপ্ন শৎ
খোঙুগী নাতৈ তম কাং হাংদোক্লুনা য়েংলুবা
যেংলুবদি মতমদা. লৈয়মত্রেনে মমোমদি॥
লৈরমদবা উবদা মমোম কেতু কৌজুনা
কপ্লম্রগা খংহোদ, মম্মোম কেতু মৈচাক্লা
শিনি-চংনি খংদনা চৎখিবমি থমবদা
ওন-খোইনা লৈমাইদ রাম্বখরে অপোকপা।

---

# তরাতরেৎশুবা তাংকক

অসিতমক তম্বীয়ু, পাম্মুবগী মকাদ—
"অহিং চিক্ক থেংবনা পাথং মোংবা নরানয়াই
হুংশি কাদ চংহুনা কাইয়' থম্মোই অসিগী
পুকমেন-পাউমেম্নজবা ঙম্লমদরে হুজানা
নখোং শোক্ক হায়জরি ব্লারৌবিবা তৌবিহু।
হুংশিবনা নিংলিবা অশা পুম্বা ননাওনা
লাইবক থীবী ওইরুঙৈ, থুংহল্লম্বা ঙমজদ্রে॥"
হায়হুননে ইতানা, পাম্মুবগী মক্ষমদা
পাউদম্বীয়ু মুজাগী অবাবদি কোঙ্গাইসে॥
হাযহুননে কেতুনা চিত্রাদবু হাযজখি।
তাংলৌ চিক্ক থেংলবা অহিং অমৈ ব্লারৌনি
মহুম পোন্দ যৌঙমদ হুংশি লম্মুক্রজরৈঙে
পোম্বী মপাংশেৎনবৈঙে কাইনবগী তেংথানি—
পাম্মু খরাই থোঙ্গান্দ পিগী চহুম-চহুম শিন
মুক্তা পরেং কেনবগুম মিৎলুদগী পিরাংন
কাইনরনি মতাগুম থুংনররোই থন্দুনা
হুংশি ফিগাও তম্ন শা, নিজখিবা হুংশি কা
অরোইবনি থন্দুনা, কনানসু তাখিদে॥
থম্মোই মাগী মপাউখোল মালং মানা লিখিনি।
অচৎ চত্ত খুদিংদ, হুংশিনবৈ ব্লারৌদো॥
অতাবদি উহৌবা, উহৌবদি থংহৌবা
খাজ মানা লিখিনি পাম্মুবগী মকাদা;

খঞ্জবগী আশানা, পাউদমজখি মুজ্ঞানা
মুংশি খরাই থোঙ্গান্দ, অহিক্লন কপ্ল কপ।
কদাইদবু চৎকনি, হংলুরম্ম তাক্লমদে
মসিতমক হায়রম্মী—"অপাইবদি লৈচিননি
করিগুম্বা কান্দম্মু নোং ওন্দুনা তাখিনি
লোইরবনি ঐহাক্তৌ হন্দক মপোক 'সিমগী।"
অসিতমক হায়ন-হায় অতৈ কৈশু হায়রমদে
বাকম অত্থু ঐহাক্লা খংদত্থনা তৌবনি;
খংলদবু করিগী খোয়নৌ মাবু করম্মা
তরাই তরাই থাদোকনি খঞ্জখিয়ে পাইমম্মুং।
মরৌ লৈবী বাকম্মী কোচি থাংবৌ বাঙাংনি
খংলবদা চিত্রানা, কেতুকীগী চাম্নবা
শরৎ মাগী মফমদা থম্মোই শোকপা খোয়নৌগী
মপাউ অসে তম্লগে চিত্রা মানা খঞ্জখি।
থাংগমদব কাইনবা কাইন মপাউ অত্থবু
নোংলেনবদি ঙাইঙমদ ফোং-ফোং শানা থুদক্ত;
তমজনিংবা মপাউনি কাইনবগী মপাউদি।
মঙলা-হারা খংখিদে কেতু মানা অহিংদ
তম্লম্বদি মপাউদো, ঙকচাননা তাহোই॥
বারোল হংসি হংহোদ নীঙ্খায়রবী কেতুগী
থম্মোই মপাউ অত্থবু করিগীনো খংখিদে।
অহিং নোংজা অমম্বা, অরোন খোঙদোই হুন্দুনা
লমদম কৈদ পাংখিবা, চেক্লা ওইবী মহাক্লা—
আঃ থামহোদেদঃ ইতারোইবু অরানবনি ঐ!

থরাই মাগী পাঙ্খক ওই শরৎকীদি কেতুকী
খোযনৌচাদি ইতারোই ঐনা রানা শেঞ্জবা
নুংশি পন্থুং যৌনবা অপাম কাদ থুংনবা।
অত্নুনে খোযনৌনা, মীরমলেন্দি তাইবংপান
থাদোক্তুনা পুন্সিনা, অরাবদি মালংপান
লৈবাং লৈখোক লোটত্রনা, কেনথি মতাং থোক্রবা
থামহৌদবা ঐহাক্কী, থংহৌদবা ইরালসে
লৈশিন পোমাই তন্ন হাং লাইবৈবাক্তে ইতানা
রাবৌবদি মিৎযেংনা, মতম চুপ্প যেংলম্নি।
থনথিবনা চিত্রানা, মরাহৈবদি মপাউখোল
তম্বীযুদি হাযবম্বা কাইনবগী তেংথাখোল
পাম্মু মাগী মকাদ থম্মোইগীদি পাউদমখোল
তমগে হাযনা চিত্রানা লাক্লে শরৎ মকা তম।
খুরুমজরি খোযযুম্বু, থোমলেন মঙলানচাদনে
পাথং ওইবা মহাক্কী, থবাইগীদি কেতুনা
শমু মদোম ফিরাক থাই যাইবী থরাই থাগেদি
তেমশিংলগে থোঁরাংদৈ পাথং মিকপ তন্ন থোক
মঙ্গুম হাগ্রেম্নরম্বা, পাথং পূক্লিং চিংনথি॥
কেতু ওইবী মহাকপু করি-কম পোক্লিগবা
ইচিং-চিংনৈ পূক্লিংদ ওইগী পাম্বোম তন্ন চোং;
যাহৌরকপা মতমদা কোয়ৌ মাবু খুরুমজে
নোংদম্বীযু লাইবক্ত, কুবিনবা খোযযুমদা॥
থৌরাংনিদ তন্ন তৌ, কেতু নাক্ত যোগে নিং
'সুম তৌরিদৈ তাঞ্জাদ পাউবু পুবী পাউপুবী

হুপী অমথক্লনে খুৎ হত্তুনা কৌরকই ॥
পাখং মানা মখংই শোইররোইসে ঙসিদি
থোদোক বাথোক অমদি শোইদনবু থোক্লনি ;
ভায়না খম্ম পাখংনা পাউবু পুবী নাক্তুদ
ইমুং মীদি খংখিনি মতাগুম্না পাখংনা
ত্তপ্ন লোম্ন খোঙবু থাং মনাক্তুদ লাক্লিয়ে ॥
বারোল অতে ওইরমদ্রে চিত্রা মানা থাহনা
কৌইহল্লকপা ওইরম্লে—বারোলবুদি খংদ্রিনে
কই রাবু ওইরিগবা, পাইমন্নুংদ চিংনবা
কোক্লংগেদি খন্দুনা চিত্রা নাক্ত থুংলরে ॥
চিংনৈ 'নিগী থম্মোইসে, মিৎয়েংদগু লাক্তক্লে ;
খোয়নৌ মানা তম্লখা মপাউ অহু ঐহাক্লা
করি হায়না হায়গনি খল্লুবদা চিত্রাদো
অমম্বদি ওইখরে, অতুম-অতুম ওইনমক
থন্নরগা থোক্কনি খল্লহনা হুজানা
চিংনবদি লৈতনা চিথদথৈ তম্লক্লে—
ইতারোইদি চান্নবী, অহিং তাংলৌ লৈনথেং
মীচিক-মীথোল তাদ্রবা অহিং নোংজা 'মম্বদা
চিত্রা ঐগী ইরানয়াই লাক্তুনবু পাউদম্লে—
"অহিং চিক্ক থেংবনা হুংশি কাদ চংহনা
পূকমেন-পাউমেন্নজবা ঙম্লমদম্নে হুজানা
নখোং শোক্ক হায়জম্নি বাক্লৌবিবা তৌবিহু।
হুংশিবনা নিংলিবা আশা পূম্বা ননাওনা
লাইবক থাবী ওইক্লডৈ, থুংহল্লম্বা ঙমজদ্রে ;

ইয়াল ঐপী নংচদে য়াদহুনা তৌবনি॥"
হামরম্লগা ইত্তাদি, চৎলবনি হাযহুনা
চৎথ্রবনি মহাক্তী হংলুরম্ভু থুম্মমদে,
হাযরম্লগা চিত্রাম্ভু মিৎলু অনি তরং হৌ
মতারোইগী থনবদা পিগী তরং শিম্থখি॥
কেতুনদি হাযবম্বা চিত্রা মাগী মন্নাহয
তাক্লবদা পাথংদ থনকম করি থোকখিদে
চিংনবনা লাঙ্গোই চন পাথং মাগী পাইমন্থুং
"পাঙ্খক্লেন থমজবী থন্নাইবুদি ঐহাক্কী
কেতু মাগী পুন্সিনা হুংশি পাউমেম্লরমদ
য়াইবী মাংব মতাংথোক লোইরেদকো পাথংদি।"
থল্লুবদা মশুংলাং শরৎ থম্মোই শেগাক কাই
ধাম্থদেদঃ থাকইদ অন্নাবনা তুরৈ চন—
শরৎ মাইথোং মকশিনখি কেতু লৈরাং মশুংলাং॥
শরৎ চিত্রা অনিনা ঙাইহাক 'স্থম্ন লৈরতুং
কেতু মাবু ফংনব। থিসি হায়ন লেপ্লরে॥
থিসি হায়ব য়াহুনা হনখ্রে চিত্রা ময়ুগদ।
থনখি পাথং থম্মোইন্থুং কেতু হুংশি মশুংলাং॥
থিবা ফংদ্রগননে কমদৌগনি কমদৌনি,
নোংদম্বনা তম্লম্বা অমবুদি শোযদনা
লাক্লগনি করিনোং, পাথং ঐপী ইয়াইবক॥
কেতু যাইবী মাংবথোক মতুং ইনখি' হাযহুনি।
কেতু য়াওদ পুন্সিদ শরৎ করম হিংঙুনি॥
পুন্সি অসে ঐহাক্কী মশুংলাংগী হিংবনি॥

---

# তরানিপালশুবা তাংকক

খুঞ্জা ময়াম চংত্তনা লৈবাক নিংথৌ পানবনি
হায়ত্তুনবু ব্রাকৎলি ব্রায়োলবুদি সুম্ন হায়-
"লৈকোইপুংদ ঙাল্লিবা, নিংথৌ সনা খুযা খা
ননাই লিশিং কয়ানা খুবাক চাংজৌ লিশিং লোন
পুনেমজ্জরি খুয়া খা, ঙাকপিগনি ইনিংথৌ।"
তথেল খুঞ্জা লিশিংনা খুরুম্লবা তুংদগী—
খুঞ্জাগীদি মীহুৎশিন, লাক্লিবদি সুপাশিং
মথোয় অনি অহুম্না মথা তানা হায়রকখি—
"লোইবী চীংদ কাত্তনা শিংজনবসু য়াদরে
পাৎ কুমত্তনা লোংথোনবা কনামত্তা চত্তরে।
থল্লাই খুবাক হাপ্তুনা মিপাইনরে কিনরে
শমজ্জি খাইন চেম্নরে শিঙ্গা শুরা ঙমদরে।
পাম্বা শাদি ঙাওরক্লে, শাদানবনা মহাক্কী
ওইগী লমদাং ওইরিবী মপাংবুদি হাৎখিদৈ
মাদাম ঙাইবা লাইশাদি, পাম্বা লাবা ঙাওরক্লে।
থিংবা কনা ঙম্মদ, যেনগোন তুম্না লৈতরে
ওক্কোন ভুম্না মাংথরে, অমাঙবদা ঙাইথরে॥
শাঞ্জেন শনঙাক চত্তরে কনামত্তা থোকতরে
থব্রাই খুবাক হাপ্তুনা হিংঙ লোইরে থম্নরে॥
তথেল খুঞ্জা ঐথোয়গী, অব্রাবদ তারিব—
অসিতবু কনবিয়ু—হাবন চংজরক্লিয়ে॥"
মপাণ্ডি অসি তাবদা, অব্রাবদি মাইথোংন

মকশনখিয়ে নিংথৌদি খল্লুবদা অরাবা ॥
শাবাউ তম্ন খিন্দুনা ভাদখদি ভাখয়ে
লৈবাক শিনবা থুংখয়ে, খংদবদি খংখয়ে
নোং খোংবগী মতৌগুম মীতৈ লৈবাক শম্না শম
নিংথৌ য়াথং লাওঙনা খংহনখয়ে মীযামদা ॥
"মীতৈ লৈবাক মচাশা খামেন চৎপা শেৎমিংত্রা ?
অকাবদ দোলাই তোং অকুপদা শগোল তোং
কৈরুংহনবা ফম্নাইবা, কোম্নুং লৈাইশং কাহনা
মন্নিল লৈবা মুপানা, মিংচং উয়োং খিন্দুনা
লৈবাক প্রজা মীযামদি তথেল থুপ্তাশিংশিগী
অরাবদি তারিবা, অসিবুনে অমুক্ত
কনবা ঙম্বা মুপাদি পোক্তুবয়া মীতৈদ ॥
পাম্বা মাবু চংন ফা মতিক লৈবা মুপামা
নত্রগনা শিনববু কায়বস্থ পাম্ব কৈ
খামেন চৎপা শেত্তুনা কৈরুং হনবা ফমথোম্নি ॥"
লৈবাক শিনবা থুংনদি য়ুমথোং য়েন পাউখাং খা
মৈহুম মোয়োক পাউজেম, নিংথৌ য়াথং থাখয়ে ॥
বীরেনগীদি মপাবুং, কৈরুংহনবা ফম্নাইবা
লৈতথৈদে ফমসিদি, হাংহুনবু লৈবনি
মহুৎ-ময়েং শিম্নবা—কনাবুদি লৈতথৈ ॥
অতবুনে হন্দক্তৌ অপোকপগী মহুৎশিন
কৈরুংবদি ফম্নাইবা ফম্নাইবদি লোইশং কা ,
লোইশং কাগে খনখিথৈ পলেম মাগী মফমদা—
"পাম্বা শাদি ফাহুনা লৈবাক বাবা কোকহনগে

নত্রগন শিথ্রগে।" হায়রন পল্লেম মমাঙ
নিংথৌ সনা থুয়াদ হন্সৎলুগে হায়খরে।
খামজে পলেম মমানা, অদুবুনে বীরেন্দ্রা—
খাম্বা কৌদ য়াত্রবা, গতি লৈজে শিজদো;
য়াত্রবদা মচানা মমৈ থংদ শিজদো
লৈবাক নিংথৌ 'রাবদৈ কনগে হায়রবা য়াখরে॥
মমা ওইবী থৌজানবু ফংলবদা সনানা
লৈকোই মপু ইবুঙো, নিংথৌদবু হন্দৎলে॥
ইচং থৌই থৌইদঃ সনা ঊদি মচাসে
লৈবাক প্রজা অরাবা থাজে কোকপা ঙম্মনি॥
ইচং থৌবা অথৌবা লৈবাক মচা কনাদি
য়াইথোক্লগে হায়দুনা চোংথোরকপা উদ্রবা
অত্রগীস্থ মথক্ত তথেল থুঙ্গা পূম্বগী
মিপাইনবা মতৌগী, অরাববু উক্লৈঙে—
চৌনবান থক-থা থ্রক-থ্রক কং থুবী থিংজিন চিক্কনা
হুম্নি গুরে লৈম্নিবা, মীতৈ সনা নিংথৌনা
অস্থম তৌনা অরাবা তাদুনবু লৈম্নিঙৈ
কৈরুংহনগা-দগুগা 'নিনা পোকচ' মপাম্বী
বীরেনসনা থুংখরে নিংথৌ সনা কোম্লুংদ;
পাম্বা লাইশা ফাগেদি, হায়রদুনা অথৌবা॥
চুং-ফিরাল চানা ফজে, লাই মচাগুম নিংথিজে
হন্দক পাম্বা লাইশাদি অঙাওবসে মহাক্ল
ফাবা ঙম্নী থাজখি নিংথৌ মাগী থম্মোইহুং॥
থাজবদা লাম্নবা তাইবং মীওই মপোক্লি।

সনা নিংথৌ পূক্লিংদি, পেনখরেনে মুঙাইরে
বীরেন মানা চংলকপা, তরাম তরাম ওক্লুনা
নিংথৌনবু চেৎন কোন বরবুদি পিখরে।
মঙ্গল ওইয়ু হায়রুনা, লেপ্পমক্তি কাহুনা
লৈবাক প্রজা মীয়ামগী অবাবদি কোব্রবা;
খোয়য়ুম মাগী মকমদা কুবিনবা হায়জখি।
লৈবাক প্রজা মীয়ামদা সনা য়াথং পাউজেল্লি
হয়েংগীদি কোরৌ নোং পানখৎলকপা ফাইরেনগী
তরেৎনিদি পানবদৈ, লোইশং খনবা খরগা
লাইশাবুদি অঙাওবা ফাননবা থৌরাংদি
হৌরগনি শোইদনা—"শাদানতৈগী মতমদা
লমকেৎ-লমহাই কনাদ শানা-ঙানা শোব্রবা—
মরনাইদি ওইগনি, শা ফাদ্রিতৈ মঙুংদ—"
হায়না নিংথৌ যাথংদি লাওথোকখরে মীয়ামদা
লাওপোক্লিবা পাউজেলসে তাদ'-খংদ বাওদরে॥

---

# তরামাপলশুবা তাংকক

লাংলেন মমোম কাইনৈঙে অৱাবনা তুরৈ চন
হুঙাইতব হুংদ ফুম তাম্থোক্লুবা করিনুং
থল্লু থল্লু অস্থুমক হুঙাইখিদে থম্মোইনুং।
অপোকপদি পম্থোনা মিৎলু তরং ঊৱা চেন
মমোম কেতু ফংনবা থিগে থল্লে পাইমন্নুং॥
পোক্কবীগী থৌইনশিন, থৌইনশিনবু য়াহ্নুনা
মমোম কেতু তাম্থোকপা, থংই মরাল মাগীনি।
থংলবদ মরালসে— ৱারোৱজরি মরোমদোম;
অস্থুম হাযন হায়হ্নুন থম্মোই হুংদ শোঞ্জরি—
"মীগী মমোম কনাদ লাংলেন হায়না মীঙ্গোনি
থিরুগনি কদাইদ, হুজিকপুদি ঐহাক্না—
লাইরবনা লমজিং ওই তৌথিবনি ইরালসে
মীতৈ পোইরৈ নৈবাক্ত ইমোম মাগুম নিংথিবী
শক্ত চুদ চংখোনবী 'মত্তা শাৎপী লাংলেনবু
উচান মৈরা পাইহ্নুনা যুমথোং থুদিং চংহ্নুনা
থিরুবদা ঐহাক্না— ফংলকখিদ্র করিনুং।"
থল্লু থল্লু অস্থুম্মক শাওনিংঙকই মরোমদোম
শাওরবদা পম্থোনা তাইনফমদি থিরক্লে॥
তাইনরক্লে নৈরিক্তা পোক্কবীদ স্থুম্ন হায়
"নৈতে মরাল ইমোমগী নংন লানবা ঙাক্কনি
নবুথোক্কী নমোমদি, ওইরম মতাং থোক্লবা
কদাইদগী নহাক্না—ওক্ক' শিংদ চলহন্নি॥

তুক্কৎচৈনে তুক্কংচৈ পোক্তবীগী শাজৎসে—
তাকচৈ নংন নরোমদোম অচান মীরাট নাইবনা;
মমোম মাগী লিচৎপু পন্থো ওইবা ঐহাক্না
শিন্থা শুবা চৎলিঙৈ করম তৌনা থংলুনি।
থৌশিন পূম্বা নহাক্ন উশিন্নদ তৌবনি
মমোম ওইবী লিচৎপু থংলোই করম লৈরিক্না॥"
হায়ন কেতুই পন্থোনা পোক্তবীদি লৈরিক কা
মরাল পূম্বা মঙোন্দ তাইনদ্রনা শাওরক্লি॥
মরাল পূম্বা লৈরিক্ত থংজিনবদা পোক্তবী
শাওবু শাওগে মতানি, শাওবক্লেদো ফি-ফি কাম
নাতোন নাকচি তন্ন ফন অশাওবদি মৈবু থা—
"করি থোকএ হায়দ্রনা অদ্রম ঙাংজ শাবিনো;
তৌঙম্বীনি থংবরা—নচা অদ্র নহাকী
মাগুম্বীদি লৈশাবী, ঙাংজনিংদে ঙাংনিংদে।
পঙ্গনিংদে মরমচৎ তুক্কৎচৈদ: তুক্কৎচৈ
মাগী মাগী মরমচৎ মতুং ইন্ন ফংবনি।"
"তাক্কদৌনি ঐঙোন্দ—হায়গদৌনি হায়না
অদ্রম হায়রবদবু, বারকচনি হায়না।"
"পিশক পিক্লিঙৈদদি, হায়ন—ইথুৎ চানবা
বারক-বাতেমজদ্রনা চৈ-থাংদ্রনা তৌরম্ম;
পোক্তবীনি হায়দ্রনা থওই-বাওই তৌদবা
থংজরৈনি হুজিক্কী লৈরিক ঐনা হায়থিবা;
য়ারক্কবু তারেদো—শোইবরদো ঐগুম্না
হায়থিবদি থংবরা? লৈবাক থুত্তুম শুবনি॥"

"ফত্তরগা কেতুবু লেম্নগেদি হায়ত্রনা
লৈরিনিনে নহাক্তী, হুঙাইরিনি থংবরা
নবুথোক্কী নচাদি, নত্তবনা পেল্লিনি।"
কেতু পোকপা পঙ্ছোনা হাকন চংজৈ মচাগী
পোক্কবীদি লৈরিক্না পেম্ন পেম্ন ঙাংলকপা
ময়মচত্তি মব্বাহয পল্ল পল্ল তুননে
'মত্তা পোকচ লাংলেনদি মমোম কেতু মহাকপু
চৈরকপদ অপোকপা শাওখিবনা লোইথরে।
পিশক পিক্লিজৈঙেদগী, অব্বা মাইথোং মক্কনা
লাংশিল্লবী কেতুকী, ওক্ত শিংদ চন্দুনা
ঙাংলকপগী হুঙাইত, অত্নগীস্থ মথক্ত—
লৈরিক মাগী পোইনশিন থোইনশিনগী থোরাংদ
তাম্থোকতনবা কেতুবু; থল্লুবদা অপোকপা—
পোক্কবীদি লৈরিকা, নিঙাই-শংদানত্রনা
অশাওবনা পন্দোম লোম, পোক্কবীগী লাইবক্ত
থোঙপাক্লবু কাওত্রনা, তাম্থোয়ক্লে পোক্কবী।"
পোক্কবীদি লৈরিক্না—"থংগনিদো শরিশো:
নিংথৌ সনা নাকোংদা, কেতু মাগী ময়মচং
পল্লত্রনা ঐচাক্না—হঙ্গংলুনি থংবরা—?
লৈবাক বাথোক ওইহনগে, তাদ কনা তাহনগে
লৈরিক ইতিক থংগনি।"—হায়রম্নগা চংথরে।
সনা নাকোং থোরদি ইমোম কেতু হিংলরোই
লৈবাক নিংথৌ থংত্রিজৈঙে ইমোম কেতু থিরুগে॥

---

## কুনগুবা তাংকক

কেতু মাগী পুন্সিনা শিগে তেমশিংনবদা
মন্দোমচা ওইবীনা য়াইরেক খোঙকম পিক্লনা,
মুজা মাগী থবাইবু কনবিরম্মী হায়বগী
মপাউ অসি তাবদা অপোকপদি পঙ্খোনা
হয়াও মাইথোং মকালাম, হয়াওজখি, মুঙাইনা।
অদুবুনে পঙ্খোনা—নিংথৌ চৈরাক দণ্ডিগী
অকিবদি করিমুং কোকউ কৌবা য়ায়রোই
নিংথৌ পানবা লৈবাক্কি চেকশিল্লিদ চেকশিল্লি
মীতৈগীদি মুপীশিং কনাগুম্বী অমনা—
চৎনবীগী য়াংমদ লমচৎ নাইদ শাজৎসে
করিগুম্বা চৎথিবী চমু নিঙোল শিংত্নগী
ময়মচত্তি ফত্তবা সনা নাকোং য়ৌরবা
ইতিহাসকী লামাইদ মীতৈ মুপীশিংগীদি
হামুক তৈনি থনবনা লৌশিং চাউবা নিংথৌনা
লমচৎ নাইদ চমুশিং লৈবাক মমাং খোজোইন
ইকাইবদি পিবসে— চৎনবীগী পথাপনি॥
থংলবদি নিংথৌনা লমচৎ নামদ শাজৎকি;
নিংথৌ নাকোং য়ৌবথোক লৈবাক মমাং খোজোইন
ইকাইবদি নংগনি—থল্লুবদা মমোম্বু
লরাই মচি অমদা লৈবাক কনা তাহল্দ
লোৎহল্লগে থল্লক্লে; অপোকপগী পাইমম্মুং॥
অদুননে পঙ্খোনা মমোম মাগী লমচৎসে

সনা কোম্নুং য়েৌহল্লোই খল্লদুনা পম্বোনা
কেতু মমা পোকপীদি মবেনবোক্তী মমানমাই
অমম-অথেং কিদনা তথেল তাম্না চেল্লক্তি ॥
নোঙাল্লদাই মতম্নী অকিবদি লৈরুদে
শুক মম্বা অহিংদ হিংঙ লোইরে খনখিদৈ ;
থাশিরমদাই মতমগী নোংঙাল্লমদাই থাবলনা
ঈথক ঈপোম হৌদুনা কয়া নিংথি ঙাল্লিবা ॥
অপোকপগা কেতুগা মপা-মচা অনিনা
তাইবং কনা খংহল্লোই মতাগুম্না লাকপনা
মৈদিঙুদি নিংথৌগী মজাইবুঙো অহলদি
অয়াংবনা থোল্লবা অয়াং পল্লি য়েৌথরে ॥
য়াদোই খোঙজেল মতানি থুনা-য়াংন চংলিদ
হুমাং নপ্প ঈরিক কা মপা-মচা অনিনা
অরাবদি খংদনা তথেল য়োর লোইরে খন
অয়াংপল্লি ওইওইন মমাং পাংনা হায়গৎলক
তিনশিদ লম্বী লমথাংদি লাক্লি শদৌ থোংন-থোং ॥
পোম্বী মপাং কাইনদৈ মহুম পোন্দ চংত্রবী
নোঙাল্লমদাই চেক্লানা লাক্ল-লাক্ল থোংববু
কেতু মাগী থম্মোইদ কাইন তাশোন তম্ন-ওই
মাঙম্বীনি খমুবা কপচৈ মুজা অহিক্ল।
থম্মোই কাইন কপ্ন-কপ্ন থুংনমমোই খম্নুনা
পোম্বী মপাং কাইনদৈ শরৎপুদি কেতুগী
থম্মোই শোক্ল কপলিদৈ কোংবা তুরেল ঈচেলনা
নোক্লমক্লে খম্নুনা তুরেলদবু হায়মকই—

"কোংবা তুরেল মাঙংবী মুজা ওইবী ঐঙোন্দ
নোক্লজন্থু চুরুংনি নিঙোল শাপপু কিদরা ?
নিঙোল ওইবী ঐহাক্না ইপাং শেৎন কাইনবৈ
কপচববু নহাক্না নোক্নরিবোই মাঙংবী।"
হায়দুনবে ইংথমগী ঈচেল কংল তুরেন্দা
রাথল থেনবী মুজাগী তাইনফম্থু ওইজথি॥
অসুম অসুম লাকপনা কোংবা তুরেল লাল্লক্লে
হেক্ত লাম্থোক্লকপগা থর চৎলে হায়রগা
ঈবিল তুরেল মৌরক্লে; শিংথারুনি কয়ম্না
ঈরিল তুরেল মরমচৎ—নোংজু থাগী মতমদা,
অনৈ ঈশিং পুন্নুনা মঙাও থীনা চেল্লিবা
মবুক মপাউ মহাক্কী লিরি থোইরি চেন্দবা
মঙাও থীনা ঙাওজবা তুরেলনিবু হায়সিরা ?
ঈরিল ঈশিং ঈচেলনা ঈচাউরকপা উবদা
লৌনম্বান্দ ঈচেলনা নমথাইগনি থনবদ
নৈকাই থুঞ্জা থুদিংনা মীপাইনথি মীপুম তিং।
মহৈ-মরোং মাংহনবা য়ুম-কৈ কয়া থুদেকপা
মরমচৎনি তুরেলগী মথৌদাংনি ঈরিলগী;
অদুবুনে ঙসিদি কুমগী নোংবু ফংদবৈ
মবুক-মপাউ তপ্লবী থকুম-থক্ত চেল্লিবী
ঈচেন্দবু উরগা নিংবা কাইবী মতৌদি
মুজা মাগী পাঙ্খকনি, হায়না মদোম থঞ্জথি॥
নোংজু পম্বা লাক্লগা ঈরিল তুরেল ঈচেলনা
তুরেল কয়াই ঈচেলগা মপাং কয়া ঈতিম্না

লবুক-লমহাং কষাদ, হরাওনবু শান্নজে॥
অন্নবুনে ঙসিদি—ইংথম মতম চংলকঙে
হরাও তন্নাম শিন্দয়ে ঙুংশি মাইখোং উৎতয়ে।
ম্নাঙংলবী তুরেললা—কেতু মাগী পান্থক্রুম
নাক, য়েৎ-ওইগী লৈরাইদ ঙাথ-থেংথ তুরোইন
তন্দে মান্দে চেল্লিবী, ঈচেলন্নবু উরগা
মপাং শেংন কাইনবৈ অবাবনি খন্দুনা
শিঙেল কেতু ওইবীনা তুরেলবুদি ঈগ্নিলগী
ঈচেন্দবু তন্ন য়েং, অবাবনা শৈহোখি—
"ঐগুম্বীরা নহাকম্নু কাইনরবা নপাংদি
গতি লৈতে ঐহাকম্নু নতেং পাংগে হায়ববু
অন্নবুনে ঐহাক্কী—অমত্তংদি লৈজরি ;
ইতেং পাংবা ঙমজবা পাঙল শোনবী ঐহাক্না
পান্মু মাবু কাইনঙে, পিগী চন্নম শিন্থবা
পিগী ঈগ্নিক অমত্তং তিন্দুননে নঙোন্দ
নপাং নংগী খিবদা নতেং ওইবা ঙম্নবা
মহষ যাল্লে থগ্নগে মুজ্জা ওইবী ঐহাক্না॥"
হায়ন হাবন অম্নুম্নক চংখ্রি মুজ্জা ওইবীদি
কোংবা ঈগ্নিল তুরেলদি তু'ওইনন তমহোয়ে॥
হন্না হাযক্কেৎ য়েংলুবা মিংকি মিংলম থক্তুনা
লৈরি ইশং শংন-শং চীংমাই অমা থেন্দুনা ;
হায়নৈ ফজে হান্নবা হান্নবুদি চীংমাইসে—
অন্নবুনে ঙসিদি মুজ্জা মাগী মতোবু
য়েংবা ঙমদবনরা?—অবাবগী মতোগুম

মহোশাগুম ফজদে পামেল উজাও কয়াম্থ
নিংথিনবু হোদয়ে অশং-অমান উদয়ে।
চেক্লা কয়া চিল্লোক্ক চাক্তাবিদে কনাম্থ
লৈতবনা পুম্নমক ফজবদি মাংখয়ে।
য়েংবিদয়ে কনানা মমিংতমক ঙাইহোয়ে
কেতু লৈরাং মতৌগুম হুংগুক-হুংজানহোয়ে॥
ঙাম-ঙাম লোইয়োই তৌহনা হাইগৎলক্লি চীংয়াংদ
অস্থম অস্থম কাখৎলক মুপাজাদি ওইবীগী
চোকখয়বা হকচাংনা পম্হৌ পাঙল ফবগী
মতুং ইনবা ঙমদয়ে, চোকখয়ক্লে চোকখয়ে॥
মমোম কেতু ওইবীগী অবা মতৌ উবদা
পোত্থাসম্থ খনখয়ে, ঙাইহাক পোত্থাহনখয়ে॥
পোত্থায়িঙৈ তাঙ্গাদ—কদাইদগী খোঞ্জেম্মো
হুংশিংনবু হুমহনা অথাপ্পদি লমদগী
খুল্লং ঈশৈ অমদি হুংশিনবু শক্লক্লি॥
লৌতাববু লাকপদা শাংল লম্বী কোম্বাইদি
তেম্মনবা হায়হনা গাড়ী বালা অহনা
শকপা ঈশৈ ওইয়িনি খনখি কেতুই পম্হৌনা—
মমোম কেতু ওইবীগা লম্বেল লমশাং লাকপগী
অয়াবদি কোম্বাইসে কোকঁনবা হায়হনা;
শন গাড়ী অহুগা কয়িগুম্বা লম্বেলদি
তিম্নয়ম্বা খোক্লবা, তোংহল্লগে খনখয়ে।
খয় ঙাইন অস্থম্মক লৈয়িঙৈগী তাঙ্গাদ
লম্বেল লমশাং লাকপগী অয়া’ শদৌ খোংলবী

চোকথরবী হকচাংনা পোখাজরি পামেল খা
নেমতক তৌনা হৌরিবা তেন্না পাম্বীদবু ঙা;
মমাই মখা পাংহনা য়েংলুবদা য়ারল পাং
পুক্লিং হুন মশক্তি, থঙলেন পাম্মু মশুংলাং
মুংশি খুদম ওইনবা, লম্ফেলদগী য়ারলদা
শাইদাংঙকপী কোম্বীরৈ, মুংশি খুদোল শানৌগী
অঙৌ লাতম চেথক্ত শৈরাংবনা শৈদমদৈ;
ময়েক লানা য়েকপনা সাহিত্যগী লামাইদ
তাইবং মীওই কনানা ঙম্মী করি মুথৎপা
ওইরোইদবা বাখলনি ময়েক লানা য়েকখরে॥
অহুবুনে ঙসিদি তাইবং শউম কিবনা
শাংখিদরে কোম্বীরৈ লম্ফেল পাংকি কোম্বীরৈ;
ঙসি' কদার কোম্বীরৈ? চাউখৎপগী খোঙথাংদ
মিপাইজবী লৈরাংনা, শিঙেল কৈদ মাংখ্রবা
মতম নংগী ঊচেলদ তাওথখরে পুন্নমক॥
চীংগী পামেল তুকখবা লবুক-লমহাং অবাবা
রাখ্রমাল্লে পুন্নমক কেতু মতৌ উবদা॥
মচাই রাবা মতৌবু, রেংলুরগা অপোকপা
লাইরবু চেক্লনা—শাওজরিমে মরোমদোম॥
ঙাইহাক সুন্না পোখাডৈ অমুম তৌবা খল্লকই
কেতুগীদি পম্বৌনা—"ইমোম ঐগী লাংন্সেনসে
মীরান লমদ লোক্তনা মুয়াকচাম্নি ওন্দুনা,
লোইবী চীংদ তোংলিবা, হাওগী কিক্কেৎ শেক্তুনা
লৈবাক কনা ংহল্লোই নিংখৌ নাকোং যৌহল্লোই

নত্রবদি ইমোমসে নিংথৌ চৈরাক ফংথনি।"
মরমচত্তি ফত্তবা—মৈতাল' ঈশিং চামহুনা
কোকউ কৌবা য়াদগুম চাম্নুহনা কাময়োই ॥
মরমচৎকি থনবদা—অপোকপনা পাখৎচৈ,
কয়িগুম্বা কনানা থংথি মতাং থোক্লবা ;
মমোম কেতু পুম্নিসে অরাবদা নংগনি
থল্লুবদা অপোকপা, পোখাবদি গুমদয়ে।
অপোকপগী তুংহদ শদৌ থোংন ইঙ্গবী
অবা' থোঙথাং তপ্ন থাং, লম্বেলদবু লাকপদা
হমাং নপ্প ঈরিক কা হাংল খুয়া অহুদ
চীংলৈপাক্কী মচুনা—ঙাকশং ঙাংন তৈবদি ;
থোঙয়াদবু য়েকপগুম কয়া নিংথিজরিবা ?
অসুম তৌনা লৈরিঙৈ, অয়াপ্পদা তাখিবা
খুলং ঈশৈ শক্কুনা লৌতাববু লাক্লিবা
শন গাড়ী অহুনা য়ৌথ্রে মপা-মচাগী নাক।
মমোম বাবা কোক্লবা পম্বৌ ওইবা অহুনা
ঙাংন-শক্ক য়াননা তোংহনথয়ে মমোম্বু
তথেল লরাই থৌমবা, মবেনবোক্কী ময়ানয়াই ॥
অসুম অসুম লাকপনা শলম চীং, ভুংইনয়ম
হেম্বোক্কুনা য়োয়ক্লে—নোংপোক-নিংথৌ, পাম্বোইবী
ভুংশিনতৈঙ অনিনা, ভুংশি' বাবেপর ভুং
পাম্বোইবীদি লাইরেম্বী, নোংঙ্খাইজিং থয়োং লোক্তই
হলক্লমদাই, থাবনা, মপা চোকথংমন্নবী
পাম্বোইবীনা ঙনা পৎ, তিল্লাং অর শিন্দুনা

হন্দোক্লম্মী হায়বশী, মরম লমলেন ভিনশিংগু
কোলোয়নখি মকমদি, য়োয়ক্লেদো য়োয়ক্লে ॥
ভিনশিং চীংদি য়োয়কপা, নোংদি পূমঙ্গান ঙান্নুনা
চয়োই তেতু খোংহুনা, নোংবু ঙাক্লে ঙাকখয়ে ॥
অস্থুম অস্থুম লাকপনা থর চৎলে হায়রগা
শঞ্জেনবম থুল থুংখয়ে, বায়ী শানা-শায়া লাক
অবাং-পাংন চিঙ্খেগী খেক্ল-খোয়ন হায়গৎলক
নাকোইননা লাক্লগা থুম্বী চীংদি লান্দুনা
তখেল থুঙ্গাও তম্লক্লী, শল-গাড়ীগীদবু ভোং ॥
লম্বেল অচৎ-অওক্ত বায়ীনম্বি অস্থুম্না
পাম্বা লাইশা অঙাওবা, ঙসিদগী হোঙ্গুনা
শাক্কা বাঙাম তান্দুনা নৈবাক 'বাবা কোকহঙ্গিং
হায়হুনবু নিংখোনা পাউজেনখিবা হুমিঙ্গী
ঙসিনিনে ঙসিনি, অসিগুম্বা হুমিঙ্গা ;
কনাগুম্বী-কনাদ শানা-ঙানা খোক্লবা
মরম্মাইদি ওইগনি লাওখোকখিয়ে নিংগোনা—
'হুনা মরম ওইহুনা কনামত্তা খোক্লদে
খোক্লরোইম্ব হায়নম্বি খোক্লমবা কাংবুনা ॥
অসিগুম্বা ঙাংনবা বায়ী-বাতাই তাবদা
কেতু পোকপা পম্বোনা হিং তৌরি মথৌঙ্গিদি
থম্মোইম্বুংদ থল্লকখি, কমদোগনি হায়হুনা ॥
অস্থুম থম্র চিংননা, পম্বো মাপা কেতুম্না
থুংখয়েদো মরানমাই মমা-পোকপা মথোঙ্গী ॥
কেতু মমা পোকপিদি মথেনয়োকী মরুনমাই

লৈবাক কনা থংহল্লোই, থংহল্লয়োই থন্দুনা
তখেল তাম্মা চেনথরে—হাযবৈ পাউদি তাথরে।
চিত্রা মানা কেতুগী মরি-মথোং থংহোরে॥
থংলবদা চিত্রানা—কেতু মাগী রাথলনা
নোংঙানবগা ঙাইঙমদে, থুদক্তবু থাহুনা—
যৌহল্লিংই মপাউদো, থংহল্লিংই শরত্তা॥
অত্তম্মদি ওইরম্ম—মুপীচাদি ওইবীনা
তাংলৌ লৈন থেংলবা মদোম করম চৎকনি
থম থম্ম অত্তমক নোংবু ঙান্নবা থংহোদে
করি উপাই তৌসিগে থনখি মুক্তা থম্মোইন্নুং;
পাথং মাগী নাক্তুদ হেক্তং হায়রুরুগে থন
থম্মোইন্নুংঙ্গ চিত্রানা লাক্লে শরৎ মাগী কা—
লৈরম্মীনে শরত্তি—থনফম করি থোক্তনা
কেতু মাগী রাথলদ তুফক-তুফাই তম্ম চন
অস্তুম তৌনা লৈরিবৈঙে চিত্রা মানা কেতুগী
লৈফম্মুদি থংলে হায় চীজোইজখি পাথংদ॥
থরাই মাগী পাম্মক ওই লুম্ম চাম্মা থমজবী
কেতু ওইবী মহাকী লৈফম থংলে তাবদা
মুঙাইবনা পম্মোম লোম শরৎ মাগী থম্মোইন্নুং;
পিরুরসি হায়তুনা থোরক্লেদো অনিমক॥'
লৈবাক নিংথৌ অরাবা কোক্লবা হাযতুনা
অমোম মপাং কাইনবৈঙে, নোংপোক নিংথৌ লাইশাদি
পাম্বা মাবু কাম্নবা থৌম্বাং পূম্বা শিমরে
অঙম অথৌ পূম্ম চং;'ঙদি কৌবা কোম্নৌ নোং॥'

খংলে খংলে হায়নরে, পাম্বা কৈরুগী লৈকমদি
হুইরোই ওইবা অহুনা পাম্বা লাইশা অহুগী
মপা-মপু রন্নী লি খোঙ্গুলবুদি লিহুনা ;
পাম্বা লৈকম খংবনা লৈকমবুদি তাকখরে,
নিংথৌ সনা য়াথংনি কৈবল শারো হায়খরে ॥
হুইরোই ওইবা মহাক্না পাদম পিরা ভুংইনা
নোংমাইজিংদি চীংশাংগী লোক্লুং চীংচেপ ওইরগ্ন
ভাম-ভাম লোইরোই তেবা লম চীংয়াং য়েরমদ্মাইগুী
খুনিংথেক্তী শাব লম কৈবলবুদি শাখরে ॥
ওইগী লমদাং কাইনবা কাইন মৈশা লাংলিবা
মীরোল খংব লাইশানা, ভসি কোবা কোরৌ নোং
পুন্সি চেংজল লোইরনি খনখিবনা পাম্বা কৈ
নোংপোক নিংথৌ মাইকৈ য়েং কাচৈ, পিগী চত্নম শিন ;
অমরোমদা রুজাইজে, মপাং কাইন মতুংদি
ইনপ্রগনি খনবদ ভসি কোবা কোয়ৌ নোং ॥
অহুম তোনা লৈবাক্তী অঙম অথৌ পূখনা
থোয়াং পূবা শিমরে পাম্বা মাবু কানবা—
অসোমদনা কেতুকী হুংশিবগী মাথলদা
থম্মোই মাগী হুংভম পাইমহুংব খোয়রাংথি ॥
লুংশি পদ্মুং য়োহুনা খুনয়রোই খন্নবনা
কাইন মৈশা লাংরবী কেতু ওইগী মহাক্তী
মবেথোক্তী মরানয়াই, খুনিং থোঙল থোক্লুনা
হিক হিক মরোমদোম পিগী চত্নম শিত্নবৈ।
লৈরি কুবি হুজাইকম, শিঙেল কেত হাইবীনা

হিংনি কনা য়েংহনা হুংশি চেংলৌ শক্তি থন
থল্লে হুজা থম্মোইহুং কাইনরনি হন্দক্তী
মপোক লাংওন 'সিমগী লোইরবনি লোইরবা ;
থল্লুবদা হুজানা—হুণ্ডাইকমদি লৈজদে
থল্লু থল্লু লকাহুং থাম্বী তম্ন মৈহৌথি।
কাইনগনি থনবনা মাইথোং মকা লামথিদে
উম্নরয়োই নিংবনা হন্নাও মোমোন নোকথিদে॥
থনখি হুজা থম্মোইহুং—"শিঙেল শাৎলি থংত্রবা
লৈরাং লৈখ্রি উদ্রবা গুরু মংবা উমংদ
পাইরকখিত্র খোইরাবা চান্নবদো থম্মোইগী॥
লাক্লয়োইয়ে লাক্লয়োই হুংশি মিৎয়েং বাংমদ
খোয়খুম মাগী নোংদমখোল কাইন ফিজং থনথ্রনি।
পোম্বী মপাং ফংত্রবী নাইতোম পাইবী চেক্লাগুম
গুম-থোইনা ঐহাক্কী হুংশি মৈচাক খাংলনি।
উদ্রবোইয়ে পাম্মুবা হুয়া ঐনা বাবসে॥"
শোঙ্গে হুজা মরোমদোম কাইনগনি থনবনা।
লেল্লু পুন্সি মরেল্লু পিরাংতনা পূল্লুপ লুপ
পকচৈ মান কপ্পদি কপ্পতনা মপকচৈ॥
অবা বাথল হুংদ চন হুংশি ঊথৌ মৈচাক্ল
লৈমন শিংদ চল্লবী শিঙেল কেতু ওইবীনা
চান্নি-থক্তি থংদখৈ চুবা মোনথাংনহনা
লৈরিথৈঙ্গী তাঞ্জাদ নাইতোম পাইবী চেক্লানা
মপাং কাইন শেৎনৌঙ্গে ককভাগুনবা মালংদ
পাইক্লবু উখিঙ্গে খুৎলাম খুৎকৎ তোইন থং

অহিক্লবা খোঙ্খাংদ মাগুম্বীনি থনখিতে
থম্মোই মপাউ মেল্লকই চেক্লা ওইবী মাগী বা—
"লাওনে চেক্লা লাকখো লাও পাইরি করি নহাক্লা
অহাংবদি অতিয়া—সুংশি মৈচাক পুন্থনা
লিয়ু নংগী বারীসু তমগে ঐগী ইপাউসু
থম্মোই মৈচাক কোক্লবা সুংশি বারী শাখিসি॥"
খুনিং মোইদোন তম্ন কাং থুবাক লাইথন চেপ্ন অ
পোইরৈ তাম্বা চীংয়াগী মাইকৈদবু লাকপরা·
য়েংজে চেপ্ন-চেপ্ন য়েং থম্মোই বারী শাগে নিং
অসুম তৌনা সুজানা কাইন মৈশা লাংজ্বনা
লৈরিংগী তাঞ্জাদ বীবী কোবা নোংদম্বা
নোংদম্বগী থৌইনশিন খোয়মুম মানা কুবিরে
শরৎ কেতু অনিগী অম্বা মৈচাক কোক্লবা॥
সুংশিনবা হৌনশা মিংকুপ 'মত্তং কাইনবা
কাইনবগী বাঙলেন্দ লোইদাম কুমশিং কক্না
কাইনক্লবে বাবগুম, শরৎ কেতু অনিনা;
উমবগী বাঙলেন্দ সুজাইবগী পিয়াংদি
মতম চুপ্ন কংদনা চক্লম চক্লম শিন্থজে॥
কেতু মাবু উবদা সুংশিনবা হৌনশা
কাইর থম্মোই পাখংগী সুংশি মপাউ মেল্লকই—
"লাওনে ঐগী নাক্ত লাও থুংশমগে সুংশিবী
সুংশি ঊপাক লাম্লসি অপাম কাদ য়ৌম্বলি
তাইবং কনা মহাক্লী কমক য়েংথি লৈকমা
সুংশি থুম্বৌ থাম্বনি থনবয়নে সুংশিবী?

চিংন কোঙ্গাই থাহোরকই শাবৌ-বজু মুংশিবী।"
চীঙ্গোই মপাউ মেকুলা মুজা মাবু পেল্লকই
হিক্তোক্লুনি করম্না—মুংশিবনা পেল্লকপা
অসুম ভৌনা শয়ৎনা থঙ্গোই মপাউ মেল্লকই।
অসুম ভৌনা লৈরিক্তৈ কৈবলনগী পাম্বা কৈ
চোংথোক্লুনা চেনখরে হায়রুনবে মীরাম্না
তাম্বক্লে পাম্বা কৈ মরাম বা-বা তৌদুনা;
অসুম ভৌনা মীরাম্না তাম্বকপা খোঙ্গেম্না
খুঙ্গা খুঙ্গিং পূম্নিল নিল অকিবনা লুতোন বৌ
থোঙ লোন্দুনা থাংনরি শানা শোম্লক্লু লোইরে থন
মুপী-অঙাং পূখনা থবাই খুবাক হাপ্লুনা॥
অকল অথৌ শিংথদি চল্লিবদি মুপাশিং
মানা মানা হৈকবা মতিক চাবা থুংলাইদি
লোথোক্লুনা পাইনরি। খোম্নাংলরি ল্যৎনবা
পাম্বা মাবু অউবা থেংনবদি মরুমদা॥
নোংপোক নিংথৌ লাইশাদি পাম্বা কৈদি অথোবা
খোরযুম মাগী নোংদমখোল, তাইবং মীগী মথুন্তা
শিম্নু হায়বা মহাকী মরাইরক্ত [illegible] পেল্লকখিদে;
মীরক্তবু হোৎচিল্লক চেল্লকপনি। খুরক
নত্রগদি [illegible] [illegible]নি [illegible]—॥
কৈবল পাবা [illegible] চীংচেগপী মীরাম্না
তাম্বকপা [illegible]না অরেন [illegible] কৌথরে॥
থোইদং [illegible], [illegible] [illegible]
লুচিংজনা মহাক [illegible]—

লোয়নজুনা মহাক্লা পাম্বা মাবু কোটথি থি
পাম্বা কৈদি কদাইদ কদাইদবু লোংকবা
মথুংগুদি তিমেন তা অথোববু পাইজুনা
কৈন কৈদ চেনগবা মীন কৈদ ফংগবা
তাম্রকপা মীয়াম্মা পাম্ব কৈবু ক্রোইথং থং
অফংবদি মফমদা হাংকে হায়বা মতাংনি ॥
অস্থম তোনা মীয়াম্মা তাম্রকপা খোঞ্জেম্মা
মাইকৈ থুদিং পূম্নীন নিন শাথংগোদি শাথংলো
হায়না মীয়াম লাওনয়ি পাম্বা শাদি চেনগ্রে হায় ॥
শয়ং কেতু অনিনা থম্মোই মৈচাক কোক্লবা
মুংশ্রি বায়ী শারিঙৈ শাগী ভাগী বাথলদি
কৈগু নাচুং পোকথিদে থওই বাওই তাথিদে;
শাম্রপোংকুম 'শিববু, থন্দোকইদঃ মুংশিবা ॥
মুংশি থুজেং পালোইন মুজা মাবু মাংদ থা
লেম্নগেদি মতাগুম, পাখং ওইবা মহাক্লা
পুয়ে শিঙেল কেতুকী গুলি কোবা কোরৌ নোং
মুংশি ময়ান য়াইদিনে য়োয়সেদি হায়জুনা ॥
কেতুই খোয়নৌ চিত্রাগা নূয়া-পাখং অনিগা
কোরৌ নায়ল বাইয়কপা খোঙদোইয়ক্লি অহমসে ॥
মীয়াম পূইম্ব খোল্লাওনা শাথংলোদি লাওমবা
লাওমববু তাক্লৈঙ, মথুং ফদি তিমেন তা
লৌথোক্কুনা অপোকপা কেতু মযোম লাংলেনবু
কোয়ক্লিনে খোঞ্জেম্বি বাংন-বাংন লাঞ্জুনা
লানা কৈনা পোকনি পাংথচবা মন্ত্রা ॥

কেতু পোকপা পম্বোদি, খোনাও চঁন্নম কঁগলক্লে
কোই লমই তান্নবা কদাইঁদবু চৎখ্রবা ?
করি লমবু পাংখ্রবা থঙ্গানবা পূক্লিংনা—
খনখি পম্বো পাইমম্নুং—চিংনবনা লাঙোই চম
"নিংব থুংদ মমোম্না ম্নাইবী মদোম থাহ্নুনা
অমং যাইথোং কুমহুনা খাংউথক্ত মাঙগত্রা ?"
খন্ন কোনা অপোকপা মাইকৈ থুদিং কোইয়েং-য়েং
কদাইদবু লৈথ্রবা মকম থুদিং কোইখি-খি
লৈহুনবু য়েংলকপা উয়ে মান্না লাপ্ন-লাপ
হুপী অনিথক্কনে হুপা অমথক্তংগা—
চেনবোই চৎপোই চৎলিবা, মণ্ডম শাক্ষ লৈচিনগুম
খোঙথাং খোঙচৎ খোঙতক্সী মমোম কেতু লাংলেনবী
লুতুং শন্নাং তাবু য়েং শাজৎ পুজৎ য়েংবদা
খংখি মমোম কেতুনি—খংলবদা অপোকপা
মমোম কেতু লাংলেন্দ শানা শোক্লি মতাঙম
লাওন্ন লাওন্ন হুনলে তাম্নম্নক্লি মমোমু ॥
খোমথুম নংগী নোংদমখোল তবা ঙমী কনাঙা
অরাবদি অম্নাবা হুঙাইকনদি লৈতবা
তাইবং মীওই মপোক্ত কেতু মাঙ্গী মন্নাইমক
থীন মকম্নু তমইদঃ নোংদম নংগী খোংমখোল !
শানা শোক্লি হাঙলগী কনাঙগী কনানা
মপান খোকপা ঙমানা: ঈমনম্নিত্তে মতমদা
হুংলি মৈনা হৈনবনা শিজি-নানি শিৎলগী
কেতুকীনা তুংইনি পাগং অঙইবা নবাতী ॥

হাযনরিদৈ তাঞ্জাদ খংনু খংবে কন্নাইদে
নোংপোক নিংথৌ লাইখাদি পাম্বা কৈরি অঙাওবা
শরৎ কেতু চিত্রাদি মথোয় 'হুয়া চৎলিবা
চৎলিবদি মাইকৈদা ওঁঙন্নবা খোংচনা
চেনশিল্লকপা উবদা, মিপাইকবী চিত্রাদি
থবাই হিংঙ লোইরে থন শমজি থাইন চেঞ্জরি;
পাখৎপনা লুতোন কা থর চেঙ্গে হায়রগা
অকিবনা মুংজ, চন চেনবা ওন্নক তন্নুনা
তুরোই ঙাম্নোই তোরগা বাম্বথরে লৈমাইদা।
চিত্রা মতৌ উবদা শরৎ-কেতু অনিদি
হুইঙক য়েনঙক চাহনা করম তৌনি খল্লিদৈ
অকিবনা মিপাইজ মিপাইজবী কেতুনা
কোনশিঞ্জরি মথঙলেন, মথঙলেক্ন চেৎন কোন
শিরে শিমিরলি থন হিংঙে হিংমিরশি লন
পাম্মু মাপী মথাঙুং অকি মাইথোং লোৎচরি।
থল্লে পাথং থম্মোইহুং মুপা মচা থোৎলাংদি
য়েংগে হায়রনা চেন্দরে, লৈরে অতুম লেপ্তুনা॥
শরৎ কেতু অনিগী মতৌ অদু উবদা
অপোকপদি পম্মোনা, চেনশিল্লকই শুম হায়—
"ইমোম লাংলেন কেতুকী পম্মৌ লাক্লে বাক্লয়;
পম্মৌ লৈরি মথৈদি অকিবদি কৈরয়॥"
থনথি পম্মৌ থম্মোইহুং পাথা মাইবী লোইথোক্লো
ঙদি কোনা কোঞ্জৌ লোং [illegible] [illegible]
হায়রিদৈ তাঞ্জাদ, চোৎশিল্লপরে কেতু [illegible]

পাম্বা কৈদি অথোৌবা, য়াথোং লোনগে মতানি
অচাউবদি খুজিন্না খোৎলমগে মতানি
শারাক্লগে থনবনা অকিবদি লৈতনা—
চোংশিনখিবা উবদা পহ্নৌ ওইবা মহাক্না
থাবু কয় ক্রক চিক, থুৎলং কয়া লংঙকই
পাম্বা কৈদি লাইশাদা পাম্লুসমু হায়রুনা—
অহল মতম ওইবনা থুৎতি থয় নিকপনা
ওহ্নোকইদঃ ওহ্নোকই করি মতৌ কৌবনো
পানগদবা শাদদি পান্দত্রুনা তিমেন তা
থয় থক্তিক শোইবনা, মমোম লাংলেন কেতুগী
নৌয় শমু হকচাংদ মাইয়োক্লখি তিমেন তা
থুৎলং কনবা মপাগী অথোৌবদি তাজিন্না
মুংলে থম্মোই ফিরাক থাই, থম্না য়ৈশিন তাজিন্না।
শেৎনগনি কিবনা মিপাইজবী কেতুনা
পাম্মু মাবু চেৎন কোন মথাম্নুংদ লোৎচবা
তাজিন মৈশা থাংঙমদ চেৎন কোনবা পাম্বোম্না
কোমকোম হেক্তি তৌয়গা, 'অয়ো ইমা' হাবনা লাও
থম্মোই শোকপ খোল্লাওনা, মালেম থক্ত ঈথেং হা
অঙৌ হকচাং লোংন তা, মশম-মনা ইফা ফা
অনা মৈচাক থাংজনা, ওম্ন খোইনা হকচাংনা
থাংঙমদবা মৈশা লাং ৰাম্বথরে লৈমাইদ॥
মমোম লাংলেন কেতুনা লৈমাই থক্ত হাইথবা
হাইথখিবা উবদা লোইরে লোইরে ইমোমদি,
ইথুৎমক্রা ইমোম্মু, মৎশা শিংম চক্লবা;

হায়রম্লগা অপোক্পা মমোম মনাক য়োঙমন্ন
বাম্বখিয়ে খুদক্ত মমোম চেংলো শকপু য়েং ॥
অহুদগী প্যাম্বা কৈ, চোংন্থনবু চৎখ্রগা
চিত্রা ওইবী মহাক্না বাম্বরিবা মাইকৈদা
ইরাপ্ পুদি লাপনদে, বাম্বরিবা চিত্রাগী
মাইকৈদবু তমন্থনা চেনশিনখিবা উবদা—
পাখং ওইবা মহাক্না, চিত্রা শানা শোক্নুনা
য়াইবী থবাই মাংব থোক, ইরাল ঐগী ওইরনি;
খল্লুবদা পাখংনা—অহুগীস্থ মথক্তঃ
পাম্বা কৈদি লাইশাগী য়াইবী লোগে তৌবদা
শিঙেল কেতু মুংশিবী, পম্হৌ খুত্তা ঈথেং হা
তাজিন নবু য়ুংবনি—খল্লুবগী মুঙাইত;
অশাও খাম্বী মৈদি হো পাম্বা মাত হাৎকে খন
ঙম্লগদি ঙসি নোং, ঙমদ্রগনা শানোগী
মুংশি মতুং ইনগ্রগে খল্লুবনা পাখংনা
কেতু শমু হকচাংদ য়ুংলিবদি তিমেন তা
খাবু কন্ন ক্রক কিক শংলন্থনা পাখংনা
পাল্লুসন্থ মতাশুম খুৎলং কন্না পাখংনা
লংঙকপদি তিমেন তা, খোয়য়ুম মাগী নোংদমখোল
পাখং ওইবা মঙোন্দ খোঙানবিরে খোয়য়ুম্না
তিমেন তানা য়ুংবদা পাম্বা মানা ওন্ন-খোয়
থয়ো-থয়ো, ওন্নগা য়াইবী থাখি খুদক্ত ॥
অহুমদি ওইরদ লৈরি করি মুঙাইকম
শিরমদাইগী মৈচাক ওন্ন-খোয়নবা খাঙেবী

শিঙেল চাদি কেতুগী শোম্বাংনবা খোঞেম্না
অনা মৈচাক থাংবদা যায়ক্লবী কেতুনা
লাইজ ঈশিং কোয়কপা পাখং থম্মোই পুবদি
য়াখিদয়ে য়াখিদে, লাইজ থুজোক অমতং
ওইরবস্থ পাখংনা মগুংলাংগী য়ারবী
কাইন মৈশা লাংলবী কেতুদবু ইনগে থন
থনখিবনা পাখংদি চীংজুম লাইজ থিবদি
চেনথরেনে শরক্তি। অস্থুম তোনা মহাক্না
চেনখিডৈগী তাঞ্জাদ পাম্বা মাবু থিয়কপা
তাময়কপা মীয়ামদি মকম 'হুদ য়োয়কখি।
শিয়ম্লোবা পাম্বা কৈ, 'য়াম্বয়ম্বা, শিয়িবা
উক্লবদা মীয়াম্না পুমগুক গুক্ল য়েংনখি
কনানবো হায়নরি, মথাম ইগুক-গুক্লখি।
অস্থুম তোনা মীয়াম্না গুক্লহুনা লৈরিঙৈ
চীংজুম লাইজ ঈশিংদি পাখং ওইবা মহাক্না
পুহ্নবু চেল্লক্লে কেতু মাগী মকা তম॥
শিয়মদাইগী বাবনা লৈয়েং থংপা গুমদ্রবী
শিঙেল চাদি কেতুকী কেতুকীবু পাখংনা
লোইয়বনি হন্নকী মপোক লাংওন 'সিমগী
থনখিবনা শরংনা মুজা মাবু চেংন কোন;
তাংজ কৈদ কৈবম্না লাইজ ঈশিং ইন্দুনা
চীথোক মপাউ মেজকই 'মুংশিজবী কেতু কা॥
হিক্ল-হিক্ল কণ্ঠুঞা 'থম্মোই' শোকপা মপাউ তম
"যাযোম্বুকো মুংশিবী, শোংঅয়নি' গুশিদি

তম্লমদরে বীধাতা বীধাতানা ঐখোয়বু—
হুংশি নৈপূন শেম্লো হায় তাইবং মালং পান্সিদ
রাশক পন্দোম লোমদরে, কাইন মৈশা লাংঙনি
মুজা নংগী নতু' ইন, লাক্লগনি ঐহাকসু
মথঙ লাংওন অমদা হুংশি নৈপূন শেম্লসি॥"
হুংশিনবা হৌনখা! হুংশিনৈদঃ হুংশিবা
তাজৈ মুজা ওইবীনা হুংশি মপাউ পাখংগী
নৈয়েং খংপা ওমজদ শিরমদাইগী বাবনা
মিংলু অনি জৈরা চেন, য়েংজৈ পেম্না মাইথোংদো
য়েংলম্লগা কেতুদি অমং য়াইথোং কুমথরে॥
অমোম কেতু লাংলেনগী অশি হকচাং উবদা,
খাম্বুবা মপানা, অানবু খর তারকান
অমোম কেতু উবদা ওম-থোয়না তেংথাজৈ—
ইমোম করি ওইসিগে, হায়জুনবে অপোকপা
পন্থৌ ওইবা মহাক্না শন্নাং চোয়না ইকা-কা
অচা কাইন মৈশা লাং হিক্র হিক্র তেংথাজৈ॥
অম্নম তৌনা কপ্পিজৈ, খাম্বুবা চিত্রাঙ্গ
অানবু খর তাহনা, মতাই অশি মহাকচাং
কোয়নুনা কপচরি, অহিক্রন হিক্র-হিক।
নোংপোক নিংথৌ লাইশাদি পাবা নৈকদি অথোবা
শরৎ কৌবা পাখংনা হাৎলে, হায়বা তাবদা
নৈবাক নিংথৌ হয়াওয়ে, মীয়াম পূবা হুন্তাইয়ে॥
নৈকোই মপু নিংথৌনা শরৎ কৌবা পাখংদো
খনা-মথুম চাউমদি পিগে খর লাক্লিবে॥

শরৎ-চিত্রা পোকপুদি পুম্নো অনি, মরক্তুনে
মচা বিরু... পাজা মানা তুরিরা
মৈরাখুদি ... মরুম ক্লম থুংখরে ॥
পান্বা কৈশী থায়াক্তে চিত্রা মাগী থবাইবু
কনবিরম্মী হায়বগী, অতুগী মথক্ত—
হায়ন শিংন থুপীদি চিত্রা মানা শরৎকি
ওইখি হায়বা তাবনা লৈকোই মপু নিংথৌনা
সনা থুংনা শয়ত্তা কংশে চিত্রা, ওইবীবু
অতুগীসু, মথক্ত কম্লাইবগী কমথোন কা
কমথোন 'সিগা লোয়ননা লৈবাক নিংথৌ অরাবা
অরাবদৈ কনবগী লাম্লোক্লকি নিংথৌনা ॥
অক্লমদি ওইরদ কেতু য়াওদ শরৎনা
করম তৌনা হিংডুনি, ওইথোক্তবা বাকম্নী।
লাইরৈবাক্তী কেতুনা লৈচিন পোম্বাই তম্ম হাং
য়েংলকপদি মতাং থোক বারোখিনি থনবনা
নিংথৌ মানা পিক্লকপা মনা-মথুম পুম্নমক
পুকচেল চাউবা শরৎমা পান্বা কৈদি অংপোবা
লাইশ্রা মাংনি হোৎনবা বীরেন সনাই মক্তমদা
চিত্রং মধি শকহেনবী, শকহেনবীবু মথুং শম
বীরেন্দ্রবু, কম্খিম্নে—শরৎ মানা তৌরিবা
পুকচেল চাউব', থবক্তী, শরৎ-চিত্রাই পম্লৌ 'নি
'লৈবাক নিংথৌ পুম্নমক ইক্লওক য়েংলখি ॥